## শ্রীমতী মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবী :
## যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল

মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা খোঙদারক্লিবা নহারোলগী মায়কৈদগী মহারাজ কুমারী শ্রীমতী বিনোদিনী দেবীদি শিংথানবা য়ারবী অমনি। য়ারীমচা, ড্রামা, ঈশৈ অমসুং রচনা ইবদা মহাকী লোনগী অমসুং ভাবকী তোপ তোপ্পা ফজবা অমা ময়াম্না অসুম অসুম থেংনরক্লি। মশামকসু বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শান্তিনিকেতনগী ছাত্রী অমনি। ১৯৬৪ দগী ১৯৬৬ ফাওবগী মতুংদা ফোঙবা মণিপুরী সাহিত্যগী অয়াংবা আদর্শ অমসুং মানবতাগী ভাবনা মপুং ওইনা য়াওবা লাইরিকশিংগী মতুংদা মহাকী য়ারীমচাশিংগী খোমজিনবা "নুঙায়রক্তা চন্দ্রমুখী" হায়বা লাইরিকসু খ্বায়দগী অফবনি হায়না মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খল্লে। লাইরিক অসিগী মরমদা মথাগী অসুম হায়না পরিষদকী মত পীরি :

"মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবীগী "নুঙায়রক্তা চন্দ্রমুখী" হায়বা লাইরিক্তা হৌজিক মতমগী য়ারীমচাগী নীংথিজবা মওং য়াওবদা নত্তনা মণিপুরী লোনগী ফজববু ফনা য়োলিন্না উৎপা ওঙগী শক্তি য়াওই। মহাকী য়ারীমচা অয়াম্বদা মণিপুরগী কাউনরক্লবা পুন্সী কয়াগী লোম্না থুপ্না চেল্লিবা ঈচেলগী ফজবা কন্না উৎপনসু নত্তনা ওন্নকইবা মণিপুরী সমাজগী অচম্বা পুন্সীগী সমস্যা কয়াবু য়াম্নমক সহানুভূতি য়াওনা অমসুং য়োলিন্না য়েংশিল্লি। পূর্মকী মথক্তা মীওইবদা অমসুং পুন্সীগী অচুম্বা ফজবদা বিশ্বাস মাঙত্রি।"

মথোন্দা হন্দক যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল অসি পীরি।

---

পুন্সিদা পৌদোক্ মচা ঁঅমতনা, রাহৈ অমতনা অমদি "মচুগী নুপাদো মচুগী নুপীদো" হায়রবা রাখল অমতনা মরম ওইচ্চনা কন্ননাগী চেথাদা রারী ওইনা থোকখি। মচুনা কয়া চুমথ্রবা, কয়া লানথ্রবা খনা নংহোৌদে। লোত্তুনা লৈহৌরবা পুন্সিগী লীলাদি লোত্তুনা লৈহৌরে। পুন্সি কয়াবু খঙলবোই নিঙ্গুই অচুবু খঙবদি লোইত্রি। কয়া রাংলি খঙগদবা, থেংনগদবা মচুসু খঙদে। অচুবু তাইচুনদি লৈবনি।

রারী ইবগী লেশানা করম্না হৌখিবা মচুসু খঙহৌদরে, করি থন্দুনা ইখিবা মচুসু নিঙশিঙবা থোক্তরে। মুংশা খিংবা মথৈ ইখি। লোইরবা তুংদা পুন্নমক অয়েম্নি খনহল্লি।

অচুগা লমন অমদি মতম পুন্নমক্তা ঐগী প্রমো- দিনীদা তোক্লে।

মুলাযন্নক্তা চন্দ্রমুখীগী অনিতবা চেকোংদা প্রমোদিনীগী অকবা খুৎথেং অমদি য়াউরি। অসিতসু নত্তনা ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাসবিহারী সিংহনা অকবা ইত্তেংসু পীবিখি।

ঐগী রারীমচা শগোল সনাবী, লমনদগী লাইমন অমদি চিঙ্গী মনম অচুম অসি অকোথা হাপচিন- জবনি। আকাশবাণীদা শন্দোকপ্রবা রারীমচা তাত্তনি। রারী অচুমসি লাইরিক অসিদা হাম্নদা আকাশবাণীনা রাখিরকপগীদমক মুত্তায়বা কোক্ত- লোকচরি—

বিনোদিনী।

# লৈচম



* সেন্ট্রাল সোশিয়েল বেলফেয়ার বোর্ডকী "সোশিয়েল ওয়েলফেয়ার" (Dec. 1962) অমসুং মেই বেলগী 'সমাজ কল্যাণ' (April 1963) দা হাংদোকখিবা ইংরেজী অমসুং বাঙালী লোলদা হোৎনবা।

† আকাশবাণী ইম্ফালদা থাবিবগী।

থবক লোইশিন্নকপদা মঙায়রি। মতম অদো পুণ্ড ভরামাথোই ভাররিত্রা? মতম কুইনা নারুবদগী হোগংলকপদা মঙায়রি; ঙসিদি থর কুইনা নিঙথিজনা ইরুজগে থল্লহনা ইরুজকম চঙবা ঙহাক্তি ওইররিত্রা; কোক তুম্বা লোইশিন্নক্রে। মতম অহুমক্তদা ঐনা য়াম্না কুইনা তোয়না-তারক্লবা থোজেল অমনা মপান্দা লাউরকপা তাখি— "হো ইতৈমা ইবেম্মা, ঐখোয়গী ইতৈনা 'বেম্মবু লৈত্রা?" ঐনা খল্লি পাপীছু ওইরমগনিসে! মাগী হৌনবী মীনা ইরুজরমদাই, চাক চারম-দাইদা লাক্কদবনি। মাবু ঐনা থঙলকপা মসে ওম্বোক্লা কুইরে; ইরৈকাই মচানি। হৌজিক ফাণ্ডবা ইথুম ইকৈ পাল্লবা ফাওবা অসিদা মানা ঐবু চেন্নবা অসি লেপ্পা লৈরকত্রি। অয়াম্বা মতমদা নোংথাংগুম লাক্লগা ঙহাক থাক লাউরম্লগা নোংথাংগুম মাঙখিবা মাগী মহোশানি। ঙসিস্থ করিনো নেশা অমা পুক্হনা লাকপরা থল্লুবদা হুংশাবু থীরুরে।

## নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী

ঐগীদা লৈবা হুপী অহুনা খুম্বা ঐশু মমুঙদগী অস্তুম তায়। ইবেম্মদি চাইথরিনে ইবুঙো অসিনচিংবা ·····। তাথোক তাশিনগী য়া অমত্তা ইত্তা তাদনা মানা লাউনা লাউনা— কয়া কুইগদবনো, ঐ অথুবনি; থরা থুনা লোইবিয়ু হায়ু ··· ····· অসিনচিংবা তফিং তফিং অনিহুনা শাজনবা ঐনা অস্তুম তাখি। ঐনা ইতোমত্তা অস্তুম থল্লগা নোঙ্গীঙলম্মী। ওম্বোকপা মতৌ হায়বা অহুনি। মী অমনা মী অমদা তৌবা দাবী অসিবু কনানা কনাদা তৌবনা মীওইবা ঐখোয়গী অচুম্বা চৎনবী ওইগনি থঙবা অদে। অসিমস্থ থল্লি; মীনা হায়নে শামান লেংমামবা, রাখল তিম্নবা মী অমগা মী অমগা তিম্নবা য়াই। অহুবু মাগা ঐগা লৈনরিবা

মরী অসি করিনা ওইরিবনো ? মানা কদায়দা লৈহোবা, ঐনা কদায়দা লৈরিবা কয়াদা খেন্নপ্রবা ! মানা ঐঙোন্দা হেক হেক নৈররিবা অসিবু কয়ম্বা থম্মোয়গী নিঙাইনো খঙবা ঙমদে। ঐনা মাবু ইপুরাগুম পিক্লি-ভৈদগী খল্লকই—মতম অচুদদি ইচে হায়নসু কৌরম্বনি ; কয়ম্বা শরক্তা ইতৈমা ইবেম্মা ঙনখিবসিসু অঙকপনি। হোৎরবা রারীনি। পুন্সি খোঙচংকী কয়ম্বা চিথহোবা লামায়দা মাগী রারীনা য়াওহোবা ঐনা নিঙশিংবা খোক্তরে। কুইরবগী তুংদা নোংমা শঙ্গায়সেনগী মতৌগুম লাক্লগা ঐগী পুন্সিদা দাবি পুন্নমক পুথুনা লেপ্লরি।

ঐনা খোরকপা মতমদা মকোক মরু ইচাউ চাউরথুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মমিং অনি অচু ঈখেংমুক ঙাঙখরে। কপ্পদগীরা, তুমদবগীরা খঙবা ঙমদে। ঐগী ইথুৎ অনি অসি তাপ পায়রগা মানা হায়রকই "ইতৈমা ইবেম্মা, ঐগী ইচা য়াম্না কয়া নারে হায়—ইতৈমা ইবেম্মগী তাইবুংঙোদি ডাক্তরনি। অমুক্তা চৎহনবীয়ু— ঐগী উপায় অমত্তা তৌবিয়ু!" অসিগুম্বা থম্মোয় শোকপা রাহৈ অসি মঙোন্দগী খোরকনি হায়বা মাবু কুইনা তিন্নবদগী থাজবা ঙম্মুদে। ওম্মোকপনি। সুঙ্গায়-প্পকুসু চন্দ্রমুখী মশাৎলি।

ঐনা হায় "ঙাইখো কৈদোগে নংবো— মরাইনা ময়েঙজনি। নঙগী নচা লৈ হায়বদি ঐখোয়দি খঙদেনা, কয়া চাউরবা ঙাংনো ?"

"মচুগী রারী কোম্না শাজগে। ঐগা অমুক্তা হান্না উনহনবিয়ু।"

"নঙনা খঙলিবচু মঙায়, মহাক্তি মতম অসিদা য়ুমদা লৈত্তে। হোরেন হল্লক্লগা চৎপসু মঙাইদনা।"

"ইশ ! কয়া কুইরগা লাকনি ?"

"পুঙ অনিরোম লৈরগা লাকনি। ঐ হায়রমগে, নঙসু অমুক লাকখো।"

"অচুদি চৎচরগে" অসি হায়রগা হন্না কাওবা য়েংলমদনা থুনা য়াঙনা চিংখরে।

মানা হল্লক্লবা মতমদা ঐনা পাউ অসি তশ্নী। মাস্থ অতুম মহার "মাগী মচাদি কদাইদগী ? মাবু মচা লৈব্রনে ?"

"ঐস্থ খঙদে, অঙাওবা অতুনা হায়ববু কনানা খঙগেনে।"

......চাক-ঈশিং চাহুনা ঙহাক পোথাবদা মঙায়রি। মাস্থ চপ চানা হায়নবা মতমদা থুংলরে। অপনবা লৈতনা তুম্ফম কাদা চংলক্লুনা হায়—"তাইবুংঙো লেঙলশি।"

"করিনো নঙনা হায়রিবা অসিবো ? রা ঙাঙনখিশি ঙায়খো। কয়া কুইনা নারবনো করি ওইনা তৌবনো, অমুক্তদি হায়খোদনা। মফম মরাঙ খঙদনা হেক্তা চৎসি হায়বা অসিবো।"

"তাইবুংঙো ঐস্থ খঙদে, গীনা তত্বনি। ইচা অত্ত য়ান্না কন্না নাহুনা শিগদোরে হায় ; নিপাল মাপলনিরোম স্থরমাম্লে। ঐগস্থ লৈমিন্নদে মমাগা সেকমাইদা লৈবুনি।"

"অত্তুদি ফবু ফরম্মনিনে।"

"নত্তে, নত্তে, তাইবুংঙো, যান্না কন্না নাবা ওইরমাম্লে— চৎপীদবা য়াদে।"

"নঙনা হেন্না ঙকখরে। লৈমিন্নদেস্থ হায়, য়ান্না কন্না নারেস্থ হেক উবদৌনা মহায। হোয় চৎশি, অত্তবু পুংখাইমুক্তদি ঙায়খোদনা।"

শোনথাংননা "ঙাইজগে তাইবুংঙো।" অসি হায়রগা য়ান্না নিঙবা কায়না ফমখখরে। খুদক অত্তুমক্তদা করি খল্লকপদগীনো "অত্তুদি ঐ অস্থান্নাইদা অমুক্তা চৎচরুখিগে।" অসি হায়রন্নগা সাইকেল তোংহুনা থোকখরে। ঐনত্তুম শোলহৌই য়ারোরত্রা করিনো। ঐগী নুপানা "কদায়দগী শাওরমগবনো" অসি হায়রগা য়ান্না কন্না মমিৎ উইশিন্নবা লাক্লরি ! অত্তবু ইকুই কুইদনা হায়রকই "মহাকপু য়ারোখরবরনে ? সে হোদা হোগৎচরগে ঐগী পোৎ-চৈ গাড়ীদা হাপচল্লু......অত্তবু মাবু হন্দি হল্লকনিকো...... ।"

অস্থম হায়নরগা ঐখোয় অনিমক মাবু য়ান্না লাঙঙক্লনা ঙায়হুনা

লৈখি। ওহোকপা হায়বা অদুনি মানা শাউখিবদো ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা শাউখিবগুম মিপাইখি।

অস্নুম্না ঙহাক ভাইরবা তুংদা মহাক গাড়ী খৌজিন্দুনা চঙলকপা উই। ঐনদুম হায়—"ঐদি নঙ শাউদুনা চৎপ্রবোই নিঙলুরে।"

"শাউদেদা, লেঙলশি।" অসি হায়রগা মাগী নাকল্দা য়েপলকপা ময়োম অদুদগী কোমলা অনিখক লোথোক্লুনা "সে চাবীয়ু" হায়দুনা পীরকই।

চৎলমদাই থোরক্লবা মতমদা মানা ঐডোন্দা হায়জবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা হায়রকই "ইতৈমা ইবেম্মসু লেঙলুসিবা।"

"হাইমা, ঐদি করিগী?"

"লেঙবিকমদি থোক্লে, অদুবু লেঙবিনিংদ্রবসু নপুন্নানি খন্দুনা মচৎপীবসু ময়াই।"

"ঐদি কনাগসু খঙনদে, চৎশিন্ননে?"

"ঐগা খঙনরিদনা। ঙসি তাইবুংডোগা ইতৈমা ইবেম্মগনা লুনা তৌবীরিবা অসিসু ঐবুনি, কনাগা খঙনবদগীনো? তৌববুদি লেঙগে খুসী, লেঙলোই খুসী—।"

মাগী রা অসিগী মতুংদা ঐগী থোইনা রা ভাঙকম খঙলুদ্রে—করিবু হায়না খুমশিবা, চৎশি কদায়, চৎহুশি কদায়। মতাং অসিদা ঐগী হুপানা তেনশিন্দুনা হায়রকই—"সে নঙসু লাকলোসে, কোয়রোইনা ঙহাক চৎলুসি।"

লমশাঙ অদুক শাংবা অদো ঐথোয় অছম্মক রা অমতা ভাঙনদে। মখোয়দি করি খন্দুনা চৎলিবনো খঙদে। ঐগী থম্মোয়দদি মরোল মরী থোক্লবা রাখলনা পল্লম্মী। অয়াম্বদি মাগী রাখলনি। গাড়ী তোংদুনা চৎপগী যামনা নুঙাইবা অমা লৈ, রাখলসু য়ামনা য়াঙনা য়াঙনা চৎলি। খনখি, করম্ব; মতমদা মাগী মচা অসি লৈহৌবা নোংমতা রারী শাখিজি। মাগী লিশাং থারবা পুন্সিদা করমনা করি ওইখিবা ঐনা খঙবা ঙমদে।

মফম অদু য়োরবা তুংদা মহৈ মহৈ কুমথনরে। ঐনা হায় "ঐদি

অসিদা অনুম লৈয়নগে।" মানা খুমলকই "এ করিগী? ফুব্রিরোইদবা লৈরবদি করিগী লাকপিরি?"

মানা য়ামদ্রবুনা ঐসু মতুংদা তুমিন্না ইনবা নঙনা অঙৈ তৌকম লৈরমদে। শাংলবা লৈরক অমগী খমথেংবা মকম অমদা য়েংদৌনা পুমকুপ কুপশিনবা মঙাল য়ামনা রাংপা ইংখোল অমদা য়ুম মচা অমা লৈরম্বা উথি। ইমুং অদো য়ুম্বান কয়া জুগোৎ চাদমাল্লে; লাইখন তাবা য়ুম মচা অত্বুদগী হেল্লবুনা শঙ্গোয়-লুকোয় থোইনা উবা ফংদে। য়েনখারোমদগী ফুপী অহল অমা শুমাংলোমদা থোরকই। মীথোল তাবদা য়েংবা থোরকপা ওইরমল্লে। অহল অত্বুগী কীজি পায়বুনা য়ামনা ময়াং কংবী ফুপীমচা অমসু তঙক তঙক য়েংবুনা লেপলম্মী। অঙাং অদো চহি ৬/৭ লোম শুররিব্রা? ঐখোয়বু তরাম তরাম তৌবগী মহুত্তা ঐখোযবু হেক উবদগী অহল অদো ইমুংলোমদা ফৎ চংল্লে। শাওবু শাওব্রা কনিনো। ফুপীমচা অত্বুদি তঙক তঙক য়েংবুনা লেপ-তুনা লৈহৌই। ঙহাক মপা মচা য়েংনরবা তুংদা মানা "ইবেম্মা" হায়বুনা কৌরগা পমখৎলগা হন্না হন্না চুপখি অঙাং অত্বুসু কুইনা উনখিদ্রবা মপাগী অচৌবা মথবাক্তা মমায় লোৎতুনা লৈখরে। ঙহাক লৈরগা মানা ইকাযবনা হাযরকই "মাদি ফরম্লেদনা। রারোবিষুকো তাইবুংতো।"

মতমু অসিদা ঐদি য়াম্না কম্না পি খাঙতুনা লৈরম্মী।

খুমলকই, ঐনা হায়দ্রা করিসু কম্না নারম্লোই। নারবদবু নঙোন্দা তাক্তবা হৌনবনা?

ঐখোয়সু অসুম লেপ্পদি য়াদবনিনা ফক শেগাইবা অমা লৌবুনা ফমজরে। মহাক্তি ঐখোয় যাওরি হায়বা অসি কাউবগী মতৌগুম মাগী ময়োমদগী ফিগী খোংউপ মচা অত্বু লৌথোক্লগা য়াম্না কম্না মচাদা উপ্পীবা লাক্লরি। ফিবোং মচা অমা য়াওরকপত্বু কিশি কিবুনা ইনবীরবা তুংদা পেল্লবুনা হায়রকই—"বস চারেদনা। ঐগী ইচাগী নাপপু ঐনা খঙদবা

হৌনব্রা ? চহি চামা উনত্রবস্ন অহ্ মঙায়।" অসি হায়রগা ঐখোয়দা য়েঙহ্না নোঙ্গ্মী। অহ্গী ভুংদা বিস্কুট টিন হাংহ্না পিজবা হৌরে। কয়াদা মুঙায়থ্রবা মপা মচাগী কুম্মেনো। ঐখোয়স্ন কুম্মে অহ্গী ময়ায়না মহাক্কী তাইবংপান্দা ঙহাক য়াওক্নরে। কয়া শাংনা মতম অহ্ লেনখিবা নিঙশিংবা থোক্তে অহ্বু থম্মোয়দদি মুমা ওইবগী মুংশি ইপোম হোৌরম্মী। অতৈ অথম লৈতনা মপা মচানা রারী শারি। মপা মচাগী হরাও মিনোক্পা মাঙ্গোল অহ্ পুম্নিন নিনথরে। মতাং অসিদা ইমুং-লোমদগী মৌনহা চহি ২৪/১৫ শুবী অমনা থোরকহ্না অঙাং অহ্গী মথুৎ তাপ পায়দনা চিংশিনবা হৌরক্লে। মানা ইকাইবোই করিবোই ঐখোয়দা হায়ক্কেৎ য়েংহ্না হায়বকই—"মসি ঙাওমাল্লেনহে, ডাক্তর লাক্লিবসি উত্রা অঙাং য়েংহন্নবা তৌবনি.........।"

মৌনহা অহ্না হায়রকই "নঙবু কনানা লাকপিয় হায়বগে, পংঙাং ঙাংজন্ন ডাক্তর মমাঙদা চোপচনি।"

অসি হায়রগা অঙাং অহ্ চিংশিন্দুনা ইমুংদা পুশিনখরে। মতমম্বা-ক্তগী বিস্কুট ইচায় চাইহ্না তাহৌই। মানা নোকহ্না ঐখোয়দা য়েংলগা হায়রকই—"শাউরিবনিকা হায়দনা তৌরিবসি উবিরবরা তাইবুংঙো ? ঙসিবু ময়াম য়াওরমদ্রবদি মথল্লাইদা খাকপমখৈ ফুগদবনি· · ।" অসি হায়নগা লৈপাক্তগী বিস্কুট অহ্ থুন্দুনা ফিশাফাল মথক্তা থনম্লগা মাঙ থাহ্না থোকখরে। ঐখোয়স্ন অহ্নম থোরক্লে। মসিগী মতুংদা করিনা রাহৌদোক ওইহ্না রারী শাগনি। অহ্গা খঙনিংলম্বা পুন্নমক পুমঙাল ঙালনা উরকই— অহ্গা হৌজিক্কী রাটরলুগী লানফমদা কনানা লানঙম ফিরাল পায়খিবা ঐতদি তশেংনা খঙলকই।

দোলাই তোংবীগী রাইকুপ পুবীনা রায় অসুম্না হায়রবে। হায়রবা রাই, দোলাই তোংই হায়রছুনা মখাদা ওম্বরোই হায়রনিংঙাই লৈতে। অদুবু দোলাই তোংবীগীসু রাবা রাইকুপ পুবীগীসু রাবা অসি করি মতৌনো? অদুবু ঐভোন্দদি পোকখি, রারুই মীগীদমক, কাউ-খিবসু য়াই মতমনা অদুবু রারুই মাগীদমক। অসিবু ইথৌ লৈতবা হায়সিরা?

ইকুই কুইড্রিবা রানি। থা অমা অনিগী মমাঙদা পোকখিবা থৌদোক মচা অমতনি। অদুবু পুন্সি অসিমগী পুমকাউ কাউবা ঙম্লবদি সুঙাইগনি। কুমশি চহিদা বি, এ, পার্ট রান কাজরে, ডি, এম কলেজ দা তম্বা ছাত্রীনি। মীনদি মীরক মীচম্বী হায়বি অদুবু মখোয়নদি খঙদবা ঐদি পুন্সিগী মিকুপ খুদিংমক হিংনিংই।

## দোলাই তোংবীগীসু
## রাইকুপ পুবীগীসু



কলেজগী চহিগী ফ্রেসর্স মীট নকশিল্লক্রে। হন্দক্তি ঐসু য়াওগে হায়না চপ য়ুংনা নিংলুরে। পপ ডান্স তা মিং পিখৎখি। মসিগী মরমদা অরোনবা রারী অমদি লৈ, হায়দোক্লসিরা—? পোলিটিক্স খরা য়াওই। ঐগা শান্তিগা ঐখোয় অনি অসি সোসিয়েল এণ্ড ম্যুজিক হন্দক্তা পুরিবা উমাকান্তগা খরা চান্নে। নোংমা ঐখোয়না হায় ফাগি তৌহনা;

"য়েংঙোই, কুমশিবু ঐখোয় অনি য়াওহল্লবদি মতুংদা কলেজদা লৈবা কয়া ফুংঙাইরোই।"

"নখোয়বু কনানা থাদ্বগেনে ? করিদা য়াওনিংই হায়য়ুদনা ?"

"জগোইদা য়াওগে, ইমানা পোকচৈগী জগোয় য়াওজ্রি। নঙবু কাউরবরা, নঙোন্দা ভোট থাদখিবদো ?"

মানা হায়, "ইবেম্মখোই লেম্মা থাদবিবরাও, সাইকল চাকা তুম্নবা তুংদা মিঠাই থুজোক অমা কৎলগা থাদবিবা নত্তরা ?"

প্রোফেসারশিং য়াওনা কনানা করি তোবা থম্নবদা উমাকান্তনা চীঙ লেম্মা হায়রকই,

"স্যার কুমশিদি কমলাগা শান্তিগা গ্রুপ ডান্সত য়াওহনশি। মন্নুমদসু য়াম্না কন্না হোৎনজরি।" অসি হায়রগা ঐখোয়দা হাইফেৎ য়েংলগা নোক্লকই। ঐখোয় অনিসু মাই মাহ হায়ত্তুনা লাইমাং য়েংখি। ওজা অমদা উমাকান্তবু কান্টিনদা পুশিন্দুনা চা পিথকই।

মতম নকশল্লক্রবদা রিহারসেলগী ইরাঙসু কনবা হেনগৎলকই। ইমাইপেম্মা চয়োল অমত্তা ভায়শিল্লক্রে। ওজাশিংসু থবা থরাই য়াওবিরকই। রিহারসেল তৌনবা মতম ফাওবা কাইথোকপিবে অহুবু প্রাকটিসতগী রারীনা থরা মহেল্লি। অমনা হায় অমনা তাদে, অমা লাকই অমা থোকখি অমুক্তা মপুঙফানা তৌসি হায়বসে কনাগী মরাললো থঙদে ইয়া য়াদে। অহুবু ঙসিদি ওজা অমা অনি য়াওদিবনা মওং থরা তাগদোবা মতৌ মাল্লি। শান্তিগা ইবানিদি ময়াম মরক্তা তাশিন্দুনা ফম্মী ঐখোয়গী মভাংসু থরা মরাৎলি। রান এক্ট প্লেগী রিহারসেল কম্না চথরিঙৈদা ঐনা য়েংথোকলুই থোঙলোমদা— থাই লাউই। মহাক নত্রনে অসিবু, মানিনহে। মানা রাংনা চাউনা চঙলকই, ইস শকফম অদো হৌজিকসু অহু মঙাই, মশা থরদি নোয়-থোক্লা উই। মহৌশাগুম তয়াং তয়াংবা শকফম অহু নত্তে, থরসু চীঙলেম্মা উই— চহিনরা নত্রগা মতমগী চৈনাথোল্লা ? ঐনা মানা উদনবা থরা লুকথৈ মীয়াম মরক্তা। মাসু ঐবু উদমাল্লে। হেক চঙলকপদা কোইয়েংদি য়েংখি চাউয়েং ওইনা অহুবু মিৎয়েং অহু ঐতোন্দা তাখিদে— উদমাল্লেদা ! হাইনা মাগী বাঁশীদো হৌজিকসু

য়াওরিয়ে। পুন্নয়াং ফুরিংকী ফুরিংথাউদা মতোন থজিক্নং লিংথো-রকই। বাঁশীগী মাগী পুন্না। হৌজিক্না য়া অমা মশেম মরাং নির্জশিং-নুই, ঐনা অমুক হেন্না নুকশৈ মানা উদনবা।

ছুটি থারছুনা ঐস্নু ইমাম্বী অনিগা য়ুমদা হনগে হায়ছুনা থোরক্লে। অমুক থাই লাউই। কলেজগী গেট মরাদা হৌবা পলাশ পাম্বীগী মথোঙদা মানা লেপছুনা লৈরম্বী। শোরোক্কী নাকল অনিদা তান্না ইতাং ভাংনা শাংপা পলাশকী মৈরী কারম্বী। অকেনবা লৈনা লৈথোঙদা ইতাং ভাংনা চোইনা তাই। মানা সাইকল পায়ছুনা লেপ্পী কনা ভাইরিবনো খঙদে। মাগী মনাক হেক য়ৌবদা মানা কৌরকই "মেম্মা।"

নিংদোন ভিং ভিং চোংই। ঐনা ইতেন ভেন্না খুমখি "হাউ" "ভাইখো য়া লৈ।"

মত্রনা শুমহৎলবগুম ঐনা সাইকলদগী চোংথৈ; ভাইছুনা লৈ করি হায়গদৌরিবা, হৌজিকপু করি হায়নিংভায় লৈরিবগে? ইনাক্তা তম্না চঙশিললকই। মহোশাগুম মশম কাতক তৌই, ময়া ইভৌ ভোনা নোক্লকই, হায়রকই "ভহাক্তা ভাইখো য়া লৈ।"

ইমাম্বীশিংনা হংলকই "চৎলম্মোরা কমলা?" হায়কেৎ নোকখি অনিমক।

ঐনা খুমকাদ্রবৈদা মানা খুম্মখি—"চৎলম্মো ইবেম্মা ঐগা লাকমিন-নরগে।" ঐভোম্দা নোকতুনা হায়রকই—

"করিগীনো ঐবু ভসাই উশিন্নত্রিবা?" হাইমা ঐদি উদবোই নিঙই উথিবোইরে। খুমী ঐনা, "কনানা হায়রিবা ঐমা উশিন্নদে।"

"ঐবু খঙদবোই নিঙবরা? নঙনা লুকখছুনা লোংপা অদে; ঐ লোইনা উই। করিগীনো ঐগা উন্ননিঙত্রিবা ঐগী করি ইঁরাল লৈরদনা। মেম্মা লোৎলগবু হেক্তা মাঙবরা, উত্রগবু হেক্তা লৈত্রবরা।" মসি হায়রগা নোকই মথোল থোক্লা।

য়াহং খরসিংগী পাউথুম ঐনা পীবা ঙমখিদে। মাইকম ইপুনা চংখিরৈ মখাপাংনা। অমুক হায়রকই "য়েংবা, নঙ য়াম্না চাউরক্লেবা অদুবু নশক্তি হোংহ্রিবে। শমদি খন্না যুশিন্নবরা? খায়নগী চুজাক মশমদো!"

খঙহৌদনা ঐগী চিন্দগী থোকখি "হুং।" মানা কাক কাক নোক্লগা হায়রকই "খায়নগী অশাওবীদু কাউত্রিবোইরে। ইস নঙ য়াম্না চাউরক্লেবো। চহী কয়া শুরে ঐখোয় অনি উন্নদবা—চহী তরুক শুরে, ঐদি চহী পাবনিনা খঙই। ঐ য়া অমা হায়গে নঙ নোকহুকো। ঐনা নখোয়গী কলেজদা চঙলক্লিবা অসি খঙনিংঙ্রা? ঐস্মু ইুডেন্টনি হৌজিক ভর্তি তৌরে নঙগী ক্লাসতা; নোক্লিঙগ্রা নঙগা ঐগী ক্লাস অমতদা। নোংমতা নঙগা য়ারী শাগে নিঙই, অদুবু তাঙ্গা ইকং কংদে। নঙনস্মু মরুপ মপাং কয়া য়ামখরে নোংমতা নাইতোম চংপা হেক উদে। য়েম্বা লাইব্রিক য়াম্না হৈহৌদবসি সুংঙাইত্তে হৈ। কনাগীককা হায়ষ্কনা বি, এ অসিদদি থাদোকে হোৎনরবনি। মসিগী বুদ্ধি অসি চহী তরুকী মমাঙদা লাক্লরবদি করমগনি।"

চুপী, ঐস্মু অদুম খল্লি। নঙনা চহী তরুকী মমাঙদা বুদ্ধি তায়ব লবদি পুন্নমক তোঙানমগনি। ঐনা হংই "নহাক মখৈদি, কদায়দা লৈরুই?"

"নহাক মখৈবো? লৈরুবা নত্তে লোংলুবনি।"

"মাঙবা ঙমদহুনা হল্লকলবরা?" অসি হায়রগা নোকখিরে।

খুমলকই "মাঙএবা মীগীদি লোৎকম লৈরমদরে য়েম্বা। ঐ কদাই চংলুই নঙ খঙনিংঙ্রা? ইহান হানবদা বৃন্দাবন চংলি। গোবর্ধন চোংগী মনাক্তা লম্বোইবা অমগী আঁখড়াদা খা তরেৎ নিপাল লৈরুই। য়েম্বা, মাগী আঁখড়াদো মানসী গঙ্গা কৌবা অচৌবা পাং অমগী মপানদা লৈ অচৌবা নিম পাম্বী অমগী মখোঙদা মাগী আঁখড়াদো লাই। ঐনা হুভিগী হুমিং তারমদাইদা মাগী দগান মথক্তা কমচুনা পাংত্তা তানা চাবা রেংই। কনবু সুংঙাইহে পূজিদো। অদুবু ঐগী বাঁগী অসিনা চিংহুনা

বোম্বে ভায়না চংলি— ভাল টুপ কয়া কয়াদা য়াউরকই। ভারতকী মকম অয়াম্বা কোয়রুরে—অহুবু য়ায়া নোক্সিংবদি নখোয়না নৈবাক অসে নোংমতা কাউবা ঙমখিদ্রে!"

"ইস, অসিবু ঐখোয়গীতা নৈবাকলা?"

"নত্তে অহুবু ঐবুদি ভোঙাম্না খম্বীরিদনা। খোম্বোক অদো লুমলপ ভোই, ওহাকম্ভ তুমিন্না নৈথি। খঙহোদনা ঐসু ইশা ৰ্ফাস ইচোক চোকথবগুম ভোই, মহুসু মিকুপ অমতনি। অসুম অসুম লাকপনা বি, ও, সি. মপা য়োরে। মানা হায়রকই "করি চানিংই করি নৈয়ুগে।" ওম্বোকপনি ঐবু অভাংদোনা. খুন্মী "ওকএ।"

"লিথংলেদা, করিনো অমতদি হায়রুনে ঐ নৈগে। মণিপুর অসিনা হৈ-রা মতিক চাবা ফংদবা অসিনা য়ায়া সুংভাইখিদ্রে। মেন্মা নঙ এপল্ চারব্রা?"

"মমিংদি তারে চাক্রি।"

"ইস নহালয়াইদি নৈরম্বনিদো ঐনা কলিকতাদগী পোয়কর্পান। নঙগা অসুম্না উনগনি খঙলমলবদি থাকপিরমগদবনি। কৈ ঐ নোংমা পীজগে। মোজিক নঙনা চানিঙবা অমা হায়রো।"

...... হন্নমুক্তি সাইকল তোংখৎমিন্নরে। তুমিন তুমিন নৈনৈ—খঙবদি খঙনৈ মানা থাম্নিবসু ঐনা থাম্নিবসু। কয়াকুইনা সাইকলগী চাকানা নৈথিবা নিঙশিংবা থোকভরে, উরিপোক লম্বী পাংলকই। হংলকই "য়ুম ফাউবা থিম্নুরা?"

থংগ্রেক থংনা মিকপ থোকই ঐনা খুন্মী "য়ানি ইতোমতা চৎগ্রবসু লাপসু লাপব্রে।"

অহু ফাউবা মহাক নৈহোদে, ঐগী ইতুং ইন্দুনা লাকই। মতাঙ অমদা হংলকই "মেন্মা, মাদি য়ায়া সুংভাইনা পানথরে হায় চুমব্রা?"

অসিগী রা অসিবু করিগী হংলকইবনো ঐ তাব তাবা ঙমদে। খঙই হংলকনি হায়বা—ভাইনথে ঐনা রাবসু অহুতনি। য়ান্সীগী পাউথুম কয়া পীগনি। অহুবু খুমথি "উম"।

"সাইকল চাকা উত্তবা থন্না কমথংলি। মতোম্মা য়েংলুদে ঐহাক্না, অহুকাউবা মানা ঐগী ইতুং ইরুকই, হায়রকই "মোনু মোমোরে মা অমত্তগা মেম্মা ......... ঐগী, ঐগী অঙাং অমা পোকখি হায়না তার চুমবা ?"

ঐ ইকাইবনা শিথরে, অসিগুম্বা মা অসিবু করিশীনো মানা ঐঙোম্বা হংলিবা! অহুবু খুমমম্মী "উম, কুইনা হিংলমদে।" অসি হায়রগা ঐনা খোঙনেৎ কম্না উঙই, ওহাক লৈরগা হম্না য়েংলুবদা মাদি লৈরমদরে। করম্বা মতমদা লৈহোবা নিঙশিংবা খোক্তে।

... ... ... ...

মতাঙ অসিদা রারী অসি লোইশিনবা ভমলম্রবদি মাম্না খুংঙাইগনি অহুবু লোইহন্নিংবা মতাঙদা লোইদবা মহোশানি। ঐখোয়গী ভেরাইটী শো অহু উৎপা হুমিৎনি। ঐখোয়গী মতাঙ লোইরহুনা ওহাক য়েংনিং-লহুনা খোরকই। কমকমনি হায়বা মচেৎ অমতা লৈরমদাগ্ন মীনা কুক কুক ইমরম্মী। প্রোফেসারশিংনা ফম্মীবা নাকল অদোমদা ঐখোয় মতা তরুক লেপহুনা য়েংই। আঃ হুমিৎহুদা মানা খোংখিবা বাঁশীদো।

মানা কনানো, ঐনা কনানো, কদায়দনো ওহাক কাউকই, খুবাক প্রোক প্রোক খুরকপা মতমদা ভাব তারকই। করিশীনো খঙদে ঐনা খুবাক খুহুনা খুংঙাইবা কোঙদোকনিংলুদে অহুবু মিৎতদি ইরা চেনখি। খঙহোদনা "Wonderful ! Wonderful ! He is a genius" লাউরকই কনানো অমনা। হম্না য়েংখিবদা ফিজিক্স কী প্রোফেসর ওইরম্রে। খোকলকপা মতমদা প্রোফেসরনা ঐঙোম্বা হংলকই।

"কনানো অসিবু কমলা ?"

খঙহোদনা ঐগী চিন্দগী খোকখি "খঙদে"। অসি হায়রগা ঐগী মিৎতগী পী অনিতং তপ তপ লৈবাক্তা তাখি। কনাগীদমক ? অমনা দোলাই তোংবীগী অমনা মাইকুপ পুবীগী।

ফিজিক্স কী প্রোফেসর ঐখোয়গী ইচেতোয়া অকোনবা ওংবা ইথৈনি।

ইকালগী কাচিন অমদা কজবী থম্বালনা তপ্না তম্না মপুঙ ফাবা হোয়রে। কনা অমনস্মু হায়রৈ "অতাং অসি চঙখোলমদ্রি, নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্ননিকো চেকশিন্না য়োকউ ইবেন্মা।" অহুবু লোংদম্বা বিধিনদি নোক্লমগনি, মাদি থম্বালগী পুন্সিগী পোলোই থঙলিবনি।

নম্বুল তুরেন্দগী খরা লাপলপনা থম্বালখোয়গী ময়ুম লৈ। য়াঙ্গংলবী নম্বুলনা থেকনা কোইনা লৈকায় কয়া, খুঙ্গং কয়া ঙাথেংলমলগা লোক্তাক্তা চেন্থিল্লি। ঙসি ফাওবা তুরেল নঙগী ননাক্তা খোকপা থৌদোক কাউরমখিরোই। অস্মুম তৌনা মীওইবগী পুন্সিগী অরাবা মুঙায়বা য়ারী কয়া লোৎতুনা নঙগী খোংম্লংদা লৈরিদো।

## থম্বাল

শকহেনবী ওইহুনস্মু কৈদৌনী লাঙ্গৈর-মৈশা লাংবী ওইবনা নিংথৌগী লৈমা ওইবগী মহুৎতা লৈকায় মচে মনেন্না তুরেন্দা ঈশিং শোকপা চৎপগুম থম্বালস্মু চৎপা ঙাথি। তরু তরু পানজবা মমা মচাগী পুন্সিদা মাগী মাগী শিনফম শীন্দোক্লে। থম্বালনা ফিরোল শাই, ইমুঙগী থবক তৌই। মমানা নিত্তিগী কৈথেল কাহুনা ফিশিং অহু য়োল্লী। অস্মুম্না মতম লেল্লী। অস্মুক কুইরবা অসে লাঙ্গৈরবী ওইবনা থম্বালগী ফজবা শাওং শাদাবু কনানস্মু মিত্তায়দে। অহুবু নোংমা থম্বালনা সমাজগী থৌরীদগী মানথোক্তুনা করিগুম্বা লৈত্রবা পাঙন দক্তি অমবু মপুয়োইবনী হায়খিবা মুমিং অহুদগী থম্বাল ফজবী ওইখরে; মাগী য়ারীনা লম্বী তেন্নবা ওইখরে। বর্ণ্ণ খঙবা বৈষ্ণব করানা উবদা তিন শিংনৈ। কনানা নোয়োক তাগনি ফিবনা মাগী মঙলবা য়ারী অসিদগী মাকোং মেন্দুনা থাঙনখি। অহুবু মহাগী থম্বোয়গী ঈখীলবু কনানস্মু পিংবা ঙমখিদে।

ওলিসু ইরুজবা চংকদবগী থৌরাঙ হৌরকলে। মমাবু হাখু হাখু চাক পীজহনা কৈখেলদা থাদোকখ্রগা ওয়া নিঙখিনা ওসিদি ইরুজগে হায়না খন্দুনা চিংহী ফুংপা হৌরকলে। চংলমদায়দা মমানা হয়া হয়া হায়রম্মী "খেঙলবদি তুরেল চংকয়ুকো থম্বাল, ইমাহি গুংশা থী।" অহুবু পুম্রিগী ঈশিংদি মোংলীদো, মনমসু নমখি; কয়া থম্বালগুম্বী মচু তাবী লৈশাবীনা ইরুজগনি? মমাসু রাখল খেলমল্লী, মাগী কিখ-গীদা মখল্লে। ভৌরবা মচু তারবা থুদৈ মতুপ অমগা চিঙহীগা পুরহনা হিদেল তমলকলে।

মমানা হায়বগুমলহনা ওসিদি হিদেলদা কনাসু লৈরমদে। থম্বালদি খোশাদে, অহোইনহুম হয়াওই। "য়ায়া কয়ে শেংনা ইরুজবা য়ারনি, ইরোয়বসু য়ারে, ইমাদা পাউ তম্বীনবসু লৈত্রে। অসুয়া নিঙিগী মী চিকলবদি হুণ্ডায়গনিদকো।" হয়াও হয়াও চিংহী লুবা হৌগৎলকপদা খঙহৌদনা মীখোল অমনা মাবু কোবগুম তারক্লহনা কোয়েং য়েংবদা উরকই—হিদেন য়াংমদা কদায়দগীনো অমুক্তা উখিত্রিবা পাঙন পাখং অমনা লৌক্তনা মাবু কৌরী। থম্বাল শাওনিংবদা খেংখয়ে "মচোংপাক নাইদেদা, কয়া উশিংত্রিবনো, লঙনবসু শারী।" মপুক-নিঙদা খল্লগা থুম্বদি থুমদে। চিংহী লুবা হৌরকই।

"হো থম্বাল! নঙগী চিংহী অহু ঐসু খিতা লুগেবা। নঙনা পীগে হায়রবদি ঐবু অদোমদা লাকউ হায়রবসু লাকে।"

হন্দাক্তি থম্বাল থুমদবা ওমদয়ে হায়রকই "করি হায়বা। লাইরা উশিংত্তেদা করি খোকই হায়দনা খিগংচবা শারিবনো? পীরয়নী হায় —। চিংহী লানবদি হায়রুসু ঐখোয়দি নখোয়বু তুকচৈ। অহুগা রা অমা হায়বিগে নঙ মা কা হায়রহনা তৌজ লাকচবু ঙাঙজনিংলগা ইবেমা হায়না ঙাজজৌ।"

অনুমান মাইখোঙ লাংশিনখি, মাদি ইচম চয়া পাখং অমা ওইবগী হায়জরুবজনি। শকখম হনজিন্দুনা হায়রকই "ফুরী ইবেমা ঐখোয়দি

পাঙলমি, ইবেমখোয়নী তুতচকমনী— অদুবু ঐখোয়দি পর্খ তোঙানবা মীবুম্ন তুকচদে। চিংহী খজিক্তং ঐডোম্দা লানবা ইবেমখোয়নী পর্মদা কম্নি অকায়বা লৈবা ঐদি খঙজদে। তুকচৈ হায়বা রাহৈ অসিনা পম-বীরকক্তবদি ইবেম্মনা চৈবিবা পূন্নমক নোকথোক্তুনা থাঙগে হায়ববু ইবেম্মনা মন্থু খোকহনয়ে। ওসিদি ইবেম্মনা ঐবু তুকচৈ হায়বীম্নি অদুবু হায়জয়মগে, নোংমা ঐগী মাঙোলদা নঙনা শোয়দনা লেপলগনি। মুমিং অদুদা হায়ম্ন নঙবু তুকচৈ।" অকোনবগী রাহৈ অসি নিকলগা খোঙ্গেলনা লোইখি।

থম্বালনা করেম্নতনা হায়বা শাই "হো ইবুঙো অদুদি ঐগী লাইবক কবনি অদুবু খোকনিবু নিঙদেদা।" য়েংখিবদা মকম অদুদা মাদি লৈরম-দরে— খোঙথাঙ থুনা চংখিবা উহৌই। খঙহৌদনা মুংশা খিরকই। ইস মৈমিকপিনা মৈজাওবী ওম্নী হায়বদু খোকথয়ে। থম্বাল চিংনবা বাখল পোকলকই "ঐনা হায়র্কম্নিবা অসিবু লাম্নবম্ন!" মাগী শককম অমসুং রাহৈশিং অদুনা কম্নম্বা মওং লৌদুনা থম্বালগী থম্মোইদা চঙখিবা মশামকপু খজ্জহৌদে— অদুবু পুম্নিং মম্নাঙ হৌহম্নী। নিংখিনা অমুক ইকজবম্ভ য়াদয়ে। কনাগী ইম্নোইবকা পূমতোক তোক্তুনা কাবক শাবক লুরগা মম্নুম তাম্না হম্নকলে। পোংলুম পুবা মীওম্না খোঙথাং দূম্না মম্নুম পাংলকই। খম্নকই— "মখোয় অসিদি পোংশেম থৌয়াং হৈ- হায়কো। কম্নিগুম্বা ঐডোম্দম্ভ শেমজিনলকলবদি কম্নম তৌগনি? মাগী মাঙোলদা ঐনা লেপলগনি হায়ম্নিবা অদুনা কম্নি হায়ম্নিবনো। অদুদা, মাদি শাউম্নেকো। ঐনা অদুক খীনা চিংহী খজিক্তং পীম্নু হায়বদা হায়র্কম্নবা অসি চুমদবনি। ইস, মসিগী ম্না অসি হৌজিক খম্নয়োই।"

রাখল থম্না থম্না ইমুংগী থবক তৌই, অচিনবা থবকী মম্নুডা হজিন হজিন নিঙশিংছনতা লৈখয়ে। অসমাননা রাহৈশিং অদো কম্নাদা থম্নাম্ন শোম্না হায়রম্বা—কম্নাদা মশাবু থাজখগী ম্নাতাঙনো। মসিগী ম্না অসিতা কাউগে লাম্নখি— অদুবু কাউবা রাখিদে।

রাখল কয়া শিজিন্নহন্না নোংমা নির্নি হিদেন চৎপা তোকখিগে হায়না খল্লকই। থকনবা ঈশিংস্থ মমাবু থাহনা শোকহল্লুই ; হংলগা খুম্না "খোঙ মাই চৎ-লাকপা তমজরোই।"

অসুম তৌনা গুমিং কয়ানিমক্কম হৌঙ্গবা তুংদা নোংমা মমান্নবা শম্নু অমা লাক্তুনা থম্বালবু হৌরে "থম্বাল ঙসিদি তুরেলদা ইরোইরুসি, ঙসি নোংমা নিনি নোং চুহনা ঈশিংস্থ থরা চাউরে।" থম্বালস্থ মখোয়গা লোয়ননা চৎখি। অহুগী মথক্তা হিদেনগী খোদোকস্থ হৌজিক্তি খোইনবু থল্লুরে। ঙা কাবনে, ঙা য়েঙবনে, ইরুজবনে, হিদেন অদো মীনা পুম্নমক থল্লম্মী। থম্বালনা মাগী মমান্নব শংগা লোয়ননা কোয়চৎ চৎতুনা ইন চিংবা য়েংলম্মী। করিগুম্বদস্থ "ইচে ঐ অম্নক্তা শোনজগে" "হল্লক্তি ঐ ঙা লৌজগে।" অসুম্না মখোয় মশেল পঙলাংতা লাঙই।

থম্বালগী হয়াওবদা খেংখরে নহাল মখৈ লাকত্রগা ঙসি লাকপা অসিদি মহৈ য়াল্লেদনা খল্লকই। অহুবু ঙসিগী সুংঙাইবা অসি কদায়-দগীনো অরাবা অমা লাক্তুনা থাংভগ্রা মাঙহল্লে। অসুম য়েংখোকখিবদা নহালগী পাঙল পাখঙ অদো তুরেল রাংমদা কমহনা লৈবা কোক উরুরে। ঙা কাবা য়েঙবয়া হায়বস্থ মান্দে মথু পুন্দুনা কমলগা তুমিন্না ঈচেল লোমদা য়েংহনা লৈরী। হৌজিক কাউবা মাবু উত্রিমাল্লে খনবদা থম্বাল কোকচাওবী কাবা থর কৈ। মমান্নবী অমদা তুমিন্ন হায় "য়েংউ আদগী কমলিবা পাঙল অসে ঐতোন্দা চিংহী নিরকপদগী ঐনা য়াম্না থীনা চৈবীগ্রবনী। হৌজিক মতম অসে মখোয় অসে ঐখোয়বু য়াম্না উশিংলক্তরে ইতা।"

"ইস, ইমাইপেম্মা! করিগী চৈকরী, পাঙলগবু খৎনৈ হায়বয়া? মখোয়দি ওম্বোম্না কৎত্রবা জাংনি, মখোয়না মী অমা মাঙহনগে হায়বদা চমদবা লৈত্তবনী।"

"অহুদি কয়দোনী?"

"করিবুদি তৌগনি ইশোন্দা হায়রগা পোৎশেম যাহু চঙদনবা করি করি থরা তৌহল্লু। করিবুদি তৌয়রোই তুংশা থীবুদা।"

"ইমাদা তাকপীরুদুকো। হিদেন্দা ইত্তোমতা চৎতুনা পাগুন থৎনক্লই তারবদি শাউবনা মহা ওইগনি।"

মতাগী রা তাবদা থম্বাল অমুক হেন্না মিপাইথ্রে, লৈরিবরা হায়ডুনা য়েংথোকখিবদদি অদু কাওবা হান্নগী মতৌগুম মাভোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈরী। মীৎয়েঙ অসিগী মমাঙদা থম্বাল থাঙবা ঙমখিদে। মমান্নবা অদুদা খিত্তং ইন্দুনা হায়রকই "ইতা ঐ য়ান্না কিশিল্লক্লেবো চৎলশিবা।"

... ... ... ...

থৌদোক অসিগী তুংদা থা অমা অনি লেনলক্লে—থম্বালগী পুক্লিংদা চিংনরম্বা পুন্নমক তপ্পা তপ্পা কোকলকই। হান্নগী মত্তৌগুম, করিগুম্বদা মতোমতা মমান্নবীশিংগ' লোয়ননা অমুক অঙ্কিবা লৈতনা তুরেন্দা চৎপা হৌরক্লে। চৎপা খুদিংগী পাথং অদুগা থেংনৈ। নোংমসু খোই চোপলম্মী, নোংমসু ইরুজ্জরম্মী। অদুগা করিগুম্বা হুমিত্তসু তুমিন্না ফমহুনা লৈরম্বসু ময়াউই। মাগী ফিজেৎ লাকচেৎ উবদা থম্বালনা ঙকপদা থেংখরে, করি সুংদসু অসিগুম্বা নোমনা উখিদ্রি অদুবু য়েংবদা সুঙায়বা অমা পোকহল্লী। অসমান্দা ফনা পকপগুনসু তৌই। সাহেবশিংগী অমসুং বিদেশী অফিসারশিংগী ফিরোল তুবদা থঙলকপা নোমনা মথৈ অসমাননা নম্বুল মপান্দা রাই চাইবা হৌরক্লে। নোংমতা লুঙ্গী শেৎতে—থম্বালনবু পামলমলোই খনবরা? অদুবু থম্বালদি হান্নগী অদুমগ্তায়, কেজ্জবসু তৌদে, লৈতবনিনা অনৌবা ফিজেৎসু হোংদে। মাগী হঙ্গাম মপালগী ফনেক অদুগা খুদৈ মতেক-মরাঙ অমা ইন্দুনা লাকপা অদুনা মাগী লৈতেংনি। অদুন'দ কয়া নীঙথীজখরে। ফিজেৎনা থম্বালদা তাংজবগুম নীংলম্মী অদুগা অসমানদদি—উমংগী লাইরেনবীনী।

ইথা থাজদনা নোংমা অসমাননা থম্বাল য়েংহুনা হায়রকই "ইবেম্মা শাউবা ফবিরবরা?" থম্বাল অদো ঙসিগী হুমিত্তা শাউগে হায়বা ঙমখিদে—অঙকপনি নহালগুম্না থীনা হায়বগী রাসু নিংশিংলুক্লে, তুমিন্না খুমদনা লৈরম্মী।"

অসমাননা নোক্তুনা হায়রকই "নহাল ঐনা হায়জখিবা অচ য়াম্না থাজবিরুরমালেনে ?"

থম্বালনা য়াম্না থংনা হায়রকই "কনানা হায়রিবা ?"

"কনানসু হায়দে, ঐনা অসুম থঙজবনি। হিদেলদা লাকপসু লে'প্লরুরেদো, অদুদগী হেন্দুনা মরূপ মপাংগী মফমদা লাইবক থীবা ঐগী রারী শাবসু কাউবিখ্রি। মন্ত্র থঙই, যাদু হৈ অসিনচিংবা অদুবু করিগীনো ইবেম্মা! ঐগুম্বা শোক্না পন্নবা য়াত্রবা অমগী রারী শাবদি ইবেম্মগী চিনবান ফাউবা মাংলোইদরা ?"

ঙসিদি রাহৈ খর অসিনা থম্বালবু কয়াদা ইকায়বা পীখী। নোংমা তুকচরম্বা মুপা অদুগী মমাঙদা ঙ'স মানা নৌনা ইকায়বা অসিদি অঙকপনি। পাউখুম অমা ফাউবা পীবা ঙমদনা মরু লুকথদুনা থম্বাল রানা খাঙখি।

অসমান্না অমুক হায়রকই "মন্ত্রনবু মীওইবগী থম্মোইবু পুনবা ঙমবরা অদুগুম্বা রারেম অদুবু করিগী থাজবিবগে ? ঐনা পাঙলনি, ইবেম্মনা মৈতৈনি অসি নত্তবা করি অপনবদি লৈগ'ন ? ঐনা ... ...।

থম্বাল ঙকপদা থেংখরে কয়াদা তাইবংমীগুম্না অসমান্না শেংনা চাঙলরিবা—মানা ভাব তাদবা কয়াসু য়াওরে - থল্লকই 'অদুনদি মখোয় অসি ঐখোয়গুম্বা ঙাক্তনি, করিদি খেন্নরী—অসিবু কয়াম্না ওইরিবনো ? করিনো মহাক্না পামলিবনা— অদুবু মাদি পাঙলনি— কৈদোগে মাসু মৈতৈ পাখংগা করিদি খেন্নৈ, রাঙাং, শাঙাং, ফিজেৎ, চাকশেং অমত্তনি। মত্থ ওইদুনসু কদায়দগী য়াগনি! করিগী ? রা অসি নিংথৌ সনা নাকোং য়োরবদি ঐখোয়বু মাংই হায়গনি— লৈকায় ফাওবা চেম্বনা। মাঙলে, মাঙলে, ইগুংলাংগী মী মাঙহনবা! অরাববু ইখোঙনা পোংনা থিরুবা—করিবু কান্নগবনো। মহাক্না উনত্রগা রা চাঙনবিত্রগা লোইরে। তুরেল চৎপীত্রগা হেক লোইরে।

হন্দক্তি থম্বাল রাশকথরে, তুরেন্দা অমুক হন্না চৎলরোই। মাগসু রা চাঙনরোই— অদুবু তুরেল চৎতবনা পুন্নমকী হিদাক ওইরমলবদি

মুঙাইগদমনি, রাশক রাশকনা নীঙনা নীঙনা তাইবংপানদা করিনা করি ওইথিবা অঙগগী মশকনি। (তাইবংমীগী পূক্লিংদি মশাবুস্ মীনম্মী)

মতম কয়া রাশক্তুনা থম্বাল মপাল থোক্তনা লৈরম্মী। অদুবু মশানা খঙদনা মাগী অপাম্বা কৌবা পূক্লিংনা লোম্না লোম্না থাজবা য়াত্রবা থবক ঙাক্তা তৌরমলে। হিদেলতবু খন্দুনা লৈ, মাবুতা নীংশিংই।

নীংবতা নত্তনা অওইবা ওইনা নোংমা থম্বালনা হূরানবগুম ভুমিন্না থোরক্তুনা হিদেল তান্না চৎখিবম্মী। কনামত্তনা উবিত্রবদি ফগনিকো হায়না মপূক্লিংদা নীংলি— অদুবু হিদেল য়োবদদি থম্বাল নীংবা কায়খরে। মুংথিল পোবোবকী অচিকপা নত্তনা হিদেল পূমহাঙ হাঙলম্মী— অদুগা মহাক্তি কদায ? থম্বাল নিঙব কায়খরে—পূম্নমক লোইত্রগা মতুং তানিঙাই লৈতবগুম, পাযত্নুা য়ান্নফম মাঙত্রবগুম মাগী থম্মোই অমমুং হকচাং চোকথরত্নুা তপ্না তপ্না অশংবা নাপী মথক্তা ফমথখী। থাজবদি থাজদে অদুবু আশাদি ত্তৌরী মহাক লাক্কনি, মহাক লাকপস্ু য়ায়। হেবা, মাগীদমকপু ঐনা······। রাহৈ খর অসি লোইবন লোইফাংত্রিঙৈদা মপি মতুম অমা অনি তাখি। করিগুম্বা মানা পাঙলগীদমক কপ্পা অদো মী উখীত্রা চিংনরত্নুা মাইকৈ মরিমক্তা কোয়েং য়েংই।

... ... ... ...

মতম কয়া হৌখরে। পূম্নমক অরায়বা থৌদোককুম খল্লকলে। চেৎনা পূক্লিংব্ পুম্লম্বা থৌরী লিপ্তুল তপ্না তপ্না কোমথোরকই। মহৌশাগুম থম্বাল অমুক হিদেল চংপা হৌরকলে। অসমানগা তৎতনা উন্নৈ, রারী কয়াস্ু শায়— অদুবু য়াম্না চেকশিন্না অপনবা কয়াগী মরক্তা, মিৎয়েং কয়াদগী থুপত্নুা। মুথৎপা কয়াদগী লাম্বোক্তুনা চাকথৎলকপা 'শুংশি-মৈচাক' থাঙবদা অরাবগী মশক্লি।

নোংমা থম্বালগী মখুৎ পায়ত্নুা অসমাননা হায়রকই "থম্বাল,

নহাক অসে করাদা নকনগ্রবনো? অহুবু দাপ্প্রেদকো ঙুংশিবী। করিগুম্বদসু ওইররোইজ্রনে?"

থম্বালনা ইকায় ঙুংশি য়াম্লনা পুমখি "খঙদে।" অহুগা শাংলবা ঙুংশা মপী অমা হোন্দুনা খঙহনখি— তাইবংপালদা পল কয়া কয়া খাগৎতুনা অরাবা মশীংদা মহেনগৎহল্লী।

মতম খরগী তুংদা থম্বালনা ঙুংশিবগী মফমদা পুম্নমক কৎথোক্লুনা হায়রকই "অসমান, ঐদি মৈতৈনি নঙগী জাৎ নত্তে অহুবু নঙগী থম্মোইগী চিদায় অমদা ঐগী মফম খজিক্তং লৈরোইদ্রা?"

"করি রানো ঙুংশিথোইবী! ঙসিতা ইনৌ নোনা। ঙসি ঐখোয় অনিগী থম্মোই তিন্নরিবা অসি করিগীনো— ঐখোয়সু মীনি— অসিদা অতোপ্পা রাথলগী মফম লৈতে।"

"ঐ অহুক য়াম্না খঙদে— ঐনা পামবদি ঙুংশিবতনি। ঐগুম্বী করিগু লৈত্রবী অমা মাঙবদি লবুক্তগী থরোই অহাম্বা অমা কায়বগুম্বনী। ঐ অমা য়াঙত্রগা মথোয়গী করি অমাঙবা লৈ?"

"মহু নংতে থম্বাল। নঙগুম্বী মণ অথোইবী অমনা সাক্ষী ওইরী মহুদি তাইবংপানদা অথোইবা পোৎশক অমতং লৈ— মহুদি তাইবং মী ওইবনি। নংবু নোংমা, ঙসি খঙম্রবসু— নোংমদি শোয়দনা খঙলকনি। থম্বাল— নঙসু মীনী।"

পুম্নমক লেঙদনা লৈরী মৈতৈ থম্বালনা পাঙল অসুমানদা ওংখিববু কনানা কয়া কুইনা নিংশিংগনি। সমত্রু ঈপাকয়াইদা পিকলবা ইথক মচা অমতং হৌবতনি।

---

মানী, হুমিং অহুম্ রাস পূর্ণিমানি। হুমজা কয়াগী তুংদা অমুক্কম্ রাস পূর্ণিমা। অনিশুবা লানজাও লোইশিনলকপা মতমদা রাস পূর্ণিমা অমা ওইখি, মহু ওসিগী রাস পূর্ণিমাগা য়াম্না খেন্নে অহুবু ওসিমু রাস পূর্ণিমানি মেয়া থা কয়াগী তুংদা। চান্দনীনা নিংশিংখি— হৌখিবা পুন্সিগী রাগী মত্তেক মত্তেক থরা।

অনিশুবা লানজাওগী মতমনি। নূপা নহা য়ামদবা ইমুং ওইবনা লাল্লক্তা শৈবা খুদোং চাক্রে থল্লহুনা মাবু পোকপা মপানা মণিপুর থাদোকখি। মাগী হুপী অনিগা মচানুপীগা পুহুনা হোজায়দা লৈবমখে লৈরগা নবদ্বীপ পাংলক্লে। লানগী শডম ফংদবা নবদ্বীপতা হুপী অতাং থনম্লগা কলিকতা অমসুং মণিপুরদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লম্লে'নবনা খুদোং চায় থল্লকলে। মীগীদমু তাংহুনা লৈনিংদে। হিক্সোল মচা অমা লৈহুনা য়ুম অম: শাহুনা থম্বীরম্মী। মতম অহুদা চান্দনীদি বিদ্যাসাগর কলেজদা তমহৌই।

## রাস পূর্ণিমা

ওসিদি, চহি অমসুং রাখল মপুং ফারবা মতমদা কনাগুম্বা থরগা লোয়নবা মাবু পোকপা মপাগী তীর্থ চৎপা ওইনা লাকপনি। হুমিং অদো রাস পূর্ণিমা ওইরম্মী। নবদ্বীপকী রাফুকপা হুমিংকী রাস পূর্ণিমানি— খ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈনি, পূম্নমক্কী হেল্লবা থাবলনি। লাকমিন্নবা পূম্নমক লাইথুরুম্বা অমসুং কুম্মৈ য়েংবা চৎনখি। চান্দনীনা মতম অমদা মখোয়গী ময়ুম ওইরম্বা য়ুমগী ওমাঙদা পোখাহুনা লৈহৌই। মহাক্তি ময়াম্না চৎপা য়াওনিংলুদে। মাগী রাস পূর্ণিমাদি মপালগী কুম্মৈ নত্তে, মাগী অচিকপা থম্মোইগী কুম্মৈনি। পুঙলবা হৈবোং মথাদা ফমহুনা রাখলগী লংলা লোল্লম্মী। উমকই— পুঙলবা উনারক্কী

থাবল মচেৎ মচেৎনা লৈমায়থক্তা চোইজায়ননা চাইথরি। নিঙশিঙলকই— অসিগুম্বী থাবলকবী সন্ধ্যা কয়াদা লৈমায়থক্তা তারিবা মশাগী মমিদু য়েংলগা মতম কয়া লেনখিবা। শাংলবা মশমগী মমিনা অঙোবা লৈমায়থক্তা লেং লেং চৎপবু য়েংজরগা কয়া কুইনা থাগৎচরম্বা। নহা ওইবী মহাক্কী মমি ওইনা তারিবা মশাগী ফজরবা শাওংবু "নারসিশস' কি মতৌগুম ওয়া ওয়া য়েংবনা মতম কয়া হৌখি।

ঙসিসু অহুগুম্বী রাস পূর্ণিমানি। পুম্নিগী সুমিৎয়ুংবা মতম ওইবনা মশাগী মচুগী মমি তাবা মতম হেন্দোকখরে। অহুবু পুক্লিংদা করিনো অমা ক্ষাওরকই। হৃমা য়েংখৎলকপদা উরক্লে লেঙ লেঙ চৎপা মুবী মনাদা থাবলগী করপূরনা ইভৌ ভৌনা তকুপ তরেংলি। মহু উক্করগা কুইনা থুপলুরবা করিগুম্বা অমবু থম্মোইগী কাচিন কোয়াদা কোয়না মাহুনা থিরুবসায়। হায়মা! মানা থিরুরিবা অসিদি অতৈ অমা ওইরমদ্রে— মহু চাওবী রাস পূর্ণিমাগী অহিং অসি ওইরমলে। ঃমুকসু হুমা নিঙশিঙই রাস পূর্ণিমা লীশিং লীশিংগী মঙাম্না লৈতেংবা চাউরবা থাজ অমগী মাইথোং। খনলকই, ইহে থাজ নঙবু ওইবে ঐনা থিরুরিবা অসিদি, নকনা লৈরম্লদা? মসিগা লোয়ননা মাইথোং থা অমসু মমি শামি ওইরম্বদগী তশেং তশে উরকই— মাগী থম্মোইগী পাউপুবা মীনোক, তয়াং তয়াংনা থাংবা খোঙথাঙ। ঐগী ওইরমাল্লে থল্লুবা মাগী রাঙাং। থল্লকই "তুর্গা নঙবু কদাইদা লৈরিগবা?"

অসিতসু নত্তনা মতম কুইপ্রবগী মমাঙদা মঙখিবা মঙ অমগী রাসু থংনিঙ নিঙশিঙলকই। হন্দক্কী মাইথোং অসিদি নোংজুথাদা চামরক হুমা চামথোকপ্রবা থাবলদা শাৎপা মল্লিকা নত্তে। শনজিঙগুম পাক্কল চাউরবা অথোবা অমগী শক্তমনি। অতবু পুম্নিগী সুঙায়-ইচেলদা তাউথরিঙৈ মতমদা নোংমা মঙখিবা সুংঙাইতবা মঙবু শ্কনানা কয়া কুইনা নিঙশিঙবগে? ঙসদি অসিগুম্বা রাস পূর্ণিমাগী অহিংনা মখোয়গী অরোইবা অহিং ওইখিবা হুমা অমুক নিঙশিঙলুই। পিকুলি-

ঙৈদগী হৌহুনা মখোই অনিনা থাজখী— পুন্সিগী লৈপুন ওইগত্রা অহুবু নিঙবা কায়রম্মী। ইকায় ইকায় হল্লোকনৈ। মহুস্মু কুইশ্রবা রানি।

মতম অমদা মথুং খঙবা খুংইগী লেফা অমা চাম্দনীনা পায়হুনা লৈরম্মী। পাক শেগাইহুনা পারমদে—মতম কুইনগী তুংদা মানা ইরকপা চিঠিনি। পারুরবদি লোইশ্রগনি মতাগুম চিঠি অহু পায়রগা মালঙদা য়েংহুনা লৈরম্মী। অনিকপা মথুং অনিনা লেফা অহু শেগাইহুনা পারুই। ইরম্মী—

থাবল ফবী,

কনাগুম্বা অমা নিঙশিঙলাকশিংবরা ?. নোংমা নবদ্বীপতা কোয়রবা লাকলম্মী কলিকতাদগী। য়াওশং সুমিত্তা। য়াউশং মৈ থাফমদা নঙনা লেপ্পুনা লৈহোই ; নঙনদি ঐবু উহোদে। নশা খর পাথনা উই কৈ-দোরে ? কুমশিদি ঐগী ফাইনেল এয়ারনি। এম, এ থারমলগা মণিপুর থোরক্লগনি। নোংমতং লাক্কে নঙবু অমুক্তং উথিগে হায়ববু করি হায়বগে ? করি থৌনানা ঐগী ইনায় অসি পুত্থনা উৎলগনি খনবা য়াই —অহুবু ঐদি করিমত্তা ইকাইদে নঙবুদি। হৌজিক্তি শেমদোকপা যাগ্রবা পুন্সিনা ঐগী ওইররে। ঐগী লুহোংবদা নঙনা তাকলকউ হাযবদো তাকথিদরে, চুমদমাপ্লে থন্দুনা, রারোগমু।

ঐনা অরোইবদা অসিমতংদি নিজগে, অমুক্তংদি নঙবু উয়গা চংচখিগে। নঙগী পাউখুম ডাইরি।

নঙগী লাইবকথিব অমা

... ... ...

চিঠি অসিনা চাম্দনীগী ইচেল লেপগ্রবা থম্মোইদা ইথক ইচাউ, হোৎনখি। মহাক্কা অসিগুম্বা খুদোংথিবা মতমদা দুর্গানা মনাক্তা চংলক্তুনা লেপ্লরে। কোন ফেংবা ঝিগী মচামুপী দুর্গানি। নোংমতমু সুংশি সুংওলগী রারী শানদে— অহুবু দুর্গাতনা মাগী পুন্সিগী রারী খঙহুনা চংখি।

... ... ... ...

"দূর্গা"

"করি হায়'গে দিদিমনি ?"

"হোরেনদি রাস পুর্ণিমা য়েংবা চৎলুসি ইবানিতা ।"

"কৈ কৈদোগে দিদিমনি। দিদিমনি নঙগী শমদা কিনবা ফিতা অমনবকা লৈবরা অমত্তা পিয়ুবা, ঐগীদি মাঙখরে।"

"লৈনি, ফিতা কিত্রবসু য়ানিদা।"

"হাইমা অহুবু হেক য়াবরা? শম পুন্দনবু কুম্মৈ য়েংবা চৎপা হৌনবরা ?"

"কুম্মৈ য়েংবা চৎপা নত্তে।"

"অহুদি কদায়দা ?"

"চৎলগা হোরেন খঙগনি।"

......গঙ্গা মপাল তম্না গঙ্গাগী লম্বীদা চৎমিন্নৈ। দূর্গানা হায় "দিদিমনি, গঙ্গা মপালদসু লাই লৈবরা ? পেরেত্তিমা য়েংববু গঙ্গাগী লম্বীদা চৎলিবা অসি করিগীনো? য়েংউ য়েংউ, মা কনামতা চৎনদে...... "

চান্দনীনা নোক্তুনা হায় "প্রতিমা লৈরমগনি দূর্গা। হোরেন উরগা খঙগনি।"

অসুম্না রারী শাহুনা চৎলো। গঙ্গা মপাল য়োরক্লে। চান্দনীনা উরকই চাউরবা থাঙ্গ অমনা গঙ্গাগী মুন-শংলবা ইয়াইদা মমি য়েংহুনা লৈরম্মী। কিনার পরেং পরেংনা ঈথক্কা জগোই শামিন্নৈ। অশোম য়াংমগী অঙৌবা লৈঙোই মথক্তা নেম-নেম হৌবা শেউরা অমসুং বাবলানা মুগুক মুগুক লেপ্লুনা লৈ। পুঙলবা শেউরা অমগী মখোঙদা মাগী প্রতিমানা লেপ্লুনা লৈরম্বা উরক্লে। খোঙনেম্বী উপাল মখোঙদা মাবু অমুক হেন্না রাংনা উরম্মী। মহাক্কী অচৌবা হকচাং কয়াৎকী মরুমদা চান্দনীনা চঙহুনা লেপলুই। দূর্গানা ঙক্কুনা য়েংই। চান্দনীনা হায়— "দূর্গা নঙ চৎলো য়াররনি।"

দূর্গানা অমুক হেন্না ঙক্লহুনা হংই "দিদিমণি নঙবু কনানা থিনবিরক্কনি ?"

"বাবু অসিগা লাকে। ঐখোয়গী দেশকী মীনি।"

নিঙবা কায়রহুনা কাজল তৈবা মমিৎ তরাউ তরাউবা অহূমা মুন্না য়েংহুনা লৈ। তপ্পা তপ্পা হন্দুনা চৎখি।

করিনা রাহোদোক ওইগনি ? অমুম্না মতম কয়া শাংনা লেনখিবা কনাসু নিঙশিঙবা থোকখিদে। অসিমতং নিঙশিঙলি ঙসিসু—ভইং ভইংবা থাবলগী মঙালদা চান্দনীগী মমায়দা য়ৈখিবা অহূ। প্রতিমামা চান্দনীদা হন্না য়েংলগা হায়রকই "ইস নংদি অমুক কা হেন্না ফজরম্রেনা।"

পুন্নমক লোইখরে। অমম্বা মাঙ্গোলদা মতোমতা চান্দনীনা হিপ্পুনা লৈরম্মী। ওইররোইদোবা রাখল কয়াগী দলানবু শাগৎহুনা অমসুং থুগাইহুনা শান্নরম্মী। মতম অসিদা কনানো অমনা চংলক্তুনা ফমলবা মখোল তায়। মহূ দূর্গানি।

হায়রকই "দিদিমণি, নাররবরা ? হৌজিকপু ভুমলবদে ?"

মতম অহূদা চান্দনীনা রা শাংনা ঙাঙবগী পাঙ্গল লৈরমদে। ভেন্না থুমলকই "হুঁঃ নাদে।"

"খোঙ নম্বিয়ুরা ? ঙসিসে য়াম্নসু ওল্লাঙখরে দিদিমণি।"

"উম"

দূর্গানা কাঙখল হায়গন্তুনা চংলগা মাগী মখোঙ নম্বীরকই। মামা চংলকপদা কোল্লিক রায়রম শেংলুবগী মনম ফাওরকই। চান্দনীনা হংলকই "দূর্গা করিগীনো নঙনা হৃদাং লাকলিবদি ? নমাদি কৈদোরে ?"

"ইমাদি চেঙ লৈরমদহুনা মাগী চুকান্দগী চেঙ রানবা চৎখি। অহুনা ঐ লাক্লিবনি। ঙাইশাক লৈরগা অমুক হায়রকই "দিদিমণি।"

"করি হায়বগে দূর্গা ?"

"নহালগী বাবু অহূ কনানো ?"

"কনাস্থ নত্তে।"

দুর্গা মখা তাখিদে।

ইরুজবা কারক্তুনা শাংলবা মশম হাত্তুনা নোংমা চান্দনীনা স্থুংশেল মনাক্তা লেপলরে। স্থুংশেলদা মমি য়েংলগা নোকফেৎ তৌহুনা শোল্লমই "নঙনা মায়থীবা অসিদি অঙকপনি। মাবুস্থ ঐ শাওদে— কনাবুস্থ শাউদে।"

"দিদিমণি— ই —।"

"উঃ" খংহুনা হন্না য়েংই।

মথুং অনি অহু ইমুংদা থন্নগা মশানা থোংজিল মপান্দা, দুর্গা ফমহুনা লৈরম্মী। হায়রকই "দিদিমণি রা অমা লৈ।"

দূর্গা ওসিদি মায়থোঙ লাংশিন্না উই। অতোনবা জাৎ ওইবনা কনাগীস্থ ইমুংদা চংহন্দে, মপালগী থবক্তা তৌহল্লম্মী। চান্দনীতনদি মী উদবা মতমদা লোন্না লোন্না মাবু ইমুংদা পুশিল্লী। অউবা মীনা য়ান্না শাউনবস্থ য়াউই। মপানা কলিকতাদগী লাকপা মতমদা নহাক্স্থ কেশব ঘোষনা তম্মী 'বাবু দিদিমণিদা থরা হায়রম্মু অতোনবা জাৎকী মীবু পংতিন তিন্নবা ফত্তে। দিদিমণিদি দূর্গানা শোকপা ঈশিংনস্থ ইরুজে......। অহুবু চান্দনীনা থোইনা খল্লুদে, মপাস্থ থোইনা ৱাচাউ ওইনা লৌখিদে। থুরক্কা ঈনা লাই শাবা হায়বা অসে তাইবংপালগী হৌনশা ওইরমাল্লে। দূর্গাবু মাংই হায়বা অসে চান্দনীগী থম্মোইদা থক য়ানিংলমদে।

"ইমুঙ চংলকউ দূর্গা।"

"কনাস্থ লৈতরা দিদিমণি?"

"লৈত্তে, লাকউনে" অসি হায়রগা ইমুংদা চিংশিনবী।

মাইথোং লাংশিনবা স্থমিৎ অহু অমুক হেন্না মাবু ফজনা উখি। হাকুম দুর্গা পূজাদা চান্দনীনা পীবা শাড়ী মপান অমুবা চনবা অহু শৈংলি। লেমহোবা ফিজিনা মথ্‌্রাংদা চেংনা লাকশিনবা মরমনা মাপী পোমশাৎনবা থবাক্কী মওং লাকপা ওম্মী। স্থুমিৎ লিৎতে, কৈদৌ-

থৌরম লিংগে। করিগুম্বা মতমদা অতৌবা থবাকী মমি, শাপ্পী মপালগী অমুবা পল লানথোরকই—। কৌতক শেংপা শাড়ীনা মাগী কক্সবা খুবোমগী মওং লাকপা ওমই। মশাপাবী তুলসী পুংদা থাবী কুম্দালৈ নত্তে—মশা ঈংপা ওখ্রী লৈপালদা হোৌবী কেভুকীনী। শকী কৈথেলদা লৈমশিজ তাম্নবা পুথোকপদি য়াদে— অছুবু উমংগী লাইরেনবীনি।

অইওবা লৈমায়থক্তা তাশিন খোমজিন্না কমলগা হায়রকই "দিদিমণি ঐগী উপায় অমত্তা তৌবিয়ুবা?"

"চান্দনীনা নোক্তুনা হায় "করিনো, লমন শিংলো হায়রবরা?"

নহালগী য়া অছু নিওশিওই। মাদি কাউখ্রমাল্লে। হায়রকই "দিদি-মণি করিগী লমন? নচেং চাহুনা লৈবা ঐখোয়দবু নওনা করি লমন শিওগনি? মতুগী নত্তে। ঐগী অরাবা অমা তারে, চিঠি অমত্তা ইবিয়ু।

"মুশিবদা ইবা চিঠিকা'দি নত্তেকো? অছু ওইরবদি ঐ হৈজলাকচ-রোই। দরখাস্ত ওইরবদি ইবা হৈগনি।"

ফাগী অসি ভাব তারবরা খওদে, মমাই ভাংতক তৌরছুনা খুমলকই "মানী, মুংশিবদনি, দরখাস্তগী মরোলস্তু য়াউরী।"

"ইস, চিঠি অমদবু মরোল অনি থোকপা। ফৈ ইগে কনাদনো?"

অমুক কোয়েং য়েংলগা লোল্লপ্পা হায়রকই— "রারী কোম্না শাগে দিদিমণি। মী ভাইছুনা লৈহৌরী মানা পুথিগদৌবনী। হাপ্না ইবিথো।

মানা হায়রগা চান্দনীনা ইবি।

শ্রীচরণ কমলেষু,

ননাই মুপীবু নথুয়াদা থম্বীয়ু। কাউবিগে হায়না নীওবা মুমিত্তা থ্য়ারদগী তোল্লবী অমবু হাংপা পাপ পুবিয়ু। নহাল হায়নবা মুমিং অছু হৌজিক চপ চানা থোকলরে। বলাই জেলদগী থোরকলে, ওসি চয়োলমুক ফারে। ঐনা পাউ অসি পিজগে হায়ছুনা কোইথি থিজবদা মেনেজরগা শং য়েংবা কলিকতাদা লেওখী হায়। বলাইনা ঐখোয়গী

য়াঁ অসে লোইনা তারে। জেলদগী চাক তুমক্তিভৈদা সুবল মমাজা তম্বা ওইরমাম্লে। থঙবিরিবা- অহুনি চন্দালতুপী অসিদি ঐবু তুভাইত-তুনা লৈরীবনি। মচান্নুপী শকথীবীদো ইবুঙোদা কৎচনিঙবনি। কান্নদে, মীগী মরা ঙাংনতুনা। বলাই মৈ হোরে শাউবনা। য়ুমদা লাক্তুনা ইমা ইচাবু হাৎকনী হায়রম্মী হায়। মাদি মী হাৎপনীদো; পংহায় হায়বনি হায়না লোবদি চুমদে। ঐদি য়ারিবমথে মাগা উম্নদনবা অমদা অমদা লোক্তুনা লৈরী। অতুগা অসিমসু থঙবীয়, ননাই সুপীদি শিবা কিজদে অতুবু বলাইগী মথুঙদি শিজনিংদে— হয়ানবগী মথুক্তদদি শিহনবিগনু। শিবা তারবসু ইমাইবেম্মা গঙ্গা য়াম্না মন্না লৈরী। ইবুঙো ঐবু কাউথোকপীগদৌরীবরা? থঙজৈ অতোনবা জাৎনি হায়বা। অতবু থঙনা থঙনা ঐবু আশা পীবীবদায়? ঐবু কলবিবা মতম ওইরে। ঐবু বলাইগী মফমদা হনজিনবিগনু। অরেপ্পা অমা তাকপীয়ু ঐনা থোকপা অমা তৌজখিগে। ইতি—

ননাই সুপী—
দুর্গাদাসী দেবী

চান্দনীগী ঙকপদা থেংখরে। অসিগুম্বী মহয়া বনপ্পী লৈরাংনা কদায়দগী অম্নুক য়াম্বা য়া অসি হৈরুরিবা! অঙকপনি। থম্মোইগী লোন্দী তোঙাল্লী, তমজবসু মী পম্নমক লোম্না ঙম্মী।

… … … …

ইংশোক ১৯৭১ গী অচৌবা চাক তাংবা মতমদা কেষ্টদাসীনা মচান্নুপী দুর্গা পুদুনা নবদ্বীপতা লাকপনি। রাণাঘাট ময়াদা লৈবা করিনো লরায় অমদা মথোয়গী ময়ুমনি হায়। অতুবু ময়ুম থাদোকপা তাখি। তীর্থ মফম ওইবনা নিবা থোৎপা থিৎ মফংই। মথোয়তসু মস্তে, মতম অতুদা লরায়গী মী অয়াম্বা মানা মানা থোকপা লরায় থাদোক্তুনা সহর তয়া হাইগৎনৈ। চৌবনতা পীয়বসু মতম অদো খি

চাকয় লায়না ফংবৈ। হুইগা মীগী লুখাককোমদগী চাক য়ুম্নবগী রাঙ্গী ফাওবা তাবা ফংখী। মতোমগদি নঙবনিনা কেষ্টদাসীগী রাবদা পন-থেংথরে। মচাবু মীগীদা করমনস্থু থবক নোম্বা থাগনী। মতোমতা শুবনা, নিবনা মমা মচাগী মচিঙ্গাক পুবা রারক্লে। বলাইদি মতম অহৃদস্থু করিগু অরাংপা লৈতে। মোংমা অহিং অমা মাঙলুরগা হায় "সে ইনে, অসিবু লৈরবদি দূর্গা চরা হেল্লরোই। থাওদি হয়েং নোংমা পুবিরক্কে। ঙরাং চম্প্রাগা থুমগা পীরম্বদায় মচু তোণ্ডুনা চারো...... চংলগে হয়েং ঙা মচা অমা ফংবরা থিবিরক্কে।" অসুম্না থাঙ্গৈশেংবমক বলাইনা থাক্তুনা হিংবনি। থোইনা শুরু চংলুত্রবস্থু য়ারম্মী। চাক তাঙবগী অরাবস্থু লেল্লকলে। মরক মরক্তা থা অমা অনি বলাই হেক হেক মাঙলুই। মতম অত্থুদা মমা মচাগী অম্বাবদি করি হায়রগনি। অত্থুবু অমুক থোরক্লগা হান্নগী মতৌগুম থাকপীরকই—অরাবা থঙহনদে। দূর্গাদি হেক উবদগী বলাইবু কয়া মহৈনদে। নোংমা লোম্লা মমাদা হায় "ইমা, পংহেন হেনজিম্না তিম্নগুমসি, হুয়ানবনিদো মচিং লাকপা শুমিত্তা ঐখোয়বু করি তৌবিরমগনি হায়বা ঙমদে।" অত্থুবু অরেম্বা পাম্বী মমানা থোইনা রা ওইনা লৌখিদে। হৌজিক্তি বলাইবা মখোয়গী বিধাতানি, 'বলাই বাবা লৈত্রবদি ঐখোয়দি মাঙলেদবা', মচাদা থেমজিল্লি।

মতম অদো দূর্গা লৈশাবী পুংকক ফারক্লে। মমানা কয়া চখোক-হন্দে, অত্থুক গঙ্গা চংপা মতমদা চংমিন্নবা নঙনা।

নোংমদি অয়ুক তাল্লক্তা বলাইনা লাক্তুনা হায়রে "ইনে, ঙসিদি দূর্গা সিনেমা য়েংবা পুবিগে নখোয়গী নমৌ মুপীস্থু চংকনি।"

দূর্গানা হরাওনা হায় "ইনম্মস্থু চংকনী হায়বা বলাইদা, ফরেদা ইমা ঐস্থু চংকেবা।"

কেষ্টদাসী কয়াদি য়ানিংদে। লৈশাবীনিদো পংচং চখোকপা ফত্তে অত্থুবু বলাইনা হায়রী করম্মা য়াদনি। বলাইনা মখোয়বু শাউবা

ফুরবি। দূর্গাগী মুহোংবদা শেল কোকথোঙ অমা চঙগদৌরি পোৎনি বলাই নতন্না কনানা পীবিগনি ?

বলাইনা চৎলমদাইদা হায় "ও দূর্গা, থৌরাং লোইরম্মুকো সেকেঙ লোদা চৎসি "

গঙ্গাগী অচিকপা লম্বী মচা অমা অরাং পাংনা সহর তম্না হায়গৎখ্রি। ক্রক ক্রক ইন্নরা হোবা রাপম্না উপথবা মরম্না নোংচুপলোমদগী মঙাল ইকং ফংদে। নোংপোকলোমদা গঙ্গাগা তাইনবা অদোমদদি লম অহাঙবা মতেক মতেক লৈ। অমুক গঙ্গাগী খোঙনুঙ তাগ্রবদি থর অমুক শেংলক্লে। কবি কবিগুম্বদা, মতোমতা চৎপা কনাগুম্বনা লমহুই মরাম শামহুনা লৈরম্মু উরুবা য়াওই। হায়েনা ফাওবা লৈ হায়নৈ অহুবু কনাম্মু থেংনবদি য়াওদে। লম্বীগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা হেক লম্বী মরাদা বৈষ্ণবশিংগী আঁথরা মচা মচা অমা অনি অহুক লৈবম্মু য়াওই, মুমম্মু অমা অনি রাপল মনুংদা চংশিন চংশিলনা তাবা উই। মহুবু অয়াম্বা লম্বোইবা লম্বোইবী শিংগী ওইনা তৌই। য়ুম পানবা ইমুঙ কয়া তাদে লমদাংদো। সহর য়োৌবগীদি অসিনা অশম্বা লম্বীনি।

বলাইনা মাঙ থাই দূর্গানা তুংদা চৎলি। অমম অঙাল শিম্নগ্গহুনা অশুকপা রারক্তগী থাংমৈ অমমম অনি অনি চুথংলকপা হোরক্লে। দূর্গা মতু চুংই। মসিগী লম্বী অসিদা মতম অসিদা অমুক্তা চঙরী।

হংলকই "বলাইদা, ইনম্মহু কদাইদা লৈরমগদগে, নংনা লম্বী অসোমদা চৎলিবা অসিবো ?"

"মাদি ঙসাইনা মরুপ অমা হোবা চৎগ্রবনি থর চৎলগা লৈরমগনি, লাক্ত লাকউবা "

মোরাঘাট ( পোৎলোইফম ) মপা য়োৌরক্লে। গঙ্গা চাউরম্নগা পিকথখিবগী লৈহাও ফবা তোর্বানগী লৈঙোই লৈনাঙ মরক্তা উরিক-শিবিনা লেপ থুম্না কুংনা হোরম্মী। গঙ্গা য়াম্না লাপথোক্লে, তুরেল খোংহুঙদা অপীকপা খোঙ লম্বী অমা গঙ্গা পাংনা হায়থগ্রি। মোরাঘাট ওইবনা মী কয়া চৎনদে— হিদেন অসুদা কনাম্মু ইরুজনদে। বলাইনা

হাঁয় "দূর্গা ঘাটলোমদা ঐগী ইতুং ইন্নকউ। মী অমা উরগদৌবা লৈ কুইরোই।"

"বলাইদা, ঐ সড়ক্তা অসুম লৈরমগে নং উনরুচো।"

"হাই অঙাউবী, মীনা উরগা করি হায়গনি। লৈশাবীনা সড়ক্তা নত্তোমত্তা লৈবা হৌনবরা ? ঐ কুইরোই। লাকও চৎসি……"

দূর্গা চিংনরপ তৌই। অহুবু থাহুনা শুমহৎলবা মীগী মতৌশুম বলাইগী মতুং ইন্দুনা ঘাটকী লম্বীরোমদা চথখি। বলাইনা টোর্চ-লাইট পায়হুনা মাঙ থায়।

খরা চৎলগা তুংদা উরিকশিবি মরক্তা দূর্গাহু তাপ পায়হুনা চিঙ-শিনখি। দূর্গা লাউবা কাউবা ঙমখিদে— লাউরবসু কনানা তাগনি ? ঘাটতা মী লৈবা মতম ন । লৈরবসু পোৎলোইবা মতমদা মঙা তরা অহুক তীনবনী। খর হা মক্কম অমদা চঙলবা তুংদা বলাইনা ফুরিংখাওদগী মৈথেৎ পুথোক্তুনা লৈপাক্কী থাংমৈ অমা চুখৎলে। দূর্গানা উরে কনাগুম্বা অমনা পূজাগী মপোৎ লাওহুনা থনম্মী। দেবী পূজাগী পোৎলমনী। দূর্গানা ঙক্তুনা হংই "দাদা, করিনো তৌরিবা ময়াম অসিদে ?"

"তুমিন লৈয়, ইমাগী পূজাগীদমকনী।"

"মক্কম অসিদা ঐবুদি করিগী— ঐ চৎলগে।"

থাংমৈ মঙালদা অরংবা মমিৎ অনিহুনা দূর্গাদা মুননা য়েংলগা হায়রকই "নঙবু নি ঐনা পূজা তৌগদৌরিবা অসি।" অসি হায়রগা অশোংবা নারক্তগী থাং অমা পুথোক্তুনা উৎলি। দূর্গা মিহুন য়াও-খিদরে বলিগী য়া নিংশিংই। খুমুখরংগী মমাংদা সেনদাং মচাগী পাম্লমশুম থক থক নিকখি। বলাইনা দূর্গাগী মথুদাং পায়হুনা হায়রকই "কিগম্মু দূর্গা ঙসি নহাক ঐগী ইমানি। নঙবু পূজা তৌরগা ঙসি ঐনা নিংবা থুংবা মুমিৎনি। য়াম্না কুইরে মুমিৎ অসিবু ঐনা ঙাইরক-লিবা……।"

"বলাইদা, করিনো নঙনা হায়রিবা অসিবো, ঐ ভাব তাবা ঙমদে।"

"ভাব তাগদোবা ওহাক্ত ওায়রে। সে ঐনা হায়বা য়াউ। য়াব্রবদি উরেদনা, সে নকি লোথোকউ—।" অসি হায়রগা মশাদগী শাড়ী অমসুং ফুরিৎ অমমম লোথোকপী। দুর্গানা য়াবা নত্তন' তোকম খঙলমদে। কপ্প ফাউবা কপলমদে। বলাইনা চরাম্নরবা শাগী মতৌগুম মাবু য়েংহনা লৈরী। থাং অত্ মঙোন্দা পীরগা "থাং অসি পায়রগা ঐগী ইথক্তা লেপ্প্।" অসি হায়রগা মশামকস্থ মকি লোথোক্তনা লৈমায়থক্তা হিপথথরে।

দুর্গাবু মক্নিমরোল, মশম মনানা চিংবা শেমজিনবিবা লোইরবা তুংদা বলাইনা হায় "সে কপকস্থ দুর্গা চৎসী য়ুমদা।"

মসিগী তুংদা থা কয়ামরুম হৌথরে। মমানা খঙনা অমসুং খঙদনা বলাইনা ইতৎ তত্তনা দুর্গাবু পুথোকখি। দুর্গাবু শেৎপা চাবা মনিং থুং-হল্লি। দুর্গা থোইনা য়াবস্থ তৌদে, য়াদবস্থ তৌদে। ফীভম অসে তঙায়-কদবা ওইনা লোরক্লে। মপুক্নিংদা খল্লকই— অমহানি অমুক মাঙঙ্কবুদা পোৎ অত্ অনিরক মাঙবস্থ অমহানি।

বলাই লাকখিদরে; করিনো অচোবা কেশ অমগী জেলদা চংখরে হায়। হন্দক্তি ফন কুইনা লৈরগনি। দুর্গা পুক্নিংদা হরাউবস্থ তৌদে, নুংঙাইত্তবস্থ পোক্তে। মানা জেল চংখিবা অসে মঙোন্দা পোথাবা ওইনা থোকই। মাগী তাঙলবা থম্মোইদা অরা অনা কয়া ফাউরমদে— হৌজিক্তি-কনানা থাকপীগনি খল্লুরগা অরাবা মঙায়রে।

গুনিংদবী মমাস্থ গুঠ্না চাবা তারকই। মতম অসিদা লৈকায় অসিদা খুৎনা শাবা ফিগী কারখানা অচোবা অমা হৌরকই মৈতৈ ময়াং পুন্নুবো।

মপালদগী তাঁতি কয়া ফি শাবা লাকই। নুপী কয়া কয়া লং-চাক চাকহল্লী। দুর্গাস্থ লংচাক চাকই— মমাস্থ থবক হল্লকপগা লংচাক চাকপা য়াউই।

মতম অসিদা ওস্নোকপা অমা দুর্গাগী পুক্নিদা থোকথ্রে! মতম অসি-দগী মাগা শিবুগা খঙনবা' শিবু তাঁতি শ্রীরামপুরদগীনি। য়াম্না কেজৈ

মৌজে, রাহৈ রাতা হৈবা শিবুনা লুজী অশংবা অমা শেত্তুনা য়াম্না লুমা হেননা লৈজে। নোংমতা মকোক ফাবা উদে— অখোইবা মশম অহু থাওনা ঈরং লংই। করিগুম্বা মতমদা দুর্গানা লংচাক থিনবা চৎপদা ফজবা রাহৈ মভা তরানা ফাগি তোরকই। মহুদা লুপলুরে— শিবুবু খুংশিরুরে।

······চান্দনীনা হায় "দুর্গা শিবুনা নঙবু লোগে হায়রবরনে?"

দুর্গা মমায় ভাঙই, খুমলকই "দিদিমণি মাদি হায়দনতা লৈরিবনি। ঐনদি জাত তোনবনিনা অসুম চিংনহুনা লৈবনি। মাদি য়াম্না ইকাই-থি। ময়াম্বা অমতং লৈ মানবু য়ারবাদ শোয়দনা লুহোংগনি হায়।"

"ময়াম্বদদি হায়রে হায়বরা?"

"হায়গনি হায়বনি খঙদে। কুইরে ঐগসু উনদবা অহুননি ঐমা অমুক্তং মাগা উননিংবা অসি। বলাইনা অসুক য়াম্না থুনা থোরকনি হায়বসু থাজরুদে। হৌজিক বলাইনা ঐবু কোইথি থিহুনা লৈরী। ঐ য়ুমদা লৈতে, মীগীদা লোত্তুনা লৈ। বলাইনা ঐবু শানপোৎ ওইবা অসে ঐ অমুক পামজে। দিদিমণি, ঐবু তুকচমুকো। শিবুনবু অসুক য়াম্না ঐবু আশা পিরম্লগা চেনখিত্রনে?"

চান্দনীনা খুংশা মপী হোন্দুনা হায় "খংদেদে। দুর্গা।"

"দিদিমণি ঐ রা অমা হায়গে নঙ য়াগদ্রা?"

"করিনো?"

"শিবুগা শোয়দনা ঐগা উনগনি। মাদি ঐভোন্দা ওইদবা রা খক হায়দে। ঐ নোংমা পুরকে নঙ অমুক্তা হায়বিয়ু। নঙবুদি মানা য়াম্না থাগৎলি। মণিপুরী ওইরসু নঙগুম্বী লোশিং শিংবী মুপী লৈতে হায়। নঙবুদি মানা য়াম্না ভক্তি তৌই।"

চান্দনীনা খুমথি "মানবু ঐনা হায়বা য়াগত্রনে? কৈ নোংমা কৌরকউ ঐ হায়হুনা য়েংগে। মানবু করি হায়বগেনে? অসিদা ঐগী হায়ফমদি করিসু লৈতবনি— নঙগা মাগা য়ানরগা লোইরে।"

"কৈগুবুদি হায়দেয়ে। অহুদা নঙগা মাগা ভাঙনরগা ফৈদনা ঐগীদি কনা লৈ? ইমা হায়রা বলাইগী মীচংনি।"

……নোংমা সন্ধ্যাদা দূর্গানা চান্দনীদা হায়রৈ— "দিদিমণি শিবু লাক্লে। খিড়কি রাংমদা লৈহৌই চংসি রাদে।"

"লাকও চংসি" অসি হায়রগা ম'খায় অনি থোকমিম্মৈ। শিবু লেপ্তুনা লৈরম্মী। শড়কী থাওমৈ মঙালদা চান্দনীনা মাবু উবা ফংই। মশক ফনা ফজে। যাত্রা দলগী হুপী শাবীগী শকওংনি। চান্দনী উবদা মখুৎ লোয়হুনা খুরুম্মী।

"অজ্ঞা"

"নঙ শিবুরা?"

"মানী, ঐবু কৌবিবরা দিদিমণি?"

"কৌই শিবু—। নঙ দূর্গাগী মরমদা কৈদৌবিদৌরি? মাবু নঙনা লৌবদা করি চিংনবা লৈ?"

"দিদিমণি করিগীদি চিংনরুনি। অহুদা দাদানা য়াত্রবদি—ই —হায়ত্রনে দূর্গা নঙোন্দসু ঐনা দাদানা য়াত্রবদি লুই হায়হুনা। য়ানবা ভাংনগে ভৌর্জরি। ঐনদি পাক পাক থবক থাদোক্তুনা চৎপ য়াদবনিনা… … … ।"

চান্দনীনা খোইদৌ শাউগৎলহুনা হায়রকই—

"করিনো নঙনা পামলিবা, অওইবা হেক্তা হায়নসিবা। হৌজিক্তি হুপীমচা অসিগী পুন্সি অসি য়ামনা অরুবা মতাংদা লৈরে। মাদি নঙগী আশাদা হিংলি।"

"দিদিমণি ঐদি বলাইগী রাদি করিমক্তা খঙজদে মানসু হায়দবনি।"

দূর্গানা হায়রকই "বাঃ হায়বহুদি।"

"হায়নে অহুবু নঙগা মাগা অসুক য়ামনা হেনজিমৈ হায়বদি হায়দেনা ঐসু পাউ লোইনা ভারে।"

"ইস ঐবু বলাইদা লৈরববনে? মানা পামজববু ঐনরা? ঐ মাগী মরমদা রারী শাখিনা শিবুদা, ঐ কৈন্নু লোৎখিদেনা—মানা নমহুনা চঙজরকপনি।"

চান্দনীনা রা ভেনশিন্দুনা হায়, "ভাইখো শিবু রা হায়গে ভাও। নঙবু দুর্গা অসি লৌবা ঙমলোইদ্রনে? মাগী ময়াল করি লৈ। সুপানা কোন্দবা ইমুংদদি অসিগুম্বা অসি থোকপা ঙাক্তনি। নঙনা সুপানি, মাদি অপঙবনি—মাবু লৌবীযু। ঙম্রোইদ্রনে?"

"করিবুদি ঙমদনি দিদিমণি। নহাল মখৈসু হায়হুনা লৈরিবনি হায়দ্রনে দুর্গা। অহুদা দাদাগী হুকুম অমত্তং য়াওদ্রবদি··· ···।"

চান্দনীদো থ্রি থ্রি পাখৎখরে: শিবুগী মথক্তায়দা খুপাক্লা থাজননিংবা অমা পোকলকই। পুক্নিং ফাজিন্দুনা হায়রকই, "খঙলে শিবু চৎলো। নংগী দাদাগী হুকুম লৌরুনবা তৌ। নখোয়গী লুহোংবগী খরচ ঐনা পীগনি লাকও দুর্গা চংলশি।"

দুর্গানা তপ্না হায়বকই "দিদিমণি ঐদি শিবু দদাগা হনম্নিদ্রগে।"

"উম চৎলো।" মপুক্নিংদদি চৎলো অপংবী, পংময়সু পংইকো অসি থল্লগা ইমুংদা চংখ্রে।

মসিগী তুংদা দুর্গা কয়া তোয়না লাকখিদ্রে। লাকলবসু য়াম্না চীঙ লেমই হাম্নগী মতৌগুম নোক থেদে। চান্দনীসু নহালগী রা অহু হোদোক্তে। শিবুনা করি হায়রিবা, বলাইনা করি তৌরিবা করিমতা খঙনিংবা পোকখিদে। মানা মানা থোকপা তৌজবা হায়বহুনি মীগীদমক কোক শাহুনা করি কাম্নগনি খঙ্বা শায়। অহুবু দুর্গাগীদমক থরায় রাবদি তোকপা ঙমখিদে।

··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ···

সুমিৎ অহু রাসপূর্ণিমানি। সড়ক্তা প্রতিমা ময়াম পরম্মাভলাদা পুবগী পুং শেল কাংশিগী মখোলনা ইনিল নিল্লম্মী। চান্দনীদি ময়ামগী ঈরাং অসি য়াওরুদে। মাগী কাহুদা লাইরিক তৌহুনা লৈ।

কুমসি মাগী অয়োইবা পরীক্ষ'নি। মমা মপানা মণিপুরদা থোক্নদোববু মাগী পরীক্ষাদা লোইবা ভাইহুনা লৈবনি।

কনানো অমনা থোংনাওদগী কৌরকই 'দিদিমণি—ই'

"হায়মা, দূর্গা নওদি কুম্মৈ য়েংবা চৎতরা?"

"দিদিমণি থোঙ অমুক্তা হাংদোকউবা ঐ অমুক্তা চংলক্কে, নথোঙ শোক্ত্না অমুক্তা থুরুমজগে।" খোনথোক অদো অকপ্পগী খোম্মোল্লী।

থোঙ হাংদোক্ত্না হায়রকই "করি তৌরবগে দূর্গা? কদায়দা চৎকদৌরিবনো ময়োম অসিনা করিগীনো?

দূর্গা থুমলক্কে। থাবল মঙাল খজিক্তং ফংবা মাঙ্গোলদা মমা মচা লেপ্তুনা লৈরম্মী। রাসপূর্ণিমাগী থাবলনা তাইবংপাল ইলং লংশ্রে। অহুবু মখোয়দি অমম্বা কাচিন্দা লেপলমই। মমানা হায়রকই "দিদিমণি, বলাইনা ইমা ইচা লৈবা য়াদরে। দূর্গা অসি য়ানাঘাটতা ঐখোয়গী মরি মতা অমা লৈ মাগীদা থাগ্রগে। ঙসি কুম্মৈগী মীয়াম তিনবা অসিদা মানা চৎখিবদা বলাইনা উদবা য়াই। হৌজিকসু থাঙ পাইহুনা কোইশং শংহুনা লৈরী হায়, কয়া কুইনা লোৎকনি? অমুক করি হায়গনি দিদিমণি মাগী ঐগী ইরাইবকননি চৎগ্রসনু।"

চান্দনীগী শাওনিংবদা লোইখ্রে। মাগী মরাইবক অহুবু ফাহুনা দণ্ডি তৌনিংলকই। হায়রকই "নওদি চৎলোইগ্রা কেষ্টদাসী?"

"চৎলোই দিদিমণি। ঐসু য়াউনা লৈতবা উরবদি মানা য়াম্না চিংনগনি খর লৈরগা চৎকে।"

"কেষ্টদাসী, মখোয়গীদমক নখোইগী লৈকাইগী মীনা করিমতা তৌবিরোইদ্রা? করি মতৌনো অসিবো?"

"কনাদা হায়রক্নি দিদিমণি কনানা করি তৌবিনি? দিদিমণি চেকপলগী খিড়কি অসি অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। মখোয়বু মপা অসিদা ভাইরম্মু হায়রম্মী।"

চান্দনীগী থম্মোয়দা নিংঙমদবগা, লমন শিংনিঙবগনা থাঙবা রাখি। খুদক্তা অন্নাবগী নোংহৌনা মাগী থম্মোই অহু কুপশ্রে। অমুকসু

অরোইবা রাসপূর্ণিমাগী অহিং ! ওন্থোকপনি। দূর্গানা চংশিল্লক্তুম্ব চান্দনীগী মখোঙ শোক্তনা থুরুম্লগা কপ্তুনা হায়রকই—দিদিমণি ঐবু কাউহুকো ।"

চান্দনীনা কপ্পা কপ্পা খাংলহুনা হায় "দূর্গা ঙাইখো।" ইমুং চংলুরগা খোরক্তুনা লুপা মঙা মথুত্তা পীরগা হায়রকই "সে দূর্গা য়াম্বদি য়ামদে নঙগী নত্তেঙ ওইনরু। য়োরবা তুংদা চিঠি পিরকউকো।"

দূর্গানা মপী তৈথোক্তুনা হায়রকই "দিদিমণি নঙ লুহোংগদোরে হায় চুমব্রা ? ঐদি উররোইদো। নখোয়গী দেশ চৎলগা হোংগনি হায়না তায়।"

"উম চুম্মী দূর্গা, রাৎলিদা।"

"নহালগী বাবু অহুরা বরদি।"

"নত্তেদা। লাকও থিনদোকপিরগে ; ঠিকানা ভাবলকউকো।" লোয়নহুনা থোকমিন্নৈ। থোঙ রাংমদা মুপা অনিখক লেপ্তুনা লৈরম্মী। অমুক হন্না দূর্গানা চৎলেকো অসি হায়রগা মীয়ামগী সমত্রদা তিনখি।

চান্দনীনা লেপ্তুনা য়েংহৌই। ... ..মাগী ......থম্মোইনা কপহৌই – দূর্গা......দূর্গা......

নোংজু থাগী অহিং অমদা, চাং নাইনা চুম্রবা নোংগী মখোলনা শুমহৎনা ইমুং অহুগী মপু মনাইশিং অঙাংমচাশিং লোইনা তুমখুন হুনবা মতমনি। শুমিৎ অদো প্রকৃতিগী ঙাওজবদা মহানি। নোকপদগী চিংখৎপা ঙমজদ্রে, কনাগীশু খল্লুদে। অরাবা শুঙাইবা মঙোন্দদি অমত্তরা ?

মনিং কাম্নী কাচিন অমদা মোৎলবা ফমুং অমদা খ্বাইদগী ভোম্লবী শুপী অমদি মতোমতা ফরৎ ফরৎ হাইহনা অনাবা খাঙলি। মাগী মিরবা খোঞ্জেলনা অনাবগী মৈচাক খাঙবা অদো মহোৎশা লাইরেম্বীগী শুঙাইবগী খোঞ্জেল—ইথক্লা নমহৎখি···কনানবু তাবিগনি ?

---

# নঙগা উনরমদ্রবদি

---

থম্মোই ফুকপা মুংশা মপী অমগা লোয়ননা শোল্লকই—"ওন-থোকপনি শুপা, নঙগা উনরমদ্রবদি—ঐবু অসুক রারোইদৌবনিদকো।"

অত্তদগী নিঙশিঙলকলে মাগী হৌখিবা পুন্সিগী অধ্যায়। অসিগুম্বা শুংদাংরাই অমনি। শুমিৎনা ময়ুম হেক চঙখিবগা নোংমু হরাও হরাও হেক থোরকই। নোং তানা তানা মচাগী ভামোক লৈবা কোনথোং ফম্বীগী পোৎকম তাম্না থোরকই। মশাদা মফি রাওদে, থুদৈ অঙাংবা অমা মকোক্তা কুপ্পী। লরায়গী লম্বেলগা ওইবনে, নোংজু থাগা ওইশিল্লে লৈখোমশু মহা ওইনা থোকথরে।

ক্রিং ক্রিং······ ..

'হায়মা, গাড়ী অমা লাকলে' থৈদোকচৈ। মানা থৈদোকপগা গাড়ী অহুশু থৈদোকই। অসুম তোনা থৈদোক থৈজিল তোনরে। শুপা অদো ছাটিনগা করিগা হাইথহনা তুখরে। থম্মো'সংবীশু ইকায়হনা

'ইমাইপেন্মা তকলমগনিদা' হায়রগা নোক্তুনা পোৎক্মদা চঙহৃনা "পাই অমগী অসি কয়া তৌই ?" হায়ছনা পোৎ লৈবদা পুক্সিং চঙখি ।

গাড়ীদগী তাবা মুপা অহৃনা অচোৎপা ফিনা কুপ মাগী নিংথিজবা, মপুং ফারবা হকচাং অহৃদা হাইফেৎ য়েংলমলগা গাড়ী তোংথৎহৃনা চৎখ্রে ।

চহি অনিরোম শুরকলে থরোশংবীনা খাইনরক্তুনা মচামুপা চহী মঙারোম শুবা অমগা পুরক্তুনা মবুংগী মনাক্তা লৈবা। মী য়ামদবা ইমুংনি। মমা অতোনবীগা, মনাও লৈশাবী মচা অমগা মমা মচা মখোয় মরি লৈ। মবুংবুদি মী ওইনা থারুবা য়াদ্রে, মতম অয়াম্বদা মুপী ময়ুমদা নমনা লৈথরে। লৈত লাঈর অরা অনা মমা মচানা তাররহৃনা হোৎনরম্মী। অচিকপা লরাই অহৃদা ইংনা পানবা পুন্সিদা বিম্নিগী মতৌগুম অনৌবা মৃত্তি অমা ফাওরকলে।

নহালগী মুপা অত মরক মরক্তা পোৎক্ম ফম্বীগীদা হেক হেক ফমহৃনা লৈবা উই। থরোনা পোৎফম থোকপদা রা-অমা'নিসু ঙাঙলকই। অহৃদগী থোঙ্গাল সুমাং, মাঙ্গোল য়ৌরকলে। মনাও লৈশাবীহৃনা হিদাক হান্দুনা পী। ফম্বমথৈ ফমলগা চৎখি।

মুপা অদো মমাতোনগা য়ায়া খঙননসু তৌই। নোংমদি মখোয়গী শল মপী মচা অহৃ হোইরহৃনা কোম্নোংলোমদগী চঙলকলে, মমাতোনদা হায়রকই—"ইনে শল মপীমচা অসি ঙা—অা য়োনা চৎলমলে ঐগা থেংনহৃনা পুরকলিবনি।

"ফরেদা ইয়া লৈজবা হায়ববু মাঙ্গোলদা হেক্তা পুরম্মু।"

থরোনা মনাও লৈশাবী অহৃদা খুজিন্না শিক্তুনা ফাগি তৌহৃনা হায় "নঙগী হরে অসি ওম্মোক্না মরম ওকপ্রেদা।"

"ছুত, ঐগীরনে অশিবো, নোকচনিংলেদা।"

মী পুন্নমক খঙনরে মুপা অসিনা লাকলিবা অসি থরো মঙংলাংশীনি। ইকায়বগা শাউনিংবগা য়ায়ব্রে। থীনসু কন হায়, নোং

ঙানবগা য়োং শুরৈ। মাপী মোনজবা, মরম ওকপা উবদা মমাতোনগী শুক্লিংবু নোংমা নোংমা কাখিহনা "নহানি কৈদোগেনে, তোজনমু" হায়না নিংঙ্খে।

নোংমকাদোক মবুং লাকই। থরো মিহুন য়াউখিদরে, "ইমাইপেমা ভাদা খঙলবদি কমদৌনী, অচ্চা, লাইমসু মমাই পানদেদা মুপাশিদে।" অকোনবগী য়াহৈ খর অসি মহাক তানবা মখোল থোক্লা লাউনা হায়।

মানা ইমুং মমুং অমত্তা ওইবগী মতৌ তৌবা অহু উবদা পূর্ণসিংনা হংই "কনানো অসিদে ইমা?" মমানা লোল্লপনা করিনো অমা মবুংদা হায়। শোইদে থরোগী য়া ওইরমগনি.........."

মবুংনা হংলকই "করি লমদগীনো অভাং নঙদি?"

"অহোই ঐহাকপু ওইরবরা?"

"মানি"

'ননাই ঐ য়াংজিং অসিদা লৈজে ..."

"অসিদা লৈ হায়বা। কয়ুম ওইরবনো ঐখোয়দি খঙদেনা।"

"ননাই ঐ ক্ষেত্রিময়ুমনি। ঐখোয়গী খুরাশিং অমসু ৺গোবিন্দগী থৌগল কংজরী। ঐবুসু হুহন ওইয়ু ৺গোবিন্দগী থৌগল কংজৌ হায়দনা খুরানা য়াম্না পামজহুন......কুইজত্রি অসিদা হোংজরকপা খুরা ভোনজাও থোইদা লৈজরি .... ।"

থরোদা নোংমা চৎহায় ওইনা হায় "থরো কানরোই নঙনা তৌরিব্রসি। মকম মরাঙ খঙদবা মীতা অসিদা.. ..."

মানা শাউহুনা খুমলকই "কমানা খঙজবগে — ইকাইবা নাইদনা চঙজরকলগা। তাচৌ নঙনা খরা হায়রম্মু চঙদনবা লৈকাই মমাঙদা ঐবু ইকায়...... ।"

প্রমায়া পাহ্নৈনা কনা হায় কায়রমদে। মবুংদা মঙক্তা মফি য়েত্তনা হায় "ঐগীদি অসি মঙায়রে কৃপা তৌবিয়ু।" থরোনা ইকায় ইকি খঙদনা ইমুংদগী চোংথোরক্তুনা "মাইখাবা পাড়ীশন,

মমাইবু পান্দমান্নেনে – শিবনা করে— তাচৌগী মমাঙদা ঐবু করি হায়গদগে।"  হায়দনা মমাই খুমহনা কপ্পী।

মবুংনা মুপা অহদা হায় "ইচম্না য়াদবনিনা কায়দে চঙলকংমু মতুং মনাও। লরায়গা ইস্কালগা হায়বা অসে ঈশিংগা থাউগা তিন্নব-গুম্বনি থক তিন্নবা য়াবা হৌনদে।" হায়রম্নগা চৎখ্রে।

মুমিং তারে থেঙলকলে অহু ফাউবা মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা নুংগী মুত্তিগুম্না ফমহনা লৈরম্মী। থরোনা শুমজিং পুহনা অনিরক শুখরে রাইশিংখিবা অহু ফাওবা নুংগী মুত্তি অদো নুংগী মুত্তি ওইহনা অহুম লৈরে।

…… থরোনা পোৎকমকম্বীগী মনাক্তা পোৎ লৈবা থোরকপদা অহল অতনা হায়রকই "করি খল্লিবগে থরো নঙবো?"

"করি খল্লিবগে হায়বদি?"

"ইহে, নঙ অসিদি ওম্বোক্লা ভাব তাখিদ্রেদা। মুপা অসিনা তৌরিবা অসি ঐখোয়দি য়েংবা ঙমজদ্রে নঙগী নতোগা।"

"কদায়দগীনোদা ইমহান অঙাংনে করিনে হৌজিকপু। তৌমু কায়রোই হায়ু। ঐ কদৌঙৈদসু মঙোন্দা লৈরোয়দবনী। ঐনা ইচা অসি মুংশিরীবমখৈ কনাবুসু মুংশিবা ঙমলোই। অঙাং অসি মুং-শিরক্কবা মতমদা হায়রক্কে হায়ু… … … ।"

"ঐনা হেন্না হায়রিবনিনে হায়দবোই নিঙলুম্ন। অহুগা, মুপা অসি মবুক্ত শেংই হায় থরো … … । মানবু হেন্না থঙই নচা অসে মচাদোনা য়োকচগে মীগী মমাঙদা শিবনা করে হায়" নোক্কনা "ঙক্কনে অসিবো?"

থরোনা খুমলকই "অরেম্বনি ইমহান লৈপুংনা শন শারগা মো খোংবা হৌনদে। ঐ অমুক মিংচৎ থীজনিংদ্রে, মুপামচাগী মপাগী হাক্তংসু কয়ানো য়া খোকখিবা। পামদবা মীদা লৈবা হায়বা অসে-মপোক অসিমগী তৌজরোই।"

"হোয়নে অহুবুদি ·· ··· অহুদা ··· ।

থরোনা থুনা খুমলকই "মাই মাই পামজদে, কদাইদগীনো অম-হুমগী হাক্তক্তা ইশানা য়াদনা চিংবমখৈ চিংলগা পাজিখোই তাদখোই লাকপা মতমদা ইখোঙ পায়দে হায়বদা খাকপনি মানা হায়জবা। ঐস্নু কদায়নো ইমহানখোই খ্বাইনা ফৈ হায়হুনা ইশানা য়াবনি হায়না খুমলুবদগী হৌজিক তৌরিবা অসিনিদো, ইমহাম্না হেন্না খঙলিবনী। মীহুংশি হায়বা অসে মপোক অসিমগী তৌজররোই। তাচৌনস্নু য়াদে।" থেঙব্রে চৎলগে হায়হুনা হৌগৎলে। হমুবী অহুনা হায়রকই "অহুবু অরেপ্পা অমগুদি হায়য়ু কৈদৌগে, মখোয়দি ইম্ফালগী মীনিদো। নখোয়গী লরায় লম অসিদা পংতৌ তৌবগা মাম্নবা য়াবরা ?"

"অরেপ্পা হায়ববু হায়রিবা অসিনী। মাগী ইম্ফাল মুভায়বা অহুদা লৈজ লাকচরুবা ঙমজরোই। অরেম্বনি, হেনজম্নত্রিঙৈদা হম্পোকনবনা ফগদমাল্লে।"

"হায়মা, নঙবু করিনী হায়হুনা মানা ইম্ফালদা পুজরুনী সৈত্য অসিদা হিঙ্গোল লৈগেয়ে। তৌঙম্বা মীনি নঙ ঐগুম্বা নত্তে।"

"তৌঙম্বী ঙমদে হায়বদি মানা তৌম্রিবা অসিনা খঙহুনা লৈরে। ওকচরে পেনজরে তৌঙম্বা মাইথাবদো" হায়রমলগা শাউনা হৌগৎহুনা চৎখি।

··· ··অস্নুম তৌনা চহী অমা ওনথিবা খঙহৌদে। থরোবু পেৎ-হনবা ঙমদরে অহুবু মুপা অদো হাম্নগী মতৌগুম·······

মুমিৎ অদো থা শিররকপা ওইবনঃ থেঙনা থা থোকলকলি। মবুংস্নু মুমিৎ অদো হেক লাকলে। মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা ঙাহুনা থরোনা কমহুনা লৈবা হেক উরুরে। পুংলবা রানাগী মরুক্তগী থাবল মচেৎ মচেৎনা মাগী মমাইদা রৈরী— মুংশিৎনা অমুক অমুক শিৎলকপদা থাবলগী মঙাল অদো অমুক মমশিনখি অমুক ঙানখোকই। থাবল মঙাল থজিত্তং অহুদা মবুংনা মাবু উবদা হংলকই "কৈদৌরী নঙদি অজিদা।"

মবুংনা কমথরগা লোল্লপনা হংলকই "ইমাগা থৎনরবরা? থল্লো কৈনো হায়রুনে .. ... ।" পূর্ণসিংনা মমানা পিকনা হনজেকলল্লা মচনবু য়াম্না থুংশিজে। মচলগী আশাদা মতম কয়া হুভায়বগী ভাব শাজরম্বা পুন্নমক মরু কংনা মাঙহনলমলগানোংমা জুগোৎ চাদবা অচদা মচলনা চেনখিবনি। অহুবু মমাবু নিঙশিঙহুনা মচলবু শাউবা ঙমখিদে মরাইবক থীবী মচলবু হেন্না হেন্না থুশিবা নত্তনা...। ঙসায় মথৈ কপলম্বদোনা হায়রকই— "ইনস্মখোইগীদা ঐবুসু পুবিরো তাচৌ ঐ ইমুং অসিদা মিকুপ অমতা লৈজ'নিংগ্রে; নঙনদি তোয়না লাক্তবনীনা থঙদবা... ...।" হায়হুনা হিক হিক কপলে। অমুক হায়রকই "ইকায়বা নায়দবা মাইথাবা অসিনা তৌরিবা অসি নঙনদি থঙগ্রিবা। নখোয়না হায়বা ইন্দহুনা ঐনা হৌজিক তৌরিবা অসিনী। ঐবু অসিদগী পুবীরো......"

"মাবু হৌজিকসু লৈরিবরনে?"

"লৈ ইমুঙদা। য়েংলুচো চঙদনা তৌরিবা অসি।"

অমম্বা অহুদা মবুঙনা শাউহুনা মমাই ঙাঙবা অদো উক্সবসু চঙখিবা খোঙথাং অহুনা শাউরে, য়াম্না শাউরে হায়না থরোনা থঙলে। থুংশা থীরকুই।

ইমুঙদা চঙলগা পূর্ণসিংনা উরে ফুঙ্গানাক্তা মমাতোম্বীনা মোইথাপ নাইরী, মুপা অহুনা মতুঙ ওম্থোক্তুনা করিনো অমা তৌহুনা কমলী। পূর্ণসিংনা হায়রকই "ইমা, ইচলনা য়াদবা থবক্তা হাক্সু খুৎ থিংজিনবিগনু। ঐ য়ানিংদে, মরাইবক থিরবা ইচলনী।" মুপা অহুদা হায়রকই "ইবুঙো নঙনা তৌরবা অসি করম তৌগে হায়রিবনো; উশিংত্রিবা হায়বা অহুরা নত্রগা সহরগী কায়দা হায়বা অহুরা? অহুক হায়রু, হায়রু ভুমিন্না লৈবদি য়াররোই। সহরগী মী য়াম্না তিন্নরে, মপোক অসিমগী থাজররোইদব'ন। শেংনা হায়রু। নিঙথীনা হায়রিঙৈদা য়া'ত্রবদি য়াম্না ফজদবা তায়।" মুপা অহুনা ইভপ তন্না

হায়রকই "অহোই খঙজরে। অতৈবু থাজবিত্রখনু ঐবুদি থাজবিবু কৃপা তৌবিয়ু। ঐ পূজথ্রগে মমা মচামক, ঐগীদি অসিন্নভাইয়ে।"

তুপা অহুনদি ইতপ তপথনা লৈরবা অহুদা শাউহুনা চংলকপা মাসু গতি লৈত্রহুনা ঙহাক লৈরগা কৌরকই—"মুপীমচা, থরো...... ।"

থরো চঙলকলে, মবুঙনা হায়রকই। "ঐগী মাঙ অসিদা ভাঙনরো অরেপ্পা অমা, করিমতা হজোয়গনু। ঐ. অরেপ্পা অমা তৌরমলগে।"

তুপা অহুনা অপনবা লৈতনা হায়রকই "ইবেম্মা, মতম কুইরে ঐনা ঙায়জরক্লিবা রাখল তৌবিবা মতম ওইরে। করি খনবিরিবগে...?"

"ঐ ঙম্মোইয়ে, মমাঙভৈদনু হায়থ্রে, হৌজিকনু হায়রিবা অসিনি। ইকায়বা থর থর খঙনসি। কাম্নরোই চৎলো, চৎলো মৌনি ঐদি... ।"

"অহোই খঙজরে, মৌনি, লৈশাবীনী রাখন খনবা মতম হেন্দোকথ্রবা ঐনি। চৎলসি ইবেম্মনু য়াওনা, অঙাংগীদমক খনবিরিবা অদো থল্লুগনু ঐনা য়োকনি" হায়হুনা হৌগৎতুনা থরোগী মখুৎ পায়রুরে। থরোনা কম্বোকতুনা "চৎলো, করম্বা মুপানো।"

মবুঙনা হায়রকই "অতো, ইচলনা য়াদে হায়বা অরেপ্পা খঙনবনিনা থবক তৌবা তারে। মপালদা থোকলসি......" হায়রগা হৌগৎলে। মুপা অহুদী হাম্নগী মতৌগুম লেপ্তুনা লৈ।

মমাতোম্না মুংশা থীরহুনা হায়রকই "করিনো পূর্ণসিং নঙনা তৌরিবা অসিবো... ... ।"

পূর্ণসিংনা "ইমা নগা ওইনিংলগা নচা লৈশাবী অহু পীয়ু ঐগী ইচলবু শেম্বদি য়ারোই ........ । লাকলো থোকলসি ইবুঙো" হায়রগা মখুৎ চিংহুনা মপালদা পুথরে। ইমুঙদা থরোগা মমাগা কিরহুনা অমগা অমগা য়েংনহুনা লৈহোই।"

মপালদা তুপ দাপ ইরবা মখোল তায়। মবুঙনা অরোইবা মিচৈনা চৈবগী মখোলতা মতায়। অমা অহুগীদি করিমতা ভাবা লৈতে মরক মরক্তা তৌবিনু, ঐগীদি অসিনা মরোইরে হায়বা নঙনা · ... ।"

পুর্ণসিংনা থন্থুনা চৎখি ঙসি মহাক্না তৌরম্বা থবক অসিনা অরোইবা ঘনি। অমুক হন্না মুপা অদো লাকলরোই থরো ইঙনা পামজরগনি।

.........থা অমুক কাজিন্নক্লে মুপা অদো মশক উখিদরে। থরো মুঙাইজরে। থন্নী, ফরে লাকলরোইদমালে, ফরেনে, ফরেবে 'অহুন্নদি থন্নগা মবুঙনা তানখিবা মুমিৎতা মহাক্না হায়রম্বা রাশিং অদো নিঙশিঙলি থৌদোক অদো হোজিক্তা থোকখিবগুম নিঙশিঙলুবদা নিংদোল ভিং ভিং চোংই। অমুকস্থ থন্নী "ঙকপ্রেদা মুপাদো চন্নী অমুক ঐবু মানা নৈরম্বা অহু ফনবু ঙকই মানা ঐবু ওহোক্না পামজপ্রবোইদা...।"

অমুক মুত্তি অদো ফাওরকলে। হান্নগী মতৌগুম তৌজবস্থ লোম্না লোম্না নোংমা কাদোক মমাতোনগা রারী শারগা চৎখি। থরোদা মিংচিনা ফাওবা য়েংলমদে। থরোনা ফরেদা হায়ন' নিঙই, অহুন্নু থম্মোইদদি মায়থীরবা মীওক্না ইকায় মুংশি য়াননরম্মী।

মনাও লৈশাবী থম্বালনা হায় "ইচে ঙসিদি ঐ ফৌ-গুবা য়াওররোই। ঐখোয়গী পেনা ঙসিদগী হোদৌরি, কো ইচে ..... ।"

মুংদাংরাই গুমাং মতোন্দা মতোমতা ফৌ গুরি। মমাগু লৈত্তে মচনস্থ শান্নখি। মতম অসিমক্তদা মুপা অদো চঙলকলে। থরোম্না উনা উনা উশিন্নদে। মাস্থ য়েংলমদনা ইমুংদা চঙখরে। থোরকলগা মাগী মনাক্তা লেপ্তুনা হংলকই "ইনেবু কদায়দা চৎখিবগে।"

থরোনা খুমদরে। মানা অমুক হায়রকই "ইবেম্মবুনি ঐনা হায়জরিবা অসি।"

"কৈফেলদা চৎখিমান্নে।"

মুপা অহু ফমথরগা হায়রকই "ইবেম্মগী থম্মোই অসি ওহোক্না ফনপ্রেদা করি লাইনবু শাবনো......... ।"

"থবক লৈত্রবদি তাদা চৎলো।"

মুপা অহুনা মুংশামপী হোন্দুনা ঙহাক লৈরগা হায়রকই "চৎলনি ইবেম্মা চক্রিঙৈগী মমাঙদা য়া অমত্তদি হায়জরমগে অওইবা খুখীস্থ, মপোক অসিমগী ইশক অসি উৎচররোই। লন্নাই লম অসি নত্রবদি

ঐগী লৈকম লৈত্রবোয়সু নিঙবিগনু। কনাগীদমকনো ? অসুক হুইবসে ইচিম্না অমুক্তা ইবেম্মদা থোইজং থোইদানা হায়দবনি। ঐবু সুংশি-বিত্রবসু ঐগী ইমায় অমুক্তদি য়েংবিয়ু। মরূপ মপাং অসুক য়াম্বা অসিগী মমাঙদা ফনা ফৎত্রবসু জাংকী মচানি হায়রগা ঐবু চংহাং হাংপা অসিদদি তৌবিনু। ঐদি হিঙ্গোল অমা লৈগে হায়নসু ভাঙন-জরে ইবেম্মনা সহরদা চৎনিংদে হায়রি হায়বা অতুদা, অসি য়োরবা অসিদা অমুক্তদি থম্মো কৈদৌগে নঙবো। ঐদি রাশকপদি কয়া তৌজনিঙদে অতুবু শকলগে। শ্রীগোবিন্দগী চরম্না সাক্ষী ওইগনি অসি য়োরবা চোপ্পা মথৈসু চোপ্রবা অসিদা ইপা ইপুগী মগুণ ভাক্তবা হৌনদে। নোংমতা ঐগীনি হায়বিরগা হিঙ্গোল অসিসু নিপামচাগী মমিংদা পানজরমলগা ঐ রাঙজিং অসিদা অমুক মায় ওনজ-রকলরোই.... .... ... ।"

থরোনা শাউদুনা "ইমাইপেম্মা করিনু'গীনো ঐনা তৌরিবা অসিবো......... ।"

সুপা অদো ঙসিদি মমাই ঙাঙই হৌগৎতুনা হায়রকই— "ঐ চৎচরগে ইবেম্মদা য়াম্না নৈজরমলে ঐনা পঙবা মরম্না, রারৌগনুকো........."

হায়রগা থোকথরে।

মাগী থাজদবা রাহৈ অতনা থরোসু থঙহৌদনা মমাই ঙাঙই, সুংশা থী। থল্লী, ঐনা ভাগকরিবা অসি লাল্লবরা ? লোল্লপ্না শোল্লকই "অসুক থিগ্রবা শক অসিদা করি লৈতুনা অসুকী মতিক পামলিবনো !"

সুপা অদো তারমলে। মমাই লৈরক্তুনা লেপলে অতুগা মিকুপ থরদং থরোদা যুম্না য়েংই। মীৎয়েং অদো মহৌশা নত্তে— রাহৈনা থল্লবা মীৎয়েংনি। মচিনবানগী নাকল অনি অদো থরা থরা লেঙই করিগুম্বা অমা হায়নিংলগা হায়বা ঙমদবগুম। থরোনা সুপা অতুদা হক্লৎনা য়েংবা ঙমদরে। থরোনা গুমবন মথক্তা তপ্না তপ্না ফমথৈ, কোঙদোকপা ঙমদবা করিনো অমনা মাবু চোপহনথি। হক্লৎনা

য়েংখৎলকপদা মুপা অদো চৎখিরমলে। খুদক অতুমক্তদা মচা অহুনা চেপ্লক্তুনা "ইমা তা বালুনিনা কাংজৈ শাবিযু য়াদেদো......... ।"

মমানা খুমদহুনা তুমিল্লা লৈরে। ওক্রহুনা অঙাং অহুনা মমাবু উহাক কোয়েং কোয়েং যেংলগা মমাগী অরাবা অছু খঙবগুম্না মমাগী মনংগন্দা মমাই লোত্তুনা লৈরে। থরোনা "মুপামচা— আ" হায়হুনা মচাবু চেৎনা কোন্দুনা হম্না হম্না চুপ্পী অহুগা মনিংতদি মপিনা থল্লি। অঙাং অহুস্থ মমাগী মথাদা মমায লোৎহুনা কপ্পী। থম্মোইগী অরাবদো করিস্থ হঙদবা মচাদা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই "মুপামচা, নঙবু ইমানা থাদোকলোই— করম্না থাদোক্কনি।" অসি হায়রগা মখোল থোক্লা কপলে। অঙাং অহুস্থ মমানা কপ্পা অহুদা রা রা লাউনা মখোল .থাক্লা কপ্পী ; মাগী মরাইবক্তা ওন্থোকপা তমথিরবা অরাবনা ঙাইহুনা লৈবে হায়বা অহুদি থঙখিদে।

...... অমুক নোংজুথা হল্লকলে। মুমিদাংনি, মনাও-লৈশাবীগা অঙাংগা তুমথরে।

থবোনা মমাগী মনাক্তা ফমহুনা লং লংলী। মুংদাং অথেংবা মতমনি, মমাগী তরেং মথোলদো য়াম্না মুংশিনা তারী। থোং গে হাংহুনা কনানো অমা চঙলকলে।

'কনানো অমা লাকলে ইমা' হম্না য়েংখিবদা মুপা অদো ওইরমলে। মমানা হায়রকই "করিনো কুলো অস্থক থেঙবদা নফি নরোনস্থ ইচোৎ চোৎন। লাও মৈনাক্তা ফমলো লাও। কদায়দগীনো তোৌরকলিবা অসিবো।"

"ঐ হৌজিক্তা ইম্ফালদগী থবক অমগী লাকচবনি। খুড়াখোয়গী য়ুমস্থ থোং লোম্লমলে, কনা অমৎতা লৈরমদে।"

"মখোয় সোরাত অমগী ইমুং হুপ্পা চৎখিবনি। চাকত্তি চারক-লবরা ?"

"চাজক্রি, চাএবস্থ য়াররনি।"

"অহুদি থম্নো চাক চথোমমুক্তং থোংলুচো। পাংন-শানবা অস্থম

ভৌরসিকো ফুলো। সে সে হোগৎলো। মী অমা অহিং চুপ্পা চপ্পা হেন্দুনা কয়য়া লৈগনি? চৎলো চৎলো নঙগী মতৌ অসিদি ঐদি ওকচৈ। খিত্তি হাকমনখ্রে হায়… …… ।"

থরোনা মমাতোন্দা থানা য়েংলমলগা চাকখুমদা চঙখরে। মতম থেংজিন্নকলে। মমাতোনসু অহুদি 'নখোই অহুম তৌহৌরোকো' হায়রমলগা ফমুংদা চঙহুনা হিপগ্রে। কুলনা ফুঙ্গানাক্ত মখু পুন্দুনা মরু নুকথহুনা ফমলী। নোংসু হাংখরে কৌজেং হারৌনা চি চি লাউনা খোঙলী; মুপা অদো মহু তারীবরা কনানা খণ্ডগনি। চাক লোইরহুনা থরোনা হায়রকই— চাক লোইরে চাররো।'

কুলনা হোগৎহুনা ফমলরে। য়া মচেৎ অমত্তা ওাঙনদে। পোদোন অহু মৈরী চাউনা লৈথৎহুনা থরোনা মনাক্তা ফমলরে। মুপা অহুদা য়ুম্না ওহাক য়েংলগা মুংশা মপী হোন্দুনা হায়রকই "তাদা নঙনা তৌ-রিবা অসি অরেম্বনিদকো।" ওসিগী খোম্বোক অসে অশাওবগী খোম্বোক নত্তে। মুপা অহুনা থুমদনা য়াবা মখৈ মরু নুকথহুনা চাক চাগে হোৎনরী।

থরোনা অমুক হায়রকই "অরেম্বনি ঐদি য়ুম পাল্লোইনে। লাকল্ল থক, নঙনা অহুম লাকলগা ঐসু পুক্লিং অসি মওন মওন থল্লী; পোথা-কম খণ্ডদে। ইচা অসিনা লৈরিবমখৈ নঙনা থল্লিবা রাখল অদো ক্ষমদবা অরেম্বনি। মতুং মনাও থক লাকল্ল। ঐবু হেনবা লৈশাবী ইম্ফালদা য়াম্না কংগনি— ঐদি তুমননিদো … …. … ঐবু লৌরগা তাদখোইগী অহল লমন চেম্বনবনি।"

কুলনা শুকথুম থুমদনা, চাক ছকপা ভোক্কুনা তুমিন্না মরু লুকথ-হুনা লৈ। থরোনা হায়রকই "কন্নি হাপখোগে? মুৎতাং অসিদা প্রকম মরাং খণ্ডরে ঐসু ……… ।"

কুলনা তপ্পা হায়রকই "ইবেম্মা ওসিতা থঙলি ঐ অসি মাই পান্দবা ইকোয়বা নায়দবা মীনি হায়বা। চুপ্পী ঐনা তৌরিবা অসি অরেম্বনি। ইবেম্মা থল্লিবা রাখল অদো অচুম্বনি। অচুম্বা অসে ঐসু থঙই—

য়াম্না কনম্নু হোৎনজবনি—অতুবু করে, মসিগী রা অসি। অঙাং অসে য়োক্তু্না নী:বা থুংনা মুঙাইনা পানবিহৌ। রা থঙদবা হায়রবা অদো ঐ ওইখরে। অতুগা, নহানিদো ইবেম্মসু করিগুম্বা মুম পানবগী রাখল লাকলবসু ঐবু ভাকপীরকউ ইবেম্মবু পোতুনা লাইবক ফবা অতুগী মুম তাম্না খিনজগে।"

ঙহাক লৈরগা "হুঁ। ঐ চৎচরগে………" হায়রগা মচিন ভেংতুনা মফি হোংবা হৌরকই। থরোনা মুঙগী মশোগুম হান্নগী মফম অতুদা ফমতুনা লৈরী। মানা খোঙকাপ অনি অহুম থাংলকপা মতমদা হায় "অসুক খেঙবা অসিদা কদায়দা লেকউগনি?"

"ঐ ইম্ফাল তাম্না হেক্তা চৎগ্রগে।"

"ঙসিদি অসিদা অসুম লৈরো তাদা মুঙায়ভবা পুম্নক কাউনরশি।" কুলসু অমুক ঙঙলক্তু্না ফমথরে। থরোসু মোন অমা পীরমলগা চঙতুনা তুমখরে। অহিং নোং শোয়বা অনৌবা রাখলনা থরো তুম্ন য়ারমদে। মওল মওল খল্লি মচা অতুদা অমুক য়েংই। মপী তাবগী লোইবা নাইখিদে। খেঙল খেঙলগা রাখলগী শাংবসু হেনগৎলকলি… কাঙখল মসুংদগী মুম্না য়েংই মুপা অদো তুমগ্রবরা হায়না। তুমখরে। মরক মরক্তা কাঙ চিক্তু্না ফরৎ ফরৎ হায়রকই। থরোনা তপ্পা হোংগৎগ্রে মাগী ফিঙাইরক্তা পাম্মুনা থমজরবা ফিথুপ থুদিংগী লৈহাও লৈরেপগী, অগ্নীগী মনম্না চুরবা ফিতুপ অদু লোথোক্তু্না মুপা অতুদা তপ্পা তপ্পা ইপোম নাইদনা মুপ্রথবিরুরে।

মুপা অদো মুঙায়না তুমলী।

… … … … … …

ইকায়বা হায়বা পোৎ অসে সভ্য সমাজদনা খিৎ মহেনমান্নে। অতুকী মতিক চাওখৎলগা অতুকী মতিক ইকায়বগী মরমসু হেনগৎলকই। লাঈরবা ইমুংদা ইকাই হায়দুনা মপাল থোক্লনা মীগী মিৎয়েঙগী মফমদা লৈরবদি করি চাগনি, করি শেৎকনি হায়বা রাহং অসিসু মশানা ফন ফন চোংথোরকই। থরোনা ইকাই হায়তুনসু খিতুনা

চাবা.ইমুংনীনা থিহুনা চাব তারম্মী। হায়গী মতৌগুম মপাল থোকই, শূরি, নোমলি।

... · নোংমা মাঙোলদা ফৌমান খন্দুনা লৈরী। খোঙ্গালনোমদগী 'নিপামচা— আ—নিপামচাদি' হায়হুনা পাখং অমা চঙলকলে। করি হায়রুগনি, পাখং অদো মাগী মুপা মচাগী মপা বীরনি। য়াম্না নহা ওইরী থয়োগা চহি থোইনা হয়দে। থরোনা হয় য়েংখোকখিবদা উরে মহৌশানা হরাওদনভা লৈবা শকফম অদো ভগিসু অহূম উই। মাগী অঙৌবা মরাইবক অহুদা মহৌশাগুম মাগী চাকাগী শমনা হায়খরকপী —অহুবু ইতৎ তম্ভনা হায়গৎপা হোৎনরি।

'মাবু উবদা থরো পাখংথরে— ইমাইপেম্মা, তারদনবু অঙাং লৌবা লাকলবরা? খুদক অহুমক্তদা শাউহুনা হায়রকই—

"অঙাং লৌবা লাকলবরা?"

"নত্তে অনিমকপু লৌবা লাকপনী।"

থরো তপ্না মুংশামপী হোল্লী—ইস খঙত্রিদনা বীরনা নোক্লহনা হায়ৱকই "কুমশি মরাই য়াওগে অশংবী ঐ নঙনা হায়বভা ইনগে সভা। জুন্নারকা অমত্তা শান্নরোই অহুগা নঙগী খুদোপ অহুসু সভা হন্দোক্লবা হোৎনগে········ অবোক কদায়দা লৈ?" কিনা লোয়া "ইবাই লৈব্রা?"

· "লৈত্তে।"

মতম অসিমক্তদা মমাভোন চঙলকই, মাবু উবদা শাওরপ হায়রকই "লাকইবরা অভো।" অসি হায়রগা ইমুত্তদা চঙখরে। বীরসু মনৈমবোকী মহুং ইন্দুনা চঙখি— "অবোক য়া অমত্তা হায়জগে ল্যাকচবনি ·· · ···।"

থরোগী মুংশা থীবদা লোইখরে। শোয়দনা মমানা হায়খিবা ভারে······ঙসাইমথৈদি খঙদবনিনা কৈদো······অঙাং পুগে হায়রবদি কনদোনি? ইমুত্তদা মাগী মরা ঙাঙনরী হান্না ভান্নবসু থঙই। মশা পুন্নাক ইকায়থগা, মুতায়ত্তবগা ইচোক চোকথৈ। কনা মুইনা

লৈরুরবা ভুংদা লোয়রক্লে। থরোনা শল্লী— মথোং চাম্বনীনা কল্লিবু ভোরকবা, ভুমিম্না চংখিগনি হায়বদি থাজদে……। অহুবু মকশিল্লবা মায়থোঙগা লোয়ননা দান্নী কুমথথরে। থরোনা পাজল পুম্নমক থোমজিন্দুনা হায়রকই—“অতাং পুশ্রো।” থুমলকই “কৈদৌনি পুহুনা মপা অমা লৈরেদনা।” হায়রগা কোম্মোং য়োনা চংথরে। অমুক হনজিলকতুনা হায়রকই “অশংবী।”

“করিনো ?”

“ঐ রা অমত্তদি হায়গে য়াগত্রা ? নঙোন্দগী পোং অমতা নিগে।”

থঙহৌদনা থবোগী মমিং মপিনা থনলকই। “অশংবী হায়না কৌবা তারগা থম্মোই কায়গদৌরম্বী। মতম কয়া বীরনা ফাগী ভৌহুনা মমাথোই ময়ামগী মমাঙদা “ঐনা পাম্বা অসে অশংবা মচুনা মহেল্লে, হয়েং মথৈদি কৈজোমস্থ অশংবা মচু শঙলনী ……” হায়রগা মঙোন্দা য়েংহুনা নোকখি। অশংবীনা লোলপনা হায়জে—লাইমস্থ খিগংলিদা ……।”

“ইমাস্থ লৈত্রে।”

“কৈদৌঙৈ ?”

“শ্রাদ্ধ লোইরমলে ঐনা লাকপদা—নঙোন্দা তাকলক্ত্রা ? ইমাস্থ লৈত্রে, নঙস্থ লৈত্রে, ঐ লাইবক য়েংপ্রগে। ঐথোয়গী লৈকাইগী মী থরা হংচিং কবো চংকদৌরী। নঙগী শেনকা লৈজত্রা খিত্তা পীস্থ ইপাইপু নোরোকতানি কোম্না শিংবিরক্কে।”

“শল অহুক য়াম্বা অহু কদায়দা চংখ্রে।”

“লৈত্রে অমতা।”

“অহুক য়াম্বা শল অহু জুল্লারদা থাদোকপ্রবা ? ইস অহুক য়াম্বা শল অহুবু……… ।”

“থাদে, নঙনা হেক চংখিবদগী মথং মথং শিখিবনা লাদ মচা অনি-গা নঙগী হাতম অহুগদা তায়হৌরে। নঙগী হাতম অহুদি ঐনা লঙকৈ চংলমদায়দা য়োনথোকপ্রে— অহুগা লাবা অহুনা হন্দক ইমাগী শ্রাদ্ধদা

য়োম্বোক্পীরমলে। নঙগী শেল হায়বা অদু লৈগদয়া সত্য ঐ পিস্তলকনি।"

থরোনা ইমুংদা চংখ্রে। অঙাংগুম্না করিসু খঙদবা করিগুম্বা হৈতবা মপুরোইবনা মতম অসিদা তৌকম খঙদনা লেম্মুদৌবা অদু থমুবদা ছিক ছিক কপলকই। থম্মি, শোইদে, য়ারহনা মাবু য়েংবিনবা কনা লৈত্রহনা ইকাই ইকি য়াংমা লাল্লহনা ঐবু লৌবা লাকলিবনি·········ঐনা তৌরুরিবা অসি লানথ্রেদা লানথ্রেদা·······।

মপি তৈথোক্তুনা থোরকলে। সে হায়রহনা ফি মচা অমনা য়োম্বা মরোম অমা পী।

"অদুদি চৎলগে ফি অমগা লৈরুবা তারি—।"

থরোনা কপ্পা কপ্পা থাঙহন্না হায়রকই "অঙাং লৌরুগে য়েংগেরা?"

"কদায়দা লৈ? হুঁঃ করে। অশংবী অকোনবগী অসিদি ঐদোনা জুরার শায়দে হায়. য়ায়া মরম ওকপরা? ইস, ঐসু মরম ওককে থল্লকলবনি····।

থরোনা খুমদনা তুমিন্না কপ্পী। বীর চৎখরে। অমুক কৌরকই "অমুক্তা ভাইথো" হায়রগা ইমুংদা চঙখ্রে অদুগা ভবোং অমা য়োম্নবা শাজবা অদু পুরক্তুনা পীরগা হায় "সে মসি ইন্নু পৈশা অদু থাদোক লাকথোক—কন্নকো।" হায়রগা ইমুঙ চঙখরে।

শুংদাং অদো হকচাং ভমদে হায়রহনা থরো কমুঙদগী হোৎতরে। কুলনা চাক থোঙই, চাও হায়বা য়াদরে।

···  ····  ···  ···  ···

কুলনা ছিঙ্গোল লৈগনি হায়রম্বা পুন্নমক অদো লোইনা কাউনখরে। সংতপ মচা অমা তপথহনা থরোনা অঙাংগা মথোই অহুম লৈ। হন্দক্কী থা পানথৎলকপদদি থা মাপল গুরগনি। থবক পুন্নমক য়াবমথৈ কুলনা তৌই, থরোবু পোথাহল্লী। কদায়দগীনো কৌ চিংজুই— অয়াৎপা লৈতে। লৈকাই মীনা কন্নকনৈ। থরো নয়াইবক কৈ,

মরুম ওকই মুপা ওইবগী অসিমতাইদনা শামান লেংখায়রবা নত্রবনু।
মতিক চাবা মুপানি মখুৎতা হামহুনা চারেদো……।"

মতম অদো নিংথম থা চঙগে চঙগে তৌরকলে। লরায় লম ওইবনা খর থুনা ঈভশনদকই। কুলনা ওল্লপ মুংশা য়াইহুনা চাক চাম্লি, ওসি ইঙ্খালদা কারুনি। চাক চানা চানা হায়রকই— "থরো ইঙ্খালদা অমুক্তা কাকসি, ইমা খুরুমমুসি।"

"মাই মাই ইকাইঙ্গে।"

"হায়মা, কৈদোই হায়বগে। ঐদি ঐখোয়গী ইমানা ইতোমতা পোকই মগু অমা পোক্কদৌরে তারবদি য়াম্না হরাওনি।"

"হৌজিক ফাউবা তাক্তি বোইরে।"

"করম্না তাকলুনি? কয়াদি কুইরে ঐনু চখোকহল্লিবা। চৎলুসি ওসি নত্রবসু নোংমা।"

"মাইদা ইকায়বা নাইত্রেদা।" হায়রগা ইকাইনা নোকই।

মতম অসিদা কোম্বোংলোমদা মুপী অমা মচানুপী চহী তরামুক ওবী অমগী মখুৎ পাবরহুনা চঙলকপা উরকই। থরোদি মশক খঙদে; লৈকায় অসিগী মী ওইরবদি খঙগদবনি। মুপী অহু উবদা কুলনা মচিন থুনা তেংহুনা কোম্বোং তাম্না থোকথরে অহুগা মুপী অহুগা য়ারী শাহুনা লমজাও তাম্না থোকখিবা থরোনা উহৌই। থরোগী ওকপদা খেংথরে মুপী অসি কনানো? অরাপ্পদা মুপী অহুগা কুলগা খৎনবা চিংনবা উরে—য়ারোলদি শেংনা তাদে। থরো মুংশা থী—চিংনয়কই। ওহাক লৈরগা কুল মতোমতা চঙলকই। য়া পুম্নমক হল্লকলগা মডোন্দা তাকদবোই নিঙই—অহুবু করিমতা হায়দনা তুম্নিম্না লৈখী করিসু তৌদবগুম। অমুক হেন্না থরো ওকলকই।

থক্লোনা মুংশা থীরহুনা মনাক্তা চঙহুনা হায়রকই—"কনানো মুপী অসিবো—করিনো হায়রিবা অসিনা?"

কুলনা ইলায় লায়না হায়রকই "ঐনা হান্না পোরম্বা মুপীনি।"

খঙহৌদনা থারকপা চৈগী চৈনাখোলনা থরো ওআক পঙথরই ; হায়রকই "নঙ নহালনঙেদা মুপী লৈতে হায়রবদায় ।"

"লৈতবগী লৈতে হায়রবনি, খাইনপ্রবা মুপীবু মুপীয়া ······থরো শাউড়্ রা হায়গে— ঐগী দোশা হায়রবা অদুনি। অঙাং অসিমা য়াওরমজ্রবদি লায়গদবনী। মাগী চাকথাকমল পীবা তারে অদু নত্রবদি রায়াম খোয়াম্রনরগা কয়ি কায়ে।"

থরোনা চঙুম শেংনা শেংনা তপ্না হায়রকই "ইস, নঙদি ঐঙোন্দা মীনমবোইয়ে।"

······নিংথম থা অমগী তুংদা নিংথমথা অমা অমুক চঙলকই। অশংবা উনা ময়ামমু তপ্না তপ্না নাপু মাম্নকলে— অমমম অনি অনি কেনবমু য়াওরকলে। মতমগী খোঙলৈ মতুং ইম্না প্রকৃতিগী শকফমমু হোংলকই। তপ্নী, চীং লেম্বী, পুক্লিং ঈংথবা মতমনি। থরোগী পুক্লিংমু মরা তাখরে, অনৌবা মী অমমু লাকলে। মানা খোরী ওইদুনা কুলনা মাগী মপুরোইবনি—করম্না কাইনবা ঙমগনি। নহালনঙেগী রাখলগা ঙসিগা মাম্নদে। হৌজিক্তি কুলমু লরায় ইম্ফাল কাখোক কাশিন তৌদুনা লৈ। লাকপা খুদিংগী হায় "ইম্ফালদা অমুক্তা কারুসি থরো, ইমানা অঙাং উননিংই হায়·········"

তোয়না হায়রবা তুংদা মচা অতোম্বা পুদুনা মপুরোইবগা লোয়ননা ইম্ফাল কারকই। চৎলমদায়দা মচামুপা অহলদা "নিপামচা কপকমু, হয়েং নোং ঙাল্লগা ইনাওমু ঐমু লোইনা হল্লকনি— সে কপকমু···।" হায়দুনা পৈশা অনি পিদুনা খেমলম্মী। মুপা মচা অদুনা খোঙ মরুমদা লোত্তুনা কপহৌই। থরোমু মংদি মুংঙাইতে অদুবু হয়েং তপ্না হল্লকনিগী রাখলদা মচাবু খেমদুনা থমলমই।

মরা ময়ুম কাকৈখেল য়োরবা তুংদা থরো পুমঙক ঙকথয়ে। মীনা য়ামলিবা, মচল মৌ তেঙ্গোল অমা হল্লক্তুনা লৈ। কুলনা হায়রবা চুম্মী, মুপা মতোমতা য়াওই। ইম্ফাল য়োরবা তুংদা থরোনা খঙলে কুলগী মুপী অতৈমু লৈ। যুমদদি অমত্তা লৈতে। মচা মুপা পোকই হায়দুনা

মাবুদি পাংলুদা লুনা তৌবী। অহু ওইনসু উপৈদা লৈজনিংদে অফা অপুন্নবশুম পোৎথকম লৈরমদে।

অহিং অমগী লাকপনি, থা অহুম কায়কলে। লয়ায়দা অমুক হনবগী য়াদি কুলনা শুকপন পনদয়ে। চৎপগী য়া হায়রুরবসু হায় "খর ঙাইখো হেক লাকপগা চৎকে হায়রবদি মীনা থীনা ঙাওনগনি; ঐখোয়গী অসিদি মতা অমনি।"

চুম্বমাল্লে, ইম্ফালগী লোনচৎপু কনানা খঙগনি অস্নুয়া খন্নোকলুই। খয়া লৈরগা অমুক হায় "অসিদা অসুম লৈরসি হায়রগা নিপামচা লোখবিরুচো অতম তৌরবদি পূক্লিং লুমগনি … ।"

"হোয় চৎলনি, নিপামচা লৌরুবদি য়াদে। নঙগী নচা লৈ হায়বা ইমাখোই খঙবা পোং নতে" হায়রমলগা চৎখি। হৌজিক্তি নিঙলম্বা আশা পূম্নমক লোইনা কায়থরে। নোংমা নোংমা চিংনরকই 'তাংকোল তৌহনা পুরকলবোরে— ইচা কায়নবদি ঙম্মোই মপাসু লৈতা করম্না লৈগনি।" হায়না হায়না মতম হোরকলে। খমু খল্লুরগা নোংমা নোংমা লৈনিংদবনা পোত্থাকম লৈতরে। ইচা কায়নবগী শরুক্তি তুমিন্না চৎখিবনা ফগদমাল্লে। মতম পূম্নমক্তা করমনা চৎসিগে খনবদা থরোগী য়াবদ থেংথরে। মতম খরগী মতুংদা তানজা ফংলকই —কুলসু কদায়দনো নোংমা নিনি য়ুমদা লৈতে। নোংমা মুংথিল মচা অহু পোশিল্লহনা কৈথেল থোকপা শায়দনা থোরকলগা ময়ুম তাম্না চেল্লকলে। থরোগী ময়াইবক ফরমলদনা কনা থোইদোকপা মাবু উবদা চিংনহৌদে… …… ।

মানা ময়ুম য়োবা মতমদা মুমিং তারে। মবুঙখোয় ময়াম্না মানা তৌরকলবা বিকার অহু উবদা ঙক্কুনা য়েংই। মাগী শকফম অদো উবদা ঙকফম থোকই, চেলকপদা নংদহনা মশম অশাঙবা অহু পুল্লক্কে। পোয়িবা অঙাং অহুগী ভঙাং ভঙাংবা মখজাই অপোঙবা মচা অহুদা তৈথোক্তহনা মপি কংখিবগী মমি হৌজিক ফাওবা লৈরী। লমশাঙ অদো অঙাং অহুদি অমুক কপ অমুক নোক তৌহনা লাকই।

থরোনা মচাদা হয়া য়েঙলুবগী মতম ফংলমদে : মনম্মনা চংশিল্লক্তুনা অঙাং অদু মনজম্পগী লোথবিরে। পুম্নমক হংদুনা য়াম্নি খাঙৈ। থরোনা হংই "ইনম্মখোয়দি অসিদা চান্নবা লৈয়বরা ?"

"লৈতে থা অমুক্তা ঙায়রী। ঐদনি অসিদা লৈবা। নঙগী নচা নাম্বদগী য়েংবিনবা লৈতদুনা লৈবনী।"

'নঙগী নচা অসি য়েংবিনবা লৈতদুনা লৈবনি' য়াহৈ অসি ঙাবদা থরোম খঙহৌদনা ইকায়রম্মী। অদুগা ইকায়বগী মথক্তা মুয়াঙবনা থরম্মী। নচা য়েংবিনবা লৈতদুনা.........কয়াদা ইকায়বা য়ানো ? থরোনা অসি খল্লিঙৈদা মনম্মনা পাওথুম পীবা ক্ষাউথরে।

মনম্মনা অমুক হংলকই "নঙগী অসিবু খংনদুনা লাকলিবরনে ?"

"ঐ হৈনদদুনা লাকলবনি ইনম্মা। মুপা মচা কদায়দা লৈ অমুক্তা কৌবিরকউ।" ঙহাক লৈরগা মনম্মনা পুদুনা চঙলকই, থরোনা হেক উবদা কৌরকই "লাও অসিদা লাও নিপামচা লাওনে।"

অঙাং অদুনা চংশি হায়বা য়াদরে। থোঙ মরুমদা লোত্তুনা লৈরে। মনম্মনা "য়াদে সে নঙ কৌশিঙরো হায়দুনা চঙলক্তুনা ফমলে। মমানা চিংশিল্লুই। মুপামচা অদুনা য়ায়া কয়া থোঙজিন্দা য়াম্দুনা থাঙই অদুগা অপাবা মচিনবান মচা অদুনদি মোমোন মোমোন নোকলি। থরোনা হায়— "ইস কনশ্রেদা। ঐদ্রি ঙমজে চিংবা, কনশ্রে যাত্রাদু মঙায়রে।"

অঙাং অদুনা হয়াওদুনা থিক থিক নোকলগা খল্লি— "ঐ অসে য়ায়া কল্লী।"

... ... ... ... ... ...

হান্নগী মতৌগুম অমুক পানজয়ে। মুঙায়ক্তবা মঙ মঙলগা মিকপ থোকপদা ইস মঙনিদনা হায়না নুঙায়বগুম থরোনা য়ায় শংজরম্মী।

মতম থর লৈরগা কুল লাক্তুনা হংলৈ "অঙাংশিংবু অয়োমদা লাকপয়া ?"

ইমুংদা চঙলকহূনা থরোদা হায় "করিনো নঙনা তৌরকলিবা অসিবো ? লাকও চৎসি।"

"ঐ সুকঙম ঙম্নরোই, অরোইবা অমা তৌগে হায়না লেপলে… ।"

"করিনো নঙনা হায়ন্নিবা অসিবো, ঐনা নঙোন্দা করি হায়দনা নঙনা ঐগী ইতুংদা চেন্নমলিবনো…… লাকও লাকও চৎসী।"

থরোনা থুনা খুমলকই "মাই মাই ওকচরে—। নহালঙৈদা হায়ব্রবনি ঐ হায়দবা নত্তে—নঙগী ইম্ফাল অহূদা ঐ লৈবা ঙমলোই। নোংমতা ইনেমবোক খুরুমসি হায়দনা ঐ চৎপনি। ঐ লৈবা চৎপা নত্তে। ঐ চৎপা ঙমলোই।"

"অহূদি নঙ য়াব্রেদনা ?"

"য়াব্রে অরোইবা অমা তৌবা পামলে।" শাউনা হায়রকই "নঙবু নশা লাক্কুনা চিংবা ঙমবনি অহূদি নঙ খঙব্রা—অমুন্নাইগী কায়দা তৌরকমু…… ।"

"হুঁ, লন্নাই হায়বা জাৎ অসি য়াম্না হৌনবা খঙদে অহূগা ইকায়-বদি লোয়না খঙনৈ। চৎলো নঙনা তৌগদবা মকমদা তৌরুচো।"

খর লৈরগা 'থরো নঙবু তৌমুদা। ঐ নঙোন্দা থোইনা কায়দ-বনিদা।"

খর অমুক লৈরগা "চৎসি চৎসি থরো শাউহু করিনো নঙনা মুন্ডায়-তবা মরম হায়মু।"

"ফরে চৎসি অহূদি নিপামচা পুগনি। মাগা কায়নবদি ঙমলোই।"

কুলনা হায়রকই "মহূদি য়ারোই, মাগী চানবা পীয়ু হায়রবসু ঐ ইবাইখোয়দা পীগে— ফনা ফত্রবসু জাৎকী মচানিদো… ..."

মবুংনা মখোয়গী মতৌ উবদা নোংমা হায় "থরো চৎকে হায়রগা চৎলো। নঙগী মুপা অসে য়াম্না মমাই পান্দে ইবুং তুরুচে। নচা অমা লৈবনিনা কায়নবা ঙমলোই। নিপামচাবুদি ঐখোয়না অহূম ফনবা হোৎনগে। মাগীদমক নঙ মুংশা থীরুগমু। মপানা কারিঙ্গুবা কবোদগী হন্নকলগা পীবিখিবা হায়বহূনি। চৎলুগে হায়রগা চৎলুরো।"

হায়ন্নিটৈজন্স্ থরোনা ম্নাহৌদরে। নোংমা নোংমগী কুলনা হায়গী মতৌশুম ঙ ঙ ঙ ঙ ঙঙবা অহুম্ হেনগৎলকলে। মনম্মনা হায়রকই—"থরো রা অমা হায়গে। নঙনা নবুক্তা চপমুংনা মুপা অসিদা লৈররোই হায়রগা থবক অমা তৌরো কায়রোইদৌরী নঙগী মুপা অসি। নোংমা নিনি চংতুনা লৈরুচো অহুগা অমুক হেক্তা লাকউ অহুমগী মরাইনা ইকায়জররনি।"

মহুনা কগদরা? থরোনা চপম্নংনা থম্নকই মসিনা করনী অহুম তৌরবদি মচাস্ কায়নরোয়। নোংমা কনা অমত্তা তাকলমদনা মচা অতোম্বা অহু পোরহুনা কুলগা লোয়ননা ইম্ফাল তাম্না অমুক লাকলে। মমাতোনখোয় ময়াম্না নোকহোই অহুগা মবুঙদি রা ঙাঙদে। —তুমিন্না লৈ শাউবরা হায়বস্ নত্তে।

......অসুম তৌনা চহী কুমজা মরী ওনম্রে। ঙকম্রে তাইবংপান নঙোম্দদি অপনবা অমত্তা লৈতে। অসুম তৌনা বিথিনা তাইবংমীগী ময়াইবক্তা লীলা মথল মথলগী শায়রী—অহুগা যুগ যুগ থুদিংগী মাগী শায়পোৎ ওইরক্লিবা মীওইবগীদমক অমুক্তং থন্দুনা য়েংবিরিগদ্রা? মাগী শায়পোৎ ময়ামগী মরক্তা থরোনা মাগী থম্নাই তাবা শায়পোৎনি।

......মরা ময়ুমগী মুভায়বা পুম্নমক লোইনা মাঙখরে। মতম অমদা লৈরম্বা মীশিং অদো ঙসি লৈতরে; ঙসি লৈবশিং অসিস্ অহু মঙায়। মনেমবোকস্ শিথরে। ইমুংগী মী পুম্নমক চৎনখি মাগী মাগী লম্বীদা। নোংমতং লাকপা থরোনা মুম লেপ্তুনা লৈহৌরে। অসিমু ঙক্করা? কম্নিদগী কম্নি ওনথিবা কনানা খঙগনি। পুক্লিগী খৌদোক পুম্নমক পুক্লিংনা পাম্বা মওংদা মথং মথং লেংহুনা [illegible]জবা ঙমলবদি মুভায়গনি।

অহিং অথেঙবদা মচা-মরা চাক শীজবা লোইরগা থবক পুম্নমক লোইশিন্দুনা ঙহাক্তং হিদাক থক্তুনা পোথারী। মপুরোইবনা লোকথুবা তায়—থুবগী লোইবা লৈতরে। থরোনা খঙহুনা মোন থম্ন ম্নাংনা

ইনখৎপীরম্লগা করিনো হিদাক অমা পীরম্লগা হায়গী মকম অহুম্ম কমলী।

কুলনা হায়রকই "থরো নঙ অসি থক ভুংশিবা খঙদবোইদা লোক খুরে হায়বা খঙলবনি খর য়েংনা তৌবিবা হৌনে। গুলীদি পীরম্বী ঈশিংদি কদায় ? মতা চাদেনে নঙবো·· · ···।"

থরোনা হৌগৎতুনা ঈশিং পীরম্লগা অমুক হায়গী মফমদা ফমখৈ। ওহাক লৈরগা অনাবা অহুনা শাউনা হায়রকই "খোঙ ইংবনা খুকউ য়োরে অমুক্তা শাহললো লাও······ হুঁ মীঙোম্দা হায়জ চৎচহুনা কম্না কুইনা লৈখিগবা।"

থরোম্ শাউহুনা খুমলকই "ঐম্ মীনিদো, নোং ঙানবদগী শা শলদোনা নোম্বা অসে ঙমজেনে ঈম্। ফনা মহোৎনজৈ পেনখিবা কৌবদা লৈতেনে। নঙ অসে কুমলায়না ওইহুনা তৌবমাল্লে··· · " হায়রগা চেক অমা মৈদা শাহল্লগা মখোঙ ময়াদা ইনশিনবিরগা চঙহুনা তুমখি।

চহী অহুমলোম অসে অতৎপা লৈতনা অরাবা নাইদনা নোম্বা অসে নঙশিনলকপনা মহেল্লী। কৈথেলদা পোৎকম ফম্মী, নোম্মী। চানবগী হোৎনবদা নোংমতবু অনাবগী মাইবা নিংথীনা কৌবা ঙমদে। মথঙ মথঙ পোৎ য়োনবা হৌরকই অহুবু অমরোমদা মেনবা হোৎনরি-ঙৈদা অমরোমদা হোরকই। লাঈরবা হায়বা অসে অম্ুম তৌবমাল্লে। ওকটৌপাসকী মতৌগুম অমরোমদা নানথোক্কদবগী হোৎনবদা অমরোমদা য়েৎশিনলৈ। কনাগুম্বনা তাম্নহুনা হায়বী নঙগী মুপাগী লাঈনা অসে চোংখার হায়বা অহুনি।" থরোনা খুম্মী "নৎতে নৎতে কুম লাঈনা হায়বা অহুনি·· ·· ···।"

নোংমা থরোনা হায় "য়েংঙোই ইনেতোনজাওবীনা হায়ববু সোরা-রেন মঙিল হায়নে করিনো খঙজদে মহুগী মস্থংদা লশিং তিনগুম্বা অমা লৈ হায় মহু ফারগা লফোইদা য়োমহুনা চারবদি নঙগী লাঈনা অসে কগনি হায়—তৌহুনা য়েংশিন্না ?"

ফুলনা য়ায়া শোয়া খুমলকই "কৈ য়েংসি কৈদৌঙৈনো, থয়ো নঙ অসে ঙম্বোয়া য়ারেদকো······ঐননিকো······ঐ লাললেকো নঙগী নকমদা" হায়রগা কপ্পী।

থয়োনা থুনা খুমলকই "হায়হৈদেদা, করিগী য়ারুদগে" হায়রগা লোয়া মপি তৈথোকই।

..     ...     .     .     .     ...

লৈজবা পূয়মক য়োন্দুনা কুলগী শ্রাদ্ধ লোইখবে। কদায়দা লৈগনি। শ্রাদ্ধদা পুরুবা শেল অসিনা কদায়দগী শিঙবা? মবুঙগীদা চৎলশিন্না নীঙই— অহবু মমাংঙৈগী রা নিঙশিঙলুরবদি মতু চুংই ইকায়রম্মী।

লৈকাইগী মৌ হৈশিংবী অমনা হেক হায় "করিগী য়ারিবনো থয়ো ঐ রা হায়গে ভাও, নঙ কোয়ুংদা লৈরোদো····· নঙগী শেলসু শিঙ-বীনী হায়।"

"কনাগীদনো ইনে ঐগী শেল অসিবু শিঙবিনী হায়রবদি ঐ লৈজগে। ইমা ইচামক লৈজগে।"

নো'মা মৌ অহনা পুহনা মমৌইবেম্ম' উষবীগীদা লাকলে। চহী তয়া শুরক্লে মানা মাগীদা লৈবা।

...     ....     ...     ...     ...

মুংশা মপী হোন্দুনা মপি তৈথোকই। মবেম্মনা হৌদোকলকই "হায থয়ো, হৌজিক ফাওবা তুমলিবরা? অঙাং চাক থেংগনি খঙব্রা?"



অয়ুকী পৃং মাপল ভরা ভাবা মতম।

"অবোক ইবেম্মা হৌজিক ফাউবা চায়থঙ্গিবরা ?" অসি হায়দনা কোম্থোংলোমদগী মৌ চহী নিফূ মরি মঙা শুরবী অমনা তফিং তফিং চঙলকই—। মায়থোংদি—পূক্সিদা কুইনা অরা কোকথোং পুরকপিনী। চোক্থরবা শকক্মদো মায়হীং থরা থরা কাবা মরম্না অমুক হেন্না মকশিনখি। মাঙ্গোলদা অহল ওইরবী চহী হুম্ফু তরামঙা রোম শুরবী অমা ফমতনা করিনো অমা ভোরম্মী—মহাকপুনি মুপী অসিনা অবোকইবেম্মা হায়রিবদো।



স্নুর



তরু তরুবা, মুংঙায় য়াইফবগী যুমগী মাঙ্গোলনী। হেক চঙলকপদা কোম্থোংদগী হৌরক্লা মশক উবদা হিঙ্গোলগী লাইরেম্বী অমনা তরাম তরাম কৌশিননগুম মী পূম্নমক চঙনিংবা পোকহল্লী। মদো কনানসু নত্তে—মাঙ্গোলদা ফমলিবী অহল অতুগী খুৎকমনি—মী পূম্নমকনা লোয়না খঙনৈ। খোন তাবদা হম্না য়েংখৎলকই মমৌ অহলদো। মাইথোঙদো মতম অমদা য়াম্না ফজরম্বী মুপী অমা ওইরম্বগী খুদম হৌজিকসু উবা ফংলি। পোক হৌদবদি নৎতে, হৌই, অতুবু চহী মতাংগা হায়রুরবদি হৌদবগা মান্নে। শেংনা ভোরবা কুচুদা অমকপা মকম অমতা য়াওবা উদে। পূম্নমক উরুরগা মশাবু হৌজিকসু মুংশিনা লৌহুনা থমজরি হায়বা খঙবা ডমই। মমৌ অহল অসে ভত্তানা করিগুম্বা থবক অমগী চংথোকলুরগা হল্লকপা ওইরমাল্লে।

অহল অসিবু কনানো ? খঙনিঙবা অমা পোকলকই।

মতম অদুদা মণিপুর সনালৈবাক শীনথুংনা থম্মোইদা খোম্মাং রৈবা মাগী খোনজেলতনা ফাউরম্বী চোংথাম নিংঙোল তম্ফাইবেম্মনি। মীনা হায়রনৈ মাগী ইশৈনা মীবু নাওগুমদা হিপ্পগুম মুংঙাইহল্লি, করি-গুম্বা মতমদা হরাও মথোই কাহল্লি। অসিমসু হায়রনৈ, নোংঙাল-লমদাগী থাবলনা রাপললোমদা লৈথখিব-কান, মামা মাজোলদা কমথুনা ঈশৈ শকপদি মুংশিং ফাওবা লেপ্তুনা তারিবোই নিঙহল্লি……।

নরসিংহ শাগৈগী চাউরবা সনাইবেম্মা অমনা পোকপী তম্ফাইবেম্মা —নোংদম্বনা সুর-তা নংতনা শক্তী খুদোলসু হাপ্পীরম্মী। শকহেনবী তম্ফাইবেম্মনি—মাগী সুরবু মীনা মুংশিনৈ—মাগী শকপু মীনা পামনৈ। শিল্লীগীদি মগুণ অমসুং মীনা মুংশিবনা অথোইবা মরলনি। অনিমক মাগী রাংখিদে—মাবু তানিংই, মাবু উনিংই, অতৈ করি রাংলি ?

পিকলিঙৈদগী হৌবতুনা কোম্নুংগী শনশেনবা, বাস অমৎতা চিথদনা য়াওরকই। অতুদসু পেনত্রতুনা মমাসিজনা মচাগী রাস কন্না গৌরশিলা মচিংবা ময়ুমদা লিংখৎপি। মপুঙ ফারকলে, সুব খোম্মাং' তারকই। মাইকৈ মরিদগী জাংফবা ইনাক খুনবা কয়ানা মমৌ ওইগে তমশিন্নে অতুবু রাখল চাওবী মমাশিজনা মপাবুংদা তান্নজে—ঈশৈ শকপা খিংলোইদবা ইমুঙ য়েংতুনা থাজনি………।

পূকচেল তপ্পা মপাবুঙনা য়াম্না কন্না য়েংচবদি ঙমজদে অতুবু নিঙশিঙনাকই—তম্ফাইবেম্মনা চহী অতুমতা ঙায়রিঙৈদা য়াম্না কন্না নারুই। ফরকলে ; অতু ফাউবা মখোঙনা চৎপা ঙমদে— য়াম্না শোল্লী। অয়াম্বা মতমদা য়োকচবীগী মনঙগন্দা লৈ। মতম অসিদা নোংমা য়ুমলোয়নবা ইমুং অমদা বাসক হেক কাংনরকলে। য়োকচবী মুপীনা তম্ফাইবেম্মা পোতুনা য়েনথাদা লেপ্তুনা তাজে। ঈশৈ হেক হৌরকপগা তম্ফাইবেম্মা, মমিৎ পাঙথোকই—য়োকচবীবু ইন্দুনা ঈশৈ শকক্কম তান্না পুই—ঈশৈ হেক লোইজ্রিবা ফাওবা হনশি য়াদে। অসিগী তুংদা অনাবসু য়াম্না থুনা কখি। অসিতসু নংতনা মামা পুংকক

চাউরবা মতমদা থম্বাল লৈরিক কোম্নবা থমচেৎনা পালা ওইরগা মানা ময়ায়দা ফমহুনা ঈশৈ হন্দুনা শান্নবসু নিংশিংলুই।

······তান্নহুনা ঈশৈ ভৌবা ফংগদৌবা ইমুঙদা তম্ফাইবেম্মবু থাজবী। তম্ফাইবেম্মা। মণিপুর শীনথুংনা তম্ফাইবেম্মা। মমা শাবদা, সুত্র শকপদা রাসদা জলকেলীদা পূন্নমক্তা তম্ফাইবেম্মা। অঙকপদি ইমুংগী থবক, মচাগী মপুরোইবগী সেবা কায়বা লৈতে অহাঙবা মতমদা ঈশৈনা মাগী পোত্থাবনী।

...　　...　　...　　..　　...　　..

মুমিৎ তাবকলে—মমগদৌবা কুইদ্রে। অসিফাওবদা কুম অমগী কাং মতমদা জয়দেব য়াউবা, নাম পালা শকপদা তত্তুনা য়াওজে। মচাশিংনসু থাদোকই -ঐথোঙ ইমাদি ঈশৈ শক্তবদি থুনা শোক্ষগদৌ- রিবপোৎনী। অহুবু মাগী খাইদগী অন্নাবদি— মাগী মমৌ অহুমনি, মশু মুপা মুপী পুন্নগা ১১ নি অসিগী মনুঙদা কনামতনা ঈশৈ পামদে— করি অমুক হায়গনি ইরুজবা মতমদা ঈশৈ ঙঙবা ফাওবা তারক্তি। কনাদসু হায়দোক্তে ; থম্মোয়গী অন্নাবা থম্মোয়দা ফুমহুনা থমজে।

নোংমা কাদোক মতুশিংদা হায়জরুবসু ময়াওই, "ইঙশা নখোয় জগোই য়াওনিংব্রা—ঈশৈ য়াওগেরা?" হৌজিক্তি মতুশিংনসু চৈহৎপী "অবোক নখোয়গী চাওখৎত্রিঙৈগী থবক অদো ঐখোয়দি পামজদে— মহুদি পঙলিঙৈগী থবকনি············মহুদা শেন তিংগদৌবগী শরুক্তি সিনেমাধুম য়েংজগে।"

মখা তাজদে। মুংশামগী হোন্দুনা নীংশিঙলকই— পঙলিঙৈগী অরংবা মতম অদো। আহ্নিক মতমদা মাগী ইষ্টদেববু তরেৎলক হন্না কোয়বা মতমদা তপ্পা তপ্পা ঙংজে।

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ

জয় বৃন্দাবন·········

মন্নাম অসিগী মরক্তা মাগী মমৌহুপী অহলতদি মাগী শিন্নীগী থম্মোয় অসি মশক থঙবগুম মতম লৈবখিবিক্তা তেঙবাংলকপিনী।

শায়নোন য়েম্মা থুং'ভ্রঙৈদগী হৌরহুনা মনেম্না ঈশৈ য়াওশা খুদিংগী করি শেংকনি, করি ইনগনি, করি শেংলগা ফজগনি হোংনবদা মশম কাওবা হাংপা শঙজদে। মনেমনসু মাবুতা তাম্নজৈ।

"সুপীমচা ইনফি অসিবু কদায়না পক্কনি ?"

"অবোকইবেম্মা অহুমমক শূহুনা থমজরে। ননাই ঐনা নীঙবদি মপান অমুবনা দারা পীক্ক। চেনবা অসনা হিগোক লংহৌগদি পক্কদম্না হায়না নিংই। শমজাঁলৈদি থোক্লোয়দ্রা ? হয়েং অয়ুক্তি হিয়াংথাংদা ঈশৈ থোনগদৌবা ওইরিনী।"

"ঐদি অয়ুক্তদি নাপু চনবনবু ফগদ্রা নিঙইদা। অদুগা শমজিলৈদি সুংদাংদা কোসুংদা থোগল ভৌবদা থেংকে—অয়ুক্তদি ইকাইদা"

"শমজিলৈ অনি শেমজগে অমনা অয়ুক থোল্লু অমনা সুংদাং থোল্লু—।"

"মাইদা সুপীমচ নঙনা ঐবু ভৌবিরিবা অসে অঙাং নত্রবা মতম অসিদা শমজীলৈও করিও........" হায়রগা নোকচৈ। মপুক্লিংদদি—ঐগী ইমৌ অসে মশক্তবু থী হায়বনি মণিনীকো অসুম্না খল্লী।

য়াখঙবী মমৌনা খুম্মকই "অবোক ইবেম্মা, হৌজিকপু থোলহৌ-জবদি করম্বা মতমদা থোনগনি। অবোকবেম্মনা ভৌথোরকপদি পংকদা কজৈ মীনসু য়াম্না হায়নৈ সত্য.........."

"চরোদা—অহুবো কনানা করি হায়রিবা ?"

"খঙদে পঙহায়দা হায়নৈ। চোংথাম লৈম অসে হন্নুরা হৈত্রমাম্লে-কাসু হায়........।"

"হে হে কন্নক্তুনা ভৌরিবনী।" হায়রগা মথোল থোকচৈ—পুক্লিংদদি মমৌবু অমুক হেন্না সুংশিজরকই।

.....তন্ফাইবেম্মা চহী য়াথ্থে তাম্লকপা মতমনি। হয়েংদগী বুলোন হৌরনী। তন্ফাইবেম্মসু কোসুংদা মচেমশি ইবেম্মগী পালাদা ভুহার চংলী—ঈশৈ ঙমিং মঙান লৈ। সুপীমচানা লাংজবনা মহানী—বোংমতা মায়দনা খুাংজেং থোলহলনিংই—। মনি মমৌ লৈজবা

ককনেক মখৈ পুখোক্তুনা য়েংনৈ। ভুপীমচানা হায়, "অবোকইবেম্মা ঈশৈ হৌবা থুক্নিং অসিদি গুলাপমচু হায়কেৎ থোনশিদো।"

"চয়োদা মন্তসিমা মীনা করি হায়গনি ?"

"ননাই ঐগী গুলাপমচু হায়কেৎ অসে অমুক্তনি শেৎলুবা, য়াম্না ভাগুদে থোনশিবা।"

তম্ফাইবেম্মা নোককেৎ ভৌজে,—মপালথোংদদি পামদবগী মতৌ উৎলী হায়রকই "কদায় অহুক য়েংশিদনা··· পংভাঙ ভাঙবদি নত্তেদনা ······মুপীমচা মীনা নোকনরোয়কো বয়স মতা অসিদা······· ।"

"নোকনরোই নোকনবোই অজ্ঞা। এখোয়বুদি অবোকইবেম্মনা হেন্না নহা ওইবি— ।"

করিগুম্বা মতমদা ওঝা অফাউবা কৌহুন। মনৌবা ঈশে তম্বা মতমদা মুপীমচা কৌহুনা—

"অতো, ঈশৈ ময়েক অসি অহুক শিলহৌরোলাও। হযেং কাউপ্রগা নীংশিংননবা।" মপুক্লিংদা লাইরিক হৈবী মমৌ লৈবগী চাউথোকচৈ— পুখোক্তুনা উৎচনিংই।

চহী কুমজা কয়া হৌখরে। অরংবা মতম তপ্পা তপ্পা মকশিল্লী। অহল মতম ওইবনা—মগুমচা লোহুনা মতম লেপ্লকই— ঈশৈগী পুন্সি তুংওইনৈ অহুবু হৌপ্রবা পুন্সিগী মঙালগী মতম তশন্না ভাঁনহুনা মরৈরী। য়ারী শানিংই নীংশিং নীংশিংহুনা, অহুবু তাবিনবদি কদায় ? মঙ-শিংনা পিং পোং তুর্নামেন্ট, একাগাডী লমজেল— অমসুং হোফীগী য়ারী শায়। মালংদা য়েংহুনা তায়, নাকোংদা চঙদে, থম্মোইদা সুরগী ইপোম হৌরকই।

হায় হায় কি হইল, এ সুখ রজনী··· ·

হল্লক্তি মবেনসিজা থারাকনা লৈতবা অ'সগী শ্রাদ্ধদা জলকেলী ওইনা পালা অনি শকপা তারে, মৌগী অমা নিঙোলগী অমা। অহল লমন পুম্নমক পাউ চেল্লী অমতা চিংথদনা। চোংথাম লৈমনা থোন্মাংবা মতোম কময়গনি ঈশৈ পুবদি মহাক্তনি।

মমৌ উবদা হংলকই "নঙনা চৎলুরিবদি কদাইদনো অতো ?"

"মী থরা উনবা চৎলুবনি। অবোকইবেম্মা, মৌশিং ইশৈ কাদবা য়াম্না য়াওই তম্বা লাকনি হায়রকই।"

তম্ফাইবেম্মা শাউরপ তৌই—মথৌ লৈতবমথৈ মৌগী মীখোম্বা চৎপীরুরিবোইরে·········। থুমলকই—"শংদে শংদে ঐ থবক য়াম্না লৈ।"

"ননাই ঐনা চৎলুরিবা অসে নিংঙোলগী মী রাৎলহুনা নেকপা চৎলুরিবনি। ইশৈ থরা থরা য়াবমথৈ হায়রুরিবনি।"

"হা করি হায়বা ? মাইস্নাম ওংবী নঙগী মনথ্যাখোই লাকনি হায়হোবরা ? হুমিৎতি খিৎতা মঙাইশল্লকলে ইশৈবু য়াম্না হিংলিদা অতো।"

"লাকনি হায়হোই। অবোকইবেম্মবু ঙসিদি তম্বা থরা ঙম্না লেঙ-বিরকউ হায়হোই। ইবোচাওবগী জীবগাড়ী অদো ঐনা হায়রমলে—অবোকইবেম্মবু হোরেল থীননবা—।"

"হায় কৈদৌনা হায়রুরি ইরায়না চৎচনি।"

"হায়দবা য়াবরা ঐজ্জা। লমনগা লাপ্পনে হোরেন তুরু লাকলুরবদি কমদৌনী।"

"অছুদি ঐ চাক থোংবিরুরগে নঙনা তৌগদবা তৌরুরো নঙগী নচা-মুপী লাইরিক হৈবীসিংসে ইনেমদি য়েংনিংখিত্রেমা—করিনো— মুপী ওইবগী শাজৎপু অমতা য়াওদেনে ·······মুপীমচা।"

"করি হায়গে ঐজ্জা।"

"ঐগী মণিলা অছু কেঙত্রবসু য়ারজা ?

"য়ানিনা ঐজ্জা তম্বদদি।"

"হায় মোৎমল্লবসু পায়নিংদেদা।"

"কেংজগে কেংজগে।"

হায়নবা লৈতনা চহী হুম্ফুতরামঙা শুরবী তম্ফাইবেম্মনা ইমুংগী থবক শিল্লী—থম্মোয়দদি চহী কুনমঙাগী নহাওম কনখৎলকই। মচাহুপা

অহন্মক লোইনা তোঙাম্না চাখরে। মরেকীদি অতোম্বগা চাগদৌবনি অহৎবু মমৌ অহনবু সুংশিবনগী হৌজিক ফাওবা মচাসুপা অহল মধু-মঙ্গলগা চামিনৈরে। মীদি খরা য়ামষ্ট মমৌ অহল অসি মচা খরা বামহুনা। স্কুল, কলেজ, ছুটিনি অহৎবু মও মচা অমত্তা য়ুমগী থবক য়াওদে। করি-গীনো ময়ামগী শানরী হায়বরা—অমমুক লাক অমমুক চৎখী— মহা ওইনা ইমুঙ অহৎ ঙসি নিনি হুমনী অসে পুমলাংনি। মধুমঙ্গল হল্লক-লগা মাগী সুপী কৌহুনা হায়।

"তারিবরা"

"করি ওইরবনো?"

"ইতাওখোইগী লুহোংবা অসে নঙনা চৎপা তারে। ঐদি কো-ওপরেটিভ মিটিং অরুবা অমা লৈ। কনা অমৎতা চৎত্রবদি য়াম্না রারৌ-রগনি। নঙনা চৎপা তায়।"

"হায়মা অহুদি কমদৌনি? অবোকইবেম্মদি জলকেলীগী ঈশৈ তিন্নবা লেঙগনি হায়রী … … …। অঙাঙশিংসু শান্নবগী কনামত্তা য়ুমদা লৈরোই— ।"

"হে মহুনা চৎনপোৎ নত্তে। ইমা ঙসি তম্বা চৎলম্লু হায়য়ু, লুহোং-বা চত্তবা য়াদে।"

"ইস লুপ্রেদা" সুপীমচানা শোন্দুনা চঙখি। মচাশিং কৌহুনা হায় "ইবেম্মখোই নখোয়গী শান্নবা অসিবু অমত্তং চৎতবা য়ায়রোইদ্রা? ইমাসু লুহোংবা অমা চৎতবা য়াদে নবোকইবেম্মসু ইশৈ তিন্নবা লেঙ-গনি য়ুমদা মী কনা অমত্তা লৈতবা তারে কমদৌসিগে ইচাশা?

অতোনবীহুনা হায়রকই "অবোক চৎলম্লু হায়য়ুদনা।"

অমনা খুমলকই, "ইমাইপেম্মা মাঙলেদনা। ঐখোই অবোক্তি ঙসাইনা চীংহীকা লুহুনা, মুরাকা নন্দুনা চহী তরামঙাগী লৈশাকী ওনম্রে। হৌজিকপু চৎলম্লু হায়রুরবদি ক্যেণ্ট ওইবা শোইজে।"

"অহুদি কমদৌনি? মাই ঐ ঙমলরোই হৌজিকপু লেঙলগুকা

হায়রুবা কনাবু হায়হনগনিসিদে।" মুপীমচানা থরাই রানা শোনজে।
পাবুঙবু হায়হল্লু।

"ইমা।"

"কৈনো ?"

"জলকেলি কৈদৌঙনি হায়বা ?"

"ঙসি মরিনিদা ঙাইরেনে মৌগীদি মী অফবা য়াম্না য়াওরবনিনা ফৈদো। নিংঙোলগীদি নোপকদৌরিবা। নঙগী নমাইবেম্মা সুবদনীসু ঐনা হল্লি হায়বা অহুমঙাই মখ্বাং ফাওবা কোল্লেদো, য়াওবা ঙমনি ঙম-লোই খঙদে কমদৌদনো খঙদে থরাই য়াম্না রাপ্রে। হন্নুথংদা পংচোপ চোপতুনা তোক্লগদরা খঙদে ... ... ... ...।"

"ইমাদি করি শারিবা ?"

"ঐবো, খোনবাংবনিদা। নবেমশি তোম্বীনা ঈশৈ থৌগনগদৌরি-বনি। ঐদি য়াওবু য়াওনিংব্রবনি শকওইনগা জুগোৎ চাদবনে অহুদা ঈশৈশি য়াম্না নোপ্পতারে হায়তুনা ময়াম্না য়ানদরে।"

"অহুবু ইমা, ইমাদি ঈশৈ অসি লোইনা ফারবা নত্তরা ?"

"ঈশৈ পুবা মীদি ইরৈবু লৈত্রবনিদা অতো ঐখোয় অমা অনি অসি নত্রবদি হৌজিককানগী অঙাংশিং অসিদি কনাসু থরাই য়াওবা য়াওত্রেদা।"

"ইমা।"

"করিনো"

"ইতাও কেশোগী লুহোংবা অসে ঐবু চৎপা ঙমলোইদৌরিনে। মিটিং অরুবা অমা লৈ অফিসতা।"

"য়াদে য়াদে ঙহাক য়োক্লচো ইচা কেশো মপুক্লিং মুংশিহনবা য়াদে। ঐনহুম চত্তুনা ইশুগী লুহোংবা লাঙগদবনি, অহুবু সোমগী ঈশৈ অসি থাদোকপা য়াত্রহুনা তৌবনি। নঙ ঙহাক য়োক্ল চৎল্লু ইবুঙো অফিস কোম্না চৎল্লু।"

"ইমা ঐ য়াওদবা য়াত্রহুনা তৌবনিনে। ঙসিগী মিটিং অসে লালনি। অহুবু ঐনা হায়বদি অঙাংসিংস্থ লোইনা চৎথোকদৌরে—মমাবু ঙহাক চৎহল্লুরগে হায়রিবা……… ।"

"অহুদি য়ুমদি কনানা শঙবা ? অহুগী শরুকপুদি নঙনা য়ৌরুবনা ফগনি।"

"ঐ য়াওদবা য়াত্রহুনা তৌবনি……ঐনা হায়বদি অসিনি ইমাদি হৈহুনস্থ লৈরবনি হয়েং ঙন্ত.না চৎপিরো ঙসি পোখাবা ওইনা য়ুমদা লৈবিয় হায়নিংলিবা……… ।"

হায়নরিবা মতম অসে তম্ফাইবেম্মদি ফজরবা অঙৌবা ফি মতেক অমদা মাগী মন্দিলা, ক্বা অসোইবা হিদাক মনানচিংবা য়োমশিনবা হোৎনরি। মখুৎ লেপ্তূনা ঙহাক তুমিল্লা লৈ। মচাদা য়েংদনা তপ্না তপ্না হায়রকই—

"ফৈ কৈদৌগে। ঐদি নখোয়না তৌ হায়বতা তৌহুনা লৈরিবনি করম্বা মতমদা ঐনা থুশী তৌবা য়াউখরে ? নখোয়গী অপাম্বতা তৌ কৈদৌগে। ঐবুদি অশিবনি হায়না লৌরবস্থ য়ারে। হৌজিকস্থ চাও ফৈ চান্থ ফৈ। এঃ ইমা নঙ য়ুম অসিদা লৈবা য়াই লৈজনি, য়াব্রে হৌজিকমক চৎখ্রো ভাল্লো, ঐনা থোকপা অমা হেক্তা তৌখিনি ………ঐ করিস্থ হায়বা লৈতে।"

হৌগত্তুনা ইমুংদা চঙখি। মধুমঙ্গলনা ঙক্লহুনা য়েংহৌই।

……হুপীমচানা মনেমগী ফম্মাংদা চঙহুনা তপ্না কৌরকই "অবোকইবেম্মা।"

"হুঁ" কাঙখল মন্নুংদগী খুমলকই।

"ননাই ঐদি ঙসি লুহোংবা চৎপা ঙমলোইদৌরি—হকচাং অসে য়াম্না ঙমখিদরে। মখোয় পাবুংনা চৎলুরসন্থ, অবোকইবেম্মবু ঙহাক্তং লেঙবিরুরো ইবোচাওবগী জীপ অহুস্থ ঐনা হায়শিল্লুরে। ননাই ঐ য়ুম শংজহৌরগে……… ।"

"ফৈ নখোয়না ফগদবা য়েংহুনা তৌ ঐদি কৈস্থ হায়দে।"

নুমিদাংবাই হুমিৎনা লৈথরকপা মতমদা রাধাবিনোদকী মন্দির অসি পুল্লিং হূনবগী মশকনি। কালেনদসু রাধাবিনোদকী নাট্যমন্দিরদি অইংবা হুংশিৎ য়াম্না লাংই। মী অয়াম্বনা হককচিক লাংবা হেক হেক লাকনৈ। তরু তরুবা মৈতৈনা লাৎপা মন্দিরনি; অরাবা মন্দিরগী অকোয়বা লৈমায় থক্তা বকুল মনানা ইচাই চায়না তারম্মী। অয়াম্বা মতমদা লাইগী লাইমাংদা রতী বৈষ্ণবীনা যাত্রী ময়ামদা চরণামৃত পী, মরক মরক্তা ঈশৈ শক্কুনা বাঙ্গালী যাত্রী ময়ামবু হুণ্ডাইহল্লী। বৈষ্ণবীগী চহী হুম্ফূরোম শুররিত্রা,—অদুবু য়া ঙস্তা তেকপা মরম্না খর হেন্না অহল ওইনা উহল্লী—পোরুচিংবা কয়াদি হৌদে, তরু তরুজে। অসিগুম্বা বৈষ্ণবীনা লাইমাংদা ফমবা হুমিৎ

# ইবেন রতী

অমদা নাট্যমন্দিরগী মনিঙলোমদগী হুপীমচা চহী তরাহুমদোই তরামরি রোম শুবী মমান্নবী বাঙ্গালী হুপী মচা অমগা চঙলকতুনা মন্দির মমাঙদা লেপলরে। য়া ঙস্তা তেকখিবা মরম্না বৈষ্ণবীনা নোকপা মতমদা য়াম্না হেন্না নোকপগুম তৌই। হুপী মচাদু উবদা হায়রকই "এঃ ঐগী রাধারাণী লাক্লেদনা; ফজেদা, মায়দি পাকথোক হেক পাকলদনা—য়েংউ, লাইহুংগী রাসেশ্বরীগা কনানা হেন্না ফজে" অসি হায়রগা মখুৎ অনি অদু থাঙ্গৎলদুনা জগোয় থেকলদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা ঈশৈ শকলকই—

"সমান বয়সে—
সমান সমান পুষ্প মালা—
সমান বয়সে"—

নুপী মচা অনিছুনা বৈষ্ণবী মতৌ য়েংহুনা পংনোক্তা নোকই।
বৈষ্ণবীনা ঈশৈ লেপলগা চরণামৃত লৌরহুনা নুপী মচা অনিহুদা য়েংহুনা
হায়রকই—"সে সে মাইনুমচা , চরণামৃত থকউনে—ও মা, নঙস্থ খাও
খাও রাধাবিনোদকী চরণামৃত পাপ নাশ হবে।"

রাধাবিনোদকী লাইসেবা পুরিব ঐজ্ঞা গোপালগী মশুনুপীনি।
রাধারাণী। ঐজ্ঞা গোপালদি খ্বাইরবন্দ মপালদগীনি। মচানুপী
ইন্দুমুখীনা লুখ্রা ওইহুনা মচা পীশক রাধারাণীবু পুহুনা হল্লকপা মতমদা
ঐজ্ঞা গোপালনা হায়খি—"ইন্দু, চৎসি, নবদ্বীপতা ইপা ইচা লৈরুসি।
অমুক কুইবা অসে ইপানা নঙগীতা খন্দুনা খোঙ থাঙবা ঙমদহুনা
লৈরকপনি। নবুং অনিগী ইপা করিমত্তা রাদে। নঙগী শাংলবা
পুন্সি অসে ইপা ইচা শ্রীধামদা লেনমিন্নরুরসি।"

……চহী তরুক শুবী মশুনুপী রাধারাণী পুহুনা মপামচা শ্রীধাম
নবদ্বীপ্তা বাস তৌবা হোরকলে। রাধাবিনোদকী মন্দিরদা মপা মচানা
সেবা পুবা হোরকলে। মতৌ অমুন্না বাঙ্গলা দেশকী লৈবাক্তা
রাধারাণীনা অমুম অমুম চাউরকই। বাঙ্গলা দেশকী মৈতৈ লৈকায়
বাঙ্গালীশিংনদি মণিপুর হায়রগা খঙনবা মফম অসিদা নহা ওইবী
রাধারাণীনা য়াম্না রানা মতম লেনখি। গঙ্গা অহুক স্নান চৎপা স্কুল
হল্লকলগা মন্দির অমদগী মন্দির অমদ চৎপা, নোংমা ফাদোক সহরদা
অহুক চৎলুবা অসি নত্তনা শান্নফম, তিন্নফম খরা মরাৎলি। মফি
মরোল ফজবা শেত্তুনা কেদ কেনিংলগা সন্ধ্যারতি মতমদা শেম শাহুনা
অহুক থোকচবা— অসি নত্তনা থোইনা উৎফম লেন্নফম লৈজদে।
অহুবু কুইন লৈরকপগা, অঙাং ওইনগা লাকপগা হৈবু হৈনশিল্লকলে।
মভাং অসিদা মাগী পুন্সিদা য়াম্না মুঙায়বা থৌদোক অমা থোকখি।
রতী বৈষ্ণবী অসি চহী মঙা তরুক শুরে নবদ্বীপতা বাস তৌরকপা।
নহাল মখৈদি বাঙ্গালী লম্বোইবী অমগী আঁখরাদা লৈরম্মী, মৈতৈ
মরক্তা লৈনিংলহুনা নোংমদি রাধাবিনোদকী আঁখরাদা থুংলরে।
নবদ্বীপতা মী অনৌবা অমা লাকপা অসে য়াম্না হরাওনৈ; থোইদোক্সা

রাধারাণীদি বৈষ্ণবী লাকপা অসিদা য়াম্না হরাউখি। বৈষ্ণবীগা মখোয়গা থা তরুক তরেৎ লোম শুরে লৈমিন্নরকপা। বৈষ্ণবীনা হেক লাকপা হুনিত্তা রাধারাণীনা মরূপ অমা ফংজরে। উহাক লৈতনা বৈষ্ণবীগী কা মচা অহূদা চঙহূনা রাবী শায়, রারী তায়—।

লাইগী লৈ-শু লেংবা লোইরে। বৈষ্ণবীনা আহ্নিকনচিংবা লোইরবা তুংদা গিরিধারীগী রসই মৈ থাগৎপা হৌরে। রাধারাণীনা মাগী থোঙ-জিন্দা লেপলগা কৌরকই— "ইবেন।"

বৈষ্ণবীনা নোক্লুনা "ইঃ মাইস্নুমচা, আসনদা আসনদা অসি হায়র-গা মাগী লুপ্লবা ফান মচা অহূ হন্না হন্না নানথোক্ত্‌না মচি অমদা থাবি-হূনা ফমহল্লি। ফান মচা অহূ বৈষ্ণবীনা য়ুমদগী পুবকপনী।

বাধারাণীনা হংলকই "ইবেন, গিরিধারীগী করি হৌগদৌবী ওসিদি ?"

বৈষ্ণবীনা হায়রকই "ইবেন হায়হৈদে মাইস্নুমচা। বৈষ্ণবী হায়য়ু।"

বৈষ্ণবীনা হেক হাযনিংবমক্তি এঁজ্জা বৈষ্ণবীনি অহূবু মচিন্দদি থোক্তে।

রাধারাণীনা খুমলকই "হেক্তা কাউই ইবেন, এঃ বৈষ্ণবী! করি হৌদোরিবা ?"

"মথেল মঙানি মাইস্নুমচা— শগোল হরাই উতি অমা, পান অঙানবা অমা, পান অমেৎপা অমা, শৌগ্রি অশিনবা অমা, থোইদিং আচারগা।"

"ঐদি ইবেন থোইদিং আচার অসি তুকজেবো, হেন্তাক মাল্লি।"

"হেঃ হায়হৈদে। ঈশ্বরদা কৎপা পোৎপু তুকচৈ হায়হৈদেকো মাইস্নুমচা। শৌগ্রি থোংবা অসি থিত্তং চাগেরা? হোরেল থিল্লককে। মোরোক অতেকপগা য়োমহূনা চাউ য়াম্না হাউর্বন। য়াইদা, ব্রাহ্মণ ওইরবসু লাইমিঙ*ফংত্রিদনা, ইমা ঠৌরাণীনা হোরেন শাউগদরা? প্রসাদি থর থিল্লককে হোরেন।"

"ইমাবুদি শাউরোইদা ইবেন অত্থগা নওগী থোইদিং আচারত্থদি য়াউরককত্থ ঐ হৈনদে।"

"য়াউরোই য়াউরোই মাইন্নুমচা। শৌগ্রিগা উত্তিগতা মথিল্লককে।"

মত্তৌ অস্মুন্না মতম চাবা চাদবা নায়দনা রাধারাণীনা বৈষ্ণবীবু কোইথী থিত্থনা লৈ। বৈষ্ণবীনা গঙ্গা চৎপদা ইল্লি, বৈষ্ণবীনা লৈ থিবা লৈ লেংবা য়াউই— করিগুম্বা মতমদা সন্ধ্যারতি লোইরগা নাট্যমন্দিরদা বৈষ্ণবীদগী ইশৈ তম্মী। নোংমদি বৈষ্ণবীনা শিঙজা মপুল অমা গঙ্গা মপালদগী য়াল্লুত্থনা পুরকই। মত্থ ককলগা মপুল মপুল শেমলম্মী। বৈষ্ণবীনা ত্তৌবা থবক অসিমক্তবু কয়া ফজখরে কয়া মুঙাম্নগদবোই নিংঙ্গে, য়েংবদস্থ মুঙাইবা পোকই। রাধারাণী চঙলক্তুনা হংলকই।

—"ইবেন, করি তৌরিবনো?"

"মাইন্নুমচা শীঙ চল্লুরিবনি—গিরিধারীগী রসই হোনবা। মপুল অসে নোংমা নোংমগী অমমম থাগদৌরিবনী।"

"ঐ অমুক্তা ত্তৌগে।"

বৈষ্ণবীনা মকালায় নোক্লত্থনা খুমলকই "মুঙায়দবোই নিংবরা মাইন্নু মচা, নখুৎ অথোৎপা অত্থ শোক্কনিদা। ইমা ঠৌরাণীখোয়না উরগা শাউগনিদা।"

"শাউরোই শাউরোই ইবেন নঙ ইরুত্রিবা নত্রা? লুকরো ঐ তৌবিরমগে।" অসি হায়ত্থনা রাধারাণীনা থাংজোমচা অত্থ মুল্লগা শীঙজা ককপা হৌখি।

অসিতস্থ নৎতনা রত্তী বৈষ্ণবীগী থবক অসে মানা য়াম্না য়াউজনিংই। বৈষ্ণবীনা শাবা চন্দনগা অতৈগা খক মান্নদে। গঙ্গা মপালদগী অফবা মৃত্তিকা পেকলগা নিঙথিনা ফান মচা অমদা য়েত্থনা মওং মত্তৌ শেমত্থনা শায়। অফবা মৃত্তিকা থিবগী হিদেন অমা অনি লানত্থনা চৎপগীস্থ বৈষ্ণবীদা থোইনা অরাবা পোক্তে। অশাবা চন্দনশিং অত্থ হায়ক্কেৎ কংলবা তুংদা সনা মকুপ থর লৈরগা ছাপা অমনা সনামকুপকী ময়েক ফজনা নমলগা চন্দন অত্থ শাবা লোইশিল্লি। নোংম্নতা পংশা

শাজিন্দে মরম অতুনা মৈতৈ লৈবাক্তগী লাকপা যাত্রীক অয়াম্বনা বৈষ্ণবীগী চন্দন হাযরগা খঙনৈ। অয়াম্বা কুঞ্জবাসীশিংনা বৈষ্ণবীগী পোৎশিং উবদা য়াম্না কলকনৈ।

গঙ্গাদা লাকপা মৈতৈ যাত্রীকশিংনা গঙ্গাজল খরা পুবা অমসুং চন্দন খরা লৈতুনা পুবা অসি মহোশাদগী চৎনরকই। দোকানদগী খুজাই নত্রগা তেকনা মচা অমমম অচাবা মখুমগা লো য়ননা লৈরগা বৈষ্ণবী নত্রগা কনাগুম্বা কুঞ্জবাসীদা য়ুদনবা মরৈবাক ফাউবা পুবা য়ানবা মখুম খুম্বিয়ু হায়না হেক হেক লাকই। যাত্রীক মতমদা মতৌ অসুম্না পৈশা খর তানজহৌবনা কুঞ্জবাসীশিংনা চহিচুপ্পা লেনবদা মতেং ওইনজে। কনাগুম্বা হৈশিংবা কুঞ্জবাসীশিংনা যাত্রীকশিংবু লাইফম লাইফমদা পুবিবদা যাত্রীকশিংনা মখোয়বু হুংশিতুনা অনা অমা শিকি অমা পীবিরম্বসু য়াউই। যাত্রীক পুতুনা লাইফম চৎপা অসে রতী-বৈষ্ণবীদি খক তৌদে। মাগী হায়ববু চন্দন অতুক য়োনজবা, গঙ্গাজল মখুম খুম্বিবা—অতুদগী মমল লৌহৌবা অতুতনি। অতুবু বৈষ্ণবীনা খুম্বা গঙ্গাজলগী পাত্রদি অতৈগা খক মান্নদে। থবক পুন্নমক বৈষ্ণবীনা তৌবা অসি মপোৎকুম য়াম্না চ্যেকশিন্না হোৎনজে। বৈষ্ণবীনা কালেন চুপ্পা চন্দন শারগা মিংথম থাদা যাত্রীক লাকপা মতমদা য়োন্নবা লীতুনা থমজে। চন্দন অসি ভংখাই অমদি রাধারাণীনা শাবা পাংবিবনি। মখুৎ মোৎকনি হায়তুনা বৈষ্ণবীনা ফনা খামজে। রাধারাণীনা য়াবা লৈতে—হায়রকই—"লৈপাক পায়তুনা শান্নবা অসিসু নুঙাইবা পোৎ অমনি। ঈশ্বরনা জীববু থাঙ্গৈশেংবা মেৎতুনা শাবা ওইরমলবদি ফনতুম নুঙায়রমগনি।"

বৈষ্ণবীনা পাখতুনা হায় "হায়হৈদে মাইনুমচা, নঙ অসি ওম্মোক ওম্মোকপা ঙাক্তা ঙাংইদা। ঈশ্বরদি জীববু মেৎতুনা মখুৎনা ঐনা শাবদৌনা শাবা নত্তেনে, ইবুঙো মানা নিংবতদা জীবশিং অসি ওইরি-বনি' অসি হায়রগা মখুৎ লোন্নতুনা ইবুঙো মাবু নিঙশিংজে।

……মতম অমদা রাধারাণী য়াম্না কন্না নাখি। ঐজ্ঞা পুরেনন্না

ডাক্তর থাজদবদগী কবিরাজ, মাইবা য়েংহন্দুনা মতম খর মাঙখরে। অহু ফাওবদা রাধারাণী নাবা ইহন মহনত্রবা অহুদা তঙাই ফত্রহুনা ডাক্তর কৌহুনা য়েংহল্লি। ডাক্তরনা থিংই—চাক পীজগন্থু।

ঙসি ঙরাংদি লাইহৌ লৈত্রে, খরা ফরক্লে অহু ফাউবা ডাক্তরনা চাক পীজবা য়াদ্রি হায়না কন্না থিংবা অসিদা ইমুঙ মহুংদি য়াম্না ৱানখি, ঙহাক লৈতনা বৈষ্ণবীনা মাগী মনাক্তা ফমহনা লৈ— শোকপদি য়াদবনিনা শোক্তে।

নোংমা অয়ুক য়াম্না ঙন্না রাধারাণীন মীকপ থোরকই। মশা শোনবগী মথক্তা লাইহৌ লৈতবগী য়াম্না হেন্না ইংখরে— অইংবা অহু মশাদা তশেংনা ফাওরকই। অরাপ্পদা কনাগুম্বা বৈষ্ণব অমনা ঈশৈ শকলকই—

"রজনী না যেতে জাগালে না কেন
বেলা হল মরি লাজে·· ······"

রাধারাণীনা করিগুম্বা উন্না কুপলবা হিমালয়গুম্বা চীঙলকতা চৎপগুম মশা অহু তইঙ তইঙ ফাওরকই। ঙৌদা ঙৌখ্রবা উনগী চীংমাইদা ঈশৈগী সুর অহুনা হিগোক মচুগী ফজরবা তুরেল মচা ওইনা চেন্থরী। মহুবু মমিৎতা উবরা নত্রগা তাবরা রাধারাণী ভাব তাবা ঙমখিদে। ওম্থোকপা মুঙায়বা থম্মোইগী ইথিল অমনা মরম ওইহুনা রাধারাণীনা মোন্দা মমায় লোৎলহুনা হীক্লা হীক্লা কপলকই। কনানস্থু তাখিদে। মতম অসিদি অমম অঙান শিননবা মতমনি— কনানো অনিখক ৱা লোম্না ঙাংনহুনা মাগী মমাঙলোমদা চঙলকপা মখোলতাবগুম তৌরকই। অমগী মখোলদি মাবু পোকপী মমাগীনি। মমানা মাগী তুম্বা কায়গনি মতাগুম লোম্না অমহুদা হায়বা তায়।

"বৈষ্ণবীনা অমুক্তা পায়হুনা য়েংবিয়ু, ডাক্তরনদি ফরেস্থু হায়, চাক চাবস্থু থিংই— ঐ মফম খঙদরে। অঙাং অসিবু য়ামফক তাখরে —য়াম্না শোনখরে। অঙাং অসিনা চাক চারক্ত্রিবা অসি থামুক্তুম

ফাজিল্লক্লে। করিস্নু দোষ লৈতে থরাইগীদমক্কি। মী হৌগৎনদ্রিবঙদা বৈষ্ণবীনা অমুক্তা পায়দনা য়েংবিয় ।"

বৈষ্ণবীনা শামতুগী এক্তারী অমা শেৎলদুনা কাঙথল হায়দোক্লুনা কৌরকই— "মাইহুমচা – নখুৎ অতু অমুক্তা য়েংগেসে কদায় কদায়।"

রাধারাণীনা অইংবা মখুৎ অতু তিংথোরকই । বৈষ্ণবীনা খুদাং মিহুল ঙহাক য়েংলবা তুংদা মহাক্কী মবুক অতু শুবী, মশা পুন্নমক মানবী। বৈষ্ণবীগী মখুৎ ফোং ফোং শাবা অতু ওস্থোক্লা মোনদ্রে অতৈগা মান্নদে।

... ... ... রাধারাণী নাবা ফরে। মপাল ইপাল কোইচৎ চৎপা ঙম্নে। নোংমদি বৈষ্ণবীনা মমা থৌরানীদা হায়রকই। "বামোন ইবেম্মা, মাইহুমচা অসি নাবা হৌগৎলকপগী নোংমতা গিরিধারীগী প্রসাদি খুনহলগে য়াগত্রা ?"

"পীজো পীজো কৈদৌগে বৈষ্ণবী অঙাংবু দোষ লৈতে।"

হুমিৎ অদো বৈষ্ণবীনা লাংজবনা মহানি। কাসারীগা শোইবুম অকংবগা, মরোই অকংবনা শোক তৌই। আলু অনিদং মোরোক অতেকপগা মেৎলি। বোরাস্নু হৌরি। হরায়থরাকবা বাধা কোপী মনা অনৌবগা চমফুত থরস্নু ফুৎলি। ঙসিদি যাত্রীকশিংনা পীরম্বা মৈতৈ চেং থরনা গিরিধারীগী ভোগ কৎলি। রাধারাণীনা ঈরু মাইথ-হুনা মশম মনা ফজনা হাৎলে। মুগা ফনেক অঙাংবা অমা শেৎলহুনা বৈষ্ণবীগী থোংজিন্দা লেপলরে। বৈষ্ণবীনা মোমোন মোমোন নোক্ল-হুনা হায়রকই—

"ঙসিদি ঐগী রাধারাণীনা ঐগী লাঈর-খাঙপোকশঙদা ঙাল্লরেদনা।"

অসিগী তুংদা ঈশৈ শকলকই—

"হা হা প্রানেশ্বরী রাধে—
হা নাথ গোকুলচন্দ্র"

রাধারাণীনা চাক চানা চানা হায়রকই— "ইবেন নঙনা থোংবা

য়েক্লাং অসে ওন্থোক্লা হাউইদকো। চাববুদি নঙনা থেনগৎপা অদিনা হেন্না মুঙায়থরে য়েংবদা। কয়াদা ফজঞ্রবা স্নুম হেক হেক থেনগৎপরা?

হায়হৈদে হায়হৈদে, মাইস্নুমচা। নহালমুক্কি মপোক্কী রা পলহৈ-দেকো।....... অত্নবুদি মতম অমদা রতীনা সেবা তৌবা ফজ্জে হায়ন-ন্নিবা পোৎনি।— মাইস্নুমচা করি সেবা তৌখোগে?

শগোলশেন, শগোলশেন স্নুমিৎ অসি বৈষ্ণবীনা মাগী গিরিধারীদা করিগুম্বা অহাওবা শঙ্গোন্না শাবা মিঠাই মশক নাইবা পোৎশক অমমম হেক কৎচৈ। অনকপদা য়োনবা মিঠাইগী দোকাম্দগী লৈত্ননা থক কৎচদে। মশক থঙবা সহরদা লৈবা লাইফম অতৈনা মখুৎ চাবিরবা মিঠাইরালাগী দোকানদগী হেক হেক চৎতুনা লৈজরুই। স্নুমিৎ অত্নু শগোলশেন স্নুমিৎনি। রাধারাণীনা মাগী কা মচা অত্নদা লাইরিক ঔরাইত্ননা লৈরম্মী। বৈষ্ণবীনা তুমিন্না মাগী কাদা চঙলক্তুনা কৌরকই ":মাইস্নুমচা ঐগীদা ঙহাক্তা চৎলুসি।"

রাধারাণীনা করিনো অমা য়ান্না কন্না ইত্ননা লৈরম্মী. মমাই হাইগ-ত্তুনা খুমলকই "ঙসি শগোলশেন স্নুমিৎলা ইবেন; লাক্কে লাক্কে চৎল-মমো। ঐ লাকে।"

ঙহাক লৈরগা মানা চৎখিবদদি উরে— বৈষ্ণবীগী ফমাঙদা মতেক অমা ফজনা রাই তৈথোক্তুনা থম্মী, মত্নদা পিথ্রাইগী পুখম মচা অমদা রসগুল্লা অনিনে, বাতাশ অহুম মরিনে, কোনা মহৈ অমুনবা অনিগা হাপ্তুনা থেনগৎলি। গিলাস অমা লংনা ফেঙলগা অয়োকপা ঈংলবা গঙ্গাজল হাপ্তুনা খিল্লি। ফান মচা অমা থারম্বা অত্ননা কয়াদি লংখ্রে লুখ্রে। হায়নবা লৈতনা রাধারাণীনা ফান অত্নদা ফমত্ননা গিরিধারীগী প্রসাদ খুনবা হোরে। চাবা লোইরবা তুংদা পান অমা চারত্ননা বৈষ্ণবী য়েংত্ননা ফাগী তৌত্ননা হায়রকই—

"ইবেন নঙনা শগোলশেন স্নুমিত্তা হেক হেক গিরিধারীদা অহাওবা কৎলিবা অসি করিগীনো? অতৈ স্নুমিত্তদি গিরিধারীনা চিলহাও খিত্রা?"

অসি হায়রগা নহা ওইবগী হৌনবী থিক থিক নোকলকই। বৈষ্ণবী নোক্তে, শাওরপ তৌনা খুমলকই—

"কৎনিংদনা তৌবনি মাইমুমচা খোইদোকপা মরম লৈতে। ঐগী গিরিধারীদি মনাইদা নাতৈ চাদবা রা খক তাকপীদে।"

রাধারাণীসু হায়ফেৎ চাউরক্লত্তুনা ইকায়রপ তৌত্তুনা রা মখা তাদনা অত্থুম খোরকলে। খৌদোক অসিগী তুংদা মাগা বৈষ্ণবীগা কয়া তোয়না উনদরে। মথংগী শগোলশেন হুমিত্তা প্রসাদি খুল্লু হায়রে— লাক্কে হায়রগা রাধারাণী চৎলুদে।

করিনা মরম ওইখিবনো খঙদে হন্দক মরক অসি বৈষ্ণবী ঙস্তা ঙস্তা সহরদা রাধেশ্যাম লাউবা চৎখি—হল্লকপদা য়াম্না থেঙবা মরম্না রাধারাণীগা খক উনদে। রাধারাণীসু হঙ্গোয়তুনা হান্নগুম বৈষ্ণবীবু কোয়থী থিরুদে। অসুক কুইবা চহী মরি মঙা লৈরকপা অসি নোংমতা রাধেশ্যাম লাউত্তুনা বৈষ্ণবীনা চারক্তি—মীদি য়াম্না চৎনৈ। দ্বাদশী হুমিত্তা বৈষ্ণবীশিংনা য়ুম অমা অনি ভিক্ষা চৎপা অত্থু ফাউবা বৈষ্ণবীদি চৎচদে। কনাগুম্বনা "বৈষ্ণবী নঙসু রাধেশ্যাম লাউবা চৎলুদনা—পোৎ য়াম্না ফংনৈবো। নিংথম থাদা কম্পর ফাউবা য়েল্লী —মররারী বাবুদো ওস্থোক্লা ধর্ম্ম লৈগ্রে" অসুম্না হুংশিত্তুনা হায়বিবসু ময়াউই। বৈষ্ণবীনা খুমজে—

"ঐনা ঙমলিবমখৈ গিরিধারীগী সেবা অসি অসুম তৌখিগে তৌবনি।"

হন্দক খঙহৌদনা বৈষ্ণবীগী পুকচেল হোংখিবগী মরম খঙবা ঙমদে। রাধারাণীনা খনজে—ঐনা নহাল ফাগী তৌরুবদগী শাওরত্তুনা রাধেশ্যাম লাউগ্রবরা? রাধেশ্যাম লাউবা হেক চৎপদগী বৈষ্ণবীনা কয়া তোইনা ৺রাধাবিনোদকী সেবা চঙবসু ঙমলক্তরে। করিগুম্বা ঙম্বা হুমিত্তা লৈ হেক্তুনা মন্দির মথক্তা য়েনদায় মচা অমদা থনম্মী। মসিনা মরম ওইত্তুনা মতোমতা থবক রামল্লত্তুনা রাধারাণীবু পোকপী ঠৌরাগীসু বৈষ্ণবীবু হায়ফেৎ হুঙায়তবগুম তৌই। নোংমা রাধেশ্যাম লাউবা

চত্তবা মুমিৎ অমদা বৈষ্ণবীনা গুহাদগী ঈশিং বালটি অমা চিংহ্নুনা লৈথা উরহনা রাধারাণী মমানা প্রমাণ তৌহ্নুনা তানবা হায়রকই—

"খঙত্রে কুঞ্জবাসী লৈবদা কান্নদবা হায়বহুদা ঐখোয়গী লাইকম অসিনা মহেনখ্রে। হা ৺রাধাবিনোদ ইবুঙো নঙ অসে নরাইবক থীখ্রবা লাই হায়বহুনি—অহুবুদি ঐখোয়নদি মীয়োক মীচান ফত্তেদো–, য়াম্না পীবা মফমদা য়াম্না নোম্বা হায়বহুনি......... ।"

বৈষ্ণবী খঙই মাবুনি হায়বা, রা ঙাওলমদনা মমায় লুকথহুনা ঈশিং বালটি অহু পুহ্নুনা চঙখী। মুমিৎ অহুদগী হৌরহনা ঙনগে ঙল্লু, থেঙপে থেঙঙু অয়ুক্তা লাইগী লৈ, হৈনৌমনা, তিংথৌন চিংবা হেক্তুনা মন্দির মথক্তা হেক হেক থনম্মী। অহুগা রাধারাণী মমানা তানজা য়েংহ্নুনা থারকপা রাহৈগী তেন অহুগী চৈনাখোল বৈষ্ণবীনা তুমিন তুমিন্না থাঙজে। নোংমতা চিন্দা পাউদাননা ঙাঙনবা লৈতে। রাধেশ্যাম লাউবদি অহুম মচৎলি।

রাধারাণী অসি মহৌশাদগী ঈকায়থীবিনী। নহালগী থৌদোকনে, মমানা ঙাঙবা তাবনে হঙোয়খিবনা বৈষ্ণবী হল্লকলে হায়বা খঙলবসু খক মাগী মনাক্তা চঙলক্তে। বৈষ্ণবীনা খর ঙন্না হল্লক্তুনা সন্ধ্যারতী য়াউবা মুমিৎ অহুদি সন্ধ্যারতী ফাউবা থোরক্তে। নোংমা সন্ধ্যা মতুংদা মমানা লৈতবা মুমিৎ অমদা রাধারাণীনা লাইরিক তৌহ্নুনা লৈরম্মী। ঐজ্ঞা পুরেনসু লাইরিক তাবা মীগীদা লেঙখি। বৈষ্ণবীনা তুমিন্না চংলক্তুনা কৌরকই—"মাইমুমচা— আ"

রাধারাণীনা ইকায়বোই করিবোই মমাই লুকথহুনা লৈ ; মমীত্তদি মপি তরং তরং চেনখি। বৈষ্ণবীনা চঙলক্তুনা মাগী মনাক্ত ফমলয়ে অহুগা ফিমুংদগী করিনো অমা পুথোরক্তুনা হায়রকই—

"য়েঙঙু ফুরিৎ অসে। ঐনা রাধেশ্যাম শকপা অহুদা মাররারী মুপী অমনা থারম্বনী। মাইমুমচা নঙ লিৎলু—কুচু ঙৌবনীনা অশংবা অসি য়াম্না পকনী।"

রাধারাণীগী ইকায়বা পুন্নমক মাঙগ্রে-মমাই হাইগত্তুনা হায়রকই—"ইবেন নঙগী রাধেশ্যাম লাউবী অসিতা তোকলোবা—। ঐদি ইকায়জখ্রে— নামবু য়োন্দুনা চাবা হৌনবরা ? নঙনা শোল্লিবা নাম ময়াম অদো নঙনা ফল ফংলরোইদবনি ; শোলহনলিবা ঈনাকখুনবা অত্থগী ওইগ্রবনি ।"

"এ অত্থবু হেক য়াবা হায়বরা মাইহুমচা। নাম শোননিংলত্থনা মীঙোন্দা নেকপবু ফল ফঙই হায়বরা ? ঐনা নাম শোনবা মতমদা মীত্তগী পি তাবা অসি মাগী মপি নত্তে মাইহুমচা। ঐগী থম্মোইদগী থোরকপা ভক্তিবু মানা পৈশা পীত্থনা লৈবা য়াবরা ?

"অত্থদি নঙদি কৈদৌনা চৎলিবা ? মীগী মচেঙ চারগা নশাগীদমক নাম শোনবদি করিগীনো ইবেন ?"

"অত্থ নত্রবদি কনানা থাকপীগনি ? মাস্থ ঐখোয়গুম্বা অতোনবা মী ময়াম য়োকপীবগী মরাইনা পুন্থ ফংজগনি। করিস্থ মাঙবা লৈতে মাইহুমচা ।"

"অত্থ ওইরবস্থ তোকলো তোকলো চৎলহু। য়ুমদা অত্থম নাম শোল্লু অমহানি ।"

হায়বগুমলত্থনা বৈষ্ণবী অত্থ খর লৈরগদি রাধেশ্যাম লাউবা চৎপা লেপখরে। হান্নগী মতৌগুম মন্দির সেবা অমসুং গিরিধারীগী সেবানা মপুঙ ওইরকই। রাধারাণীনা মহৌশাগুম বৈষ্ণবীগা তিন্নৈ, গঙ্গা দর্শন চৎমিন্নৈ, স্নান চৎমিন্নৈ। মতম অসি রাধারাণীস্থ পীক্ত পীকপা হুপীমচা ওইরক্তরে— লৈশাবীশীংদা চল্লকলে মপুংমক্তি কন্না ফাদরি । — নোংমা বৈষ্ণবীগা গঙ্গা চৎমিন্নবদা রাধারাণীনা হায়—

"ইবেন ঐ রা অমা হায়গে নঙ মীঙোন্দা হায়দোক্কদরা। ইমাখোয় ইথৌখোয় তাহনবা য়াদে ।"

বৈষ্ণবীনা খুম্মী "ইমাখোয়, ইথৌখোয় তাবা য়াদবা করি রাবু লৈবা হৌনবগে মাইহুমচা ?"

"লৈদনবু হায়রিবনি, নঙদী খঙবা য়ায়দা।"

"করিনো তাসিদনা।"

"মাই ইকায়জে, নঙ মীঙোন্দা হায়দোকন্নুকো—হায়দোকল্লোয় হায়য়ু।"

"ইকায়রগা হায়দ্রেদনা।"

"হায়দবদি য়াদেনে, নঙ মীঙোন্দা হায়দোকন্নুকো।"

"করিনো অদুবো মাইন্নুমচা?"

"ঐঙোন্দা য়েংলকন্নু অদুদি হায়রগেকো। নহাল মণিপুরদগী যাত্রীক খরা লাকলম্বদো নঙ নিঙশিঙবরা?"

"করম্বা যাত্রীকনো মাইন্নুমচা? যাত্রীককী যাত্রীক ঙাক্তনি—নহালগী যাত্রীক হায়রগা ঐনা খঙগদৌবা অসিবু করিনো ঐবু খঙদ্রেব্রা।"

"নহালগী ফিরোয় শোন্বা বামোনগী ইমুংদো।

"এঃ এঃ ভাব তারে কৈদৌরবগে অদুবো।"

"মখোয়গী মী অমা য়াওরকপদো ঐঙোন্দা চিঠি পীরকই— মমা-খোয়বু হায়হনগে কান্নু হায়রকই। হেঃ পাখঙ অমা য়াউরকপা অদুবুনে। ইবেন নঙসে পঙথ্রে ইঙক ঙকলদনা ঐঙোন্দা য়েংলুনা লৈরিবা অসি করিগীনো?"

বৈষ্ণবীনা নোকুনা হায়রকই "করিগীনো মানা ঐগী রাধারাণীদা য়েংশিনলকলিবদি উশিত্তেদা।"

"অদুবো করি হায়না খুমগদগে ইবেন।"

বৈষ্ণবীনা শকফম হজিন্দুনা হায়রকই "তুমিন্না হেক লৈথোকউ মাইন্নুমচা। নোংমা নিনিদং খঙনখিবা যাত্রীক অদুবু অদুক য়াম্না থাজবা য়াদে—মীওইবা হায়বা অসি খঙবা ঙম্বপোৎ নত্তে। কনানা খঙগনি করম্বা মীনো হায়বা। মাইন্নুমচা, নঙ য়াম্না অঙাং ওইরী। ঐজা পুরেনসু অহলনিদো ইমাথৌরানীসু লুপ্পানিদো — নঙ য়াম্না

শিংদবা য়াবা নত্তে। মীনা চিঠি পীরকই হায়রতুনা পাক হেক হনবা য়াদে।"

………হন্দক মরক অসি মীগী মতুং ইন্দুনা পুরীদা রথদর্শন চৎলুবদগী বৈষ্ণবী মশা ঙমদে। ইকন কনখৎপা ঙমদে। চৎলমদায়দা ঐজ্ঞা পুরেনদি মতাকপী— তোম্ নু বৈষ্ণবী, ঐনা চৎপা মতমদা চৎসী, নঙ য়াম্না রারুনী। নঙগী নরনাই মী য়াওদনা মতম অসিদা চৎপা হৌনদে। বৈষ্ণবী য়ানিঙদে। টিকেট লৌদনা লম্বোইবীদি চৎপা য়ায়—অসিনচিংবা চৎমিন্নগদৌবা মীশিংনা পঙহায় হেক হায়বিরে। য়াম্না হুঙাইগনি — লম্বোইবীনবু হুঙায়বা থিত্তুনা চৎকদৌবা নত্তে, থোকউ থোকউবনি, অত্তুদত্তা হুঙায়রিবনি অসিনচিংবা……। রা ময়াম অসি তাবদা বৈষ্ণবী মপুক ওনখি। নোংমা নিনিদা চংগদৌবা মফম অত্তুদা তরেৎ নিপালনি চঙনা য়াম্না রানা চৎখি। বিনা টিকেৎতা চৎপা হায়বা অসিমক্তবু অসি ঙাক্তনি। পুরী য়োৗরবা তুংদা তপ তানসু নারুরে—অত্তুবু ময়ামগী মতুংসু ইন্দবা য়াদবনিনা বৈষ্ণবীনা কয়াদা রাখিবা। মানা ময়ামগী খোঙলৌ খুৎলৌবগী মশক ওইরুবা অসিদা খরসু ইকায়খি। মতম অত্তুদা বৈষ্ণবীনা ঐজ্ঞা পুরেনগী রা অত্তু তত্তনা নিঙশিংলকই। রানা রানা অমুক নবদ্বীপ য়োৗরকলে। বৈষ্ণবীনা থুংলবা হুমিৎ অদো সন্ধ্যানী; আরতি লোইবদা মঙায়রী। বৈষ্ণবীগী শকফম বৈষ্ণবী ওইখিদরে। মমাই মমিৎ অত্তু ইপোম পোম্বনা শকফম অমা ওনখরে। হেক য়োৗবগা মানা রারকপা ময়াম অত্তু নিঙশিংত্তুনা ঐজ্ঞাপুরেনগী মখোঙ কোন্দুনা—ও খোঙনা কপলকই—।

পুরীদগী হল্লকপদগী বৈষ্ণবীগী মশা ঙমদবা হৌখি। ঐজ্ঞা পুরেন্না গিরিধারীগী সেবা চৎপী— লুকসু অমমম থাংজিনবীরগা সেবা লোইবিরম্মী। রাধারাণীনা ঙহাক লৈতনা লাক্তুনা বৈষ্ণবীগী অরাৎ অপা নোম্বী— ঈশিং শোকচিনবী, ইমুঙ রাইরম শিংপী। ফনা কুইনা পোথারবা ফাউবা বৈষ্ণবীগী মশা অসি ইকন কনখৎতে। ঙসিসু রাধারাণীনা সন্ধ্যাদা বৈষ্ণবীগী ফমাংদা লেপলরে। ঙসাইনা য়াচঙবদা

থাওমৈ চুখৎপিরমলবনী। হায়রকই— "ইর্বোন, ইর্ধেনা ঐখোয়গী ইমুঙদা তুমশি লাউ হায়। নতোমতা লৈবা ফত্তে; নঙগী করি করি পুগদৌবা লৈ ঐবু লৌরু থারকপনী।"

বৈষ্ণবী·। খুমলকই "মাইনুমচা য়ারনি, পুরেনদা হায়য়ু ঐ অসিদা অসুম লৈজগে, ঙমদা ঙমদ্রগা করি চঙলক্তনি!"

"অদুবু ইধৌনা শাউনিনে ইবেন।"

বৈষ্ণবীনা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা তপ্পা তপ্পা হৌগৎলি, হায়রকই— "মাইনুমচা ঐগী মোনপাক মখাদা রাইখুগা শোগা লৈবনি তুক লৌথোবকউ। অদুগা ঐগী উপু মচা অদু খরা পুবিয়ু· ঐ পুবা ঙমলোয়দৌরে।"

রাধারাণীনা মাগী উপু মচা অদু থাংদোকপীগে তৌই। বৈষ্ণবীনা হায়রকই— "ঙাইখো ঐ হান্না থোকখিগে উপু অদু কোন্না থাংদোকসি। অদুগা থাওমৈ মুৎথৎপা কাউনুকো।"

রাধারাণীনা ইমুংগী শো লোম্বা লোইরবা তুংদা বৈষ্ণবীনা নিঙশিঙ-লকই "মাইনুমচা— শো অদু লোল্লী লোন্দে মুন্না চিংতুনা য়েংলম্মু— লোল্লে, ফরে ফবে লাকও— ।"

রাধারাণীনা উপু অদু কোকথোং নাত্তনা মাঙ থাহনা য়ুমজাউ-রোমদা চঙখরে।

"ইবেন, নঙগী কনা কনা লৈহৌই নঙদি নোংমতা রারী শাদে।"

"হায়দৈদে মাইনুমচা, নহালমুক্কী মপোক্কী রারী পলহৈদে। নিঙশিঙবা ফাউবা তৌহৈদে।"

"শেংনা হায়য়ু ইবেন, পনদ্রবসু নোংমতা ফাউবা নঙগী মীশিঙবু নিঙশিঙদরা?"

"করিবুদি নিঙশিঙদনি মাইনুমচা"

"নিঙশিঙলবদি অমহানী, ঐঙোন্দা রারী শাবা কৈদৌই।"

"বেশ ওল্লবদি মাইনুমচা নহালমুক্কী মপোক্কী রারী শাহৈদেদা।"

"অদু ওইরবসু ঐঙোন্দদি হায়বা য়ায়দনা। ইবেন নখোয়গী

লম্বোইইরিবনী হায়তুনা তৌরিবা অসি ঐনা য়ানিঙদবা অমা লৈবো।
নঙগী পোকমীন শাৎমিন্নরকপা মী ময়াম অত্তুসু ঈশ্বরনা শেম্বা নত্তরা ?
মখোয়বু থাদোকলগা ইবেন ঈশ্বরনা পেনগদরা—? কনাগুম্বদা কনানসু
হেনজিন্না পুনশিনলুবদি চুমদবা য়ায়— মতম অমদা শাগোম্নরকপা
পোৎপু লাক্তুনা লংশেল্লম্বদি ইবেন ঐদি য়ানিংদেবো। ইবেন ঈশ্বরনবু
কাউবা হৈবা মীবু চাল্লমগদ্রনে ? হয়েং ঐনা লুহোংখ্রবা তুংদা ঐবুসু
কাউগদরা— নোংমতা ওইরবসু, ওহাক্তা ওইরবসু নিঙশিঙলোয়দরা ?
ইবেন, ঐ অসিবু নঙগী নহালমুক্কী মপোক্তা য়াউবরা ? হন্দক্কী মপোক্তা
চিংগদরা শেংনা হায়য়ু ইবেন, ঐবু পল্লগা, ঐবু নিঙশিঙলগা নঙবু
পাপ পুগনি থল্লক্কদরা ? অত্তু ওইরবদি হৌজিক্কা করি তৌরিবা ! ঈশ্বর
নিঙবদি কৈ, অত্থবু কনাগুম্না অমগী মশাগী রারী নমতুনা কাউহনগে
হোৎনবদি ঈশ্বরমক্তা পাম্বনী হায়বদি ঐ থাজবা ওমদে।"

বৈষ্ণবীনা মুংশা মপী হোল্লতুনা তপ্না হায়রকই— "কনানা খঙবনো
মাইহুমচা।" নিঙশিঙলকই শাংলবা চহী কয়ামরুমগী মমাঙদা নোংমা
সনখ্বা ঋুলোনসনানা মণিপুরদগী ইশৈ তম্বীবনী হায়তুনা কাছাড়দা
খোঙদারকপা হুমিৎ—। মাবু পোকপা অহল লমন্না মাবু পিশক
পীকনা সনখ্বাগী মগমদা মনাই ওইনবা কথোকপনি। সনখ্বানা থুংবা
সনখ্বাগী শাগৈগী ইমুঙ অতুনা মাবু কয়াদা লুনা তৌবিখিবা। নোংমগী
থৌদোক তশেংনা নিঙশিঙলকই। মানা সনখ্বাগী মনাই ওইবা চহীমুক
ফারকপা মতমদা নোংমদি মযুমদা চেল্লগে নিঙলক্লে। মানা সনখ্বাবু
ংম্বোক্না কিনা হঙ্গোয়না তৌজে।— চহীসু য়াম্না খেন্নৈ, সনখ্বাদি.
অশানবদা মুপী অমুক থীরুরবনি। মখোয়না লৈবা খুঙ্গঙ অত্তুদগী
মপাগী মখুনগা থোইনা পঙলাপ লাপ্পদে, মরক্তা লৌবুক্তা মনৈ।
লৌবুক শমতুনা থুন অনি অসি হঙ্গৎ হন্দা চথোক চৎসিন তৌনৈ।
নোংমদি রত্তীনা চেল্লগে হায়না চপয়ুংনা নিঙলতুনা তানজা য়েংবা
হৌরক্লে। অত্তুবু মী কুঙবা ইমুঙ ওইবা মরম্না তাঞ্জা ইফং ফংদে—
য়াচংবা মতম য়ৌশিনলক্লে। অঙাঙ রাখল ওইবনা রত্তীম্ন মনিঙদা

হৌবা রাপল অত্থগী মশা মরক্তা কাখত্তুনা লোত্তুনা লৈরুই—হোরেন খুদোঙ চাবা য়েঙহুমা চেনগে অসুম হায়না খল্লুরে। য়াচঙবা মতমদা ইমুঙগী মী ময়াম্না তুমিন তুমিন মাবু খিবা অত্থ মানা রারক্তগী অশুম উই কৌনবস্থ তৌদে, মতম অত্থদা সনখ্বাদী হল্লক্তরি। তুমিন তুমিন্না মনিং ময়া য়েংনৈ রা লাউনা ঙাঙনদে— মৌনীনা মীনা করি থনখিগনি অসুম খনমালে। অসোমদা রতীনা রাবগা কিবগনা মশা অত্থ থক থক নিকখরে। সনখ্বানা হল্লকলবা মতমদা ময়াম্না মঙোন্দা তমলমাল্লে। সনখ্বাগী চাউ শাংবা হকচাংনি, মীওই মীতৌস্ন য়াম্না কৈ। রা ঙাঙলমদনা মৈরা চাউরবা অমা পায়রগা লৌবুক ফাউত্থনা খোঙকাপ চাউনা মপাম খুঙ্গং পাংখিবা অদো রতীনা রারক্তগী উই। অমুক তন্না হল্লকপস্থ উই। হল্লকলবা তুংদা মনিং ময়া মৈরা অচৌবা অত্থ পায়রত্থনা কোয়েং য়েংলগা মানা লোৎলিবা রাপল অদোমদা মৈম্বা অত্থ থাঙ্গত্তুনা কোয়েং য়েংবদা রতীনা লোৎপা অত্থ উখরে। মতম অত্থদা রতীগী ফীভম মশাতনা খঙজে। অত্থ ফাউবা রা ঙাঙলমদনা সনখ্বানা ইমুঙদা লেঙশিনখি। তন্না ইমুঙ অত্থগী অহল অত্থনা থোরক্তুনা রাখোঙদা লেপতুনা কৌরকই "ইবেম্মা লাও কুমথরকউ, করি মতৌনো নঙনা তৌরিবা অসিবো— সে সে তপ্পা কুমথরকউ ইমা ওকপীগে— ইমায়পেম্মা হুমাঙনা পুঙলুপ লুপলেদনা………" অসুম্না থেমজিন্দুনা কৌশিনবী। থৌদোক অসিগী তুংদগী ময়ামনা মাবু কয়াদা লুনা তৌবিখিবা। কয়াদা কুইখ্রবা রারীনো। নিঙশিঙলুই— মণিপুরদা সনখ্বাগী মতুং ইন্দুনা থোরকপা। নিংথৌখোংগী গোপীনাথগী সেবা মতম কয়া কুইনা তৌজরকপা। ময়াইবক থীবনা মচা অমত্তা ফংজদে— হান্নগী সিঙ্গনা থনঙ্গা ইবুঙো ইবেম্মসিংবু মচাদৌনা কোঞ্জখি। রতীনা চহী কুম্থ্রাতরুক শুবা মতমদা লুখ্রা ওইহৌই—। খরা লৈরগা তন্না দেশতা হল্লকই— মবুং মপুরাশিংগা লৈমিন্নে। হৌজিক অহন ওইরবা মতমদা শ্রীধামদা পুন্সি লেনবা লাকপনী। নোংমগী মুমিৎ অমত্তবু রতীনা মাগী মপুরোইববু কাউবা লৈতে। অত্থবু মচিন্দদি পনবা

য়াদবনিনা খক পনদে। ওসি রাধারাণীগী রা অসিনা মরম ওইহুনা নৌহৌননা পুন্সিগী রারী নিঙশিঙলবতনি। বৈষ্ণবীনা তপ্না ভপ্না হায়রকই— "মাইহুমচা!"

"করি হায়বগে ইবেন।"

"ঐনদি শোয়দনা নঙোন্দগী হান্না শিগনি নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তং শিন্নরমগে—, নঙনা ঐগী থবক অমত্তং তৌবিরকউকো।"

"করিনো ইবেন ঐনবু কোল্লবদি করি তৌদনি।"

"নহালমক্কী মপোক্কী ঐগী ইপুরোইবা অত্থুদি লাইগুম্বা মীনি। মাগী মগুণ্দি হায়হুনা করি কান্নগনি। ইবুঙোনা ঐবু লুনা তৌবিবসু মপা্য লৈতবনি। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা গোপীনাথগীদা লৈ হুতিগী লেংজে। সনখ্বানা ঙহাক লৈতনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্তুনা ঐনা লৈ লেংবা য়েংই। করিগুম্বা মতমদা ঐগী অরাৎপা লৈ মঙা তরা হেকলুহুনা লানশিনবী। লাইবক থীদনা ইচা লৈজহৌদে। অত্থুনা সনখ্বানা ঐগীদমক য়ান্না রাবিবনি; ঐগীদমকসু য়ান্না শেম্বীরম্মী মত্থুগী মতিক চাবা লমন ঐনা শিংবা ঙমলরোই। ঐগী হায়ববু ঐনা নাম মতেক্ক অমা শোনবা অসিনা লমন শিংবা ওইজগে। মাইহুমচা, ঐনা সন্ন্যাস ওইরবা হৌজিক ফাউবদা থাদোকপা ঙমদবা পোৎশক অমা লোত্তুনা থমলী। ঐগী ইপুরোইবদি মৈতৈ ইশৈদা হায়নরিবা সনখ্বা ঝুলোন-সনা হায়বহুনি। সনখ্বাগী কোকথোনদি ঐনা শুভ্রবদি খক খোয়-দাবিখিদে— রতীনা ফেংবা করতাল নভ্রবদি সনখ্বানা নোংমতা পায়হুনা ইশৈ থোনখিদে। করতাল অত্থুদি সনখ্বাগী শিজা অহলনা পোকলম্বা ইবুঙো অত্থুনা লৌহৌরে। ঐনা হৌজিক ফাউবদা করিগুম্বা সনখ্বাগা য়ান্না নক্কবা পোৎ অমত্তং থাদোকপা ঙমদহুনা পুরকই— মত্থুদি সনখ্বানা থোল্লম্বা কোকথোল অত্থুনি। মদো মাইহুমচা হৌজিকসু ঐগী উপুদা য়াউরী। ঐনা হয়েং লাইগী খুয়া তানবা মতমদা ঐহাক অসে কদায়দা লৈগনি খঙবা ঙমদে— আশাদি তৌরি বৃন্দাবনদা চৎকে হায়না............।"

রাধারাণীনা মমাইদা ফিজিনা কুপশিন্দুনা হায়রকই— "তোক্লো তোক্লো ঐ তানিংদে ।"

"মাইনুমচা রাধাবিনোদকী আঁখড়া অসি য়াম্না মুংশিজৈ ঐনা, অদুবু পুক্নিংদা মফম অমত্তদা তং তানা লৈনিংবা পোক্তে। ঙমলবদি রাধাকুণ্ডদা থরাই থানিংই। অদুবু মাইনুমচা তম্বা ঙমদে, ঐনা নিঙবদি ঐনা হৌজিক শোনজিনলকপা অসিদা কয়া কুইনা হিঙদৌবা মান্দে। ঐনা হিংলিঙৈদা নঙনা নপুরোইবা ফংবদুদদি উনিংই— অদুবু খঙদে ঈশ্বরগী নোংদম্লি। অমুকস্তু নঙবু চৎহননিংদে,·········নয়ুম পানখ্রবদি মণিপুরদা থোক্কে হায়গনিদো। ঐনা নঙবু ফংলরোইদো ···।"

রাধারাণীনা হায়রকই "ইবেন ঐ নঙনা হিংলিবমখৈদি য়ুম পাল্লোই।"

"মতু হায়হৈদে মাইনুমচা। অদুবু নঙনা অসিদা লৈরিঙৈদা ঐনা শিবা থোকলবদি নঙনা ঐগীদমক করিগুম্বা অমতং তৌবিরকউকো।"

"করিনিনা ইবেন।'

"ঐগী খ্বাংদা শো য়াউরিবনী, মসিনা ঐগী উপু- অসি হাংলগা সনখ্বানা থোল্লম্বা কোকথোল অসে নঙনা ঐগী সংস্কারগী মতমদা ঐগী কোক্তা কুপ্পীয়ু। মাইনুমচা।"

"ইবেন নঙদি শিসু-শিরোইদনা"— অসি হায়রগা বৈষ্ণবীদা কোন্দুনা হিকনা হিকনা কপলকই।

নোকফেৎ তৌদুনা মখুৎ ওইনা রাধারাণীগী মকোক্তা হন্না হন্না নানবিরকই।

মণিপুরগী কলেজনী। পুং তাগদবা মতম খর রাংলী, কলেজগী হিঙ্গোলনুংদা হৌবা উখোং অমদা কলেজগী সেকেণ্ড এয়ার অমসুং থার্ড এয়ারবগী ছাত্র ছাত্রী খরা ফমহুনা করিনো অমা য়াম্না কন্না য়েংনরী। নুপীমচা অমদি অসুম য়েংনবদগী কমনরুমদা চঙখরে। লৈহৌবশিং অহুনা মঙোন্দা য়েংহুনা নোকহৌই। মনিহারনা হায় 'গুনমণি অসি বাসন্তিগা য়াম্না চান্নমালেনে। ঙসিদা খঙলী মাপী অশাউবী অমা লৈ হায়বা।"

ইবেমহলনা খুন্মী "চান্নে, অহুননী শাউহুনা চঙখিবা অসি। ইস, নহালসু ইচে বাসন্তিগা ঐখোয়গী বনমালাগা কনানা ফজে য়েংনবদগী শাউহুনা লাইরিক পুহুনা অহুম চংখ্রে— মসি খরা শাউগল্লী।"

## বাসন্তীগী নুংশি মীনোক

"নখোয় নুপীগীদি রারী অতৈ শানিঙায় লৈতমাল্লে ফজবগী রা নংত্রবদি। অহুগীদমকপু ক্লাস চঙদনা চংখিবা অঙকপনি!"

মনাক্তা ফমলিবা নুপামচা অহুনা ঙকলহুনা হায়রকই "ক্লাসতা অহুম চঙলকত্রবা?"

"চঙদবোইদনা! নঙগুম্বা মুকন্নারমদনবু ঙকপনি। ঐখোয়গীদি ঙকপীদে অহুনা চহী অহুম অসি খুংলায় ওইজরকলবনী।" ময়াম নোকনৈ। ঙসাই মখে রাধেদি করিনো অমা শিন্দুনা লৈরম্মী, ইনা ইনা হংলকই "কৈদৌবা? খুংলায় হায়বো?"

অমনা "নঙদি ঙসাইমখে তুম্মুত্রা হা রাধে? করিনো নঙনা শিন্নবদি—..." "লোজীক, পুহ! হৌজিকপু কনানা........"

অসুম্না ময়াম তিন্নহুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা মুপীমচা মশাপাবী অমা কলেজ গেটতা চঙলকপা উহুনা ময়াম্না য়েংনহুনা "লাকলে লাকলে" হায়নৈ। মুপীমচা অহু মাগী মরমদা ঙসাইমখৈ ময়াম্না রাখল শীজিন্নবগী কেন্দ্র ওইরিবী বাসন্তীনী। মখোয় ময়ামদা মিংচীনা ফাউবা য়েংলমদনা ক্লাসতা চঙখ্রে।

অমনা হায়রকই তপলপনা "মাযখোঙদি শেঙ্গাও মাঙবগী মাইখোঙনী।"

কাং কাং কাং, পুঙ তাহুনা ময়াম অহুসু ক্লাসতা চঙনখরে।

কলেজগী হিঙ্গোলহুংদা হৌবা বকুল পাম্বী মখোঙদা বাসন্তীগী ফমফমনী—। ঙসিসু ক্লাস লৈতবা মতমদা লাইব্রিক অমা বাসন্তীনা পায়রহুনা বকুল মখোঙদা ফমলরে।

অরাপ্পদা ছাত্র খরনা খন্নে। ময়াম অসিগী মরক্তা কনা ঙমগনী শ্রীমতীদা রা ঙাঙলুবা।

গৌরবাবুনা হায় "করি ঙমদনি, ছাত্রীদা রা ঙাঙলুবা অসিবু য়াম্না রাবা থবকলা?"

অমনা হায়রকই "ঙম্ববুদি লোইনা ঙমগনি অহুবু খুম্বু খুম্বিরক্কদরা?"

মনিহারনা হায় "অহুনিনে।"

হন্দক্তা চঙলকপা ফার্স্ট এয়ারগী নুপা মচাহুনা ঙক্তুনা হংলকই "হায়নরিবা অসিবু মরোল থোক্তরনে।"

"হুৎ নঙ অঙাঙনা খঙপোৎ নত্তে।" গৌরনা অমুক হায়রকই "অহুদি শেন চানসি, সত্য খুমহনগে।"

ফৈ ফৈ, অহুদি, নঙনা ঙাঙজরুবদা খুমলকই খুমলক্তে হায়বদি করম্না খঙগনি। মাইগু রিডিঙ তৌরগা হলক্কদৌরিবা জাৎলা?"

গৌর ঙহাক খল্লী, হায়রকই "নহারোল মেগাজিনগী সেনখাইগী খাত্তা অহু পীয়ু শেন খায়বা ওইনা চঙগে— মানা সহি তৌরক্লবদি ঐগা রা ঙাঙনরে খঙলেদনা।"

পুঙ তারে। বাসন্তীনা প্রাকটিকেল ক্লাস চৎকদৌবগী থোরকই।

ছাত্রশিংনা মচী মচীদা লেপ্তুনা লৈহৌই— থোইনা য়েংলমদে। মানা ভেরেন্দা কাখৎপা মতমদা গৌরনা চঙতুনা হায় "অমুক্তা ঙায়বিখো।"

বাসন্তী লেপ্পী রা ঙাঙদনা।

গৌরনা অনিরক অহুমলক খৌদেমতুনা "সহি অমুক্তা।"

বাসন্তী রা ঙাঙদনা মঙোন্দা য়েঙলকই। গৌরনা মথঙ মথঙ হায়রকই "নহারোল মেগাজিনগী সেনখায়গী অমুক্তা সহি তৌবিরম্মু।"

বাসন্তীনা খাতা অতুদা হায়ফেৎ য়েংলগা "ক্লাস লৈ হৌজিক্তি।" হায়রমলগা চঙখ্রে। অতুগী শরুক্তি খুমলমদনা চঙখিবনা হেন্না ফরমগদৌবনী।

ছুটি ওইরে। অতু ফাউবা ছাত্র খরদি চত্তুনা চাহনা লৈ। ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বদি মথঙ মথঙ থোক্তুনা চৎনখ্রে। বাসন্তীসু থোরক্লে। গৌরনা থৌনা ফনা মমায় হায়গৎনা চঙতুনা হায়রকই—

"ঙসাইগী সহি··· ········।"

"ও কয়া ওইরবনো ঐদি থোইনা খঙজদে।"

হরাওনা "লুপা অমতনি। হেন্না পীবিগে হায়রবসু য়াগনি।" অসি হায়রগা নোকফেৎ তৌতুনা মমান্নবশিংদা ফল্লপ য়েংজে।

বাসন্তীনা ঙাইঙমদনা "হয়েং পুজরক্কে।"

"পীবিনিঙবা মতমদা পীবিয়ু সহিদা হান্না তৌবিরম্মু।"

"পীবা মতমদা তৌজগে।" অসি হায়রগা চৎখ্রে।

বাসন্তী মরিশুবা চহীগী ছাত্রীনি। মাগী মরমদা ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বনা থোইনা খঙদে। ছাত্রগসু ছাত্রীগসু অমত্তা থোইনা চান্নরা তিন্নদে। মাগী তাইবংপালনা অতোপ্পা অমা ওইনা তৌরম্মী। মাগী কায়দা অতু উতুনা অয়াম্বা ছাত্র ছাত্রীশিংনা নোকনৈ, উশিত্তবা উৎলী— অতুবু মহুঙ মনুঙদদি ছাত্রীশিংনা কল্লকই, ছাত্রীশিংনা চান্ননিংলম্মী। হান্নবদি হায়দোক্লদে। কলেজগী করিগুম্বা থোক্লকপা মিটিংনচিংবা অয়াম্বা থোইনা য়াউবা উদে, তঙায়ফদবতনি মাবু ময়ান্না উনবা। শন্না হায়রবদা— মতা অমনি হায়বতুনি—।

মতম অদুগী ছাত্রশিংগী লুচিংবা বিশ্বজিৎনি— নহারোলগীশু সম্পাদকনি। রার ফগুগীদমক ভেরাইটি পারফোর্মেন্স অমা তৌবদা তান্নরে। মতুগীদমক কলেজ ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক মরাঙ হৌরে; কনানা করি তৌবা মখোয় মশেল শিন্দোক্নে। মাইথম ধবলগী কোমীক, বনমালাগী শোলো, ইবেমহল, রাধেনচিংবগী অপুনবা ইশৈ। অদুদগী চিত্রাঙ্গদা তেল্লো ওইনা উৎকনী। ছাত্র ছাত্রীময়াম্না বিশ্বজিৎতা কন্না তক্নে—হন্দক্তি বাসন্তী য়াওহন্দবা য়াদে তেল্লো অসিদা। বিশ্বজিৎসু মরীশুবা চহীগী ছাত্রনি। অহানবা চহীদগী হৌরক্তুনা থাসন্তীগা ক্লাস অমতদা তম্মীন্নে। অদুবু বাসন্তীগা নোংমতসু রা ঙাঙনরুদে অদুগী মথক্তা বাসন্তীগী মরমদা মাগী রাখলসু কয়া চাওখৎলমদে। অনৌবা যুগতা পোকপা ছাত্রীনা সমাজগী কান্নবা থবক্তা অমসুং অতৈ করিগুম্বা ওর্গেনাইজেশন অমত্তদা করিমতা থরায় য়াওদবা মহাকপু কান্নদবা অরেম্বা মী, দেশকী রাইচিন্নবা পোকপা জীব অমনী হায়না লৌরম্মী। কনাগসু মরী লৈনদবা, থোইদোক্লা সভ্যসমাজগা মরী লৈননিঙদবা অনসোসিয়েল ওইবা নুপীমচা অসিবু মখোয়গী মরক্তা অরেম্বদা চিংশিল্লুবসু পাম্লমদে।

ইবেমহলনা হায়রকই "তা'বিশ্বজিৎ, য়াদে হন্দক্কী অসিদি বাসন্তী য়াওদবা। মাবু চিত্রাঙ্গদা শাহনগদবনি……।"

"করি কান্নগনি মাবু অমুক অরেম্বদা চিংশিল্লুদনা। মশানা লোত্তুনা লৈবা পাম্বা মী অদুবু ঐদি………।"

"তুমিন লৈরো নঙগী কবিগী রাদো য়াদে য়াদে মা য়াওহনসি……।" হায়দুনা ময়াম্না য়ৌ য়ৌ তৌরকই।

গৌরনা তপ্না মালংদা য়েংদুনা হায়রকই "নঙনা হায়রবদি শোয়দনা য়াগনি, নঙ অমুক্তুং হায়দুনা য়েংউ।"

অহাঙবা মতমদা নুপীমচা ময়ামনা বাসন্তীবু ফাদুনা হায় "হন্দক্কী অসিদি য়াওবিদবা য়াদে।"

বাসন্তীনা খুন্মী "ঐদি হৈনু হৈতেনে।" অমনা হায়রকই "মসী হৈবা হৈতবগী কোইশন নত্তে। মসী শক্তী রানী। অসুক ফজবা অসিবু ষ্টেজদা অমুক্তুং কাহনদনা তোকপা হৌনদে।" হায়দনা মতোমতা নোকই, ময়ামসু নোকলে। বাসন্তীদি হান্নগী মতৌগুম তুমিন্না লৈ। ময়ান্না অমুক হায়রকই "ফোর্থ ইয়ারসু ফোর্থ ইয়ারনি। অসিদগীদি কলেজগা গুড বাই তৌগদবা খিত্তসু ঙায়রে, য়াওসী কৈদৌগে।"

"ঐদি হৈরোইদা" হায়রম্লগা বাসন্তীনা লাইব্রেরীদা চঙখি। ময়াম অহু ময়া কুমত্নুা লৈহৌই।

মাধবীনা হায় "হে হে মা নত্রবদি শাবিনবা লৈত্রবরা? ইচাও হেক চাউথোক্লহুনা......... ।"

ক্লাস লৈতবা মতমদা বাসন্তীনা মতোমতা নহালগী বকুল মখোঙ অহুদা ফমহুনা লাইরিক পারী। বিশ্বজিৎনা মাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা লেপলরে। মাসু অমুক্তুং য়েংখৎলম্লগা মরু লুকথখী।

বিশ্বজিৎনা হায়রকই "ময়ামগী ওইনা রা অমতং হায়জবা তারী। চিত্রাঙ্গদা তেল্লো উৎকদৌরিবা অসিদা ইবেম্মবু য়াওবা ময়াম্না য়াম্না পাম্না হায়রী, করি হায়রিবগে?"

অসোমদগীদি খুমলক্তে। অমুক হায়রকই "মসি ময়াম্না তৌগদৌরিবনি, ঐখোয় পুম্নমক কলেজ অমত্তগী ষ্টুডেণ্টনি, রাইট লৈ হায়হুনা হায়জবতনি। য়ারে হায়না লৌজরগে মতমবু খিত্তা ঙায়রে। অক্তর কলেজদা রিহারসেল চৎপা অসি ময়াম পুম্নমক রাগনি হায়নরে। অমুক পুং তরেৎকা তাবদা হয়েং কলেজদা লাকপীয়ু ময়ামসু লাকনি। য়ারে হায়না লৌজরে। হায়রমলগা চৎখরে। খল্লী, মৌনম্ সম্মতি লক্ষণং।

অমুক রিহাসেলগী মী লাকনরে। বিশ্বজিৎনা অর্জুনগী পার্ট লৌই অমসুং তম্বী। পুম্নমক শুনা লাকলে, অহুগা বাসন্তীদি? অসুম থেঙজিল্লক্তুনা হন্নবা মতম য়ৌরে। ময়াম পুম্নমক বিশ্বজিৎতা য়েংই।

মণিহারনা হায়রকই— "লাকত্রেদনা। ঙরাঙবু চাননা য়াহৌরবরা ? শোয়ত্রবরা বিশ্বজিৎ ?"

বিশ্বজিৎ খঙহৌদনা মমায় ঙাঙই হায়রকই "ঐনা নহাননা হায়নে।"

ইবেমহলনা হায় "য়াহৌরে হায়বদায়নে। হরাট এ শেম হৌনবীসু খঙদা।"

ময়াম চৎনখরে। মতুগী হুমিৎ অদো বাসন্তী কলেজ ফাওবা কারক্তে। অতৈগীদি খঙদে ঙসিগী বাসন্তীগী লমচৎ অসিনা বিশ্বজিৎকী পুক্নিঙদা মনুং মনুংদা তিন্না খিত্তং খিত্তং অসুম চিকপগুম খাঙফম লৈবমদে। করিবু কান্নরিবা মাবু মযাম মমাঙদা চাং তাহন-বিরগা। খঙহৌদনা ওইনবা কৌবা অত্থু মঙক থিনগৎতুনা হেক য়েংলকই—। অওইবনি, য়াম্না হুঙায়তবা রানী। কলেজগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা লুনা তৌবা, মরা চৎপা বিশ্বজিৎপু মানা ইরায়-হেক লায়না……।

………নোংমা বিশ্বজিৎনা ক্লাসতগী থোরকপদা ফার্ষ্ট ইয়ারগী হুপীমচা অমনা চিঠি অমা মখুত্তা পীরম্লগা চৎখ্রে।

তাদা বিশ্বজিৎ,

রারোগনু। নহাল্না হায়জরম্লবদি ঐগী ইরাল অসি ইরায় লায়না ঙাকপীরমগদবনি। 'চিত্রাঙ্গদা' য়াওবা ঐগী ইতিক ওইজদে। অয়ুক্তা ট্যুসন অনি তৌজরি। হুংদাংদা ইমানা পোৎলোই তুবা খর খর য়াওব্রবদি বি, এ পরীক্ষাগী ফী পীবা রাবা তারি। অসুক য়াম্বা অসি, হায়জরোইদবসি—থাজবিনগীদমক্তনি।

নঙগী

বাসন্তী

চিঠি অসি পাবা মতমদা কদায় কদায়দগীনো অশা অশাবা ঈ ময়াম কারক্তুনা বিশ্বজিৎকী মমায়বু ঙাঙহল্লরে। খঙহৌদনা চিঠি অসি অতৈ মরূপতা উৎনিঙদবগুম তৌরে। চিঠি অত্থবু হন্না হন্না

পাবস্থ কলেজনা খুদোং চাদবা মফম ওইবনা ক্লাসতা অমুক চঙলমদনা ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুমদা হল্লক্লগা চিঠি অমুবু মশিঙ নাইদনা পারগা, মাগী খুই মচা অমুবু হন্না হন্না মুন্না য়েংলী। 'নঙগী হায়বা রাহৈ মচা অতেনবা অসিনা কদায়দগী অস্থক য়াম্না মরাঙ হৌহল্লীবা! অঙকপনী! করিগীনো মানা ট্যুসন তৌরিবা অসিনা? চুম্মি, শোয়দনা নংবা তায়; অসিননী মহাক্লা ময়ামদগী লাপ্না লৈনিঙলিবা অসি। কাউবু কাউরুই অমুননী নহাক 'নহারোল'গী শেনখাই খায়খিত্রিবা।

চিঠি মচেৎ অসিনা বিশ্বজিৎকী কল্লবা থম্মোই'দা বাসন্তীগী মচু শংজিনবিরমলে। মতম অসিদা করম্না য়ুমদা লৈগনি? চিঠি অমু ফুরিৎখাওদা হাপলগা মতম ইচা চাদনা হুংথিল পোবোপ্তা করম্বা নেশানা চিংমুন্না মানা চৎখ্রিবা অমুস্থ করম্না খঙগনি—থোইদোক্লা মুপাগী পুক্নিঙবু—।

......ভেরাইটি শো য়াম্না মাই পাকপগা লোয়ননা লোইখ্রে। পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ আর, হেমিলটোননা চীফ গেষ্ট ওইখি। অমুগা বিশ্বজিৎকী মহুত্তা বানীকুমারনা অর্জ্জুন শাখি হায়। বিশ্বজিৎনা ঐ শাবা ঙমলরোই হায়রবা মতমদা ময়াম পুন্নমক ঙকনৈ। মাগুম্বা উৎসাহীগী পুক্নিঙদা খঙহৌদনা বৈরাগ্য লাকপগী মরম অসি বিশ্বজিৎ নত্তনা কনানা খঙগনি।

......ফ্রী পেরডতা লাইব্রেরীদা ফমমুনা বাসন্তীনা চাউরবা লাইরিক অমু পারী। অতৈ কনা অমত্তা লৈতে। বিশ্বজিৎ চঙলক্তুনা মায়োক্লবা চৌকি অমদা ফমলরে অমুগা মমাঙদা লৈবা ষ্টেতসমেন অমু হঙ্গৎ-হন্দা ওত্তুনা য়েঙলি। অনিমক তথক তথকই, কনানা রা হৌদোকনি? ময়েকী হায়রবদি বিশ্বজিৎকী পালিনী অমুবু নহালগী বিশ্বজিৎকা ঙসিগা ওম্মোক্লা থীনা খেন্নখ্রেদা!

ইথা থাজদনা বাসন্তীনা হায়রকই "নহালগী চিঠি ফংবিত্রা?"

রাহৈ খিত্তং অসিনা বিশ্বজিৎপু অমুক হেন্না মরাঙ হৌহল্লী। থুমলকই "ফংই, ঐ ওম্মোক্লা হুঙায়জখিদরে। মমাঙঙৈদা, ইবেম্মবু

ঐদি মতা অমা ওইনা খল্লম্মী। হুমিৎ খরগী মমাঙদা য়েরুবা ওইরম্মী হায়রবস্থ খোইনা লাল্লোই, হৌজিক্তি ঐ ... ... ... ...

বাসন্তীনা খুমদনা মোমোন নোক্তুনা মমায় লুকথপ্রে। অতুনদি কয়া হুংশিপ্রে। হৌরুরবনিনা বিশ্বজিৎ অতু করম্মা অমুক রা ঙাঙদনা লৈগনি; হায়রকই "ঐখোয়গী ভেরাইটি শো অতু হুঙায় হায়নৈ ঐদি উজহৌদ্রে।"

ঙক্তুনা "অর্জ্জুনগী পার্ট লৌবিবদায়নে?"

"অকোনবদদি ঐ লৌজদরে।"

অমুক ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরে। অসুন্না লৈবা অসিনা মহেল্লে হৈনদবা বিশ্বজিৎনা; অমুক হায়রকই রারৌবিন্থ রা অমত্তগা হংজগে, কদায় কদায়দনো ট্যুসন তৌই হায়ববু?"

—বাসন্তীনা খিত্তং ইকায়না হায়রকই—"হুপীমচা অনিখক্তি ঐখোয়গী য়ুম মনাক্তা লৈ—অতুগা অমদি সেকেণ্ড ইয়ারগী ছাত্রনী প্রাইভেৎ থাগদৌরী ঐনা খর খর হেলপ তৌজবনি.........।"

"কনা ওইরবনো? কয়া নহা অহলনো?"

"কনানো হায়বা ঐনা হায়তুনস্থ খঙবিরোই। ঐখোরগী লেঙ্গা নত্রগা মানা খরা হল্লগ্না য়াই। মেত্রিক থারগা কুইনা পোত্থারুবদগী হন্দক্তা থাগদৌরি।" হন্দক্তি কুইনা তুমিন্না লৈনরে। বিশ্বজিৎ অতু খঙদে নহালগী তিন্না চিকপী লায়না অতু খঙহৌদনা হেনগৎলকপগুম তৌই। হায়রকই—

"ঐখোয়গী পরীক্ষাদি খিত্তা ঙাইশিল্লকলে, ট্যুসন তৌরবদি পাবা মতমদি ফংবিব্রা?"

"ফংদে হায়তুনা করম তৌগনি, ঐদি ফেল ওইবদি শোয়দ্রে। হুংদাংস্থ পাবা মতম ইফং ফংদে.........।" হায়রগা মমীৎ অতু বিশ্বজিৎ উনি হায়তুনা মমায় লুকথতুনা লৈখরে। ঙহাক খল্লগা বিশ্বজিৎ-না হায়রকই—

"অকোনবগী ছাত্র অতু ঐ তম্বিজরগে। লাইব্রিক পাবস্থ মতম

ফংবিরগনি। ঐ তম্বিবদা তম্বিজরগে, নত্রগা ঐগী য়ুমদা থাবিরকউ—অরামলদি ইবেম্মগীনি।

বাসন্তীনা খুমদতুনা তুমিন্না লৈরে বিশ্বজিৎনা য়াম্না লাঙতরুনা "য়াগদ্রা বাসন্তী, ঐনা হায়বা অসি য়াবিগদ্রা ?" হায়রগা মঙোন্দা মুন্না য়েংতুনা লৈ।

বাসন্তীনা মোমোন নোক্তুনা "য়াদ্রবদি ?" বিশ্বজিৎনা হায়ফম খঙদ্রতুনা "য়াদ্রবদি—ই—"

বাসন্তীনা মাগী মতৌ তমতুনা "য়াদ্রবদি—থৌরি য়ান্দুনা শিনি।" হায়রগা য়াম্না নুংশিনা খোঞ্জেল থোক্না নোকলকই। বিশ্বজিৎসু নোকলে। ঙসীগী বসন্তী অসিবু চহী মরী কলেজ অমতদা তম্মিন্নরকপী য়াম্না চীঙ লেম্বী অতুরা ? হৈবু হৈনে, নুংশিবা মীনোক অসে নোংমতা তাহনদনা চহী মরী লোত্তুনা থম্বা ! বাসন্তীনা হায়রকই—

"অতুগা রা অমগা হায়জহৌখিগে। মণিপুর ষ্টুডেন্টস ফেদরেসনগী প্রেসিডেণ্টতা ঐগী মেম্বরসিপ রিজাইন তৌনবা চিঠি অমা ইজগ্রে।"

থরায় শোক্না "করিগী ?" বিশ্বজিৎনা ষ্টুডেণ্ট ফেদরেসনগী সেক্রেটরীনি।

"লায়রবা মীনা অতুক চাউবা এণ্টরপ্রাইজ অতুদা করম্না য়াওগনি।" মতুদি অরা অনা খঙদবা নুঙায় য়াইফবগী থবকনি। ঐদি মতমসু ফংজদে ফেদরেসনগী থবকসু করিমতা তৌদে। অরেম্বদা মেম্বরগী নামা পান্দুনা করি কান্ননি ?

বিশ্বজিৎনা করিনো অমা য়েৎকে তৌবদদি কাং কাং কাং……পুঙ তাতুনা অনিমক ক্লাসতা চঙনখরে।

ময়ুমদা লাকলগা বিশ্বজিৎনা চে কলম লৌতুনা প্রেসিডেণ্টতা সেক্রেটরীগী ফম থাদোকচরগে মরম য়াম্না অরূবা লৈ হায়না থুনা চিঠি অমা ইতুনা থাগ্রে। ফেদরেসন্না অসিদা খ্বাইদগী থরায় য়াউবা বিশ্বজিৎনি।

নিংথম থাগী সন্ধ্যানী। কোম্ৗোং ময়াদা হৌবা পুংলবা বকুল পাম্বীদা চোঙা মপৈনা লেকফম মুন্নহুনা অতৎপা লৈতনা খৎনরী। য়েংনা য়েংনা নিংথমথা মুমিৎ ওইবনা মমশিল্লক্লে। অরাপ্পদা অঙাংশিংগী শান্নবগী লাওখোংবসু তপ্পা তপ্পা নেমথখরে। যুম লোন্নবগী হূই অমা অতৎপা লৈতনা মথরায় থাগে মতাগুম খোংলী, মরক মরক্তা ইমুঙগী মীনা তানিঙদ্রেদা হায়না লাউবসু তারী।

## ইমাতোন

ইমুঙদা ঘড়ীগী টিক টিক লাউবা মখোল অহুনা তশেংনা অচিকপগী সাক্ষী ওইবী; ইমুঙদা অহু ফাউবা থাউমৈ চুখত্তবী। মতম অসিদা থামচানা ফমুঙদা উপ্রাক্লা হিপ্পুনা কনা লৈজদ্রবগুম হীক্লা হীক্লা কপ্লম্মী। মতম অহুমক্তদা মী লাকপগী মখোলগা লোয়ন লোয়ননা "ইনেমসী, ঐ লাকলে"—হায়দনা পাখঙমচা অমা থোঙ গে হাংহুনা চঙলক্লগা "এঃ থাওমৈ থানদ্রিনা।" হায়না শোল্লম্লগা থোকখ্রে। মপালদগী ফমং, উপুনচিংবা ইমুঙদা থা'জিল্লম্লগা তপ্পা অমুক থোকখি। থামচাসু ফুক হৌগত্তুনা মপী তৈথোকলগা মাঙ্গোলদা থোবকপা মতদা পাখঙ অদো মমান্নবা থবগা লোয়নহুনা কোম্তোংলোমদা থোকখীবা উরে। থামচা মিহুন য়াউখিদবে। ইবোচাউবা থোরক্কনি হায়বদি তায়, কৈদৌঙৈ থোরক্কদগে হায়বদি পারিজাৎনা হায়দবা মবম্না খঙদে।

থামচা পারিজাৎ বাবুগী চহি তরানিপাল শুবী মুপী অতোনবীনী। চহী অহুম মরিরোম শুরে পারিজাৎকী মুপী অহলনা মচামুপা অমগা মুপী অমগা থম্নমহুনা শিখিবা। পারিজাৎ বাবু লৌরুংশংদা কল্লিনো থবক

অমা তৌরী। বাবু হায়বা অসিনদি বাবুগী লেংগী ওইরম্বা তায়। মৈতৈ রাহৈদা ইনাক খুন্বা হায়রগা খঙনবা মমাঙ শঙ্গোয়, য়ুমজাও কা মঙা, ফৌগৈনচিংবা মাগী মরম্নি। মুপী অহল লৈতভৈদগী মচল লৈরেন-শ্রীজনা য়ুম পুদ্বুনা লৈ। চহি নিপাল শুবী মচামুপী তোম্বী য়েংদনা পারিজাৎনা নোংমা 'অঙাং য়োকপীনবা লৈত্রে, অঙাংশিংগী য়েংহ্নুনা লুহোংবনী' অসি হায়দনা চহী য়াঙ্খে হেল্লবা মতমদা তথেল্লে মানবী লৈশাবী অমা পুহ্নুনা লাকলে। ওঙ্খোবপনি! অঙাং য়োবপদা মচলবু মতিক চানা খনখিদ্রে।

মুপী কায়নর্বগী মৈচাক্লা কায়রবা থম্মোইদো থামচানা তাইশিনবদা নোংম-নিনিদগী হেন্না চঙখিদে। নোংমা নোংমা, তপ্পা তপ্পা, অনাবা ফরকপনা মতম খরগী মতুঙদদি মমি ফাউবা লৈখিদ্রে। নোংমা নোংমা, লোম্না লোম্না, মোইবুংগী খুজী, থাও মনম মুংশিবনচিংবা পীদনা থামচাদা মুংশিবগী মমল শিংজিল্লী।

অসুম তৌমা চহী অমা ওনখরে। মুংশিবা পূন্নমক লৈরাং থাবললৈগুম নোংমা মুংদাংদা রা লাউনা মনম্না মী শুমহৎলম্লগা তপ্পা তপ্পা কংখরে। কনানা খঙগনি, মফম অসি মনম্না থল্লম্বী, মাগী রসনা পুরিঙ শুমহৎলম্বী হায়বা—। নোংমা নোংমা, থামচাগী মমল হায়থরকপনা ইশিংমুক মমল লায়খরে। কান্নবদি লৈবা মমলদি হোংবা। অয়াম্বা মতমদা পারিজাৎ হল্লক্তে। নোং ডানবগা থবক কাগদোবগী হোৎনৈ, হল্লক্লে তন্না থোরানী হেনৌখোইগীদা তাস শান্নবা চৎখি। মুংদাং থেংনা হল্লবই। ঙহাক্তা ফাউবা রারী রাতায় শাদনা তুমখি।

নোংমদি থামচানা কিনা কিনা কেথোকচহ্নুনা হায় "এ অসুম তৌরবদি ঙমলরোই; ইবেম্মনা মরোল অমা চৈবগা থাঙবগা ধাবুনস্থু—।" হায়রগা কপলে। পারিজাৎনা শাউরপ তৌনা 'হুম' ঙমদ্রগা চৎলোদনা। ঐঙোন্দা কেথোক লাকথোক্তুনা মিথিঙ্গায় চঙবা মী নত্তে। ঐনা মুপী থিরিবা অসি, ঐ অহল ওইরে হায়বা খঙই, ইচামুপা

অচৌবা লৈ হায়বসু খঙই। মুপীগী মরা চৎপা মতম হেনখরে—।"
হায়রগা মমায় ওম্থোক্তুনা তূমখরে।

অসুম তৌনা মুমিৎ কয়ানি লৈগনি? অপঙবী থামচাদা নোংমা "নঙবু ঐ মুংশি, পূম্নমক নঙগী ঙাক্তা ওইগদবনী।" হায়খিবা পারিজাৎ অতুবু অসিরা? লাঙ্গৈরবী মন্দোন্দা শেল পীতুনা মাবু মুংশিবা উৎখিবা অতুবু অসিনিকো। ঙসি শেংনা খঙলে, মাবু লৌবা অসি মুংশিদনা লৌবসু নত্তে, লাঙ্গৈরবী তোল্লবী মুপীমচানি হায়তুনা চঙজফম পীবসু নৎলমদরে। লৌদ্রবদি, মুপী থিদ্রবদি য়ুম্বাল্লোনগী হৌনবী কায়নগনী হায়তুনা লৌবা ওইরমলে। অতুদি, মানা মপুরোইবগী চহী, মশক য়েংদনা কথোকখিবা মরল অতুগী মহুত্তি য়ুম্বাল্লোনগী চৎনবী অসি ওইরে।

অপঙবী থামচানী। মরা ময়ুমগী অচৌবা য়ুম শঙ্গোই, লৈকোল অমদি ইমুঙদা থেৎলিবা অচৌবা ঘড়ী উবদা "অসি ওইরে মুঙাইবা হায়বদো" খন্দুনা লৈজরম্মী। অঙাং হোৎনবা, মপুরোইবগী সেবা, মচলগী সরৈনা মীনাইগুম লৈরবসু মপুরোইবনা, মপুরোইবা হায়বসু করম্বা—পারিজাৎ বাবুনা মুংশিবীরী খন্দুনা মুঙাইবগী ভাবকী দলান শাজরম্বা অদো লোইনা নিঙখাইখরে। হৌজিক্তি অকায়বা মফম উবদা পূক্নিঙনা কপ্পদা মঙায়রে। মতম কয়া ইমুঙগী থবক তৌনা তৌনা টিক টিক লাউনা চৎলিবা অচৌবা ঘড়ী য়েঙতুনা 'অসুক ঙকপা পোৎ অসিবু ঐখোয়গীনিকো' খন্দুনা হরাউবনা চাউথোকচবনা মতোমতা নোকলম্মী।

ওম্থোকপনি মরক্তা করি মতৌনো!

.........ঙসি তরুক্নি শুরে মচল শীজসু সনাইবুঙো অতুগা হনজিন্নখিবা। মতম অমদা মসিতা চৎখ্রবদি মুঙাইগনি খল্লম্বা মচল অদো চৎখিবদা মাইকৈ পূম্নমক পুংহাঙ হাঙখ্রে।

ইবোচাউবনা মাবু মপানা লৌই হায়বা তাবদগী শাউতুনা লাইরিক তম্বা লোইবা ফাউবা ংথোরক্তবনি হায়বা অসিসু কুইরে নিনফুং নিনফুং

তাবা। করি নমদনো থবক তৌহ্না লৈ হায়। মশকস্থু খঙদবা ইবোচাউববু মানা মরাল লৈরবী অমগুম্না কিজরম্মী। ঙসিদি অহুগুম্বা মী অদো মখোঙনা থোংনা লাকলে। কমদৌনী! কিনা কিনা ইমুঙ থাওমৈনচিংবা থাল্লম্লগা তুমিন্না মনিংলোমদা চত্তুনা লেপলুরে·········
পারিজাৎনা কোম্থোংদগী লাউরকই—"ইবুঙো থুঙলরে। ঈশিংকা লূমলবরা?" মপুরোইবগী মখোল তাবদা তৌফম খঙদহুনা চাকখুমদা অমুক চঙ অমরোমদা অমুক চৎ তৌহ্না লৈ।

"কদায়নো খিৎ থোরকউ, তারিবরা। মৈস্থু হৌদ্রিনা। কদাই, কৈদৌম্রিবগে ঙসাইমখৈ?·········" হায়দনা ইমুঙ অদো অমুক্তুং পূমনিল নিনহল্লগা মশানা মৈ কাম্বা হোরে। তৌফম খঙদহুনা থামচানা পারিজাৎকী হিদাক হানগে তৌবা উবদা মৈ-হৌনা শাউহ্না লাউরকই "হিদাককা হাল্লকস্থু, থকনিংদে। ঙসাইনা ইবুঙো লাকলে খঙলবদি থরা য়েংনা থবক লোইশিনবা হৌনৈনে; ঐগা লমখাঙদা থেংন-রমদ্রবদি চৎখিরমগনিদো। মসি থোক্কনি হায়দনা ঐনা কয়ানো··।" অকোনবগী রাহৈ খবা অসি কনাদা হায়রিবনো, কনাবু হায়রিবনো খঙবা ঙমদে। থামচানা হুইঙক য়েংঙক চাহ্না ঙহাক লেপলমলগা চাকখুমলোমদা চঙখরে।

মপা মচানা ফুংনাক ময়াদা কমহুনা রারী শায়। "ননেমসিস্থু নঙ' মাইবুঙো লাক্তুনা ঙসি মরি মঙানি শুরে পুহ্না চৎখিবা। তোম্বীস্থু মানা য়োক্কনি হায়হুনা পুখ্রে। মচাগা লৈজদবহুদা ঐনা মপুক্লিং হুংশিরনী হাযহুনা চৎহনখ্রবনি। হয়েং লৌহনলুরগে।"

"ঐ ঙহাক লৈরগঃ উন্নবা চৎচরুগে লৌরুদ্রবস্থু যারনি।"

"ও, নঙগী থবক অহুদি থাদোকলমলেদনা?"

"হোয়, থাদোকচরমলে।"

"ফৈদা, অসিদা অমা তৌনবা হোৎনবা হায়বহুনি। হৌজিক্ত নখোয়গুম্বা বি, এ, দি লেম্না লৈহোবা য়াউদরে। নঙগী নকোক চিকপা হোবা অহু তৌরিবরা?"

"হৌজিকস্থ ময়ক ময়ক্তা খরা খরা হৌই।"

"নড়গী কোকচিকপী লাঈনা অসি ফজ্রিবোরে। ডাক্তরকা খল্লা য়েংহনসি। নহালদি শিরেদা নোকপনা, ননেমসিনা মকোক চিকই হায়দনা হিপতনা লৈ। নঙদি কালেন ছুটিদস্থ থোরক্কেদো। মাগা নারবদি অঙাংমক্তা হোৎনবিনবা লৈতে। অফিসস্থ ছুমিৎ নিনি কাদে। অহ্দা তোম্বীনা মাগী ফি মচা অহ্মা ইল্লহ্না ননেমসিদা খুরুমহ্না ইন্দোনথেম্মা হকচাং ঈ হায়বা তাহ্না হংবা লাকলিবনী হায়দনা হেক তৌরে। লৈরেনস্থ নোকলে ঐস্থ নোকলে। মচীনবু মহা ওইখ্রে চাউরগা করি থোকলদনো।" হায়দনা মতোমতা নোকই। ইবোচাউবদি মচল পিশক অহবু মপাগা মমা তোম্বীগা তান্নহ্না তাম্নোকখ্রে খল্লুবদা নোকপা ঙমলুদে। মপানদি মমাতোনবু থোইনা লুনা তৌদে হায়বগী খুদমদি উৎনবা লাক্লরী হায়বা খঙই।

ইবোচাউবা লাক্তনস্থ পারিজাৎকী নিয়ম কায়বা লৈতে। হুকুম তৌই— ঐগীদি লায় ইবুঙোগী শোয়গনি নীঙথীনা তৌ। কিনা কিনা ইবোচাউবগী করি করি ফি শুগদবা হংই। মাস্থ খুমদে, অমোৎপা ফিদা মরানথোকই—। চাক থিবা লোইবা তুঙদা মাগী কাদ: চঙহ্না লেপ্পী হঙ্গৎনা য়েংলকপদা হায় "চাক, চাক থিরে।" ইবোচাউবনা তুমিন্না হৌগত্তনা চারে।

অহিং অথেঙবদা পারিজাৎ হল্লকলগা "ইবোচাউবা চাক চারবরা ? কয় থেঙনা হল্লকই ?" রা অমনিদং হংলগা চাক চারগা তুমখি। চাদনা তুমখিবস্থ য়াউই।

অস্থুম তৌনা মরূপ য়াউদা, লোয়নবী লৈতা থামচানা মতম লেপ্লকই। হন্থবী অমা থম্বা অহ্স্থ ঙাঙবগা ময়ুম চৎকদৌবগী হোৎনবদা মাগী লনাইগী মী ওইনা ফংলমদে। চথোকপস্থ কি, মৌ মমান্নবা অমা অনি তিন্নবা অহ্স্থ হায় মী ফত্তে তিন্নগস্থ। কিহ্না থোইনা ঙাঙনা শকনরুদে। মাগী মত্তৌ উবদা মমান্নবশিংস্থ থোইনা লাক্তে।

নোংমদি মদোনমচানা পাউ চেল্লকই— "নারে অমুক্তা লাকউ।"

অম্বুক মপুরোইবনা চাক চারিঙৈদা চৎলুগে হায়গে নিঙই, শেলসু মঙা ভরাদং পাম্মী, হায়বা ঙমহৌদরে।

মুংথিল ওইরকলে। কুইনা শিগ্রবা মমা নিঙশিঙহুনা কপই। ফুক হৌগত্তুনা ইবোচাউবগী কাদা তপ্না তপ্না চঙখরে। ইবোচাউবনা ক্ষমুংদা উপ্রাক্না হিপ্লদনা চিঠি ইরম্মী। কনাগুম্বী মুংশিবিদা ইরম্বা ওইরমাল্লে। থামচা উবদা হৌগত্তুনা ফম্মী। অপঙবী থামচা ভাব তাদে, ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই— "ইদোনমচা মাই হায়দনা পাউ লাকই। ঐ ঙহাক্তা চৎচরুগে, বাবু হলক্লবদি খরা হায়বিয়ু।"

ইবোচাউবনা "ফনি" হায়রগা তুমিন্না মরু লুকথহুনা ফমহৌই—।

মনিঙকাদা চঙখিহুনা মফিময়োল হোংহুনা থোরকলে। মহাক্না সুমাঙ য়োবা মতমদা ইবোচাউবনা থোরক্তুনা হায়রকই "পাজি তাক্লমলগা চৎলবদি ফরোইগ্রা। অহলহুসু লৈতমালেনে।"

অহানবদা মমাতোনবু শাউনিঙলম্মী, মশক উবদা নহানি মপাবু খুহুম চনগ্রবনি, অহুগা মচন পিশক ফাউবা মানা খুজিন তৌহুনা তাম্থোকখিবনি খন্দুনা য়াম্না মুংশিরমদে। অহুবু নোংমা নোংমা মপাগী লমচৎ থামচাবু রাহৈ খুদিঙদা চৈহুনা মাবু লুনা তৌদে হায়বা ইবোচাউবদা উৎপা অমসুং মাগী মুংশা থিগনবা লমচৎ উরুবদা মাগী শাউনিঙবা অহু নোংমা নোংমা নেমথখিহুনা মপুকনিঙদা মাগী মীচঙ চঙলম্মী। অসুক কুইরবা অসি থামচাদা রাহৈ অমা অনি খুম্বা নত্তনা রা অমূক্তা মানা হৌহুনা ঙাঙুদে। ঙসিদি মানা মপাম চৎকনী হায়বা অহুদা মপানা হোরেন থিনা তৌবিনি খন্দুনা খামলকই। থামচাসু চৈগনি হায়বা খঙই অহুবু খঙনা খঙনা ঙসিদি মপামগী থৌরীনা চিংখ্রমাল্লে।

ইবোচাউবগী মখোল অদো থামচাদা মন্ত্রগী মতৌগুম ওইখ্রে। খঙহৌদনা মপি তরং তরং চেনখি। ঙহাক তুমিন্না লেপতুনা লৈরগা তপ্না তপ্না কোম্থোংলোমদা থোকখরে। ইবোচাউবনা মানা চৎখিবা অহু মুল্লা য়েংলগা মুংশামপী হোন্দুনা ইমুঙদা চঙখি।

অয়ুক রা অসি পারিজাৎ তারে। থামচাগী দশা নি। মতুগী মতুমিৎ অহু মায়োমদা য়াম্বা পারিজাৎকী ফুরিৎ মনুংদা লৈহৌবা লুপা তরাম্ নৈরমদরে। অশোমদা শেল মাঙবগী রা তাবদা থামচা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎখরে। অওইবা রা হায়রুগে হায়না নিঙই— মতুসু ঙমহৌদ্রে। অফিস কারমদায়দা পারিজাৎনা লাউদনা ইমুঙ পুন্নমক তানবা হায়রম্মী—

"ঙসি ঐনা হল্লকপদা য়ুমদা লৈরমলবদি থানা তাক্কুনা হুরানবা মী পুথোক্কনী··· · ···।" অসিনচিংবা।

কদায়দা চৎকনী? চৎলসিরা নিঙই। ওন্থোকপনী হুপীগী পুক্লিং মী অমা থাদোক্কুনা চৎপা ঙমখিদে। অসিবু করম্বা পাঙদবা থম্মোয়নো?

হুংদাঃ ওইরকই। হুমিৎ অদো থামচাদা নৌনা থোকখরে। তমথীরবা অহিং অদো পারিজাৎসু ইবোচাউবসু হল্লক্তরে। হনুবীগী নাখোকপা মখোলগা ঘড়িগী মখোলগা নত্তনা পুন্নমক ইচিক চিকখী। থামচানা ফমুংদা মতোমতবু মতোমতা কোনশিন্দুনা কপলি।

অহিঙ অথেঙবদা "ইমহান, ইমহান থোঙ হাংদোকউ।"

ফমুঙদগী থামচানা হৌগত্তুনা থোঙ হাংদোকই। ইবোচাউবনা হংই "ইমাতোন করম্বা মতমদা চৎখি ইমহান?"

ইমহানদি খুমলক্তরে, হন্না য়েংথোকপদা থাওমৈ মঙাল্দা মকশিনলবা শকফম অহু উরহুনা "ও" হায়রগা তুমিন্না ফমুঙদা চঙহুনা তুমখ্রে। থামচানা হংই "চাক চাররোইদ্রা?" কাংখল মনুঙদগী "চারকএ" হায়রগা তুমিন্না লৈখ্রে। কল্লবা পাখঙগী থম্মোয়দো য়ুহা-হাবগুম খঙহৌদনা নিকখী।

শাউনবা নেমথনখ্রে। য়াওশং নকশিনলকলে। নহানুবী পুন্নমক কম্মি শেৎকনী করি লৈগনি থম্নবা হৌরকলে। ঙসিদি পারিজাৎসু চথোক্তে। অয়ুক চাক চারগা হুমিৎ অদো ছুটি থোক্তনা ফমুঙদা হিদাক থক্তনা কম্মি। থামচা কৌহুনা হায়— "নঙ ফনেক করি মচু পাম্মী?"

য়াহঙ অসে থা অমগী মমাঙদা হংলম্বা খোকলবদি থামচাদোঁ হরাওনা মুঙায়বনা "উরেঙমচু, ফিতুপ মপাল নম্বী অমসু" হায়না খুমলমগদবনি। হুমিং অদো ঙসি নত্তে।

খুমলকই "অমা হেক্তা।"

নোকমি নোকমি তৌহুনা "হায়দা হায়য়ুবা করি তৌরবগে? শাউরবরা?" হায়দনা ফমুঙদা চিঙশিন্দুনা ফমহললে।

খঙহৌদনা থামচানা ফমুঙদগী ফুক হোগত্তুনা "ইবুঙো উররনী" হায়রগা মরম ইচা চাদনা মমায় ঙ'ঙই।

নোংমা অয়ুক অমা থামচানা লম মচেৎ অমা হৈজ্রাঙনা হল্লী। মনাক্তা মরোই চারা খরসু তাহুনা লৈ।

ঙসি মথরায়সু মুঙায়মাল্লে ইশৈ খর খরসু ঙংজরি। য়ুমলোন্নবী মমান্নবী মৌ অমনা থোরক্তুনা হায়রকই—"ইমায়পেম্মা, মরম ওকইদকো সৈত। ঈবু ইকায়শল্লকলেনা ঐখোয়দি।"

থামচাসু নোক্তুনা হায় "মবম ওক্ত য়াদদনা তৌবনি ইবেম্মা। নুপা অনি লৈববু অহলসু নহাসু অসুক তনবদি ইমানা পোকপদগী উজদ্রি।"

"নঙগীতা নত্তে ইবেম্মা নিপা হায়বা জাৎসি অসিঙাক্তনি শিজিন্নগেতনি।" হায়রগা রাঙাঙ হৈবী মৌনহা অদো ইমুঙদা চঙখ্রে।

মতম অহুমক্তদা ইবোচাউবসু কদাইদনো চৎকদবগী মফি হোংহুনা থোরকই। রা অসি তাৱবরা কনানা খঙগনি ইমুঙদা চঙখিহুনা য়োৎ পুহুনা থোরকলে। থামচাগী মতুংদা লেপতুনা হায়রকই— "ইমাতোন, ঐ তৌজগে হৌগৎপীরকউ।" থামচানা খংমনখ্রহুনা "হা করি হায়বা" হায়রগা লেপ্তুনা লৈরে। কনানা খঙগনি মানা ঙাঙবা অহু তাখ্রবরা খন্দুনা হুংশা থীবনা তাইফেৎ তাইখ্রে। মাগী মতৌ'হু উবদা ইবো-চাউবনা নোকফেৎ তৌহুনা হায়রকই "ঐ তৌজগে হায়বনি, তনবা নৎচদে শংদহুনা তৌবনি।" অসি হায়রগা মফি তাখৎতুনা কল্লবা মপাম্বোম অনিহুনা য়োৎ থাজত্তুনা লৈপাক য়ানবা অদো য়েংবা য়াম্না

কুম্মৈ অমনী। থামচানা মমীৎ কুপ্তনা মহু য়েংলি অমসুং মমায় ভাঙলি............।

মুংথিল অমা থামচানা মশম হাত্তুনা মনিঙথোঙ ময়াদা লৈ। ইবোচাউবনা "ইমাতোন পৈশা খিত্তা পীয়ু" হায়রগা য়াম্না কন্না নোকপা খাঙহুনা লৈরে।

খোন অসি তাবদা থামচাগী থম্মোয়দা কনানো অমনা 'থং' লাউনা খিল্লবগুম তৌই। মাস্মু নোক্তুনা "পীদদিকো কয়ানো?"

"পীনীঙবা খরা হেক্তা পীয়ু ঐগী নত্তেদা।" থামচানা লৌথোক্তুনা পী।

সন্ধ্যা ওইরগা শাপোন মনম মুংশিবা মতুম অমা নোক্তুনা থামচাদা লংশিনলম্মী। মাস্মু নোক্তুনা "ইহে, মাংঙেদো মাইদা।" অসি হায়রগা পুগ্রিদা পুহুনা ইরুরুই।

.........ঙসি নিনি শুরে ইবোচাউবনা অরূম হৌহুনা নাহুনা লৈ। অহিং অদো লাইহৌ থাবগী ফরৎ ফরৎ হায়বা অমসুং খর খর নাহেবা তাবদা ফমুঙদগী থামচানা হৌগৎখিহুনা মোরা অমা চিংশিন্দুনা ফমুঙ ময়াদা ফমলগা হুমায় হুমলুরে। মপালদদি হৌজিক্তা নোং চুখিবগী পুন্নমক শেংনা চামথোকপগুম লূখরে। নোং মচেৎ মচেৎকী মরক্তা শোম্থাঙনবা থাবলগী মঙালনা মূনা মূনা য়েংলি। অচিকপা অহিং অহুদা অরাপ্পদা লৈকায় পাখঙগী তৌগ্রিদা ইশায় লায়বা সুরদা "নতুং ইন্না তাল্লিবী তোল্লবী রাধানী" হায়না খোংলম্মী। মহুনা অহিং অহু অমুক হেন্না মুংশিহনখরে। অসিগুম্বা তমথিরবা অহিং অসিদা থামচানা ইবোচাউববু থাওমৈ মঙাল খজিক্তুং অহুদা মাগী নিঙথিজরবা হকচাং অহুনা লেকথহুনা তাহুনা লৈবা অহু য়েংলগা খনলকই— "নহাল বাবু ময়ুমগী রাধীদা অভিমন্যুনা খুৎলায়না শোক্তুনা তুই হায়বা অহু অম্মুক ফজরিগদ্রা?"

থঙহৌদনা উঃ হায়দনা অদোম্নদা মমাই ওম্মোরকলে, থামচা উহুনা

তুমিন্না ঙহাক লৈরগা মমিৎ পাঙথোরক্তুনা মাঙোন্দা মুন্না য়েংলগা খিত্তং নোক্তুনা হায়রকই "তুম্মুরো ঐ কৈস্ত তৌদে।"

থামচানা হৌগৎপা উবদা "ঙায়খো" হায়রগা হৌগত্তুনা ফমুঙ মায়ায়দা ফমলে। মাগী মতৌদু উবদা থামচানা ন্নুংশা থীরদনা অমুক ফমথরে হায়রকই—"ইবুঙো হিপথৌ, ঐবু করি তৌ হায়বগে?"

থামচাগী অইংবা মখুৎ অদু পায়রগা মাগী শারবা মরাইবক্তা থমলগা ইবোচাউবনা অমুক হিপথরে। ন্নুঙায়বগা লোয়ননা উন'মুক চিকনা ঙহাক অস্থুম লৈরবা তুংদা থামচাগী মমায় মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হংলকই— "অসিদা লৈবা অসি ন্নুঙায়রিবরা থামচা।"

থামচা মতু চুঙই হায়রকই "ন্নুঙাই।" মমীত্তা ঈরা চেনখিবা অদু ইবোচাউবনা উখিদে। ঙহাক লৈরগা থামচাগী মখুৎ খঙথা থাদোক্তুনা মমায় ফকলাঙলোমদা ওনশিনখরে। থামচানা ফমুংদা কাখত্তুনা মাগী শারবা মশা অদো তপ্পা তপ্পা নানবি।

অরাপ্পদা তৌদ্রিনা অতৎপা লৈতনা হনজিন হনজিন খোংলি— নতুং ইন্না তাল্লিবী········ ।

ইবোচাউবনা অশীবদৌনা তুমিন্না তাহুনা লৈরী। অস্থুন্না কুইনা লৈরবা তুংদা থামচানা কৌরকই "ইবুঙো তুম্মবরা!"

ইবোচাউবনা ঙসায় মখৈ তুমদবদৌনা ফুক হৌগত্তুনা খঙহৌদনা থামচাবু কোন্দুনা হায়রকই—"থামচা ঐস্থ নঙবু············।"

ন্নুমিৎ তরানিরোম শুরক্লে। ইবোচাউবস্থ চাননা ফরে। পারিজাৎ ঙসি নিনি হুমনি য়ুমদা লৈ। থৌরানী হেনৌগা খৎনৈ হায়বরা করিনো— চাকস্থ য়ুমদা চায়।

য়াওশং ন্নুমিৎনি। অঙাং নহা অহল পূন্নমক্কী পুক্লিং অনৌবা মচু শঙখরে। থামচাস্থ লাঙজবনা মহানী। পারিজাৎনা চৈ পংলাং লাঙগন্থ; অদুবু তাবিনবা মীদি কদায়? মমান্নবশিংগা লোয়নহুনা য়াওশং থাবা য়েংলুই, না-ক থেংবা য়াওরুই।

মতুগী নোং ঙাল্লগা মণিপুরগী পাখঙ লৈশাবী পুন্নমক পুনঙাঙ ঙাঙখরে। লৈকায়গী মৌয়াম লাক্তুনা থামচাবুসু আবেরনা পুনঙাঙ ঙাঙনা শঙবিরৈ। থামচাসু হন্দে, মাগী মুঙায়বা হরাওবা মুমিৎ অতুনা পোলোইনী। মমান্নবা পূন্নমক চৎখরে। থামচানা তুমতুনা লৈজরিবা ইবোচাউববু চিংথোক্তুনা আবের তৈরুরে। ইবোচাউবা মমায় ঙাঙই ; হন্দূনা তৈগে তৌবদগী তোক্তুনা হাযরকই "ইমাতোন করি মতৌনো ? করি থোকনৈ ঐ অসি খঙবরা ?"

পারিজাৎ হল্লকপা মতমদা হায় "পাজি ইমাতোনবু খরা খরা লুনা তৌবিয়ু। পুন্নমক পাজীগী দোষনি।" অসি হায়রগা চৎখী।

অমদি ইকায়বনা শিবগা মান্নহৌরে।

মরি মঙানি য়াওশং মতুং অসি ইনেমসিগীদা লৈরুখিগে হায়না ইবোচাউবা চৎখী। যাওশং মতুং থা অমা অনি ফারক্লে অতু ফাউবা ইবোচাউবা হলক্করে। মাগী মতুত্তা পারিজাৎ ওইনা হল্লকই।

খর লৈবগা নোংমদি নোক্ল নোক্লতুনা থামচাদা হাযরৈ "ইমাতোন ঐ থবক অমা ফংলে চৎপা তারে।"

থামচানা তুমীন্না মরু লুকথতুনা লৈ। রা ঙাঙগে, য়েংখৎকে হায়না নিঙই, ঙমখিদরে। কনানো অমনা মকোক পায়তনা—নমথবগুম হায়গৎপগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে। ইবোচাউবনা অমুক হায়রকই— "শিলোংদনী। ছুটিদা মরক মরক্তা থোরকনী। চিঠিকা পীরকউকো।"

থামচানা মমায় হায়গত্তনা হায়রকই—"কৈদৌঙেনো ?"

"অরেপ্পদি খঙদ্রি। ঙসি তরানী অসিগী মতুংদা মুমিৎ অফবা অমদা হেক্তো চৎকনী। ঙসিদী ঐ চৎলগে হয়েং চৎলমদায়দা অমুক লাক্কে।"

থামচানা মপী কন্না খাঙতুনা হায়রকই—"ইবুঙো ঐবু রারোগমু।"

"ইস" হায়রগা ইবোচাউবনা নোক্তুনা থোকখি। মতম অতুদা মাগী মীৎলুদা পিগী ঈরা খিত্তং চেনখিবা অদো থামচাসু উখিদে।

থামচানা অশিংবা মী ওইরমলবদি মাগী মমায় অচু উবদা মাবু ঙ্গারৌ-খিদে হায়বা অচুম্ন ইলায় লায়না খঙলমগদবনী।

অসিগী তুংদা ইবোচাউবনা অয়ুক অমা পারিজাৎপু খুরুমলমলগা থামচাদা "চৎলে ইমাতোন" অসিতং হায়রমলগা থোকখরে।

অমনা থম্মোয় কায়বমথৈ কপ্পা থাঙহৌই।

---

সনখ্বা মণিস্না ওসি থা অহুমলোম গুরে নবদ্বীপতা অমুক লেঙ-লকপা। হন্দক্তি নবদ্বীপ খরা কুইনস্সু থাদোকলুই। মণিপুর, ত্রিপুরা, কাছাড়নচিংবা চহী মঙারোম কোয়বমখৈ কোয়রুরগা অমুক লেঙলকপা অসিদা ময়াম্না য়াম্না হরাউনৈ। সনখ্বাগী চহী য়াংথৈকা খরা হেল্লমলগত্রা লাইরিকস্সু মেট্রিক ফাউবা তমহৌই। বাঙ্গলা দেশ তগা তম্বনিনা য়াম্না হৈথোই শিংথোই। নবদ্বীপতা হেক লৈবা মৈতৈ-শিংগী অম্না অনাদা অমস্সুং করিগুম্বা অকবা মতমদা সনখ্বাদা তানরৈ পোকফম লমদম ওইরবস্সু অমুক অমুক কুইনা কুইনা নবদ্বীপ থাদোক-তুনা লংফৈ তুফৈ কোইচৎ চৎপা অসি সনখ্বাগী মহৌশানি। থায়না পাথং ওইরিঙৈদা বর্ম্মাদা য়াম্না কুইনা লৈরুইস্সু হায়—মতম অহুদা সনখ্বানা অরেম্বদা মতন খরা মাঙহনখরে। লাইরিক লাইশু তম্বদা খর শিংহৌই।

## শিন্নরম্বা 

সনখ্বাগী তোপ তোপ্পা নবদ্বীপকী মী ময়ামগা মান্নদবা হৈনবী অমা লৈ। মহুদি গঙ্গাস্নান লেঙবা অসিমক মীনা চৎনত্রিঙৈদা চৎপা পান্মী। নিংথম থানি খঙদে কালেননি খঙদে, মীনা হৌনত্রি-ঙৈদা য়াম্না ঙন্না স্নান তৌহৌই। মমাংঙৈদা সনখ্বাগী শ্রীগুরুদেবনা তাকপীখি—“মণি, গঙ্গাস্নান তৌবদি মী লৈতবা অচিকপা মতমদা তৌগদবনি। মীওইবা হায়বা অসিমক পুকচেল ফাবা য়াম্না য়ায়। মীয়াম মরক্তা স্নান তৌবা চৎলগা কনা অমগী মতৌ উহুনা পুক্লিং চোইরবদি স্নানগী ফল লৈতে—অপরাধতা ওইহুনা তোকই।”

গুরুদেবগী য়াথং তাবদগী হৌরহুনা সনখ্বাগী স্নানগী নিয়ম অসি চৎলকই—। অমনা গঙ্গাস্নান লেঙবা মতমদা কৈদৌঙৈদস্সু ময়াম্না

চৎনবা শড়ক অচুম্বদা চৎলমদে। অচিকপা লম্বী খন্দুনা খন্দুনা ককিগুম্বা মতমদা হৈনৌ বাগান শমত্থনা, করিগুম্বদা গৌরীয় মঠগী মনাক্তা লৈবা খোঙ লম্বী মচা অত্থু ইন্দুনা চৎলী।

কালেন থাগী থাজিননী। নোংমগী সুমিত্তা মতৌ অসুন্না অচিকপা মতমদা গঙ্গাস্নান তমলকলে মতোমতা। পুক্লিংদা ঙরাঙ শ্রীমদ্ভাগবততা য়াউবা অম্বরিষ মহারাজগী মতাং অত্থু খন্দুনা লাকলম্মী—। হৈনৌ মপালগী মনম্না চুরবা শেংলবা সুংশিৎনা সনখ্বাগী অকোকপা হকচাঙদা য়্যৈরকপদা য়াম্না সুংঙায়বা অমসু পোকলী। লৈমায়থক্তা অকেম্বা হৈনৌ মনা অমসুং হৈনৌ মপালনা মপৈ মপৈ তাত্থনা লৈরম্মী। খোঙথাং খুদিংগী অকেম্বা উনাগী প্রেক প্রেক লাউবা মখোল থোরকই। হন্দক্তি কোকিলসু খরা ঙন্না তারকই। পাপীয়াসু অমমম অনি-অনি লাকপা হোৎরে। অসুন্না হৈনৌ বাগান্দা শমত্থনা চৎপা মতমদা বাগান মনাক্তা লৈবা অপিকপা খাংপোকশং অত্থুগী মনুঙদগী কনানো অমনা কৌরকই "সনখ্বা দন্ডবৎ কচ্চরিয়ে।" য়ুম অসিগী মপু অসি সনখ্বানা ইখঙ খঙদবা মীশক্তি নত্তে। অত্থু হন্দক নবদ্বীপ্তা লেঙলকঙৈদগী নোংমতা মশক উদে থেংসু থেংনদে। সনখ্বানা ঙহাক লেপলগা খুমলকই "বৈষ্ণব করিনো?"

ইমুঙদগী থোরক্তনা অত্থুম খুমলকই "ঐজ্ঞা করিসু নৎচদে, চুম্না কৌজবনী।"

"বৈষ্ণবতি স্নান চৎলোয়ত্রা?"

"ননাই ঐদি ঙসায়না দর্শন ফংজরুরে।"

"এঃ ঐঙোন্দগী হেন্না ঙন্না চৎপরনে নঙবো?"

"ঐজ্ঞা ননাই ঐদি পাপ চেম্বনিনা ময়ামগা মান্ননা স্নান চৎপা য়াদে। ননাই ঐগী পাপকি মুর্ত্তি অসি ময়ামগা মীমান্নবসু য়াদেদো—ইমা ইবেম্মা গঙ্গানা লৌশিনবিবা সুমিত্তা ননাই ঐগী অরাবা অসি কোকচগেকো।"

"চুম্মী বৈষ্ণব, অত্থু তীর্থদা লৈবা মীদি তীর্থদা হেক খোঙদারকপা সুমিত্তা মশাগী পাপ চংশ্রবনি বৈষ্ণব।"

"ঐজ্জা সনায়াথং ননাইবু চানবীতুনা তাকপীবনি খঙজৈ·········
সনখ্বা—আ—।"

"করি হায়বগে বৈষ্ণব।"

"সনখ্বানা হন্দক লেঙলুবা অসি কাছার শিলেট য়ৌরকই হায়নৈ চুস্ত্রা ?"

"উম চুম্মী। ঐ কাছাড়দা থা মরি মঙা লৈরকই, শিলেটস্যু য়ৌরকই। করিগীনো বৈষ্ণব ?"

"কৈস্যু নৎচদে ঐজ্জা।"

হুমিৎ অত্তুদগী হৌরতুনা সনখ্বা মণিনা গঙ্গা লেঙবা মতমদা মাগা ঙহাক ঙহাক লেপ্তুনা রারী শায়। অমনা মপালদা অমনা ইমুঙ-দগী। করম্নবু খঙনবনো সনখ্বানা মাগী য়ুম মপা হেক য়ৌরকপদা মানা হেক্তা কৌরকই 'সনখ্বা'।

হন্দকমরক্তি সনখ্বানা গঙ্গা লেঙবা মতমদা বৈষ্ণব অসি খক কৌরক্ত্রে। সনখ্বাস্যু থোইনা হংলুদে। মাগী মরা মখোল কুইনা তামনদ্রবা অত্তুদা নোংমদি সনখ্বানা কৌতুনা হংলকই "হা বৈষ্ণব নঙবু লৈবরা ? নৱা নখোল ইতা তাদ্রেদা।"

ইমুঙদগী য়াম্না শোম্না খুমলকই "ঐজ্জা নানই ঐ লৈয়ে, হৌগৎপা ঙমদদ্রুনা লৈরে।"

সনখ্বানা মাগী থোঙজিল ময়া ফাউবা কাখৎলক্তুনা হংলকই নারবরনে বৈষ্ণব, করি ওইনা নাবনো ?"

"ঐজ্জা লেঙশিনবিরকনু ননাই ঐগী রোগ অসি সনখ্বাখোইবু দর্শন ফংবা য়াদে।"

"নারববু কৈদোগেনে বৈষ্ণব। করি ওইনা তৌবা জাৎনো তুক হায়যুদনা।" অসি হায়রগা সনখ্বা মণিসনানা অপনবা লৈতনা চঙল-ক্তুনা মাগী থোঙজিলদা লেপলরে। পীকত্রবা মাগী থোঙজিল হায়বদি মহাক্কী হেক ফমাঙদা থোকই। সনখ্বানা অমুক হংলকই— "কম-দোনা তৌবনো বৈষ্ণব অকমলনে ?"

বৈষ্ণব অত্থনা ফিরুক খুমজিনলগা য়াম্না ফিংনা হায়রকই "কৈশু তৌদে ঐজ্ঞা লেঙবিরো লেঙবিরো।"

সনখ্বানা য়াম্না তপ্না তাকপীরকই—

"ঐনা নঙবু শোক্কদৌবসু নত্তে নঙনা অসুক য়াম্না মিপাইরিবা অসি করিগীনো ? মী অমনা তরেৎ নিপালনি নাত্থনা থোক্ত্রবসু ঐখোয়না অশুম ভুমিন্না লৈগদরা ? মৈতৈ হায়বা অসিদি নঙনা হেন্না খঙলবনী অশি-অনা মতমদা লংথোক্তুনা চৎনদে। নবদ্বীপ অসি নঙগীদি কনা লৈ ? ডাক্তরবু কৌরবসু, পৈশাবু তিংলবসু ঐখোয় ময়াম চঙত্থনা তৌবা তায়। ইরৈবাক্তা লৈরিঙৈদদি ঐখোয় করিসু থোকনদে। হৌজিক্তি ভাগীরথীগী গর্ভদা ঐখোয় পুল্লরে ইমা অমত্তগী মচাগুম খনগদৌনী বৈষ্ণব। নঙগী নুঙায়তবা পুন্নমক ঐঙোন্দা হায়য়ুসে ঐনা ওম্না ওইরমদ্রগা ঐবু হেনবা সুক য়াম্বা লৈদনা করিনো........।

অত্থ ফাওবা বৈষ্ণব ফিরুক হায়দোক্তে। তপ্না হংলকই—"সনখ্বা হন্দক কাছাড় লেঙঙ্ববু শিলেট য়ৌবিরকই হায়ব্রা ?"

"য়ৌরকই বৈষ্ণব! শিলেটকী মৈতৈ তাবা খুল অয়াম্বা ঐ য়ৌরকই নহালমুকসু হংখ্রে, করিগীনো ?"

"ঐজ্ঞা রেবতী কৌবী নুপী মচা অমা খঙবি লাকপীবরা ?"

"রেবতী হায়দি খঙদেবো। কনাগী মচানো মপা মমা মমিঙ করি কৌই ? ঐগী সেবকশিংগী ইমুঙ ওইরমগত্রা নুপাদি লোইনা অয়াম্বা খঙনৈ কনাগী ইমুঙনো ?"

"ননাই ঐগী ইচানিনে। মাগী মপুরোইবগী মমিঙদি উধব কৌবনি ননাইত্থ—উ শুবনি। ননাই ঐগী ইচানুপী অত্থমতনি। হৌজিকপুদি ননাইগী সংসারদা মরী কনামতা লৈজদ্রে। নবদ্বীপচন্দ্রনা ননাই ঐগী ওইবিরি—হা গৌর, হা গৌর ... ... ... ..." অসি হায়রগা তুমিন্না লৈখরে।

সনাখ্বানা হংলকই "বৈষ্ণব নচানুপীদা চিঠি ইখো হায়ব্রদে।"

"হায়দে হায়দে ঐজ্জা—মায়াগী দেহনিনা অতুক নিঙশিঙলুবতনি। ননাই ঐগী পাউ ননাইশিংমা তানিংলম্মোয় সনথ্বা।"

"এঃ করি য়ানো বৈষ্ণব, মচানবু মপাবু হুংশিদে হায়ব্রনে। ইয়ু হায়রগা ঠিকানা পীয়ু ইখিগে।"

"করিবু কায়গবনো ঐজ্জা। ময়ায়া লংশেকলকলবা ঐনা মখোয়বু থিরুত্নুনা করি কায়গনি··· ··· হা গৌর হা গৌর ··· ·· ।"

সনথ্বানা খঙনিঙবা অমা পোকলকই, হংঙকই "নচাত্নুনদি খক চিঠি ইরক্ত্রনে?"

ননাই ঐনা শ্রীধামদা বাস তৌরক্লিবা অসি চহী কুনলোম শুরক্লে। মসিগী মতুঙদা চহী মার মঙাদি চিঠি ইনরম্মী। ননাই মশাস্থু অমুক যাত্রিকশিংগা লোয়নত্নুনা অসিদা লাকলম্মী হৌজিক্তি কুইরে পাউ তাখিদবা। ননাই ঐবু মখোয়না পামত্রবা জাৎনি। অত্নুনস্থু হৌজিক্তি ননাই ঐগী লাইবক ফবা ওইররে। মখোয়নবু ঐবু পুন্দুনা থম্বিরবদি কদাইদগী ননাই ঐ শ্রীধামদ দেহ পতন ওইবা ঙমগনি ঐজ্জা? ননাই ঐনা পাপ চেনবনা মরক মরক্তা হেক নিঙশিঙলকই, মসিদা তোক্লগে হায়বা অসে য়াবা মরৈখিদরে।"

হৌখিবা পুন্সিগী অরা মুঙায়গী থৌদোক সিনেমাগী ট্রেলরগী মতৌগুম মমিৎতা উরকই।

শিলেটকী পিকথ্রবা মৈতৈ খুঙ্গংনি। সুরমা তুরেলগী মপান্দা পানবনি। সুরমা তুরেলগী ঈথকুম পুন্সিগী ঈথক কয়া হৌখি! মুঙাইখি, য়াখি। ও সুরমা তুরেল নিঙথিবা! নঙনা মাগী পুন্সিগী মপুঙ ওইবদায় ··· ··· ··· ! লৌ হাল মঙা তরুক লৈবনা খরনা শানদোক, খরনা মশানা উজ লেয়া পানা পুন্সি লেনবা ঙমখী। মীবু তাখি তাওই তৌবস্থু হৈজদে—হারমনি অমনবা অত্নু অত্নুম খোংত্নুনা—'গৌর আজ কেন' হায়বুনা শক্তুনা অহাঙবা মতম লেনথোকই, মুঙাইথোকই। মী মমী নম্বমদা য়ায়ী শাদোক্তুনা লৈথোকপদস্থু হোরেল করি চানি

থোইনা রাখল খন্নিংঙাই লৈজদে। নুপী সাবিত্রীনদি মরক মরক্তা মাগী নিংঙাইদবা লিচৎপু তুক হাকমল্লি হায়না মচেখি—মহুক্সু মোমোন মোমোন নোক্তুনা থোইনা খোইখা লিস্থানজদে। থা কয়ামরুম রাবমখৈ রারগা চহীচুপ্পা নুংঙাইনা চাউথোক্লা খুনু লাবনা মথোঙদা মখৌ পোংহুনা মাগী মকোন শংবগুম মাগী নুপী অঙাংবু ভাক শেঞ্জে। মচানুপা অমত্তা পোকন্দ্রা হায়না কয়া আশা তৌজরম্বা—অহুবু নুপা য়াওদ্রবসু মখোইগী রেবতীনা নুমিৎ থাগুম লংহুনা লৈরি। খঙহৌদনা পুল্সিগী দলান নিংখাইবা হৌরকই—মথং মথং। মতম চাদনা মাগী সাবিত্রীনা নোঙ্গাখি। মচানুপী রেবতীবু থম্মোইদা চেৎনা কোন্দুনা অনৌবা আশাগী য়ুম্ফম থোনবা হোৎনজৈ—অহুবু বিধিগী করি মতৌনো। ওম্নোকপা অরাবগী মথক্তা অরাবা মথং মথং হাপ্লীরৈ। মাগী অনাবা অসিগী কয়া পূজা তৌখিবা—মাইবা কয়া য়েংখিবা—অহুবু তমখিবা অনাবা অহুনা নোংম নোংমগী হেনগৎলকই—শকফম কায়রকই ... ... ... মনা অনি অহু থাগৎপা হৌরকই। খল্লকই মৈতৈ লৈবাক্তি অহৈ অশিংগী মফমনি—চত্তুনা য়েংসিরা? অহুবু কনাদা অঙাং শিন্ন-রম্বা, কনানা মাবু মীরৈবাক অহুদা লৈহনবীগনি অহুসু খন্দবা য়ারক্তে। মতম হৌখি, মচানুপী থাজবা মতম য়োৌশিনলক্লে। মপা মমা লৈজদ্রবা মরম ওক্লবা উধবতা মচা থাজৈ— কৌশিন্দুনা ময়ুমদা থমজৈ।—মশু অমা ফংজবা মতমদা মানা কয়া হরাওখিবা। খর লৈরগা ময়াম তান্ন-হুনা শোক্ল পন্নবা ফত্তবা ল-য়নানি খঙনরকপদগী কোম্থোং ময়াদা য়ুম মচা অমা শাহুনা লৈখি। মানা মাগী মশুনুপাবু ওম্থোক্লা পমজনিঙই, য়াম্না চুপচনিংই, হৌজিক ফাওবা নিংঙমদ্রি। তপ্না তপ্না মচা-মন্ধাক্লা মাবু লাপথোক্লবা হোৎনরকই। মহৌশানা নহা ওইরিঙৈদগী হৌরহুনা মীঙমজদে, মীনা নারৈ অমা খজিক্তং তৌখিবদা কংফাল ইকাইথবীগুম থুপচিন্দুনা লৈজবা মাগী মহৌশানি। খরা পীজবনা পেন্দুনা লৈবনা ফগদমাল্লে খল্লহুনা মাগী লৈজবা পুন্নমক মচা মন্ধাক্তা পীথোক্লগা মচি অন্দদা নাম শোনবা হৌরক্লে। অহুবু খ্বাইদগী অল্লাবদি নুংশিবতা

ফংলহ্নুনা লাকপা মানা নাইতোম তাবা অসিনি—তৌফম খঙদহ্নুনা মাগী থম্মোইনা মালংদা পাইক্ম থিরকই। দেশ থাদোক্লগে নিঙলক্লে……।

মুংশামপী হোন্দুনা বৈষ্ণবনা হায়রকই— "হা গৌর ননাইবু কয়া কুইনা লাক্লবিগনি খঙদ্রে ইবুঙো।"

সনখ্বানা হংলকই "বৈষ্ণব প্রসাদ ফংলব্রা?"

"ইচে মধুনা খরা পীজরক্লে। ননাই ঐনদি পাঙ্গল শোনবনিনা ননাই ঐনা অসিদা হেক লাকপদগী ইচে বৈষ্ণবীদা পৈশা খর পীশিঞ্জে। হৌজিক ফাওবা বৈষ্ণবীনা চন্না নাম নাম ননাই ঐবু থাকপি।"

"বৈষ্ণব করি চানিঙই? নঙনা চানিঙবা অমত্তদি তুক হায়য়ুদনা।"

মতাং অসিদা বৈষ্ণব অতু ফিরুপ হাংদোক্লে। মথুং লোম্নহ্নুনা খুরুম্নগা হায়রকই সনখ্বা ননাইবু চানবিহ্নুনা হায়বিবনি ননাইনা মহা-প্রভুগী প্রসাদ ফংজনিঙলিবা অসি মতম য়াম্না কুইরে— ঙসিদি ঐগী ইবুংঙোনা ফংহনবিগদৌরে। ননাইগী থোইদোকপা অসিমতং হায়বা করিসু লৈজদে, প্রসাদি খর পীবিরগা লোইরে। সনখ্বা ইবুংঙোদি চগেম উতিকা কৎলিদনা ………?"

"এ কৎলি, কৎলি, ঙসিদবু করি কৎকদবনো খঙদে। ঐ হয়েং থিনহল্লক্কে। অতুদি ঐ চৎলগে। বৈষ্ণব নঙনা করিগুম্বা হায়নিঙবা লৈরবসু হেক্তা হায়য়ু করিমত্তা চিংনগনু।" অসি হায়রগা লেঙথোক-লক্লে। বৈষ্ণব অহুনা অমুক কৌরকই—"সনখ্বা—আ"

সনখ্বা তন্না হনজল্লহ্নুনা হংবিরকই— "করি য়াৎলি বৈষ্ণব।"

বৈষ্ণবনা খোম্থোক নেমথহ্নুনা হায়রকই "সনখ্বা ননাই ঐনা হন্দক নাবা অসি পাক ফগদোবা মান্দে। হন্দক্তি মহাপ্রভুনা চানবিরগদ্রা হায়না খঞ্জে। ননাই ঐগী মতম তেনশিনলক্লে, য়া অমত্তংদি সনখ্বাদা শিন্নজরমগে। ননাই ঐনা ইপাঙ্গল খর লৈজরিঙৈদা হৃষিকেশ, হরদ্বারনচিংবা চৎচগে হায়না আশা তৌজখি অতুবু ননাই ঐনদি অপঙবা জীবনিনা মীনা পুবিদ্রবদি ঙমদেদো অতুবু ননাইগী লাইথুং অসিনা

কনানম্ন ঐবু লোইনিনিঙদে, ননাইগী আশা অসি থুংগদোবা নাম্রে।
অহুনা সনখ্বাদা রা অমত্তং হঙ্ৎলমগে রায়ৌবিগন্নুকো।
"করিনো হায়য়ু হায়য়ু।"
"ননাই ঐনা দেশ থাদোকপা মতমদা ননাই ঐগী ইচানুপী অহু উন্নরক্তে। মা কপহৌই, ঐ খঙই— অহুবু পাবা চৎলোকো হায়বা ফাওবা হায়রক্তে। মপুরোইবনা থোকপা য়াদে হায়রমান্নে। ননাই ঐনা য়ুমলোমদা ওনশিন্দুনা মাবু কৌহুনা হায়রম্মী "মুপীমচা ইপা চৎলগেকো। নপুরোইবগী সেবা নিঙথিনা তৌ— ইপাগীদমক খন্নুগন্নু — মুংঙাই য়াইফনা পাল্লুকো। হৌজিকতি ননাই ঐ কনাবুম্নু রারোদে। ঐগী নহালমুক্কী মপোক্কী তৌজরকপা পাপকী দণ্ড ঐনা ফংজবতনি। ননাই ঐনা তুঙজরক্লবা লুপা লিশিংমুক্তং য়াওজরকই। খর চাথোকখিবনে, খর ঈশ্বরদা কৎখিবদগী লুপা চহুমদং লেমহৌরি। ঐনা খাঙলিবা মোন অসিগী মঙ্গুংদা ফি অঙাঙবা অমনা পুন্দুমা য়াওরিব্নি। ঐনা হয়েং শিরবা মতমদা সনখ্বানা লৌবিহোকো— ঐ কংথোকচরক্লবনি। সনখ্বানা শিজন্ননিঙবা মফমদা শীজিন্নবিয়ু।" অসি হায়রগা মখুৎ লোন্নহুনা খুরুমই।
বৈষ্ণব অহুনা অসুম্না হায়রক্লনি হায়বা আশা তৌরমদে। ঙহাক ঙক্ল্রবা তুংদা হায়রকই "করি রানো বৈষ্ণব অহু হৌনদে। ঐনা মহু লৌফম থোক্তে।"
"অহুবু সনখ্বা কনাদদি শিন্নগনি?"
"চুম্মী অহুমকপু নঙগী আশা মতুং ইন্না নঙনা নিঙজখিবা হারদ্বার হৃষিকেশতা ঐনা চৎলগা নঙগীদমক কৎপিরমগেকো করিমত্তা চিংনগন্নু।" অসি ডাক পিরমলগা সনখ্বানা গঙ্গা তম্না লেঙখরে। মিৎলুদা পিগী ঈরা চেন খ—বৈষ্ণবনা শোল্লকই—"হা গৌর হা গৌর।"

মহাক্কী চহী কয়া শুরে তাংদাংক্কা খঙদে ; অতৈনম্নু খঙনদে অহুবু উবদদি হৌজিকমক্তি মথোৎ কারকপগী ঙমথৈ লানথ্রি হায়বা খঙবা ঙম্মী। মমায় শেঙ্গোয় শক্তানি মতুগী মথক্তা মায়-হিং অকুপ্পা মিংচং থীবগী দাগ থম্বগুম উংলী। মায়থোঙগী করিঙম্বা মকমদা শঙহংনবা য়াগুইদনা হান্ননীংঙাই ঐনা উবা ফংদে। অতুম্নদি ওইরম্না মহাক্কী খুবোম তাবা অনীছুদি অঙকপা ফংনা ফজরি। খ্যানি তৌবা য়াম্বা খোঙদানি। মমায় অহু খুমজিল্লগা মতুংলোমদা য়েংলবদি হৌজিকস্নু মাম্বু ফজবীনি হায়গে—অতুক্কী মতীক ফজে মাগী শাবান।

নোংমদি ঐঙোন্দা লাক্কুনা হায়ররে "ইবেম্মগা ঐগা রা অমা শাঙল-গদবা নৈ।"

## ———— থৌরানী ————

রা অসি তাবদা ঐগী ইবেলনা ফিংনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই ; চিংনহুনা। মাগা ঐগা করি রাবু লৈমফম থোকপগে ? মাদি ঐগা শঙ্গ তৌবদা মতিক চাবা মী নক্তেনা, মরমদি মহাক অসি চহী অহুম অসিগী মন্নুংদা মমিং শাৎখ্রবী, তৌঙম্বী ওক্তশিংদা চনবীনি······। অম্নুম্না ঐনম্নু মথল্লি।

ঐনা থুম্মী—"ঐগী কাদা ঙহাক্তং ফম্বীরম্মু।" মানা চঙখ্রবা হুম্দা অবোক্কা লোম্না হায় "করিগী মাগা অশুক তোরোৎ থদাজরিব্বনো মুপীমচা। নশানম্নু মথঙজরিবকো। নঙ অসি পংইদকো!"

মতাং অসিদা নোংমগী থৌদোক শিঙশিংলকই— নোংমা মরুপ থরগা মায়াপুর য়েংবা চৎলুসি ঙাঙনরিঙৈদা থৌরানী তোম্বীনা কনার-দগী লো তায়রুনা ঐঙোন্দা হায়রে— "ঐবুম্নু থরা পুবিম্নুকো ইবেম্মা।"

"মৈ কৈদোংগে ইচে।" খুল্বী।

অমোক্না হায়খি—"করিগীনো মাবু অমুক কোন্নশিল্লুরিবা ?"

"নত্তে অবোক— ঐদি মাবু য়াম্না হুংখি।"

"অওইবরনে ?" করেম্নত্না হায়খি।

অসিনা মসি ওইরে। ঐসু মহাক্না ভাইবা কুইরে খঙনা খঙনা চৎলগে তৌবদা থাদোকপা য়াদবা থবক অমা পায়শিল্লুত্না পুংখায় অমুকপু ওইরিগদরা চঙবা ঙমখিদে—। ঐনা চঙখিবা মতমদা ঐগী ইমুংগী অইঙবা লৈপাক মথক্কদা মখুত্তা মোন খাঙত্না হিপত্তুনা ঐবু ঙায়রম্মী। ঐবু উবদা মোমোন তৌত্না ফিন্নুংদগী পোষ্ট কার্ড অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা পীরগা হায়রকই—"মসিগী জবাব অমত্তং ইবিদবা য়াদে ইবেম্মা।"

ঐনা মিকুপ্তা চিঠি অদু পাত্তনা যেংলে, থাঙ্গৈশেংবা হুংশি মপাউনি। কয়াদা থম্মোইশোক্না হুংশিবনা মাগী হুংশিবীবু কোজরি—"মণিপুরদা থোরক্লো।" ঐসু ঐগী খঙনিঙবা অদু থাম্বা ঙমদ্রত্তনা হংলুরে "ইরক্লিবা অসি কনানো ইচে থৌবানী ?"

.........মাগী মমিং তোমচা কৌই হায়—। মতম অমদা ইচে থৌরানীগী মরুপ অমসুং থম্মোইগী মী ওইরম্মী। মাগী মহাক্তকতগী মবুংশিংগী মফমদা চৈ কয়া চাখিবা, ইকাইবা কয়া নংলকপগী রারী শাবা হৌরকলে। মমায়দগী অশাংবা চৈফম অমসু উৎলি। মাগী নহা ওইবিঙৈগী পুন্সিদা মববাক জগোয় শাত্নুনা চারকুই। মতম অত্তুগী রা নিঙশিংলুবদা হৌজিক ফাওবা মশক মচু নাইদ্রবা অরাবা অমনা মাবু তংত্না অরাবা পীবি। মতম অত্তুদা মাগী মীনা কয়া লৈরম্বা, মরুপ কয়া অমা, শেলনা কয়া তারম্বা। অত্তুবু মতম অদো হৌখরে। হৌজিক্তি কদায় শকলোন কয়া পুথোক্তুনসু কনানসু মাবু য়েংনিঙদ্রে। রাক্নম অসি তোম্বী মশাদি থাজনিঙদে অত্তুগা হায়সু হায়নিঙদে......

অত্তুদা ঐনা মাগী রারী তারগা খঙবা ঙম্মী— থৌরানী তোম্বী হৌজিক্তি থায়নগী হন্নুমাপ্লি।......তোমচা মগুংলাংগী মবুংশিংগা কায়নবসু কুইরে।

তানজা কপ্লুহনা তোমচা মশাসু মমায় লৈখরে। হৌজিক্তি বামোন লৈকাইদা মুগীময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা ফুগাই য়াইফনা লৈ হায়বরা, তশেংবা পাউদি হংনীংদহুনা তোম্বীনা হংলুদে। মতম অহুগী রা নিঙশিঙলুবদা হৌজিক্তা থোকপা থোদোক্নম থম্মোই কায়গদৌরি— অহুবু পুম্নমক হোৌখরে। মতম কুইরক্লে।

······মণিপুরগী লাইবক চাং য়েংনবা মুমিংনি ইংশোক ১৯৪২ গী মে থাগী তরানি শুবা মুমিং থুংলরে। মুমিং তরেং নিপালনি কাং-খোং চাইরে, কৈথেল লৈত্রে, ইম্ফাল সহর ম্যোংফমগুম চীকখরে। কনানা কদোমদা চেনখিবা, কনানা করি ওইগ্রবা অতত্তায়মক নত্রবদি কনানসু হংনদে। মী পুমনমক মাগী মাগী তাংজফম ফংবা লরাই থরাইদা চেন্নখি।

মতম অহুদা থৌরানী তোম্বীনা রাখিবা করিবু করি হায়গনি। তঙাই-ফদবা তানজা ওইগ্রহুনা মবুঙশিংগী মনাক তান্না চঙজফম নিবা চৎলগে পুক্নিং লেপখরে। অহুবু চৎলুবা মতমদদি য়ুম থাদোক্তুনা লোইনা চৎনরম্লে। ইনাক কৈরাক থুনবা মীগী য়ুম শঙহৌবশিংদা হংবদসু মবুংশিংগী খোঙগুন তাকপা ঙমখিদে।

নীংবা কায়হুনা হল্লকই অমসুং মশক খঙনদবা মী থরগী মতুং ইন্দুনা অনকপা লরাঙ্গী অমদা থৌরানী তোম্বীসু লান চেনবা য়াওখি। মুমিং কয়ানিমরুম চেংপাক চিনি চাহুনা লেল্লকলে, লিংজেল খাবী ওইবমা মীঙোন্দগী নিবসু ইকাই, হেনজিন্নবসু হৈনদে।

রানা রানা মতম খরা লেল্লকলে। খরা লৈরগা মী থরগা নবদ্বীপগা চৎকদৌরি হায়না তাজরহুনা মাসু চৎলগে হায়না লেপখি। চৎকদৌ-রিবা মৈতৈ পাখঙ অমদা হায়জে, "ইবুঙো ঐবুসু খরা পুবিম্মু। নখোয়দা করিমতা য়েৎলোই—।"

শকহেনবা পাখং অহুনা " ফনহুম ফরে " খন্দুনা পুবিগে হায়না য়াবিখি।

নবদ্বীপ য়ৌরবা তুংদা শকহেনবা অসিগা লোয়ননা অনৌবা মহুম

শাজবা হৌরক্লে। আরবা কোঙ্গাইশু লেল্লকপগুম তৌরে। ময়ামদা মচিন মৌপুন্না থোক্লে অসুম্না শন্দোকখি অহুবু কনা অমবা থাজে কনা অমবা থাজদে। অহুবু করি তৌরনি ? মীগী মীনোক্তি কৈদৌউদসু নাচুংলক্তি। অসুম্না সুংঙাইনা মতম লেপ্লিউদা 'খঙহৌদনা নোংম্না তোমচা লাক্তুনা মশক উৎলরে। গঙ্গা চৎপদা নোংমা কোক হেক খেংনরে, হংলকই "নঙদি কমদৌরি ?" কাউনথ্রবা সুংশি মৈচাক তন্না অমুক চাকখৎলকই। সুংশি সুংওনগী য়ায়ী কয়া শারবা অমসুং ওইনবা কয়া কোকনরবা তুংদা তোমচানা হায়রকই "চৎলসি মণিপুরদা অমুক হন্না নঙবু লায়না তৌররোই।"

"চৎপবুদি চৎসি অত্তদা সুপী অহুনা ... ... ... ।"

"হেন্না মাবুদি খাইনরম্লবনি। মাগা নঙগা পাবা য়াবরা ? মাদি মরাইশ্না ময়ুম পানজখিনি। নঙদা চৎলসিনে।"

মতম্না খুন্নৌনখিবনে তোম্বীদো খুন্ফম খঙখিদরে। অমরোমদা করম্নসু শকহেনবা অহুবু হন্দোক্তুনা চৎকনি ? অহুগা করম্নসু তোমচাবু নিঙবা কায়হনগনি। মগুংলাংগীনি নবদ্বীপ য়ৌরকলিবসু। হায়রকই, "ফবে।"

"অহু ওইরবদি হন্দক্তি ললোনপোৎ লৌবা কলিকাতাদা লাকপনি। নঙবু হৌজিক পুবদি য়াই অহুবু খুদোং খর চাদবা তারে। শোয়দনা থা অমগী মনুঙদা অমুক হন্নকখিগনি মহুদা নঙবু পুহুনা চৎকে। হৌজিক নহাক কদায়দা লৈরী ?"

"ঐবো ? ঐ অসুরাইদা য়ুম অমদা লৈ।"

"হোরেন লাক্কে য়াগত্রা ?"

"য়ারোই। ঐনা লৈরিবা মফম অহু কোলুপ মত্তা'মনি। সুপা মহা কয়া চঙহন্দে। মখোয়গী ফিরোল খরা শাবি খোৎপী তৌরপা ঐসু লৈরিবনি।"

"হৌজিক্তি ফি শাহুনা চাউ হায়না তমথ্রবোইরে।" য়া অসি তোম্বীগী থম্মোইদা মফম চানা পাল্লম্মী। খঙহৌদনা মাগী পুক্নিংগী বসন্ত শিঙশিঙলকই। ওসিগা কয়াদা খেন্নব্রবা।

তোমচাসু নুকুম্র অহুদা চঙবা য়াদ য়াদমাল্লে অনুম্না থম্নহন্না করিসু মথা তাম্নমদনা অত্তুম চৎখরে।

থৌরানীদি অহিং অদো মিংকী ককলা অমতা উইশিনবা য়াখিদে। হৌখিবা পুন্সিগী অরাবা অমসুং মুংঙাইবা তোরৈ কয়া থেংনরকপগী রারীবু ঙসিতা নৌনা নিঙশিঙলকই। মহৌশাদগী মশাগীদমক রাখল খনজবা মী নত্তে। খনবসু খম্নিঙদবনি অত্তুবু নিঙশিঙলুবা মতমদদি "ঐ ইতোমতনিকো" হায়বা খাংঙমদবা অরাবনা তত্তনা অরাবা পীরি। ওস্নোকনসু হাংইদা মাগী তাইবংপাল! পুন্নমক অসিগী মথক্তা মুংঙাই-তবা অমনা শকহেনবা অসিবু মহাক্না থাজবা ঙমলক্ত্রে। নোংমা নোংমগী মতৌ অমা তৌশিল্লক্লে। ঙসি মরি মঙানি অসিসু য়াম্না থেঙনা হনজিল্লকই। অসুক থেঙনা মহাক্না মপান্দা করিবু তৌরুবা কনানা খঙগনি? ঙসিসু থেঙনা হল্লকলগা হায়রকই "ইচে ঐদি অসিদা লৈবা য়াররোইদৌরে। য়ুম্বুনা কয়া লৈহন্নিঙদনা তৌই।"

"করিগী? ঐদি মসিগী রা অসি তাদ্রিনা।"

"নঙ হুপীনবু করি তাগনি। হয়েংদগী ঐ মফম অমদা লৈরুবা তারে।"

"ঐদি?"

"নঙদি অসিদা অসুম লৈহৌবা হায়বহুনিদনা।" হায়রগা অমুক থোকখরে। অহিং অদো মতোমতা লেল্লী।

মসিনী মাগী পুন্সিগী লমায় অমনা। চহী অমা ফাখ্রে। চহী অনি লাল্লক্কদৌরে। ফুনা য়াম্নদি কাউশিল্লকলে মৈচাকসু। চৈনাখোল ফংমল্লহুনা মশাদা চৈনাখোল ফাউজিল্লকত্রে। মুমিৎ য়ুংবা মতমদা লরায়গী লম্বীদা মপু তুমখ্রবা শলগাড়ীনা কাইদা কাইদা চৎপগুম মাগী পুন্সিগী শাদোংনা তন্দে মান্দে থোথরি। মরক অসিদা কদায়দগীনো তোমচাগী চিঠি অসি থুংলরে। মাগী রারী তাবা লোইরবা তুংদা ঐনা হংই "করি হায়না ইয়ুগে ইচে থৌরানী?"

"ঐদি ফনানা খণ্ডগনি ইবেম্মনা থোক্নপা হেক্তা ইখিদ্র।"

"হাইমা থৌরানী নগুগী চিঠিবু ঐনা করম্না জবাব তৌগনি ? মগুনা হায়নিগুবা মথৈ হায়রো অত্থুদগী ঐ ইগে।"

ঐদি মাবু উখিদবা কুইখরে মাগী য়া কাউবু কাউরুরে। অত্থুবু মাদি এখোযগী ইনাক্তা ইনক নক্না লৈবনি। করি তৌত্থুনা করম লেপ্লিবা ঐহাক্না থোইনা হংলুবা তৌদে। ফনা কুইরবা তুংদা নোংমা থৌরানীগা ঐগা উম্নে। বাঙ্গালীদোনা শাড়ী মপান অমুবা চনবা অমা শেৎলি। মবাইবক্তা সিন্দুর নম্মী। ঐনা হংই "খর হুংগুাইরিবরা থৌরানী ?"

গুসি মথরাই য়াম্না হরাউনস্থু উই খুমলকই "ঐস্থু নোংমক্তা কোয়থোরক্কে তৌরিবনি। ঐস্থু ইম্নুং হুংগুাইজদ্রে। অমা অমগী মনাক্তা চৎত্থুনা ফমলুগদবস্থু তৌনিগুদে। নোংমস্থু ইবেম্মা উন্নজগে হায়ত্থুনা লাকচরম্মী, ইবেম্মদি কলিকতা লেগুথি হায়।"

"ফৈ কৈদোগে ইতৎ তত্তনা লাকপাস্থু য়ায়"

"অত্থুগা ইবেম্মা থায়নগী তোমচা অত্থুনা চিঠি অমস্থু পীরকই।"

অমুক তোমচাগী চিঠি। মানা ঐবু থিরম্বগী মরম খগুলে।

"নহাক ইবেম্মনা ইবিখিবা জবাব অত্থুস্থু থাজদৌদ্রে। হন্দক্তি অমতং হনসিরা খল্লি। থায়না ঐখোয়গী অবোক্না হায়খিবা য়া অমস্থু লৈ, মীগী চিঠিগী জবাব হন্দবা অসে হয়েং মপোক্তা না পগুই হায়— ইবেম্মা শংলবদি নোংমা ইচে লাকচগে অম্নক্তা ইবিখো।"

"এঃ ঐনা শোয়দনা ইগনি ইচে থৌরানী; অত্থুদা ঐ য়া অমগু য়াম্না হংনিগুলে— অসিদা লৈবা অসিবু হুংগুাইবিরিবরা ? মণিপুরদত্থুম চৎত্থুনা হুংগুাইনা লৈরুবনা ফৈ। হায়শাবা হায়বত্থুনি আদনা থরথিৎ মফগনিকো।"

"মত্থু য়াম্না চুম্মী ইবেম্মা। থাঙ্গৈশেংবদি ঐমুক লাইবক পীবা লৈতবনিকো ইচেগী ইবেম্মা। মীনদি তোদ্বী অসে নোকত্থুনত্তা লৈ, হা অত্থম তৌই হায়বা মত্থু নত্তে। নারক য়েকলকপা মতংদা ইয়াদা ঈশিং খুযা অমতং ইনবিনবা লৈতবনিকো, করিদা হুংগুাইগনি। মরক

মরক্তা ইপুম থিংনা কপচৈ, অহুবু মীনদি খঙবিবা নংতেদো। অহুগ্না ঐনসু মীঙোন্দা ঐগী অরাবা লীথোকচনিঙদে। মণিপুরদসু অহুমঙায় হৌজিক চংলগা কনাগী মকাদা চঙলুগনি ?"

"করিগী তোমচাদীনা।"

থৌরানীনা নোক্তুনা হায়রকই "কদায়দগীনোদা ! ইবেম্মনা খঙদবননি। ঐনা চঙলুহুনসু মানা মহৌশাগুম কৈদৌহুংদা লুনা তৌররোই। হৌখিবা মতম অদো ঙসি নংত্রে। অহুগা হংবা য়ায় করিগী চিঠি ইরকলী। শান্নবগুম্বনি, ঐগুম্বীগী পুন্সিদা, করিসু ফংজদ্রবী অমবু ঙহাক্তং আশা পীহুনা শান্নবনা থম্মোই চাউবা শকপা কোঙ্গায় অমসু লৈরিদো। হৌজিক্তি মাগী লোনম এনা খঙলে। নোংমা মাগী লাংদা থুকই হায়হুনা খঙনা খঙনা হৌজিক অমুক করিগী চোংশিন্নুফম থোকপগে ইবেম্মা ? মানা ফাগী শান্নহুনা ইরকলগা ঐসু মহুগী চপ চানা জবাব হনবিগনি। মহুগবু লৈমীন্নবা হেক য়াবরা ? মানসু মুংঙাইরোই, ঐনসু মুংঙইরোই। ঐখোয়গী মরমদা ইবেম্মনা করি খঙবা ঙমগনি। মসি পুন্নমক অসে ঐখোয়দদি করিসু লৈতে। পুন্সিসিসু, থম্মোইসিসু লৈকংলা ওইরবনি। পুন্সিগী থৌদোক অমতনা ঐ থরাই শোকহনবা ঙমলরোই। কান্নবা য়া নত্তেদা ইবেম্মা। ইবেম্মখোয়দি অফবতা ফংহুনা নিঙথিবতা উহুনা লাকলে অহুগী মথক্তা লাইবক ফবিনীদো।"

মসিগী মতুংদা ঐগী করি থুম্ফম লৈরি ? মথা তারমদনা মুংশামপী হোন্দুনা হল্লকলে। খঙহৌদনা হৌরকফম খঙদবা লৈচিন নোংফাইনা ঐগী থম্মোই কুপখরে। মসিগী অরোইবনা কদায়দনো ? য়াহং অমতং ঐগী য়ারবা থম্মোইনা হংলকই—"ঙসিগী তাইবংপাল অসিবু মুংঙাই-রিবরা ? ঐবু লাইবক ফবিরা ?........."

য়াচঙবনি। থাওমৈ চুখৎপা হৌনরকলে। ইম্ফালগী কাচিন অমদা লৈবা শরুক অমনি। নিংথমথা ওইবনা য়াচঙবদা মী ঙিনবা খর খর পাথরকলে। শড়ক ময়াদা ফম্বা পোৎফমফম্বী অমা অনিগী শেগায়বা য়ুম উরগা লৈকাই অহুগী ফিভম লাকপা ঙম্মী। থোইনা অরংবা উদে মফম অদো। পোৎফমশিং অহুস্থ মৈ চুখৎনরকলে। মুপী অহুমতং তরক তরক পোৎ য়োল্লী। য়েঙ্গাং য়োনবা পোৎফমহুদি মী থরা মতিল্লি। অমদি—পোমক্রিনা য়োম্বা লাইফদিবীগুম তুমিন্না ফমতুনা লৈ করিবু য়োল্লিব শারিবনো অহলদো।

"ইমাখোয়, রা অমৎতা হায়জগেবা।"

"হা করিনো ইবেম্মা, করি লৈগেগে ?"

লৈশাবী অনি লেপলৈ। মতৌ উবদা মথৌ চিনবী মাল্লী। নঙে হৈবী ওইনস্থ উই। খুমলকই—"ইমা, ঐখোয় পোৎ লৈজরোই।" ইমাখোয়না উপায় অমৎতা তৌবিয়ুবা।"

## ঐগী থাহোদ্রবা হৈতুপ লালু

"হায়মা পোৎয়োনবী ঐখোয়না করি উপায় তৌগনি নখোয়গী করিনো হায়য়ু তাসিদনা ?

"ইমা, চীনা হায়বদি খাগীনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী সিমানাদা লান্দারকলে, ঐখোয়গী সিফাইশিংনা ইংলবা চীঙলৈবাক্তা য়েক্লববু য়াম্না কন্না মায়োক্লরি। ইমা, মফম অহু য়াম্না ঈংই—উন্না ইঞ্চি অনি কুপ্পী হায়। মখোয়গীদমক ইমাখোয়না ফুরিৎ অমমমতং লোনবিয়ু। হৈত্রগা নচা নমৌশিংবু লোনহনবিয়ু। হয়েংগী মুমিত্তা ফুরিৎ লীশীং অমা শুদবা য়াদে। লং খর থমজরমগে।"

"ইবেম্মা ইমাখোইদি হৈত্তেনে। অতুগা ইমৌদি লৈ হায়রবু মচা চেনবনে চাকশুন থোংবনে শংলোইবো। শংগদৌবা মী য়েংহুনা থনম্মু —ঐখোয়দি গতি লৈতে।"

"ইমাদি ?" অমহুদা ওনশিন্দুনা হংই।

"ইবেম্মা ঐগীদি মী লৈজদেবো। ইচান্নুপী অমা লৈবা অতুম্মু পোৎ য়োন্নী—তু আদগীসি মাগী তুকান্নি। শংলোইবো।"

"ইমা, নোংমতংনি নখোয়না মতম মাঙগদৌবা—লৈবাক্কীনি। করি নৎতবদা কুম্মৈ য়েংথোকপম্মু য়াওই। নোংমতং মাঙববু কৈদোগে। ইমা, খুদুনা য়েংউ। লাম্মীশিং অদো ঐখোয়গী ইবুঙ ইপুরাগুম্বনি— ইমাখোয়গী নচা গুম্বান। মখোয়দি ঐখোয়গীদমক থরাই কৎলি— ঐখোয়দি নোংমতংগী মতম কৎপা ঙমলোইদরা ? য়েক্লবনা থোঙজিন্দা লেপলী—"অপুনবা পান্সল নত্তুনা ঐখোযনা করম্না মখোয়বু তাম্থোক্কনি কৈদোগে ইমা ঙসিতংদি পোৎয়োনবা লেপ্লীয়ু।"

"এঃ ইবেম্মা করি চাগনি পোৎ য়োন্দ্রবদি—অতৈদা হায়রুবো।"

নিঙবা কায়রহুনা লৈশাবী অনিহুনা থোরকই, খঙহৌদনা পোমফ্রীনা য়োম্বা অহল অতুনা কৌরকই। খোম্থোক অতু চহী য়ামলবা অমগী খোম্থোকনী। হায়রকই—"হা নুপীমচাশা করি হায়বা ?"

লৈশাবী অনিদো তন্না হনজিনলকই অহল অতুনা মাগী খুইরবা মথুৎ অনি অতু তিংথোক্কুনা "ফম্মু ফম্মু" হায়—।

লৈশাবী অনিহুনা হায়বকই "ইবেলগী যুমদা কনা অমত্তা লৈতরা ? ফুরিৎ অমতা লোন্দুনা লাম্মীশিংগী মতেং পাংবিয়ুবা।"

"লাম্মীগী ? ফুরিৎ ? অতুবু ইবেলদি কনামতা লৈতে ইতোমতনি। শিংজু য়োল্লগা চারিবনি। কনানা থোল্লিবনো মখোয়গী ফুরিৎ অসিদে ?"

"ইবেল ভারত সরকারনা।"

"নখোয়দি বনানো ?" হন্নুবী অতুনা হংলকই।

"ঐখোয়দি সোসিয়েল ওয়েলফিয়ারগী মীনি। ঐখোয়না ইশা য়াংবনিনা ময়ামদা লং য়েনবা চৎলিবনি।"

"করিনো সো সে রেলকা হায়বদে ?"

"সোসিয়েল ওয়েলফিয়ার হায়বনি ইবেন। মসি লৈপাক্কী অমলুং সমাজগী সেবা তৌবা কাঙবু অমনি। মসিদা পুকচেল চাউবা মী ! ঙাক্তনা শিনলাঙই।"

"খণ্ডজদেদা অত্থক য়াম্বা অদো। অত্থগা অতো, সিফাইশিং অত্থদি নখোয়না থোনবা ফুরিৎ আঁস শোয়দনা ফংগদরা ?—"

"ইবেন মখোয়গীদমক্তনি। করিগী ফংদনি। অসিদসু নত্তে। মখোয়গীদমক ভারত সরকারনা পাম্মুবা লৈতে। তঙাইফত্রবদি ঐখোয় সিফাইশিংগীদমক চা থকপা তোকপা তায়·········হিংনবা চা নত্তনা অতৈ পুন্নমক মখোয়গীদমক লীত্তনা থমগদৌবনি।"

"অত্থগা ময়ুমদি কনানা য়েংবী ? মতুমচাদি কনানা থাকপী ?"

"অত্থসু ভারত সরকারনা।"

"হুম" হন্থবী অত্থ রাখল তৌই। হায়রকই—"ইবেননা হৈবগুম্বা ওইরবদি করিগী য়ারুগনি ? অত্থবু ইবেম্মা, হন্থবী ঐগুম্বনা তৌবা য়াবা করিদি লৈ ?"

"করি লৈতনি ইবেন। লৈকাইগী মী অয়াম্বা লোইনা ফুরিৎ অমমমগী লং থনমলবনি। ইবেননা হয়েং-ঙন্তা চত্তুনা অরোইবশিংদো খোমলগা ইবেনগী পোৎফমদা থমবিরম্মু—ঐখোয় লৌবা লাকচগে।

অসি হায়রগা মখৌ চিনবী লৈশাবী অনিদো থুনা য়াঙনা চৎখি।

চহী হুম্ফুতরা শুরবী অহল অদো ঙহাক ফম্মী তুমিন্না। অত্থগী তুংদা পোৎ লোইশিনবা হৌরে। অনি অত্থনা হংলকই— "কৈদৌরে ইম্মান পোৎ লোইশিন্না হৌরবদি অম্মুক ঙন্না ?"

"কৈসু তৌদে।" তপ্না অহল অত্থনা খুমলকই।

"হৌজিক্কা ফুরিৎ খোমলুরগের ?" অসি হায়রগা করেন্নত্থনা নোকলকই।

"হায় মচোমপাক নাইদবা শারদনা।" অসি হায়রগা তপ্না তপ্না ময়ুম পাংলকলে।

অমনা কোতুনা হায়রকই, "ইম্মান, লৈরক কাউবা শম্মুরা উগদরা ? খুমদে অহল অদো খোঙথাং—কয়া লাওনা চৎখি।

পিকলবা মাগী খুমদা চঙলকই। থাওমৈ চুখৎচে। ঙহাক ইমুঙগী থবক ইংথাং লোইরবা তুংদা হিদাক ঙানথক অমা থক্কুনা ফুঙ্গাদা ফমলে ... । Tapan 2002

... ... ..ইংশোক ১৯১৪ দগী ১৯১৮ গী মতুঙদা থোকখিবা জুমিং অমগী থৌদোক! মতম অদো মশম হায়গৎচবদা ঙায়জরি—। নৌনা য়ুম্বান-গাইবংদা খোঙদাবা ওইবনা থবক পুম্নমক অনৌবা আশাগা লোয়নননা তৌজে— নোম্বগী রাবা লৈতে। অতুবু নোংমা মপুরোইবনা থেঙনা কোনুংদগী হল্লক্লগা হায়রকই—

"তম্পাক, ঐ লান চৎপা তারে।"

"কদাইদা? করিগী লান।"

"নঙ লান ভৌরী হায়বা তাদরা?"

"তায়, ঐখোয়গী অসিদা তৌবস্থু নত্তনা নঙদি করিগী? সাহেবকা জর্ম্মনগা শোক্লবনি হায়বদায়নে। কদায় ঐখোয়গীদি কৈগুম্ভ তৌদনা।"

"নঙনা খঙবা পোৎ নৎতেদা—ঐখোয়দি মীনাইনিনে। ভারততী সাহেবকী মীনায়নে—মণিপুরস্থু মীনায়নি। মীনায়দি মপুনা কৌবা মতমদা চৎকদবনি।"

"হল্লো—ঐখোয়গী নিংথৌবু সাহেবকী মনাইরনে?"

"মানি, ঐখোয়গী মহারাজনা মণিপুরদগী সিফাই দবল কম্পানী অমা থাগদৌরি ঐখোয়মী চনি হুম্ফুতরামঙানি। হৌজিক চৎলিবা মী চনি হুম্ফুতরামঙা অসে মশীং হেক রাৎলকপদা অমুক মী থোমজিন গদৌবনি মী চনি হুম্ফুতরামঙা অসিগী মমিং শুননবা। ঙসি ঐগী মিং পীথৎপদা য়াওখরে। করিগীনো, কনাগীদমক চৎলিবনো ঐ খঙদে। ইনিংথৌনা হায়বী, অতুগী চৎকদৌরিবনি।"

"ঐদি?"

"নঙদি অবোকখোয়দ, লৈরম্মু।"

……হুমিৎ অদো ঙসিগুম্বা নিংথম থাগী মতমনি। য়াম্না লৈচিন থারবা নিংথমথাগী অয়ুকনি! ঙসিনি মণিপুরগী লাম্মীশিংনা লেনসডাউন তান্না চৎকনী য়াম্বদো চহি অমা মফম অদুদা লান তম্নগা মখোযনা থানিঙবা মফমদা থাগনি হায়নসু হায়। তম্পাক্না মমলিঙৈদগী হৌগৎচৈ চাকঙন থোংজরে; ঙসিনা অরোইবা চামিন্নবা হুমিৎনি। মসিগী তুংদা কৈদৌঙৈ উনবা কনানা খঙগনি। সনামহি মপাদা রায় তৈথোকচৈ, থাওমৈথাল্লগা খুকমজে—"লাইনীংথৌ ইবুঙো! ইপুরোইববু অমুক মতু নামা তেক্কনা হনজিনহনবিবকউকো নহাক্না।"

কপ্পা খাঙই— ইস, কপ্পা য়াদেকো। কপ্পবদি চৎলমদাইদা ফৎতে হায়কো। পি উইহৈদেসু হায়নৈ। এবু মখোয়না হোবেন চৎপা অদু য়েংলুশিরা?

শ্রীগোবিন্দগী মশাইগোননি। মৈতৈ সিফাইনা পরেং পবেং লেংহুনা লৈরম্মী। শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙথোরক্লে—। কোয়না কোয়না লেঙহুনা মনাইশিংদা পাউমৈজে। পুক্লিং থৌগৎপী। মবাইবক্তা লানঙম সিন্দুব নম্বিরী—মখুত্তা শ্রীমদ্ভাগবত গীতা অমমম পীনবী, তাকপীরকই— "শ্রীগোবিন্দগী চবন কাউগনুকো ইচাশা।"

তম্পাক্না লাপ্পা ফিরুক ফিবাং খুমহুনা ময়ামগী মরক্তা লেপ্লুনা য়েংজৈ। কনাবুসু উরক্তে মপুরোইবগী মশকসু পিনা থল্লবা মমিত্তা মসেন মরাং উরকই। হুংশাস্বর ফুয়না ফুয়না হোল্লকই।— কপ্পা কম্না খাঙই।

খঙহৌদনা মাইকৈ মরীমক নিনহলহুনা বঝায় খোংলকই—

"তাইবং পানবগী মপু, শ্রীগোবিন্দগী খুয়াদা মৈতৈ নি'থৌ ঐনা খুরুমজে।"

তম্পাক খাঙবা য়ারক্তে। বঝায়গী খোল্লাওগা লোয়ননা থম্মোই কায়না হিক হিক কপলকই।

চহী কুনলোম অমা লানখরে—মাগী পাউদি তাবা লৈখিদে। কদাইদা লৈবিবা, কদোমদা চৎগ্রবা। নোংচুপ মাইকৈ পাংনা মালংদা

য়েংহ্নবা লৈজে। মিৎতা হায়ঙমদবা অন্নাবগী পি শিম্বরকই। নোংময়দি কমান্দেন্ট সাহেবকী মুপী মিসেজ্ঃ স্নেকিগা উন্নরুগে নিঙলকল্লে। কমান্দেন্ট সাহেবগী মুপীদি মৈতৈ চন্নুনি। তম্পাক্কী মমাগা খঙনৈ।

তন্নাম তন্নাম কৌশিনবীরকই—"চঙলকউ চঙলকউ করিগীনো নঙনা লাকপদি ?"

"মেম সাহেব চুন্না লাকপনি।"

"ফম্মু ফম্মু।"

মেম সাহেব লানগী করি করি পাউ তাবি ? ঐখোয়গী লাল্লিশিং কদায়দা লৈ। কমান্দেন্ট সাহেবকী পাউনা করি তারি ?"

"হন্দক মরক্তি তাদে। থা খরগী মমাঙদদি মেসোপোটেমিয়াদা লৈ হায়না পাউ পীরকই। হৌজিক্তি ঐস্তু খঙদরে-- সাহেবনস্তু ইরক্তে।"

"অত্নবু ননাইশিংদা চিঠিকা পীবদি য়ারোইদ্রা ?"

"করিগী য়াদনি, অত্নদা য়ৌবু য়োগদরনে ?

"খঙদে মেম সাহেব, পৈশা খরস্তু হায়নিঙই অত্নগা হৈতুপ লালুস্তু খর থানিঙই। মাদি য়ান্না পাম্মী।"

"এ—মত্নদি য়ারোই। পৈশাদি করিগীনো ?"

"চৎলমদাইদা মহারাজনা লুপা হুম্ফু তরাদং পীনবি। অত্নগা সরকারনদি করিমতা পীদে। খর ফংবা অত্নস্তু খাজনা চহী অহুম মরি তোল্লমত্না থীবনে করিনে হৌজিক্তি ঐ য়ান্না রাক্লে মেম সাহেব।"

"হায়মা খাজনা কোকই হায়বদায়নে !"

"মনাই ঐগীদি কোকপা কোক্তবা অমৎতনি। ইমিঙদা করিমতা লৈতবনিনা।"

"অত্নদি কনাগী খাজনা থীরুরিবা ?

"খুরাত্তোন খোয়গীনি। মখোয়না থাক্তুনা লৈবনিনা ইকাইত্নবা শেন হাপখিবনি মেম সাহেব।......... মেম সাহেব...... ।"

"করিনো ?"

"ননাইশিংবু কৈদৌঙৈ থোরক্কদগে ?"

"খঙদেদা। লান চঙঙ্গবঘু কনানা খঙগনি। ন্নারুহ্ মন্নাইনা ল্যাকচনিদা।"

"ঐদি চহী অমা ফাহৌদেদো— মাগা লৈমিন্নবা······।" অসি হায়রগা হিক হিক কপলকই।

১৯৪২ গী মে থাগী নোংমাইজিং হুমিৎ অসি মণিপুরগী লাইবক চাং য়েংবা হুমিৎনি। বম হেক তাবদগী মানা মানা থোকপা চেন্নখি। তম্পাকস্ু লান চেল্লী, মপুরোইবস্ু চহী মরি মঙা শুরে নোংগাখিবা। মচাহুপা অমতং লৈজবস্ু গৌহাটিদা ললোনবা চৎখিবদগী হল্লকপা নংহৌদরে।

অমুকস্ু লান ? অমুকস্ু মচা কায়নবা ? অত্নু ফাউবা মচাগী পাউ তাদে— থা তরুক শুরক্লে। থা তরুক অসি মৈথক্তা য়াতাখি। অত্নুবু মীনা হায়নৈ তোংজৈ মরিম্দগী মী থরা জাপানগী লান্মীনা ফাখ্রে হায়। মচাগা লাকমিন্নবা মীনা পাউ তম্মী।

অসি ওইরে লান নঙদি! ওহ্মোকপনি করাম চাউরবা তাইবংপাল!

অত্নুবু অমুক হন্না জাপানগী খুত্তগী মচা হল্লক্তে।

হিদাক থরা থরা মাগী খুইরবা খজাইদা মপি চতুম চতুম তারকই। মপি তৈথোক্তনা ফুক হৌগৎলী। মশাদা খঙহৌদনা মপাঙ্গল অমা পীরকপগুম তৌরকই। পুন্নমক মাঙখ্রে। অমৎতা ঙায়জরবা মচা মুনখ্রবা কৈ অমোমগুম মাইকৈ মরিদা য়েংলকই—লমনগী মৈরা চুরকই থম্মোয়দা! অহল ওইরবী তম্পাকতো খোঙথাং কন্না ইমুং মাঙ্গোল হঙ্গৎ হন্দা চৎলকই।

·········অঙনবা অয়ুকনি। য়াহৌঙনবী, মথৌ চিনবী হুপীদি হৌগৎখরে।— ইমুঙ অমগী শুমাঙদা লেপ্তনা অহল ওইরবী তম্পাকী থোম্বাং য়ৈরকই।

"—হো ইবেতোন। ফুরিৎ লোইরবরা ?"

মৌনহা অতুনা খুমলকই "অবোক করিগীনো অস্মুক ঙন্না। ফম্ববিন্নু ফিদা খাজগে।"

"ঐ ফম্বা লাকপা নত্তে ইবেম্মা। কদায়, নঙগী ফুরিৎ লোইরবরা?"

"অবোক লোইত্রিনে। ফম্ববু ইঙম ঙমদেদা। মুংদাংস্মু চাক থোংইদো। অঙাংগা করিগা। হৌজিকস্মু থবক লোইদ্রি।"

"চাকঙন থোংগদরা?"

"থোংলোই অবোক। ঙসিদি নোংমাইজিংনী। অতুদা কোললিক রায়রম তৌদ্রি।"

"করি করি কোন্নো। কদায় অবোক তৌবিগে থবক পায়খৎলু। ঐ তৌবিগে নঙগী থবক অদো।"

"ইস অবোক্না করিগী তৌরুনী। ঐ তৌজগে ঙহাক্তনি।"

"হুঙ ঐ তোগে ঐ তোগে।" অসি হায়রগা মৌনহা অতুগী কোল মুন্দুনা পুখ্রিদা কুমথ্রে।

কোল ফেঙনা ফেঙনা মোমোন তৌরকই। মানা নোকলিবা অদো করম্বা মুঙায়বগী মীনোক্নো হায়বা মাতনা খঙই।

সাবাস— বিবি সাবাস—। ঝুম, ঝুম ঝুম.........
থাজবরা ঐ জগোই শাবী ওইরম্মী হায়বা ? শারম্মী। শ্রীগো-বিন্দগী মমাঙদা কৎপা জগোইরাসগী কৃষ্ণ নত্তে, খৌরানী নত্তে—মরবাক জগোই শাবী। ময়াম্মা কোয়শিল্লি, নোকপগী খোন্থাং মরক্তা—“সাবাস বিবি সাবাস” ঐগী উস্তাদজীনা লাউই। ঙকনু, ঐগীসু উস্তাদজী অমা লৈরম্মী। ঙসি খঙনিঙনিঙশিঙলুই ঐগী উস্তাদজীবু...। মশক কাউরে। ফিভমদি কাউদ্রি। মমি অমতংদি তাহৌই, ঐগী চিল্লবা নিঙশিঙকাগী মচি অমদা নিঙশিঙলি—অদুবু মরোল শুদরে ফিভমতনি।

## ★ উস্তাদজী ☆

তানিঙগদ্রা ? মতাসি কনাগুম্বা অমগী নিঙশিঙ রারী মতেক অমা তাবসু মম্লুংঙাইবনি। পিকলিঙৈদা ময়ামগী ইমুংদা পোকলবসু ইমুঙ মসুঙগী তুনিয়া খঙলক্তে। ইনক নক্লা লাপ্পগুম, ইলৈ লৈনা লৈতবগুম নৌকাখেলা হুমিত্তা লম্বী মাঙখ্রবা অঙাংগুম মিপাইবগুম তৌখিবসু ময়াওখি। চাউরকই নোম্বীরিবশিংগী তুনিয়াদা! মতাং অসিদা নিঙশিঙই গুরুদেব রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী জীবন স্মৃতীগী লামায় অমদা য়াউখিবা ভৃত্য বাজকতন্ত্রগী রারী। পাবা মতমদা থুক থুক পানখি পূক্লিঙদা। অদুগুম্না মখোয়গী তাইবংপাল, মখোয়গী রারী রাতাই, খঙবসু য়াউই, খঙদনসু য়াউই। অহল লমন্না মুংঙাইবা কুম্মৈ য়েংখ্রিঙৈদা ভুমহুনা লৈহৌবদো মখোয়গী অমোৎপা ফমুঙদা মখোয়গা কোন্নহুনা। অদুবু পিদৎপাদৎপদি নত্তে য়োকচবীনা ইমানি— ইমা হায়নসু কৌই।

নোংমা তাপুচানগী ( তাদ বাপুচান ) মহুৎতা মীনৌ অমা ঐবু শেন্নৌ থারকই। মতম অদুদা ঐখোয়বু শেন্নবা হুপা অমমম লৈরম্মী।

করিগী মীনৌ অনিনা শিন্নরবা ? তাপুচাননা কদায়দা ঐ খণ্ডদে, খণ্ডবগী চহী মতাংস্থ নত্তরী। মতম অদো ঐ লাইরিক তম্বা হৌদ্রি। য়োকচ-বীনা হায় "মাইদ, কদায়দগী অঙাওবা অমবু অঙাং শেন্নৌ থারকলিবা অসিবু— পামদেদা শক্তাশে।" উস্তাদজীগী মশক্তা ঐগী য়োকচবীনা করম্বা য়ানিঙদবা য়াউবা ঐ ভাব তাবা ঙমদে হৌজিক ফাওবা। ঐগী উস্তাদজী তাপুচানগুম অহল নত্তে নহানি। ভর্ত্তী তৌবা কুইদ্রি। নোক্নুনতা লৈবা অফং অফংবা মফমদা পূং খৎপা ঐগী উস্তাদজী, মশম চপ চপ য়ুংখৎপগুম তৌই। মীস্থ চাউদমাল্লে। মশক অদো কোরিয়াগী লাম্মী মানগদৌমাল্লে হৌজিক ঐবু হায়য়ু হায়রবদি।

মতাং অসিদা পলহৌগে ইচেমশিংগী মরক্তা ঐদি ঙাহুমচা শকথী-বীনী। ঐস্থ মখোয়গুম অঙৌবা কাঙা ওইনিঙলুই। মতম অদো মরবাক জগোইশাবীগী য়ুগনি। নুতিগী ঐখোয়গী গোল কামড়াদা মরবাক জগোইশাবীগী জগোই উৎলি। ঐনা উস্তাদজীগী তম্পাক্তা ফমহুনা মতু য়েংই। উস্তাদজীনা পূংলোন নিঙশিঙই। নোংঙাল্লগা ঐবু ত্রেনিং তৌই অফং অফং মফমদা। ঐবু অঙৌবা কাঙা ওইহল্লি। ঐনা অরঙবা ইশা ফন্দোকই—অশংবা ঈপাকয়ায়দা তাউহুনা। জয়পুরগী চামার, চুরুটকী লাংবারগী নাইন, নাশিকা, খোঙদা চউম্বগী ঘুঙুরনা ঝুম ঝুম.........। উস্তাজীনা মমিৎ উইশন্দুনা য়ৈরী মাগী চুলোক শেগাই-বদা। চিনগী মিউজিক, ঈশৈনা অনৌবা নোংগী কুচু মাল্লবা......।"

মিং হায়ফেৎ চৎলকই। কা অমদা; হাওমচা লোঈশঙদগী শঙ্গায়শংবা লোইশঙ, সনা অফিসতগী শঙ্গায়মহুঙ। উস্তাদজীনা পূং য়ৈ ঐনা জগোই শায়। সেন্না রাই চাই ; মতু উস্তাদজীনা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। উস্তাদজীগী খুদোম্বাগা খুৎয়ায়গা আকবরগী মৈথুনা কাথেকই। ময়ামগী পোথাফম ওইরুই ঐখোয় অনিনা। ইমানা মতম-চানা রারনিং তৌই— "তৌনুকো অঙাং কোইপু পুহুনা জগোই শাহনগন্থু। তানরক্লগা রা থোক্কনি! নঙগী ফৎলোই।"

নোল্লুক্না খুম্মী "হোয় ইন্দোল তৌজরোই।"

……অমুক চাকনিবগী জগোই। মাগা ঐগা শম্বর্কনী লৈবাক্ত— সাবাস— বিবি সাবাস — খোম্বাং রৈ অচৌবা দলানশী চেকপালদা— সাবাস বিবি সাবাস।

মতুংদদি ইমাস্থ শাউদরে। কনহুম ফবে, ব্রাই শংলেদা মানা অঙাং লৌবা অসিদি— অস্নুমা খবমাপ্লে।

নোংমদি ওস্তোকপনি! তমাল পাম্বী মখোঙদা ভাবোক্না ইকোয় কোয়রহুনা উস্তাদজীনা মাগী বিবিবু জগোই শাহল্লি, ব্রা ব্রা নোকই ময়াম্না। উস্তাদজীনা মাইগৈ শলায় খঙদনা পুং য়েরী জগোই ঈশৈগী জগৎত। খঙহৌদনা সনায়াথং হংলৈ— করিনো ময়াম আদা তিল্লিবা অসে? তন্না পাউ য়ৌখি নচাইবেম্মা জগোই শারি। পমহুনা পুশিল্লি সনানাক্তা। উস্তাদজীগী নিংদোল তিং তিং চোংবা ঐগী থবাক মচাদা ফাওখিবগুম তৌখি। সনামাঙদা জগোই শাহল্লি। উস্তাদজীগী পুং মখোল কয়া হৌদে, করিনো তান ইচা চাদে—করিনো ইহৈ হৈনদে ঐস্থ। অসিমতংদি শেংনা নিঙশিঙলি— লুপা মঙা ভৌরোক ভৌনা উস্তাদজীদা বকসিস পীবিখি।

নোংমা করিনা মরম ওইখিবা হৌজিকস্থ খঙজ্রি। ঐগী উস্তাদজী মকম অমদা থাংদোকখি ঐবু শেন্নবগী শিম্বাদগী। ইমাদ হংই মরম ইমানা হায়খি, খোইকুম মোমোন তৌখিবগুম তৌখি— "নঙগী উস্তাদজীদো চংশ্রে অমুক লাকলরোইয়ে।"

"কদায়দা?"

"সিকমান্দ— অনাশঙদা!"

সিকমান! ঐনা খনখি, সিকমান হায়বা লৈবাক্তো অমুক লাক্ল-রোইদবা মীনা লৈবোইরে। লৈপাক অহুদা শোয়দনা উস্তাদজীনা অনৌবা জগোই তম্বীরমগনি অনৌবা ছাত্রী খোমহুনা— অস্নুমা খল্লুই। ব্রাহং কয়া কয়া ঐগী পীকলিঙৈগী থম্মোয়তনা হংহৌখি—মহুগী পাউখুম ঙসি ফাউবা ফংদ্রি।

ঐনা থগুদে হৌজিক ঐগী উস্তাদজী কদায়দা লৈ। লৈরম্বা মায়ম্না মণিপুরগী কাচিন অমদা— পোক্না ইশৌ ঙৌনা। নিঙথমথাগী য়েনশ্বা অমদা মগু ময়াম্না কোয়শিন্দুনা হুংশা য়াইরম্বসু য়াই। নিঙশিঙলম্বসু য়াই, মাগী বিবিবু মগুহুপী অতোম্বীগী জগোই উরগা। য়ারী ওইনদি ইরমলোই ঐহাকতৌনা।

হৌজিক্তি অসুম্না থল্লকই—ঐগী উস্তাদজীদো শোয়দনা সিকমান্দগী থোরকলমগনি, মাগী মথৌ তৌরমগনি—ময়ুমদবু শোন্দুনা লৈরমগদ্রা, নত্রগা ফমথোনবু কাররমগদ্রা? অদুবু ইমাইপেম্মা, দিসমিস তৌবিবা ওইরলবদি কমদৌনি?

নোংমা লৈকাইগী ইনাওন্থপা বিহারীনা সন্ধ্যা অমদা ময়োম অমা মথুন্তা পায়ত্নুনা চঙলকই, হায় "ইতৈমা, অহাওবা হাম্নবা অসে চাত্রবদি খঙদে, হৈনবস্থ দরকার ওই—। মহাও অমুক্তা য়েংউ চানা কাঙৌসে।"

"কদায়দগীনো ?"

"য়ুমদা ঙৌবিনবা লৈত্রিবনিনা কৈথেলদগী লৈরকপনি। কৈথেল পোৎ চাদে হায়বত্নুরা ?"

"হাউবু হাউরবদি লোইনা চায়। হাউরমত্রবদি ?"

"হৈনহল্লু মরাইনা হাউজগনি। মসিগী চানা কাঙৌ অসি অমুক্তা য়েংউ, মরাইনা হৈনজগনি। তাদখোয়দি নোংমতা লৈত্নুনা অসিগুম্বা অহাউবা কাঙৌ অসি পুবিরকলিরোইনে।"

## ★ কেশবকী চানা ★

ময়োম অত্নু থোক্কুনা য়েংমিন্নৈ। ফোং ফোং শাবা হৌজিক্তা মৈথকুগী থাংথবা চানা কাঙৌনি। হৈশিংবা খুৎনা ঙৌরকলবা চানা কাঙৌনি। মোরোক অতেকপা অমা অনিস্থ য়াওই। লিকনা সোইবা চম্প্রা মচেৎ অমস্থ হাপ্পীরকই। বিহারীনা হায়—"ইতৈমা তাদদস্থ মহাউ খর য়েংহল্লুদনা—?"

"নঙগী তাদগীদি ঐ লৈরিদনা ঙৌনবা। ঐখোয় অনিদা মচাসি-দা" ... ... ... "ইতৈমা হাউবরা ?"

"মোরোক্তি খর শাই অত্নুবু হাউদি য়াম্না হাউইবো।"

"ঐনা হায়দ্রা ? কেশবকী চানা হায়নরিপোৎনি।"

"করি কেশব হায়বা ? হায়রিবসিবু ময়াঙলা মৈতৈরা ?"

"ময়াংনি ইতৈমা কেশব হায়সে। মৈতৈলোনকা য়াম্না হৈগ্রে— মণিপুরদা য়াম্না কুইরে লৈবা হায়।"

ঐ য়া অমা খণ্ডনিঙ্ঙ নিঙশিঙহুনা হংই "ডাইখো ইবুঙো কেশব হায়-বরা কেশরী হায়বরা ?

"ইতৈমা কেশবকা কেশরীগদি বনান থর খেম্নমালেনে। কেশবপু ওইরবসু কেশরীবু ওইরবসু, কেশবকা কেশরীগা মশা অমত্তবু ওইরবসু নোংম য়েংলুরগা লোইরে। খিমাপুর য়াংমদদি নত্তেদনা মানা লৈরিবা অসে। ডাইখো ইতৈমা কেশবপু কেশরী হায়না চিংনরুবগী মরম করিনো ?"

"সুম চুম্না হংবনি।" তেম্না খুমখি। কৈদৌনি। মতুগী য়ারী অতু শারুহুনা, মানা তানিঙলোই করি লৈতবা য়ানি। অতুবু পুক্নিংদা খণ্ডনিঙবা অমা পোকলকই—হুংফাওনবা অমসু ফাওখি। মদো থাঙ্গৈশেংবমক অরাবদি নত্তে কুইনা তারুদ্রবা সুর অমা তারগা সুর অতুগা ঈরোয়ননা ঙহাক তাউথরুবতনি।

থাংজ অমদা বিহারীনা জীপ পুহুনা লাকই "চৎসি ইতৈমা নঙগী চানা য়োনবা অতু য়েংলুসি।"

"চরোদা, অতুগীদমক চৎলুখিগদ্রা ?" হায়বা শাই।

মানা হায় "ইতৈমা পোৎ খুদিংমক লায়না লোবসু ফত্তেদা— কনানা খণ্ডগনি করিসু লৈতবা অতু য়েংবা চৎপদা অচৌবা ইনভেস্টমেন্ট অমা ওইবসু য়ায়।

ফি তম্না হোংই—চৎমিম্নে জীপতা কেশব চানা য়োম্বা য়েংবা। য়াচঙবা তবুম তবুম্বা মতমনি। চৎনা চৎনা বিহারীনা হায়, "ইতৈমা কৈনো অমদি থানসিদনা। ইচম চম্না চৎপদি হুন্ডায়তে। ইতৈমগী কেশরী ওইরম্লগা ঐনা সিনেমা য়েংহনবা ঐগী কেশব ওইরম্লগনা ইতৈ-মনা ঐবু য়েংহনবা।"

"মশামত্তা ওইরম্লবদি ?"

"মতুগীদি কোম্না খম্নসি।"

পীকলবা শঙ মচাদো সনাকৈথেলগী দলাল ময়ক্তা কাগী মান্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। মীনা ইকোয় কোয়শিল্লি। অয়োনবা মীগী মশক উবা ফংদে। বিহারীনা হায়রম্লগা চঙখি "ইতৈমা ওহাক্তং লৈরম্মু। মী য়ামগ্রে। মী খর পাথরগা কৌরক্কে।"

ঐনা জীপতা ফম্না ফম্না পুন্সিগী চাবী হুক্লংনা লৈখংখি। কলেজ তমলিঙৈগী মতমদা ঐখোয় মরি য়াম্না চান্নজৈ। চান্নবগী মরম অমনা ঐখোয় মরিমক কলেজগী হোষ্টেলদা লৈ য়ুম লাপ্পা মরমনা। মতম অতুদা মানা কলেজগী থোক্কা লদা চানা য়োল্লি—মমিং কেশরলাল—ঐখোয়না কেশরী হায়না কৌই। কলেজদা ভর্ত্তি তৌবা মানা খর হাল্লি। ঐখোয়না চঙখিবা মতমদা মানা হান্না লৈরমলে। মাগী দোকানদি মরেংবান্দা য়াল্লিবা চানা ময়োম অতুনি—য়ুমফমনা লীনা শাবা মোরা অরাংবা অতুনি।

মতম অতুদা বাকীদা চানা লৈতুনা চাবা অসে কলেজগী ছাত্র ময়ামগী অভ্যাসনি। হুপীমচাশিংদি চাদে—লেমজদে অস্তুম্না খম্বামাল্লে। অতুবু হুপী ওইবগী হৌনলিচৎ থুগাইরুই—চানা শোক্তুনা চাবগুম্বা লেমজদবা থবক অদো ঐখোয়দদি হুঙায়বা অমা পোকখি—থোইনস্নু খল্লুদে—হৈনবী ওইরুই। খ্বাইদগী হুংঙাইবা অমনা মাগা অরানবা হিন্দীদা য়ারী শাবা।

"কেশরী চানা ময়োম মরিগা বাকিদা?"

"বহুৎ অচ্ছা দিদি।"

চিংনবা লৈতনা চানা ময়োম মরি লাম্থোকই। অতুদগী মাগী অমনবা খাতাদা হিসাব ইশিনখি। চানা ময়োম মরিগী মহুত্তা নিপাল ইখিবরা থোইনা খিজিন্নুদে। অস্তুম্না কয়া তোরনা শোংখিবা করম্বা মতমদা শিংখিবা মহুগী হিসাব লৈখিদে। মাবু উদবা হুমিত্তদদি নিঙশিঙই—ইহে মাগী শেন তোল্লীনে।

নিঙশিঙই তশেংনা মরক অমা কেশরী চানা য়োনবা কলেজগী হিগোলদা লাকখিগ্রে। করিদগীনোস্নু খঙদে। নোংমদি কোক হেক

থেঙনৈ সিনেমা হোলদা চানা য়োন্দুনা লৈরম্মী। ঐনা থোরকপা মতমদা হংই।

"দিদি লাকপা কিরে। চিঙমৈয়োংগী পাখঙশিংনা শেন থৌরুই হায়দুনা ঐবু কুই। ঐ লাকলরোই কিরে।"

"কৈস্থু তৌরোই লাকউ। ঐখোয় লৈরিসিদি।"

ঐগী রা অদো মানা থাজরিদরা? কলেজগী হোষ্টেলদা লৈব, মুপী-মচা মরীনা চিংমৈয়োংগী পাখঙশিংগা লাম্বা পাবা ঙমগনি হায়বা অসে কেশরীবু থাজরিদরা? খঙদে করিনা মাবু অসুম্না সাহস পীবনো মহাক অমুক চানা য়োনবা লাকই—লাকপগী নেশা কোকপা ঙমদবরা—খঙদে'দুসু। অমুক হায়গুম চানা শোত্তুনা চায়, শিংই মমলসু কুইদ কুইরবা মতমদা।

চানা লৈবা য়োনবগী মরীদগী খরমুক নকশিন্নৈ। নোংমা অয়ুক্তো সুপারীণ্টেণ্ডেণ্টনা ঐবু কৌরকই। ঐনা চঙখিবা মতমদা হায়রকই "কুসুম, ইয়োর ভিজিটর, গো এণ্ড সী হিম।" হৌজিকপু কনানোনে? ভিজিটর রূমদা কনাসু লৈরমদে—ঐনা কোয়েং য়েংবা মতমদা কেশরী-তদি ভেরন্দাদা লেপতুনা লৈবা উই। ময়োম অমা মখুত্তা পায়। ঐনা ভিজিটর য়েংলিঙৈদা মানা চঙলক্তুনা হায়—"ঐনি দিদি রা অমা লৈ।"

"করি রানো —নঙলনে ঐবু উনগে হায়ববু?"

"মানি দিদি" নোকফেৎ তৌরগা ময়োম অদো ঐঙোন্দা পীদুনা হায় "সে।"

"কৈনোনেসিবো?"

"দিদি রামদুলালী মচাসুপী অমা পোকলে। নখোয় মরি মিঠাই অসি চাউ।"

"রামদুলালী হায়বদি।"

"হমারা ঘররালি।" নোক্তুনা হায়—।

"তবতো তুমহারা লড়কি হুরা ঐ বাত হৈ।"

"মানি দিদি ঐ ইচাসুপী অমা পোকলে। ঙরাং চিঠি ফংই।"

অমুকস্থ ঐখোয় মরি তিমহন্না খাবতু কুম্নিং মচা অমা শাহ্না পীখি।

অহুবু ওম্মোকপনি। মীওইবা হায়বা অসে ইবু ইকায়ম্নু হায়রবদি ওহাক্তনি। নোংমা ক্লাস তৌরিভৈদা ওম্মোকপা পামত্রবা পৌদোক অমা থোকখি—মহুগী কমপেনসেসন হৌজিক কাউবা পীবা তারিবরা? থোঙ-জিললোমদাময়াম পুম্নমক য়েংথোকলুই—ঐস্থ য়েংলুই। ওম্মোক্না থাজদনা কেশরীদো ক্লাসকী থোঙজিল ময়াদা হায়কেৎ মরুম ওইনা লেপতুনা লৈ কনাবু খিবা লাকপনো। ইকোনোমিক্সকী প্রোফেসারনা বজ্র খোম্বাংদা হংই—"ক্যা মাঙতা হৈ?"

"হুজুর কুস্থমদিদিকো বাত করনা।"

ঐগদি করি রানিনা—করিনো হায়রিসিবো। পৃ-পৃ পাখৎলি শাউনিঙবনা। ময়ামনা ঐখোয়দা য়েঙনরি'নকো থল্লুবদা ইকায়বনা করি হায়রুগনি।

প্রোফেসারনা ঙংহুনা হংই "ক্যা বাত হৈ" মানা হিন্দীদা হায়খিবা রাগী মরুদি অসিনি পৈশা খর পামজে। মাগী মচাম্নুপী নারে চিঠি লাকলে। হয়েং চৎপা তারে। কুস্থমদিদিখোয়দা চানাগী পৈশা খর লৈ লৌজগে লাকচবনি অসিনচিংবা.........।

মতম অসিদা ঐখোয় মরিগী অবস্থাদি করি ওইখি হায়বা ঙমলোয়—মৈশাহুদনি নিঙশিঙবা। ওক্সানা ঐখোয়গী পুক্লিংগী অবস্থাদো খঙবি রবরা কনানা খঙবনো লাউরকই—"যাও যাও হিয়াসে ভাগো" অসি হায়রগা হৌগৎতুনা মাগী মতুং ইন্দুনা ওক্সাস্থ থোকখি লাইবক থীবদি ঐনা থোঙনাউ ম্নপাদা ফমলুবা ময়মনা হেক উরুরে প্রোফেসারনা ফুরিংখাউদগী লুপা অনিমথায়দং লৌথোক্লুনা পীখি। ক্লাস হেক লোইবগা ঐখোয়স্থ মাবু কোয়খি খিরুই—পৈশাহুতা শিংদোক্কে হায়হ্না অহুবু কদাইদম্নু উবা ফঙখিদে। মুম্নিংতুদা উখিদবহ্না অরোইবনিস্থ থাজরুই। অহুগা খনখি প্রোফেসারগী লুপা অনিমথায়গা কেশরীগী লুপা অনিমথায়গা লুপা মঙাহুবু পুক্সিসিমগী ভোল্লগদরা?

মানা নোংখদি হায়রমই—"দিদি তুমহারা মুলক বহুত অচ্ছা হৈ। অগলা সাল মৈ রামদুলালীকো লে আউংগা ঔর ইধর মকান বনাউংগা.........।"

অদুবু মাগী কায়দোংফম কদায়দা ওইখি নোংমতা খঙগেসু নিঙলুদে। অসি নৎতবা মতম অদুগী চোইত্রং পাত্রং রাখল কয়াবু থল্লুই। শান্তি, পুষ্পবতী, ইবেয়ায়মা খঙনিঙ খঙনিঙ নিঙশিঙলুই। মতম অদুগী হোষ্টেলগী পুন্সি—মতমগা ইরোয়নবা পুন্সি—অয়ুক্কা ওইবা পুন্সি, হয়েংনা ঐখোয়বু ঙাইবা পুন্সি।

বিহারীনা থোরক্লুনা হায়রে—"ইতৈমা চঙলসি মী খর হাঙলে।" ঐনা খঙখিবা কেশরী অদুমক ওইরম্মী। অদুবু খ্বাইদগী ঙকপদি কেশবনা কেশরী ওইরম্বা অদু থোইনা ঙকনবু থোকলুদে—ঐনা ইথঙ খঙবগুম তৌই। পুন্সিদা তৎনখ্রবা লংলা লংজিন অমুক শমনরকপা পঙনা থেঙনদে অদুবু থোক্তবদি নত্তে মদুগী খুদমদি কেশরীনি। অহল ওইরে, পোক কাপ্পা হৌরে। ঐনা ঙহাক য়েংদুনা লৈ মসিবু কেশরীনি হায়বা পাক থাজবা ঙমদবগুম তৌই। কনাগুম্বা অমবু ময়া হাপত্রিঙৈদা খঙলুরগা ময়া হাপলবা তুংদা লাকশিনবা ঙমদবগুম অরিবা শকফম অদো অনৌবদা পানশিনবা রায়। অদুবু কেশরীনি।

"কয়াগী পাম্মী ইচে?" হংলকই মাসু অরিবা শকফম অদো অনৌবদা পানশিনবা ঙমদবগুম তৌই।

ঐনা হায় "কেশরী নঙ ঐবু নিঙশিঙলিবরা?"

মুন্না য়েংই ঙহাক, হায়রকই "ঐ নিঙশিঙবা থোক্তে। কনানো নঙবো?"

"কুসুমদিদি কাউরবরা? নঙনা কলেজদা চানা য়োম্লিঙৈগী কুসুম দিদি শান্তিদিদি নিঙশিঙবা থোক্তা?"

"হা হা অভি য়াদ আয়া—" মকা লায়া নোকই। "খর মুংঙাই-রিবরা দিদি। চানা চাখোসে। শান্তিদিদিখোয়দি কদায়দা লৈব্রে—মুংশিদা কুইরেদা উনদবা।"

"লোইনা মন্নুম পানথরে কেশরী। ঐখোয়দি নঙ দেশতা অদুম লৈখ্রবোই নিঙই। নঙনা অমুক থোরকনি হারবদো কুইরবদুদা থাজরক্রে।"

"হা দিদি ঐ অমুক লাক্রে। লাকপসু কুইত্রি ঐ য়াম্না কুইনা দেশতা লৈরুই। নোংমা ঐসু কলেজগী হোষ্টেলদা নখোয় হংবা চৎলুই নখোয়বু শঙবা মাইজী অদুসু অমা শিল্লমলে—নখোয়গী রা হংববু কনামতা থঙদে হায় ... ... ... ঐসু অদুম লাকলে।"

"কলেজগী হোষ্টেলদুবু ঐখোয়বু কয়া কুইনা নিঙশিঙবিগনি? কেশরী নঙ অদুদগী অমুক কলেজদা চানা য়োনবরা।"

"য়োম্রে দিদি। ঐসু মক্ষম অদো কয়া হৈনদুনা চঙলুব্রে।"

রারী শায়। নিঙশিঙ নিঙশিঙ পংঙাঙ ঙাঙনৈ। মতম অদুদা থঙখিবা মী কয়াগী পাউ লৌনৈ। মাগী মথুৎতি লেপতে ঙাঙনা ঙাঙনা চানা তম্মী মেচিনগী মতৌগুম।

ঐনা থায়না লুপা অনিমথায় তোনখিবা অদু থঙনিঙ নিঙশিঙদুনা হায় "কেশরী সে লুপা অহুমদং লৌসে।"

"নহী দিদি পৈশাগী রা নংতে। বাবুখোয়গীসু পুখো করিগী পৈশা। ঐ লৌরোই।"

মানা য়াদদুনা পৈশা অদু লৌশিন্দুনা ব্যাগতা হাপ্পী। মাদি কাউগ্র-মাল্লে থাইনগী শেনগী রাক্ষম অদো, ঐনা শেন পীবদা ইঙক ঙক্লা থোকই। থঙনিঙবা অমা পোক্তুনা করিগীনো হেক হংলুরে। "কেশরী রা অমগা নঙগী নচাহ্নপী অমা পোকখিবদু কয়া চাউরে, করম তৌরে?"

ঙহাক তুমিন্না লৈ—তন্তনা চানা তমলি, ঐনা পাউথুম ঙাইদুনা লৈরম্মী, থল্লুই, চানা তম্বনা শংক্রেমাল্লে। চৎলসিরাসু থল্লুই। অদুবু বিধিনদি থঙত্রবসু য়াবা অদুবু থঙউ হায়না তম্বনা কদায়দগী চেম্বা যাগনি। অঙকপনি থঙবগা থঙদবগা অনি অসিগী মরক্তা থল্লিবা য়ুথল অসি কুঙনা পাখরেদা!

খঙনিঙহ্না হংলুই "কেশরী নঙগী য়ুম্নগী পাউ করিনো। নচাঙ্পীদো চাউররীনি।"

হন্দকমুক্তি পাউখুম্ পীরকই। মখুৎ অনি অহ্ মরাইবক্তা খম্নগা হায়্‌রকই "সব ভগবানকী লীলা, দিদি সব কুছ ভগবানকী লীলা। ঐনা দেশতা চৎখিবা মতমদা ঐগী ইচাঙ্পীদো মমানা ডাক্তর কোবা ঙমদহ্না শিরম্লে। ঐনা শেল খিত্তং হাম্না থাবা ঙমলমলবদিকে। দিদি মা হিংলমগনি।"

ইস হায়্‌রিসিবু মানা ঐঙোন্দা পৈশা হায়্‌রম্বা মতমগী খোঙকমহ্না ? ওইরমদবস্তু য়ায়, অকোনবগী খোঙফম ওইরমবস্তু য়ায় - অহ্বু ওইরমলবদি ? মহ্গী লমন কনানা শিঙলুনি ? মথা তারমত্রবস্তু ঋগদবা। রাহৈ খরা চিন্দগী ঐবু তাকলমদনা কোক হেক থোকখি—"রামহ্লা-লীদি ?"

"দিদি মানা চহী অনি লৈরগা শিখি।"

অসি হায়্‌রগা কর্ক্সস্তু ইতৌ তোদবদোনা মাগী হৈনরবা খুৎনা চানা তম্বা লেপ্তে। ঐনা মথা তারমদরে তুমিন্না অহ্ম থোরকলে। মানা ঐবু উহৌদবরা ঐ খঙদে। ওস্নোকপনি শিংগে খল্লবু অমুক তোন-শিন্দুনা হল্লকলে।

নুংদোং অমা। চাক চানবা হুনিং। খঙ্‌হন্নবদি চাক চানবা হায়ব-মক্তি য়াদে। মীসু য়ামদে ঐখোয় খরতনি। অতুদা চাক চানবা হায়নিঙলুবগী মরমসু লৈ। চাক কৌবদি চাক্কয়গা লমন তোনশিন-লবোই নিঙই— অতুগা চাক চানবদি? চাক চানশিদো! হুণ্ডায়বা অমা পোকই। অচুম্বনি অহল অমনা হায়খিবদো— চাক চানবদা হুণ্ডায়বা নত্তে না'শা, চাক চানগনি হায়বদা হুণ্ডায়বনি। ঐখোয়বু চাক কৌরিবা মরূপ অসি কেরেলাদগী লাকপা অফিসার অমনি। মখোয়গীদা চাক চাবদা হুণ্ডায়বা অমা লৈ, রসম সম্বার কংই হায়দুনা হায়বা নত্তে। মখোয়গী চাকথোঙদি ইন্টর নেশনেলনি। করিগুম্বদা চপষ্টিক পায়হন্দুনা চাইনাগী চিঙ্গাক চাহল্লি, করিগুম্বদনা টিবেতকী উনা শাবা পাত্রদা সুপ থকখিবসু য়াউখি। মতুগী মথক্তা ইংলিশ

## চারিক পরেং

খানা অমসুং অরাং ভারতকি মথেল। পূম্নমক অসিদগী পুমহেন হেনবনা মাগী হৌনবী খণ্ডবী মুপী। অচৌবা পার্টি থক পীদে ইমুংদো। মী খরতগী ওইনা মচু তানা, কনানা করি পাম্মী, কনানা করি হৈনৈ, হিসাব তৌনা শিনবা পার্টিঙাক ওইনা তৌই। কনাগুম্বনা খামেন আচার পামলবদি মহাক য়াউবা হুমিত্তা মচেৎ অমত্তা ওইরবসু পুথোক্তনা থনমগনি। গোল্ডফ্লেক থকপশিংগী মরক্তা পানামা থকপা য়াউরবদি উপু অমত্তা ওইরবসু লৈহুনা থনমগনি।

হুমিং অতুসু মী য়ামদে। আহমদ মতৌ মনাওগা মচম মুপী লৈশাবী অনিগা ঐখোয় অসিতনি। অতৈ মী য়াউবগী মতৌসু যাদে। মমুনা হায়রকই— "ময়াম পূম্নবক মী অমত্তদি ঙাইখিসি।"

"কনানো?"

"মেজর শর্মা। মেজর শর্মা য়াম্না নহানি— ভেরী থিন এণ্ড হেন্সলাম।"

লৈশাবী অনিহুনা নোক্কই। হায়রকই অমনী "করি ময়মগীনো অমুক চণ্ডখোম্না মশক তাকপদি?"

"তাক্তে হায়নি হায়হুনা তৌবনি। য়েঙোই মুর মশাতবু পীকই হায়বনি—মাগী থাম্মোইদি যাম্না চাউই।" হায়রকই মরূপ য়ুম্বুহুনা।

"কয়া চাউই?" লৈশাবী অতোনবী লালনা হঙখি।

"মহুদি নখোয়না য়েংশিনজরো।"

অস্না অচম্বা ফাগীনা অমদি অশেংবা থম্মোইনা ঐখোয়বু সন্ধ্যা অহু হুণ্ডায়হনখি। ঙহাক লৈরগা য়ুম্বুনা হায় "ঐ মাগা টেলিফোন্দা রা ভাঙনরে—মহাক লাকলনি। মফি হোৎলকখিগে হায়। ঐস্মু কদায়দম্লীনো মুরগা লালগা য়াউরি হেক হায়রুরে— নখোয় মুপীসে ঐখোয়বু ওস্তোক্লা রাই চিনহলখরে। ও মুর হায়দে হায়নি— মেজর শর্মা পাখঙনি তোংগানৈ য়াম্না ফজে!"

মানা ভাঙমনপ্রহুনা ঐবুস্মু লাকদোরীবা মুপা অহুবু য়াম্না য়েঙনিঙবা অমা পোকহনখি। পুংখায়মুক লৈরগা জীপ থারবা মখোল তারহুনা মরূপ্না ওকপা চেম্মোকথী অহুগা লোয়নহুনা চঙমিন্নরকই ফুট তরুক রাংনিঙচিৎ তৌবা জ্যাণ্ট অমা। মরূপনা খঙনহল্লি মেজর শর্মাবু ঐখোয় ময়ামদা। খঙপ্রেক খঙনা য়েঙনৈ অমগা অমগা— অসি ওইয়ে মেজর শর্মা! ওম্মোক্লা ভাওশিন্নপ্রেদা, অহুবুদি মাবু খঙনা খঙনা থাজরুবা ঐখোয়না অপঙবনি।

অহু ফাউবা মেজর শর্মানি হায়না পাক লাকশিনবা ঙমদে। উরিবা মেজর শর্মাদো য়াম্না নোই চাউই। চহী নিফুরোম্নগী মথক্তদি ওইস্লোই। লৈশাবী অনিহুনা নোক্কেৎ তৌহুনা ঐঙোন্দা য়েঙলম্লই। ঐনা মখোয়গা মিং চানদনবা কয়া লাকনৈ। মেজর শর্মা মমা ক্লাষ্টবতা নহুনা মখোলহু বজ্রখোহ্বানি— অহুমু থমুংদা ওইরম্ল লোংঙাম খোম্মোক নেম্মি, রাঙাও ভানিঙই—।

চুম্মি, পোথাবা হায়বা অসিদি অমুম্না পোথাগদৌবনি। অমুম্না পুম্লিগী তঙায়কত্রবা লানকমবু কাউগদবনি। "পোথাবা মতমদা কুয়াক্কী মশা রায়রগা ঙহাক কোইপায় পাইবস্নু কৈ" মরূপনা হায়খি

চাক তোকলবা তুংদা মরূপনা মেজর শর্মাদা "প্লিজ লুক অপটর দি য়ঙ লেদিজ" অসি হায়রগা মখোয় খরা ত্রিজগী টেবলদা চঙখরে—। লৈশাবী অনিগা, ঐগা মেজর শর্মাগা লৈহৌই—।

ঙসাইগী নোকনিঙবা অতুম্নু কখরে। মেজর শর্মা য়াম্না মুঙায়বা মীনি। রারি মখল মখল লী পুল্লিদা থেংনরকপা মী কয়া কয়াগী মরমদা। মতাঙ অমদা হায়রকই "চহী অনিরোমগী মমাঙদা ঐনা থ্বাইদগী ঙকপা মুপা অমা থেংনখি—মতুম্নু নখোয়গী মণিপুর অসিদনি। নোংমা চিঙদা লৈবা ঐখোয়গী কেম্প অমদা ঐনা ফমলিঙৈদা মুপা অতু চঙলকই। কদোমদগী লাকপনোম্নু উহৌদে। ঐগুম্না য়াম্না রাংই, ময়াংদি য়াম্না কংই। চহী য়াংখৈ ওইগত্রা হুফু ওইগত্রা চপ চাবা খঙদে। মহাক্কী মশক উবদা অব্রাহম লিনকলগী মশক নিঙশিঙহল্লি, ফিজেৎনা পাইদ পাইপর ওফ হেমালিন। করি জাৎনো করম্বা মীতানো মাগী ফিজেত্তুগী ঐনা পাক লাকশিনবা ঙম খদে। "গুদ মোরনিং স্যার, আই এম কোলোনেল জে টমাস" অমুম্না মশাবু তাকলকই।

মতাং অসিদা ঐগী চিন্দগী খঙহৌদনা থোম্ৎোক মচা অমা থোকখিমাম্লে মেজর শর্মানা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হঙলকই—"মাবু খঙবিবরা ?"

"উখ্রে, মুমদি খঙনদে।" অসি হায়রনা কখিদগী থুমখিবা ঙসি কাউবা তাব ত্যাব্রি।

মথং লীথরকই মেজর শর্মানা "ঐনা ফমহন্দুনা রারী শায়। ঐনা অমুক হেন্না ঙকপদি মানা লোনবা ইংলিশ অতুনি। পুল্লিদা, ভারত মচানা অতুক কজনা ইংলিশ ঙাঙবা ঙাদরি। অতুগী মুমিত্তুগী মাগা ঐনা য়াম্না চান্নরে। অতুবু মাক্কী মরমদা ঐনা ঙকখিবা অতুমদি

অত্থম লৈহৌরে। ওরাঙ নহালতা মতাম্নি— য়াম্না চঙশিনবা চীঙগী খুন অমদা শিখি হায়। ঐনা মাবু উবদা ডাঃ লিভিংষ্টোনবু নিঙ-শিঙখি। মাস্থ মানা আফ্রিকাগী জঙ্গলদা থরাই থাখিবগুম মণিপুরগী জঙ্গলদা থরাই থাখি। অত্থবু মাগী পুন্সিগী ইতিহাসসি কনানা ইবিগনি, অঙকপা মীগী পুন্সি অঙকপনি— ।"

ঐনা হংই "কদায়দা শি হায় ?"

"খঙদে চপ চাবদি। অনকপদা লৈবা মিশনারীশিংনা মাগী তৌফম থোকপা তৌবি'খি হায়।"

ঐনা মখা তাখিদে। কনানা খঙগনি অস্থুক থাজদবা পাউ অসিবু অস্থুক থাজদবা মক্কম অসিদা তাগনি হায়বা। কনানা খঙগনি অত্থুক লাপহৌরবা, কাউথ্রবা থৌদোক অত্থনা অমুক ইনৌ নৌনা পোলোইগী রাহৌদোক ওইগনি হায়বা। কনানা থাজবিগনি ঐনা মাবু খঙই হায়না ঙ'স দাবী তৌরুরগা। চহী তরামুক্কী মমাঙদা ঐনা মাবু খঙখি করিগুম্বা মতম অমদা ঐগী মামা অমা চীঙগী ইস্কুল অমদা ওঝা মচা অমা ওইরম্মী। মরক মরক্তা মাগী মনাক্তা চত্তুনা হেক হেক লৈক্ক ঐগী মুংঙায়বা অমা ওইনা তৌখি। কনামনদি থামখি—চৎকম্ন— তুমিৎ কাঙ মরক্তুদা—নত্তোমতা কৈদৌগেগে। চুম্মি য়াম্না চিকই। মামাস্থ অয়াম্বা মতমদা য়ুমদা লৈতে। ঐনা অশংবা চীঙশাং নাপোম অমদি উমং য়েংহ্নুনা মতম লেম্লী। মতম অত্থদা ঐনা অচিকপগী ওস্থোকপা থোঙ্গেল অমা তাবা ফংখি। করিগুম্বদা ইমায়বী চীঙগী লৈশাবিশিঙনা শীঙ চনবা মতুং ইন্নুই— । উমংদগী মেলৈ হেক্তুনা চিল্লগা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা হল্লকই। মুংদাংদনা অরাপ্পদা পাখঙ লৈশাবীশিংনা শকপা ঈশৈনা নাওশুম ঈশৈ ওইখি। ভাবনা মখোয়গী মরক্তা য়াওনা য়াওনা ঐনা মিৎ উইথখিবা খঙহৌরে। মতম অত্থরাইদনি ঐনা মাবু খঙখিবা অত্থবু হৌজিক্তা খঙবা হৌরকনি।

নোংমা থৌনাইদবা অয়ুক অমা ইত্তোমতা মপালদা ককহ্নুনা লৈ। মান্না খোঙকাপ লাউনা ঐত্তোম তম্না চঙলকই। ঐনা ঙক্তুনা য়েংই,

খল্লি কনাক্নো 'সিয়ো ? অঙাওবদি নত্তেকো। ফুক হৌগপ্পনা ইবুঙদা চেনশিনগে খল্লুই অদুবু মত্নমত্তিঙতৌহৌদে। মাদি ঐখোয়গীদা লাকপা ওইরম্মী। ইনাক্তা চঙলক্কনা হায়রে "শুদ মোরনিঙ সিসতর। ঐহাক ক'র্নল তমাস'ন। নঙগী মামগাদি ...র খঙনবা, মাগা ঐগা শাগে অমত্তগী মীনি। নঙদি নতোমতা ... করম লেপ্লী—ঐহাক মরক মরক্তা লাক্কে নঙগা য়ারী শানবা।"

ইত্তুং তত্তুনা লাকখি। য়ারী কয়া শারম্মী। মাগী ফজরবা ওক্সফোরদকী ইংলিশ তাবদা ঐনা কয়া মুংঙায়খিবা। য়ারী অয়াম্বা মতং ওইনা তৌই। মথঙ মনাও কয়া শাইদে। ফিলোশোফীদগী হৌবনা ভারত্তা শাংপা লৈশিংগী মরমদা ফাউবা য়ারী চৈথে। মশাগী হৌরকফমগী মরমদা কৈদৌঙৈদা য়ারী শাখিদে। অদুবু মানা শাবা য়ারীদগী মাগী পুন্সিগী শক্তম অমদি লাকশিনবা ঙমখি। মহে য়াম্না হৈবা মুপানি। কন্টিনেন্টকি মফম কয়াদা মহে তমলকই। মশা ডাক্তরেটনি। অনিশুবা লানজাউদা সিফাই খনখি। পুন্নমক অসি করম্না থাজগনি, করম্নসু থাজরোই—।

খর হেন্না খঙনরবা ভুংদা নোংমা ঐনা হংখি। "তাদা নঙনা মঙগ্রামচুগী অচোনবা ফুরিং অমা ইতং তত্তনা লিংলিবসি করিগীনো? মচু অসি নঙ য়াম্না পামজবরা?"

খঙশাউ শাউরকই। হায়খি "পামদে। করিগী হঙলিবনো? পামদবা পুন্নমক লংথোকপা য়াবরা?......... ইচন, নঙদি অঙাংনি। তাও, মচু অসি ঐনা শেংনিঙত্রবসু শেংপা তায়। মচু অসিসু ইশানা উমকুদগী শেমলগা ইরনাই শঙজবনি। মচু অসি পাম্বা পামদবগী য়া লৈত্তে—অদুবু মসি শঙনবা হোংনবদা, মসিমক তানবা হোংনবদা ঐঙোন্দা য়াম্না য়ানা থোকই। অদুদি করিগীনো হঙনিঙবা য়ায়। মচু অসি ঐগী পুন্সিগী মচুনি, মচু অসি পামত্রবসু ঐগী ওইরী। হৌখিবা লানজাউদা ঐবু বিচার তৌদনা করিগুম্বা মরম অমদগী জেলদা থা মাপূজ থমখি। ইচন, থা মাপাজ অদো ঐঙোন্দা য়াম্না ফামরম্মী।

পুন্সিদা খণ্ডহৌজ্রবা কয়া ঐনা খঙলকই। মতম অহুদা কয়েদি অমা ওইনা মচু অ'সগী কি শেৎপা তাখি। ওসি ঐহাক চেকপলগী মনুংদা লৈবা বন্দী নত্তরে অহুবু মচু অসিদি থাদোকপা য়াদরী— ঐহাক মুক্তি ফংদরী, পৃথিবী মুক্তি ফংদরী, পৃথিবীনা অপুন-থৌরী নাম্বোকপা ওর্মাজ্রবা লাউবা ঐনা মচু অসি ফিজোল ওইনা শেৎপা তায়— পামজ্রবসু শেৎপা তায় তত্তনা মচু অসিনা ঐবু নিঙশিঙহল্লি মুক্তিগী অতোপ্পা ফিজোল অমা লৈরী, মচু অমা লৈরী, ঐনা শেৎলিবা অসি নত্তে। মুক্তিগী হুমিত্তা হোংদোক্রবা ঐনা ফিজোল অসি শেত্তুনা ওাইগনি অহুবু ইচন, ঐগী পুন্সিগী মতমদা থোক্কদরা ?"

অসুম্না মরক মরক্তা শাংনা শাংনা ঐনা খণ্ডদবা রাঙাং কয়া ওাঙখি। মতম অহুদা মাগী মায়থোংদা মঙাল অমা উবা ফঙই— লৌশিংগী। মানা ওাঙবা ঐ লোইনা খঙখিদে, খঙগেসু নিঙলুদে। মতম অহুদা ঐনা উবা পৃথিবীগী শককম তোঙাল্লী। ঐগী পৃথিবীদি চুমথাঙনা ফিজোল ওই। করম্না তানিঙলুনি মাগী য়াদো মতম অহুদা। হুমিৎ অদো রারী চথবা য়াদরে। খণ্ডহৌদনা য়াম্না চীঙ লেমথী। চৎলম-দায়দা মাগী মোৎলবা ফুরিৎ মনুংদগী প্লাষ্টিকী গিলাস অমা ঐওোন্দা পীরম্মী "সে ইচন লৌসে।" মথা তারমদনা খোঙকাপ লাউনা থাংহুনা উমঙগী লম্বীদা মাঙখী।

নোংমসু ঐনা হঙখী "তাদা, নঙগী লৌশিং মপাল নাইদে, নঙ অসি অতাঙবা মীনি। নঙগী করি রাত্তুনা অসুম্না অসিদা লৈরিবনো। করিদা নঙগী হুংঙাইবনো ঐ খঙদে। অঙকপনি। নঙনা করিগীদমক অসুম্না পুন্সিবু মীরাইরিবা ?"

"তৎ তৎ, মহু হায়রম্নু ইচন। ঐদি লাইবক্কা লান থেঙনরা পামদে। পাঙদবা মীনি হায়গে হায়রবসু হায়য়ু।"

করিবুনো মানা হায়রিব'হুবু ? কনাদমো মানা ওইনরিব'হুবু ? করিগীদমক, কনা মওংলাংগী আত্মাবলিদান ফংলিবনো ? ইঙক ওকনা অহুম মরেহৌই থোইনা মথা তানা খনখিদে— নহা ওইবগী

থুদোং চাববু অছুনি। ফরে, অচিকপা চীঙলমগী মরুমদা কোঙখিত্রবা থুজিনী রারী থুপথ্রসত্থু করিবু কাম্নগবনো ঐনা মিপাইরুদনা। অছুবু মতম অমদা মানা ঐবু ইচন হায়না কৌখি।—

চহীমুকী তুংদা ছুটি অমদা মাগা ঐগা অমুক উনখি। মহৌশাগুম তত্তনা লাকই, রারী শারৈ। মবক অমদা ফনা কুইনা লাকলুত্রবা তুংদা ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা থাবা আরাম চৌকিদা ফমছুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা চোকথবা মীনোক্কা লোয়ননা হায়রকই "ইচন, নঙবু অঙাওবা অসি খঙবদা রায় নত্রা? অরায়বদি হোঙই অছুবু ঐগী মমল লৈতে। মমল লৈতবা অসিবু ইচন, অতাঙবরা, অহোঙবরা? নঙ হায়বা ঙমবরা?"

ঐনা ঙক হায় "খঙদে।"

থাঙ্গৈশেংবনি। ঐ খঙদে, মাবু খঙখিদে, হৌজিকস্থ খঙদে অছুবু মানা ঐবু ইচন হায়না কৌখি, মসিতনি খঙদবা মরক্তা ঐনা খঙহোবা।

ঐনা হংই "নহালমখৈ কদায়দা চৎলুরে। নাক্নরবরা?

"নাদে" অসি হায়রগা মাগী অমম্বা পাইপ অছু চুখৎলি। চীঙগী অয়াকপা হিদাকমনা মনম্না মাঙ্গোল মচা অছু থলহনখি। মনম অছু হৈনদে। মৈখুগী লৈচিন কামথোকলগা তপ্না হায়রকই—

"ইচন, ঐ নাদে। ঙসিদি ঐ নঙোম্পগী বিদায় লৌবা লাকপনি। অরাপ্পা চীঙমুংদা চঙবা তারে।"

"অমুকস্থ?"

"অমুকস্থ। ঐগীদি লাপথোকপা লোইত্রি। ঐবু কাম্নগনি খম্বা মক্ষমস্থ লৈরম্বা য়ায়। মফম অদো হৌজিকস্থ ক্লনগুবা শতাব্দী সিমা-নানা কোম্দরি—। পুম্জি অসি চাপী লৈথৎলগা মখোয়গী মরক্তা মতম খরা লেল্লুগে!"

"কৈদোঙৈ হল্লক্নি?"

"মছু হায়বা ঙমদে — ঐনা হায়খিবা অছুনি ঐদি ল্যাইবক্তা খক লিঙাই তৌনদে।"

" ফুরিংখাওদগী"চে অমা পুথোরক্লুনা উংলগা হায়খি "সে পাও।" চেং অহু মণিপুরগী সরকারদা লম নিহুনা ইখা সরকাস্তকী কোগী ওইরম্মী।

ইরিবা লোন অহুদি করি হায়রুনি—সাহিত্যনি; থাঙ্গেশেংবা মাইয়ুগীর—চপ চানদি নিঙশিঙদরে—অসুম্মা ইবগুম তৌই।

"ঐ নখোয়গী লম অসিদা পোকপা নত্তে হায়হুনা পৃথিবীগী মচেৎ অমত্তং ঐভোন্দা থুংবিবদা চিংনগনি থাজদবনা ঙসি ঐনা নখোয়দা হায়জরিবা অসিনি। ঐগী পার্থনা অসিতনি—লম মচেৎ অমত্তং শীনবীয়্। নখোয়না মপুনি হায়হুনা হায়বা নত্তে। নখোয়না শঙলি হায়হুনা হায়বনি। লমগী সিমানাদি ফুট তরুক শাংবা, ফুট অহুম পাকপা, ফুট অহুম লুবা অসিথক্তনি। করিগীনো মরম খঙবিনিঙলবদি, ঐনা হয়েং শিরগা ঐগী হকচাং অসি ফুমজগে অহুগীদমক্তনি। অশিবগী শরাদি লম কারামদে, চিংনবিগনু— ।"

অসিতসু নত্তনা করি করিনো থরসু ইবগুম তৌই। ঐনা চে অহু পাবা মতমদা কপনিঙবা অমা পোকখি—মহুদি হৌজিকসু নিঙশিঙলি। মানা চে অহু ফুরিংখাওদা হাপচিনলগা হায়রকই "মপু শাবনা হেম্বনি মীপোৎ লিকশিনবা। ঐগী মুঙাইবা অমদি ঐগী বিদায় লৌকম, শিন্নকম নঙবু ঐনা ফংজবা অসিনি। মা অমত্তংদি নঙোন্দা শিন্নরমগে মুংশিবী। করিগুম্বা লম অসে ফংজরবদি, নঙগী লৈজরবদি মচি অমদা ঐগী শরা মচেৎ অমত্তং কুম্বিয়্। ঐনা পৃথিবীদা তিনখিবদা কনানসু থিংবা ঙমলোই অহুবু ঐ চীঙলেমনা তিন্নিংই।" ............মতাং অসিদা ঐনা খঙনিঙ নিঙশিঙখি—মামাগী ইস্কুল মচা অহুদা ভারতকী স্বাধীনতা দিবস ঙাকপা মুমিত্তা ফিরাল চিংখত্তুনা অনুস্থান মচা অমা তৌই। মুমিৎ অহুদা মানা রাজপুতকী ফিজেৎ শেত্তুনা কোয়েংনচিংবা - ফিজোল গুনা চীঙ-লেম্না ফিরালদা য়েংহুনা লেপখি। মুমিত্তুদা ঐনা খনখি—ও, মাতদি মুমিৎ অসিবু চপ চাবা সম্মান পীবোইরে— ।

ঐনা ভুমিন্না য়েংবা অতুদা হায়রকই "খঙলে মঙনা ঐঙোন্দা য়েংলিবা অচুম্বা অর্থ খঙই। ঐ শোয়দনা নঙোন্দা ডাকনরমনি, নঙদি শোয়দনা খঙগনি। ঙমলবদি চৎলমদায়দা অমুক লাকখিগে।"

খোঙকাপ মঙা তরুক চৎলুরগা করি অমুক খল্লবনো খঙদে তম্না হল্লকই। মাগী থবাক মসুংদগী ময়োম মচা অমা পুথোরক্কনা ঐঙোন্দা পী। করিনো মসুংদা য়াউরিবদো খঙদনা ঐনা পায়শিল্লি—ময়োম অদো ফোং ফোং শাবোই নিঙই। ময়োম পায়'রবা ঐগী খুৎপু মানা মাগী মখুৎ অনিনা চেৎনা পায়রগা শংত্রিক য়েংতুনা হায়রকই "ইচন, মতম অমদা ঐনা কনাগুম্বা অমা কন্টিনেন্টতা খঙনখি। ঐনা ভারত্তা হল্লকলবা তুংদা খুদোল ওইনা পোৎ অসি মতোন্দা থারুই। মসি ঐনা নেপালদগী লৈবনি অচুবু থা খরগী তুংদা মসি হল্লকখি মখোয়গী ইমুং মসুঙগী চিঠি অমগা লোয়ননা। পার্সেল অসিনা থুংবা মতমদা মাদি শিখিরমলে। নহালমখৈ পীফম লৈতত্না লৈরিবনি—নঙ লোহোরো।" অসি হায়রগা থুনা য়াঙনা চংখি—। সুমিৎ অতুনা অরোয়বনি ঐনা মাবু উখিবা।

ঐনা ময়োম অচু ফাক্তোক্কনা য়েংবা মতমদা উখি অশংবা চারিক পরেং অমা। মচা মরিনা য়েংপা পরেংনি, ময়ায়দা লুপানা শাবা গনেশ মচা অমা য়াম্বে। কলাগী ফজরবা খুদোলনি। খুৎনা পায়বা য়াবা মমল ওইনদি য়ামলমদবা য়ায়। ঐনা শিতুনা য়েংবদা ঐগী থজীল য়োই।

.........ঙহাক রাখলগী ঈশ্বরা লাপ্পা পুরুরে। মেজর শর্মানা হংলকই "কৈদোরে ইবেম্মা ভুমিন্না লৈরবদি, ঐগী রারী অসি সুঙার-ত্রবরা?"

মাগী রারীগী মতাং কদায় য়োৎখরে ঐ খঙহোদরে। ঐনা খুম্মি "ডাকশীগনি। মচু নৎচদে। ঐ মাবু খল্লুরিবনি।"

"মাবু হায়বদি?"

"ঙসাইগী অঙকণা সুপাদো।"

"ও মাবু ? ঙসাই তম্বদা রা অমা চিথহোরে। থ্বাইদশী ত্রেজীক ওইবা অমনা মহাক্কী শাগৈ নাতৈগী মরিমথোঙ অমত্তা থঙহম মনা থমলমদে। চিঠি অমতংদি মাগী মচন্দা ইরশ্মী।"

"করি হায়রা ?"

অসুম হায়না ইরশ্মী হায়— "ইচন, লম হায়বদো ঐ ফংবা ঙমদরে—।" অত্থবু মমিং ঠিকানা য়াউদবনা করিস্থ কায়খিদে।

খঙহৌদনা শাজেনা থাবগুম থম্মোয়দা চৈনাখোল ফাউখি। চুম্মী, চুম্মী, মাদি ঐগী মিং খঙখিদে। ইস ঐদি নিঙমহৌদ্রে, নিঙমহৌদ্রে ! কুইনা থওইরুদ্রবা চারিকপরেং অত্থবু করম্বা উপুদা য়াউরমগদগে ? মাঙদি মাঙলমলোইকো !

---

লৌহেক লোইবগা অহনজাওনা ইম্ফালদা চৎতুনা কুম অমগী লুপা চাম চানি হেক হেক শাবা অসি চহী অনি শুরকচে। হন্দক্তি লৌস্নুখরা ঙন্না লোকই, ফৌস্নু ইথোক থোক্তে অহুবু মপুগী লৌশাম্ন-চিংবা তম্বা ঙন্তা লোইখরে। মাগী থবক থোইদোকপা অরেপ্পা লৈতে, —থোকউ থোকউবা হায়বা অহুনি। কুমশিদি হোটেলগী ঐজ্জানা শীঙ খরা খায়হল্লি লুপা য়াংখৈমুক্তি শুরে শাজবা। ময়ুমস্নু পঙলাপ লাপ্পা নন্তে, খরগা শুথখিগে অস্নুন্না খল্লি কুমশিদি। মাগী নুপীগী লৈ মচা অমতংদস্নু শাবিবা তারি; মুঙায়ত্রে মনাদা করিমৎতা য়াঙদবা অসিদা মাস্নু—। লৈরম্বনি; হাকুম মপুগী লৌশাল কুপখৎপদা কায়থোক-খরে—। হন্দক্তি সনা খরা য়াম্না, খরা চোন্না শাবিনিঙই— মঙক শাংবনিনা অচোনবস্নু য়াম্না পক্কনি।

## য়ুমগী নুপী

হন্দক মাগা খেংনরুরিবা হোটেলগী ঐজ্জা অসি মবুক য়াম্না ফখ্রে—মীন্নুংশিস্নু য়াম্না চাউই—। অহনজাওগী মবুক তিংবা অমস্নুং থবক লৈথোক্তবা অসিদা ঐজ্জানা হায় "অহনজাও ঐগী শীঙ খায়বা অসি মতম খর লেপ্পা তারি।" নঙবু খরা শুথনিঙলিবরা, নয়ুমদা পোথারুগেরা ?"

অহনজাওনা খুম্মী "ঐজ্জা থবক লৈরবদি খরা শুনিঙলি, লৌস্নু ম্নাৎলী।"

"ফরে, অহুতা খঙগে তৌবনী—ঐখোয়গী লৈকায়দা লৈবা সেক্রেটরী সাহেবীদা শীঙ গাড়ী মপোৎ অনিদা খায়রু চৎলু। পঙহেন হেন্নস্নু হায়গনু। ইকায় ঐনা পুশিনলগা......... ।"

"এঃ করিগী হেন্নসু পওহায় হায়গদগে ঐজ্ঞা অহৃদা মীওোন্দগী লৌবদদি খর হেনবা পান্মী । অহৃমকপু ঐজ্ঞানা লৌ হায়বতা লৌজনিদা।"

অহনজাও কোইরেঙ্গৈদগীনি। অয়ুক ওস্তা থবক হৌরগা পুং অমা অনি তাবা মতমদা ময়ুম হল্লগা চাক চারুবা নংই। মুমিৎ অহৃদগী হৌরহ্ননা সেক্রেটরী সাহেবকী য়ুমদা শীঙ খায়বা হৌখরে। হোটেলগী ঐজ্ঞাখোয়গীদদি য়াম্না মনিঙ তৌজবা ওমজৈ; থবকসু পাওই; রারগা চা কপ অমমমসু থকপা ফংজৈ। অচৌবা ইমুঙদদি থবক ইপাঙ পাঙদে, খরা হঙ্গোয়বোই, অমগী মতৌ খর য়েং মতম খর মশিংলী। সাহেবকী মচানুপী লৈশাবী অনিহৃতা য়েংবদসু মতম হৌখিবা খঙহৌদে। করি মতৌগী মায়ানো খঙদে। নোংমনা মেমগী পোশাক শেৎলি, নোংমনা ফনেক শেৎলী, নোংমনা অমুক্তা উদবা ফিজেৎ তৌই, পংফদা ফজৈ—হীয়াং কুম্মৈগী মশকনী। মরূক মরক্তা লৈশাবী অহল অহৃদি অহনজাওগী শীঙ খায়ফম মনাক্তা চৌকি অমদা ফমহৃনা লাইরিক হেক হেক পারৈ। অহনজাওগী হৈনদবদা মহা ওইখ্রে—খল্লী লাইরিক পাফম ইলৈ লৈতবগুমলদনা। অহৃবু কুইনা তিন্নশিল্লরুদনা কয়াবু ইকায়রক্তবে। নোংমদি অহনজাওনা থৌনা ফনা লৈশাবীহৃদা হায়বকই "ইবেম্মা, চুরুপ অমৎতা থক্কেবা ঐ ওসিদি য়াউরক্তরে।"

হৌনবী খঙবী অহৃনা য়াম্না মেঙনা খুমলকই "ঐ লৌথেকচরুগে।" অসি হায়রগা ইমুংদগী চুরুপ অমা পুথোক্তুনা অহনজাওদা পীরৈ। মৈখেৎসু য়াওরকই—খেত্তুনা চমহনলগা হান্নগী মফমদা ফমহৃনা লাইরিক পাখী। কয়াদা ফজথ্রবা মতৌনো! মৈখেৎ খেৎপা মতমদা মাপী সনাগী খুজী অনিদগী ক্রিং ক্রিং লাউবা মখোল অমা থোকলম্মী; অহনজাওনা মহৃগী মখোল অহৃনা হেন্না পামজরুই। মতুংদদি ইকায়হৃনা থ্রা ডাঙলুদে অহৃবু য়েঙনিঙবদি খাম্বা ওমখিদে। মাসু নহানিদো কুমশি চৈরাওরবদি চহি ২৪ শুরগনি। অহনজাওনা

খ্বায়দগী য়েংবদা হুংঙাম্নবা অমনা লৈশাবী অনিহুনা সাইকল তোংহুনা কলেজ কাবা অহুনী। অরাপ্পদা চাকপা মৈরীগী মৈশা মশাদা ফাওরকই। মানা মতম অহুদা শীঙ খায়বা ঙহাক ঙহাক হেক্ক পোথায় য়েংহুনা লৈহৌই।

হুমিৎ অদো যুমদা থবক অমা লৈহৌবা মরম্না খর ঙম্না শীঙ খায়-রম্বদগী মম্নম পাঙলকই। খ্বায়রমবন্দা ঙহাকসু চঙনিঙই—মাগী ফিগী খোঙুপ অহুসু য়াদ্রে—অমা শিনদবা শুপয়া য়াদ্রে। অসুম্না খল্লহুনা খ্বাইরমবন্দলোমদা পাংলকই ইখঙ খঙহৌদনা ময়াম ব্রা ব্রা লাউবা তাই। করিনো কবিনো চেনশিন্নে। অহনজাওসু চেনশিনলুই, কবিসু থোইদোকপদি ওইবমদ্রে। মৌনহা অনিখক অসুম চৎচবদা রিকশা অমনা থেংবিরম্বা ওইবম্মী। হেরো খ২না চোঙথোক্তুনা রিকশাব্রালা অহু মহা ওইবিরে। নূপীশিং অহুনা য়াম্না খামজৈ—করিসু শোক্তে, তোকপীরো তোকপীরো ঐখোয় চৎচখ্রগে, ইকায়জরে-দকো মাইদা....... ।

মৌনহা অনি অহু অমদি চহী কুনমুক্তা মঙায়রিনী—অমনা খর লীরে। নহা ওইবী অদো য়াম্নসু ফজৈ, শমক্ক অচৌবা অমা মখজায়দা থুংবা অহুনা কয়াদি পকথরে। মমিৎসু তরাউ তরাউই, পীগুম শোংতক তৌই, মীদি কয়া চাউদে--অহুবু মশা অহু মৱ্ৱা মনাউ কাঙই--মওং য়াম্না চুম্মী। মী অয়াম্বা কায়নখরে, মতা অমা চারুহুনা অহনজাওগা মখোয় অহুমতা লেপ্তুনা লৈহৌই। মী চৎতবদি নত্তে, মাগী মাগী থবককি পাংচৎ মচৎখি।

অহনজাওনা হংলুই "বয়া থীনা শোকপনো ইবেম্মা, খঙনিঙ-খ্রেদা।" মতৌ লৈবী অহুনা নোকফেৎ তৌরকই। নোকফেৎ তৌরকপদা মাগী নিঙথিজরবা থজাইদা ইথক হৌরকই। লাকঙম ফাঙমদ্রবা অকুৎপা অনি খজাইদা চোংথোরকপা উবদা শাজৈ চান্নবা শগোলগুম পাখঙগী থম্মোয় ঙাওরকই।

মতৌ লৈব্বীনা হায় "তাদা খরবুদি শোকথ্রে, ঐনা ইকায়থুনা ভৌবনি। পান্থোমদসু খরা খেবাৎলি।"

অসি হায়রগা মফি হায়গৎথুনা মপান্থোম অথু উৎলকই। পান্থোম অনিদো নুপীগী পান্থোমনি—মথুদা লুপাঙ্গী মরি অমদা যন্ত্র অনি অহুম য়াম্থুনা শীরি। যন্ত্রশিং অথুনা মাগী অথোৎপা মশাদা ঙাথু থেঙথুবা অদো তশেংনা অহনজাওগী মশাদা থেংবগুম খল্লকই। অহনজাওনা খঙহৌদনা মখুৎ তিংথোক্তুনা শবহেনবীগী অশোকপা পান্থোম অথু পায়থুনা য়েঙলুই। খুদাপ অমৎতা মফায়। মাগী কল্লবা লিঙলবা খুৎপায়গী মথুংদা নুপীগী হকচাংনা মরোল লোললকপগুম ফাউরকই - পাখঙগী শিংলিদা ঈরাং —ঈথক হৌখি।

হায়বা শায়--"ইস মুঙায়তেদা অসুক থোৎপা মফমদা দাকফম লৈবা অসিদি—অথুবু রিকশাদি মরাইবক ফৈ।"

নুপীশিং অথুনা হায়রকই "হৌজিক কাল অসে লম্বী চৎপা য়াম্না লুখ্রে তাদা। ঐখোয়গুম্বা কনা লৈতবা মীসিদি মপাল থোকপা য়াত্রবনি। শোক্তবগী ফবনী ঙসাইবু থীনা শোকলমলবদবু কনানা ঐখোয়গী খোঙগুন লীবীরক্নী। অসি হায় হায়দনা মপাল থোক্তবসু য়াদেদো।"

"ইবেম্মাখোয়দি কদায়দা য়োংগদৌরীবনো?"

"খ্বায়রমবন্দনি তাদা, লং লৌবা চৎপনি।" অহনজাওনা খুমলকইঃ "মুঙায়রেদা! ফনা শাংনা লম্বী তিন্নগদৌরি—লোয়নথুনা চৎচগে হায়ববু পাম্বিরোইদ্রা?"

মনদা ফবী মখোয় অনিথুনা নোক্তুনা হায়রকই "ঐখোয়গা লোয়নবিনিঙলোইদ্রা হায়নথুম খনজবনি—ঐখোয়নদি মুগোৎ চাদবা অসিদা।"

অথুদা অমুকসু পুক্লিংদা অকিবা অমা পোকলকই। "কনাগুম্বা মপুগী মরল ওইরমথুনা ইতোমতা পঙনঙ নঙথুনা লৈহৌরগদরা?"

"তাদদি কদাইরাইদগীনো?"

"ঐ ইবেম্মা য়াইম্বুলদগীনি।" অহনজাওনা খুমলকই। য়াইম্বুলসে অহনজাওগী থবক শুকমনি।

"করি তৌবা চৎপীরনো?"

"করিস্ন খোইদোকপগী নৎচদে—নহান শামতুগী খোঙগ্রাও অমা তুজরম্মী লৌজরুগে তৌবনি" অসি হায়রগা মানা তোংলিবা ফিগী খোঙ্‌পতা হম্বনা য়েংলকই। অমুক হন্ন হায় "ঙসিদি সাইকেলসু অঙাংশিংনা পুহুনা চৎথোকলমলে—অতুগা সিটিবাস তোংবা অসে ইবেম্মা ঐদি অম্হোক্না হৈনজখিদ্রে, ঙহাক লৈতনা হেক লেপলহুনা ... .. ।"

"হায়মা! রিকসা তোংবিয়ুদনা। ঐখোয়তনবু খোঙনা পঙচৎ চৎপনী।"

"রিকসাদি কিজেবো ইবেম্মা। ঙসাইগীদো উবিরেদনা।"

মখোয় অহুম্মক নোকমিন্নে। চৎনা চৎনা খ্বাইরম্বন্দ য়ৌথিবা খঙহৌদে। মুপীশিং অহুনা হায়রকই "কায়নবা তারেদো তাদ, ঐখোয়দি লং লৌবনি—তাদদি ফুরিৎ তুফমদা লেঙশিনগে হায়বিগনিদো।"

অহনজাওনা হায় "হায়জবদি ঙমজদ্রে চা ফাম্লুখিশিবা?"

শকহেনবী অহুনা অমহুদা য়েংহুনা হায় —"থকউখিশিন্না ইনম্মা? তাদা পৈশাহুম পংতিঙ তিংহুনা তোক্কনী অতুগী মথক্তা ঐখোয়দি চা কাসি য়ুমদা লিংজদবনিনা কয়াসু হৈনজদে।"

"অতু ওইরগা হানিঙবা অমা হারগা হেক লোইরে। হেন্না লেঙশিনলুখিশিদা। কনানা খঙগনি ঙসি উনবা অসিনা কৈদৌঙৈ অমুক উনবা ফংগনি।"

"করি য়ানো তাদা পংতাক হেক তাকপীরে......... ।"

মখোয় অহুম হোটেল অমদা চঙমিন্নে। য়ুখলনা থাজিনবা কা অমদা ফনা কুইনা চাবা থকপা লোইরবা তুংদা থোরকমিন্নে।

অহনজাওনা হায় "কায়নবা তারেদনা হন্দক্তি। মতম অমদা কন্নি হায়না থিজরকউগে ঐহাকপু।"

"থিম্বিরকনু।"

"অহুদি ঙমায়না থিরক্তনবা করিগী শিনবিদে।"

শকহেনবী অহুনা মীংকি তেমগা লোয়ননা হায়রকই "নিঙশিঙ-বিরকপা মতমদা ককরা মপাল চন্দ্রসখী হায়না থিবিরকউ।"

অসি হায়রমলগা থুনা য়াঙনা চংখরে—হয়া কাউবা য়েংলমদে।

······অহনজাও খোঙথাঙ কয়া ময়ুম পাংলকই। খঙহৌদনা মশাবু মুন্না য়েংশিনলুই—থিহুনা হুমহুনা য়েংলকই। মশক পংথী থীবসু নংতেনা। ফজবশিংদা চনবসু ময়ায়। মশা কৈ। জম জম তাবা মশমনে, কুচুনে কুমেননে ফনহুম ফজবা পাখঙনি। সড়ক্তা চংলীবা পাখঙশিং অসিগা করিবু খোইনা খেন্নৈ — মখোয়না মরল মথুম লৈবা খরা হেল্লী অহু মঙায়দনা; মাসু নুপানি। মমীংতা অতংপা লৈতনা উরকই—শকহেনবী অহু মাগী মীনোক নাকোংদা খোম্থাং য়ৈরকই—"করিগুম্বা নিঙশিঙবিরকপা মতমদা ককরা মপাল চন্দ্রসখী হায়না থিবিয়ু।" চন্দ্রসখী ··· ···ককরা মপাল চন্দ্রসখী· ·।

নুঙায়বা রাখলদা শাদোঙ ওইবদি লম্বী য়ায়া তেল্লী—য়োখিবা খঙহৌদে। অহনজাওনা ময়ুম য়োরকই—মীকপ থোকলকলে—মাগী তমুবী অমসুঃ মচা পীশক নিঙশিঙলকলে। ইস, মখোয় অসিনা কদায়দগী লৈরমলীবনো। মঙ ওইরমলবদি নুঙায়গনিকো। বিড়ি অমা চিংলহুনা পীকলবা য়ুমগী মাঙোলগী উখোকতেনদা ঙাহুনা ফম্মী। মহৌশাদি ময়ুম হেক য়োবগা মাগী তমুবীবু থিবনি ঙসিদি মশা অহু লেংঙম শাঙমদবগুম তুমিন্না ফমহুনা লৈ। পোত্থারগা হুকচাংদি তেকথংপা ঙম্মী, চোকথরবা পুক্রিঙদি পোত্থাবনা তেকথংপা ঙমদে। ঙহাক লৈরগা মাগী লুপী তমুবীনা ইমুঙদগী থোরক্লা হায়রকই "হায়মা লাকলবোইরে। ঙসিদি য়ায়া ঙল্লিনা, —ইপন সাজোনা খিরম্বনি ঙহাক্তং চাক ঙাইবোইনা চংথোকউখো। ঐ থুরেমখৈ চাক লোইরমলগে।" অসি হায়রগা পুক্রিরোমদা বালটি অমা পারহুনা থোকখি। অহনজাওনা য়েংহুনা লৈহৌই। মোংএবা মচু শিথরবা উয়েঙ কনেক

অমা শেৎলি। মশাদা সনা মচেৎ অমত্তা পক্তে। প্রথম অদো থওইদবদগী ইফা ফাই, পংপুন পুনশিনদী। মনজন অচুম্ব গুংশা য়েবগী ইমু মুবগুম তৌই—মহৌশাদি উবু উদে; ওসিদি চিৎথবা লৈতন উরকই। মমায় অচুম্ব লেকনা ইলঙ লংই। অহমজাওনা চন্দ্রসখীগী অঙোবা ভনমা অমসুং অমোনবা পান্বোম অচু নিঙশিঙলকই। মুন্না য়েংই মাগী চুপীদা—বিড়ি অমা অমুক চমখৎলগা হান্নগী মতৌগুম ফমতুনা লৈ।

ইমুঙ চঙখিবা মতমদা তমুবীদা হংলকই "করি থোংই?"

"চাকহরাই থোংই, ঈরোনগেম্সু তৌরি। চাক লামলবরা? লোইরগে লোইরগে অঙাং তুম্মু য়াদতুনা খর থেঙদোকখরে। ইহে, অঙাংগী হিদাক হায়বা অত্ত লৈরকলবরা?"

"লৈরক্তে।"

"ওম্বোকপনিদা অচুদা কাউরকম্ব হায়রগা। অচুগা শীঙ কয়া য়ামকাৎতে—মচেৎ অনিদা তাহনবিরক্কেরা?"

"ঐ শীঙ থায়গে হায়তুনা য়ুমদা হল্লকপা নত্তে।"

তমুবীনা মাগী য়াঙাঙ অচু তাবদা ঙহাক ঙক্তুনা লেপলমলগা ইমুংদা চঙখি।

ঙহাক লৈরগা অহনজাওনা চাকখুম মনাক্তা চঙলক্তুনা হায়রকই "তমুবী নঙ নপামদা চৎলো।"

মতম অচুদা তমুবীদি মৈ কন্না কাম্বা হোৎনরি—খুমলক্তে।

"তান্নবরা-ঐনা হায়রিবা অসে। নঙ নপাম চৎলো য়াররি। নঙ য়াম্না ননিঙ থুংদ্রে ঐগা লৈবা অসিদা চৎলো য়াররি।"

তমুবীনা মমায় লৈথোরক্তুনা খুমলকই "নঙনা ঙসি তৌরিবা অসি করি মতৌনো? হুড়িগা মান্নদে—কন্নিদোরবগে?"

"মহু নঙনা খঙলগা করি কান্নগনি? চৎলো হায়রিবা অসিনী।"

"ঐস্ম লোইরগে মত্তৌরিদনা। কনানা খঙগনি নঙনা অহুক য়াম্না

ওয়া লাকনি হায়বদি—? শাঁও থায়য়ু হায়বহুদা শাওরবরা? ঐনা ইরাইনা খায়জগনি কৈদোগে অহুবো।"

"অহুসী নত্তে।"

"অহু নত্রবদি করিগীনো?"

"চৎলো হায়রিবা অসিনী, ঐ নঙবু সুকপাম পামদরে—।"

তমুবীনা শকফম হনজিন্দুনা হায়রকই—"হায়মা, ঐদি ঙসাইমখৈ ক্ষাগী ওইরবোই নিঙই। চাননা হায়রিবোয়রে। করিগীনো ময়ম অহুতদি শেংনা খঙলগা চৎখিগেদমা।"

"পামত্রে হায়রিবা অসিনি।"

"ও" অসি হায়রগা লৈরঙদগী মৈ শৎতোকলগা হৌগৎলকলে। অহনজাওনা থোরক্তুনা বিড়ী অমমুক চমখৎলগা উখোকতেনদা ঙাহুনা ফমথরে। নিঙশিঙদবদি নত্তে, মানা কয়া কুইনা তমুবীবু শঙখিবা মেরা থাগী লৈ থিবদা, য়াওশং কোয়বদা খোইগা শেৎলিবী তমুবীবু শঙলকপা। রারু হুংজু থোকপমখৈ তমুবীবু মানা শৎতুনা লৌরকপনি। তমুবীগী অহল-লম্মন্না অহনজাওবু ওস্থোক্না পামজদে—লুখ্রাবী মচামি তোনাল্লী হায়তুনা। অহনজাওগী মমানস্নু পামজদে। হৌজিক্তি তমুবীনা য়ুমজাও লাইরেনবীগী মতৌগুম য়ুম লেপলরে। অহুবু চন্দ্রসখীদি কমদৌনি? তাসকী চেনাদা মথক মখা নাইবগুম চন্দ্রসখীদি থম্বাল বিবিগুম্বনি—মহুগী ওন্নতৈনবদা তমুবীনা খুনাং চারবা চেন্নগী মনমগুম্বনি। কনাবু থমলগা কনাবু লংথোকনি খম্বদা রাখি।

তমুবীনা রারৌই। ঐনা অস্নুক য়াম্না রানা মাগীদমক খাঙলকপবু মানা ঐবু ইলায় লায়না 'পামদে' হেক হায়বা। মাগীদা লৈবদগী ঐগী শকফম হোংবা নৎতরা। মগুংলাংগী লেপ্লদা পাখঙ কয়া নিঙবা কায়হৌবা লাইমস্নু লায়না কাউইদা।

চাক লোইদবগী শাউহুনা চৎলু হায়রমলবদি থোর্হনবু মুঙাইতবা পোকলমলোই —অহুবু হেনবা মাগী নিঙাই, কয়া খাঙলকলবনি।

'পামদে' হায়বা অসিদি ওহোকপা হুপীগী মায়থীবনী। হুপীদি অমা-
বদি খাঙবা ঙম্মী, হুংশি-কাদা মায়থীবদি খাঙবা ঙমদে।

করি অমুক হায়রমদনা শুমাঙ লোমদা লৈবা পুথ্রীমচা অহুনা খুদৈ অমা পুরহুনা মখোঙ হাম্বা হৌরকলে। নহাল ফিঙবগী সাপোম মচেৎ অমা লেম্বা অহুনা য়াম্না শেংনা মমায় মমিৎ তাথোকই।

মখোঙ মখুৎ হাম্বা লোইরবা তুংদা ফনেক কৌতক তৌরহুনা ইমুঙদা চঙখি। অহনজাওনা ফল্লপ য়েংলকই। খুবোমদগী হৌরহুনা মখোঙ অনি অহু ওম্থোক্না ফজৈ, শাংতক তৌই। মাগী তপা তপাবা শাবানগা য়াম্না চুনৈ। চোৎতনবা মশম অহু রাঙনা কিখৎলি। শাংতক তৌবা ঙকশম অদো শমনা কুইনা কুপলুবনা কুচু পাল্লী, অহুগী মথক্তা শমজোই অমা অনি তাবনা অমুক হেন্না ঙৌনা উহল্লী। অহনজাওনা অমুক্তং মমায় হায়গৎতুনা য়েঙলগা লুকথহুনা য়াম্না কন্না বিড়ী চিংবা লাকনরি। মতৌদি উৎকে লাকনৈ—হুপা ঐখোয়দি লেপথ্রবদি হেরা থাঙগুম্বনি……।

তমুবী অদো ঙসায়গী তমুবী অহু নৎলমদ্রে। মাগী মমানা হাকুম লৈবীবা হঙ্গাম মপালগী মপাল নায়বা ফনেক অহুমা শেৎলী! মমা-বোক্না বৃন্দাবন্দগী লৈরকপা জয়পুর ইনফি অপাবা অহুমা ইনজৈ—অহনজাওনা তুবিবা ফুরিৎ অমুবা সাইগকপা অহুমা লিৎলী। মনাদা সনা য়াউদবা অহু খুন্নবা হোৎনবদা মাগী শাঙলবা মশম অহু কিবোই পুনবোই থাদোকই—মনা অনিহু উবা ফংদে। অমুবা শমনা য়োমশিনবা মরম্না মাগী মমায় মচা অহু অমুক হেন্না পীক্না উখরে। মনাদা সনা য়াউদবা অহুনা ইহান হাম্না অহনজাউনা উরুই—মহু উবদা থম্মোয়দা তাশোম্না থিনবগুম চৈনাখোল ফাউরকই। মরু অমুক হেন্না লুকথহুনা লৈরকলে। মনাক্তা তমুবী চঙলকলে হায়বা অদো ফনেককী মখোল অমসুং লিকলীগী খুজীগী মখোলদগী খঙবা ঙম্মী।

তমুবীনা তপ্না হায়রকই "ফরে, অহুদি ঐ চৎলে। অদাংদি পুখিগে। নঙনা থবক চৎপনিনা য়েঙবিম্নবা লৈয়োর। ঐনা নহাল-

হুকানদনী চেঙ সেন্ন মজা শোৎপগী পৈশা পীথোকখো—খুরা সাজোগী ইন্দোনদা ঐগী লুপা অহুমখক লৈহৌবনী অত্থু লৌহুনা সেন শিংবদা য়াও! শো মোন-মখাদা থনমলে। হোৱেনগী তেরসিং লৈতবনীকো।"

পুন্নমক অসি শিন্নরমলগা করিস্থু ইতৌ তৌদবগুম ইমুংদা চঙখরে। খঙহৌদনা অহনজাওগী নিঙদোন দিং দিং চোংই—চন্নম অত্থুরায়দা ইরুম লুমথবগুম তৌরকই—মহৌশানা তমুবীগী খোঙ্খোক অসি য়ামনা মুংশি। কনাগুম্বনা অয়ুক অঙনবগী ধুপ আরাতিগী মতমদা নায়তোম খিঙবা কাংশিগী মখোল তারবদি খঙবা ঙমগনি।

ঙহাক লৈরগা তুমহুনা লৈবা অঙাংবু হৌদোকলগা পমহুনা থোরকলে। দারী ফন চোঙথবদা মাগী নিঙহু য়ৈবা ফজরবা মশম ময়াম অত্থু ইচোই চোইনা তারকই। হন্না ফাউবা য়েংলমদনা তমুবীনা অঙাং অত্থু পমহুনা থোকখী, মপামস্থু কয়া মরাপতে। মতম অত্থুদা অহনজাওগী থম্মোয়দা তাইবংপালগী কল্লবা নোংমুংশিংকী মপৈনা তিনখরে। খাঙবা য়ারক্তরে, হায়রকই "ঙাইখো"

তমুবীনা হন্না য়েংদনা লেপ্পী।

"অঙাং পুবা য়ারোই, থনম্মু।"

তমুবীনা রা ঙাওদনা তপ্পা হল্লকই। অঙাং অত্থু মপাদা পীরগা হায়রকই "ঐবুদি পামদ্রগা অঙাংবুদি পামলিবোইরে। লৌহৌ কৈদৌগে নঙ রাগনি হায়হুনা তৌবনি" অসি হায়রল্লগা অমুক হন্না কোম্খোং তন্না থোকখরে। অহনজাওনা অঙাং অত্থু পমথৎলগা লেপখৎ-তুনা হায়রকই—

"ঙাইখো তমুবী।"

"করি অমুক থনমখো হায়বগে? নঙগী নপোৎ হায়বমক্তবু ঐনা লিৎলিবা ফুরিৎ অসিমতনি—অসিস্থু থনম্মুরা?"

"নঙবু কনানা থনম্মু হায়বগে? নঙ চৎপা য়াদে।"

"হায়মা! চৎলো হায়বদায়নে? পামদ্রে হায়বদায়নে?"

"কনানা হায়রিবা। চৎচখিন্থ নঙ লম হেন্নবদি থুজোম্নবজপনি—ঐনা হায়রিবা অসিনী।"

তমুবীনা মানা হায়বা অহু থওইনা তাদনা কোম্বোং লাম্বোকে হেক তৌবদা অহনজাওনা প্রপ প্রপ দারী কুমথরক্তুনা মপাম্বোম পায়ছনা "ঙায়খো, চৎপা য়ায়োই হায়রবমক্তদা" হায়ছনা খাম্মী।

তমুবীনা কনথোক্তুনা হায়রকই "থাদোকউ ঙাওশিন্নম্নুসে।" হায়রগা মথোল থোক্না কপলকই।

অহনজাওনা নোক্তুনা "মসি ঙাওরমালেনেহৈ, চঙলসি লাকওসে।" অসি হায়রগা পাম্বোম নামনা তমুবীবু চিংবোই কোনবোই ইমুন্ডা পুশিনখি।

কাথোকলম্বা থোঙ তপ্না হায়জিনখি।

উসি নিপালনি পুরা গুরে শগোল সনাবি মাণখিবা। শগোল মাণখিবগী নুঙাইতবনা মপা মচা তুম্নিনৃ তুম্নিনৃ লৈনৈ। নোংমা মাণবা শোয়দ্রে খঙলতুনা ফনা লুনস্রু মথম্বনি--অতুবু অহিং অদো শগুন তৌতুনা লুখুম কাদা থমলিবা সনাবিবু ইলায় লায়না ইমুঙদগী হেক থোতুনা পুখিবা, খল্লুবদা প্রোক প্রোক চাকই। হেক চিংথোকপা মতমদা তারি পোংনি, হৌস্রু হৌগৎলিপোৎনি। অতুবু মানা থোদোকখিবা মতমদা মমৈ চামোরতুতনি ইলং লংনা হায়ফেৎ উহোবা। "ওঃ, ফংল-রোইদ্রা ঐগী শগোলতুবু..... " মপানা কপনিং কপনিং শোনলকই। নিঙশিঙলকই, মানা ঈশিং বালতি পুরকপা উরগা মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংবদো—মাগী অমুবা মমিৎনা খৌবাংনা ঙাইবদো। নোংমস্রু হায়—কোয়না চৎলুরগা নিঙবা কায়তুনা হল্লকলবা তুংদা ইবেম্মা, মানা

## শগোল সনাবি



লৌবদি শোয়দ্রে অতুবু পীয়ু হায়বা য়ারোইদৌরী। লুপা ২০০৲ পীয়ু হায় হায়দনা থিলহনলুববনি অতুগদি পীরুবদা লৌ হায়বা য়াদতুনা হল্লকলে। খঙদ্রে থানা তাকলুবে মপোক অসিমগী ঐগী শগোল অতু উররোইদ্রা হায়না চিংনৈ, খঙদ্রে তৌদৌসে।"

মচাতুপী সখীনা খুমলকই, "নহাল মানা শগোল কাংজৈ শানবদা অমুক্তং তোঙ্গে হায়তুনা রায়বা লাকপতুদা পীরম্মস্রু ফদোবা।"

"কনানা থঙগনি মানা অস্সুম হুগনি হায়বদি। ঐ করিস্রু পীনা হায়খিদেনা। খুয়াদি মীঙোম্দা শান্দে হায়বতনি। অতুবু কয়া কায়-রবগে? মানতুম শাউতুনা খুদোনবীনে করিনে ঐগী ইমিঙ খঙবিদনা খুরা, ঐগী ইমিঙ মঙ্গীনী কা হায়তুনা পংহায় হায়বম্বনি। হায়সি হায়বগী হায়বনি, মঙোম্দবুদি শগোল পীগদ্রদো? মাদি নারেং য়াউদনা

ইরোই তরেৎ চিংই হায়রিপোৎনি। খুল মচানি, খঙনৈ হায়জ্বনবু খঙনা খঙনা করম্না মঙোন্দা সনাবিবু শাম্লুনি অতো।"

সখী মখা তাদে। চাক্ থোংনা থোংনা থল্লী—ঐনা মুপা ওইরম্লবদি মা' খঙলোইদ্রব্রো। শগোল মাঙবগী রাখল থন্না থন্না মচোই মচোই নিঙশিঙলকই মমৈ মকোক্ নাইদনা। নোংমগী থৌদোক অমা, থা মরি মঙাগী মমাঙগী রানি। মুমিৎ অদো খরগা কিনা কিনা লাকলি-ঙৈদা কনানো অমনা কৌরকই, "কদায় চৎলুরিবনো ?"

খংলেপ লেপ্পী, স্বাই লাউই, নিংদোল দিং দিং চোংই। শ্রীবন চিঙোল হায়জিনলকপা অসি মীনা পঙহায় হায়নৈ, থৌদোক খরসু থোকখিদবা নত্তে। হায়ফেৎ কুখবা অশোঙবা চিংয়াদগী হৌগৎলক্নুনা মঙোন তম্না চঙলকই মুপা দে। অমুক হংলকই "কদায় চৎলুরিবনো নতোমতা ?"

চাননদি মমফাত্রি, মীশক খঙবা ঙমলি। খঙলকপা মতমদা অমুক হেম্না কিব্রে--মাবু খঙমন্দুনা তৌবা তায়। কনানবু কিদবদি য়ারিবরদো। মুংশা থিরকই কমদৌসিগে ঐবু ? মুমিৎতো খরসু থেঙদোকখ্রে লম্বীদা হবা য়াদহুনা। ইম্ফাল চৎলুবনি অহুরায়দা ফংদবা পোৎ খরা লৈবা। লেপ্তনা চৎলি কিনা কিনা, মাসু তপ্প তপ্প মতুং ইনলকই। মতাং অমদা নোক্নুনা —"করিনো ইখুম খুমদবসিবু। ঐদি ঙসাইনা লাপলিঙৈদগী নঙমি হায়বা খঙই। কৈদৌরগে ? ঐবু কিরিবা হায়বহুরা ? কিমুদা, কৈসু তৌরোই। কদায় নঙগী পোৎ ময়োমদো ঐ পুবিগেসে। অহুগা মতুং মনাও মতোমতা অমম্বদা চিঙোলদা চৎকহু।"

ওম্বোকপনি, মানসু পাউত্তাক ! অহুবু পাউত্তাক শীবদি পাউত্তাক ইন্দবা মীসু য়ামাল্লে। অহুক কিরিঙৈহুদা সখীদো নোকনিঙবা অমসু পোকলকই।

কুইরে মাগা পঙনা উনদবা। থোইনসু মাগী মরমদা খঙন্নিঙলুদে। তাদবদি নত্তে পাউ ওইনা মরক মরক্তা। হায়নৈ—অকোয়বদা লৈরিবা খুল অমা অনিসিদদি মাদি করিমঙা তৌদে। মা' লৈবগী খুলগী শল

ইয়োই মাণ্ডব্রিবনি অমুমস্ হায়নৈ । কনানা খঙগনি মানা মীগীদা তৌজরুবদি। অত্থবু অচিকপা মতমদা উনবদদি কয়া মসুঙায়বা মীশক নত্তে।

পুম্নমম্ মম্থোকখরে। তুমিন তুমিন্ ওহাক চৎমিন্নৈ, খর নকশিন-লকই। মাগী ফুইনা হোম্বা সুংশাশোরগী মনিল মশাদা য়ৈবগুম ফাউরকই। খঙনিঙ নিঙশিঙলকই—চৎমিন্নরিবা অসি সুপানি। খোঙথাঙ কল্লঃ চৎখৎলি। অচিকপবু খাঙবা ঙমলক্তে। মাগী সুংশা-শোর অত্থভা তাগ্রবদি খল্লিঙৈদা মানা হংলকই - "ঐবু খঙলিবরা সখী?" খুম্মি "খঙলি।" কদায়দগী পাক কাউগনি, কাউবা অসিবু কয়া লায়রদনা।

সখীখোয়গী ইমুংসে মৈহোৌরোনদগী মতাই খুলদা লৈরকপা নত্তে। লান চেনলকপদগী অত্থম লৈগ্রবনি। মপানগা হিঙ্গোল অচৌবা পাম্বগা, শগোল থাকপদা খুদোং চাবগা অত্থম ইস্ফালদা হোংগত্তুনা খুনদাত্থুনা লৈহৌরবনি। সখীগী মমাস্ু মতাইদা লৈখিদে।

মতম অত্থদদি মাবু কনানস্ু কিনরমদে। পাখং লৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকই। নোংমগী থৌদোক মরক্তা ফেনজিনলকই। নোংম সখীখোয়গী কোম্থোং ময়াদা হৌবা খোংনাং অত্থদা করিনো অমা তৌত্থুনা লৈরম্মী। খোংনাং অত্থ শারেপ ফারকপদা মঙাইরি। সখীনা হংখি— "তা মঙ্গী কৈদৌরিবনো?"

"তু য়েঙু।" য়েংহনলম্মী মানা থাঙনা হকল্লিবা অত্থ তেনজৈ অমনা পুম্না লেংবা থম্বাল মনা অনিশ্নী মশকনি। থাঙ্গেংলেংবমক্তি নোংমা মানা আমেরিকান লাম্মী অমগী মখুদাংদা মসিগী মওঙ অসি য়েকপা উরুই। হংবদা সাহেবনা খুমখি—ঐগী সুংশিবীগী থম্মোয়গা ঐগী থম্মোয়গনি। সাহেবকী অঙৌবা মখুদাংদা তেনজৈনা লেংবা থম্মোয় অনিগী মমিদো মানা য়াম্না পামজরুই নত্তা ওইনা, হায়খি, "খঙলবরা সখী, থম্মোয় অনি অসি কনাগীনো?"

"থম্মোয়বু থম্বাল মনা মানবয়া?" সখীনা হংখি।

"মাল্লি। খোংনাং অসিনা চাউরকপগা লোয়নন্না ঐনা হকলিবা অসিসু চাউথোবকনি।"

"খোংনাংনা কংগ্রবদি?"

"কংজগ্রেদনা।"

"কাগী ওইনবু লৌখিবরা?"

চহী খরগী তুংদা সখী ইম্ফাল্দা থাজখি। লুহোংবা হুমিত্তা ইকায়-বনা কনা অমত্তা উখিদে। শকখঙনদ্রিবা ববনা মাঙদা চৎলি। মানা তুংদা দোলাইদা। লমথায় ফাওবতনি অহুদগীদি গাড়ীনা চৎকনি। দোলাই তোংনা তোংনা মতাং অমদা হায়কেৎ য়েংলকপদা উরকই— মাগী লুখম, মাঙ থংবা দোলাইলেং অনিগী মরক্তা অমদি মানি। হন্না কারমদাইদা সখীনা চাউয়েং ওইনা য়েংলকই মপাম লমদম্। মাদি লাপতক্লা লেপহৌই, মুন্না যেংহৌই মসিগী মিয়েং অসি অহানবা নত্তে-- মহু মানা হৈনদে। নোংমসু অসুন্না য়েংখি সখীনা শড়ক রাংমদা লৈবা পুখ্রিদগী ইরুজকরগা কারকপদা। হুমিৎ অদো চোৎনসু কারকই। কদোমদগানো খঙহৌদে মানা চঙলক্তুনা মাঙদা লেপলে অহুগা য়েংলকই— মাযথোংদতা নত্তে, হকচাংদা। খঙহৌদনা অশাবা ঈনা মমায় ঙাঙখি। অচোৎপা ফিনা কুপ্পা মথবাকপু মথুৎনা খুমলগা সখীনা মমুম পাংনা চেনশিনখি। মানা ফাক্ ফাক্ লাউনা অহুম নোকহৌই। মহুসু কুইরবা রানি। মহুগী তুংদা চহী কয়া হৌথরে। হৌজিক্তি সখীসু হন্নক্তুনা নিঙোল ওইনা মপামদা লৈ।

অমুক্তা হন্না নিঙশিঙখি চৎমিন্নখিবা হুংদাংগী থৌদোক, হুংশা ফুইনা হোনখিবদো। কিবা খরা করবা তুংদা হংখি "কদাই চৎলুরিবনো তা'মঙ্গী?"

নোক্তুনা হায়খি "মহু নঙ খঙলগা করি কান্নে?"

"করিসু কামদে চুম্না হংবনি।"

"ঐগা চৎমিন্নবা অসি য়াম্না কিবরা? করিগীনো অহুক থুনা চৎলিবা, খরা তপ্না চৎসি, ঐদি পোৎ পুবনিনা রাম্ন।"

"কদায় ঐ অমুক পুগে।" লৌগে ভৌই সখীনা।

খুমলকই "চরোদা, ঐ য়াউনা য়াউনা নঙনা করি য়াগনি।"

চৎনা চৎনা ময়ুম নকশিনলকলে। খুলগী য়ুমদা মৈ চুথৎলকপা উয়কই—বৃন্দাদেবীদা থাওমৈ কৎপা ওইরমাল্লে।

"তাদা ঐ চঙহৌরগে। য়াররনি অসি য়োরবদি।"

খুমলকই "ঐসু চঙলোইদা নখোয়দদি।"

অদুম লৈহৌরে লেপতুনা অমম্বদা।

রাখলনা হনজিলকপা মতমদা সখীনা থল্লী—কদায় কদায়দগী চোইদ্রং পাদ্রং ময়াম থল্লুরিবনো? অদুবু ওম্বোকপনিদা সনাবিদো! মদু নত্ত্রবদি হুনিঙায় লৈত্রগুমদনা। শাউনিঙম্রেদকো সৈতা।

……শগোল হৌজিক ফাউবা ফংত্রি। নোংমা মুংথিল অম্না। সখীনা অসুম লৈরম্বদগী করি থল্লুবদগীনো খঙদে ফুক্ হৌগত্তুনা মপাল খোরকই, মপাদসু তাকলমদে। অসুম লাকপনা মাগী কোম্বোং য়োরকলে। মাসু মাগী শুমাংদা ফমদুনা করিনো অমা য়াম্না কম্না তৌরি। সখীবু উশিন্নদে অদুবু উত্রে হায়বদি উশিন্নদবা অদুনা মখঙই। সখীনা মনাক্তা লেপ্পগা খোম্বাং নেম্না হায়রকই—"তা'মঙ্গী রা অমত্তা হায়গে লাকপনি।"

নোকফেৎ তৌনা য়েংখৎলকই "করি রানো ঐঙোন্দবু?" অমুক লুকথখি, থরায় য়াওবা শায় তৌরিবা থবক্তা।"

ঙহাক তুমিন্না লৈ সখীসু, হায়শিরা হায়হুশিরা খল্লি; হায়গে হায়না লাকপনিনা হায়দবদি য়াদে। অমুক হায়রকই "রা অমতা হায়গে তৌবা।"

"হায়য়ু কনানা থিংবগে। ঐসু তাগে হায়হুনা ঙাইরি।"

"ঐখোয় পাঙ্গীগী শগোলহু থরা থিবিয়ু।"

"ঐনা থিরগা খঙগনি হায়বরা? নঙোন্দা কনানা হায় ঐনা শগোল লোই হায়দনা। ঐবু নখোয়গী শগোল হুবা মী মানবরা?"

"পাজীগী মতৌ য়েংবা য়াহ্না তৌবনি, লৌইদি ঐ হায়বিদে—খিবিয় হায়বতনি।"

ছন্দকমুক্তি মুন্না য়েংখৎলকই মোকলগা হায়—"ঐগী ইতৌ য়েংবদি য়াদরা? মীবু শগোল হূরাল্লী হায়রগা শাউনিঙদবোই নিঙবরা? কিং হৈক্তা নম্বসিবু করিগীনো?"

ইহেঃ, য়াফৈ চৎখ্রেদো সখীনা খল্লী! খুমলকই "লৈকায় মচানি কৈদৌগে খিবিবদি য়ায়দনা।"

"নঙগী কনামত্তা লৈতে হায়বদি ঐ খঙদেনা। য়ারমদায়দা ঐবু নিঙশিঙলকপা করিগীনো? ঐ অসিবু য়াম্না লায়না শীজিন্নবা য়াবা মীশকল্লাও?"

সখী খঙশাউ শাউনিঙলকই। করি খোকই হায়দনা করেমনবা শারিবনো; মানা লৌই খঙলমক্তদা। হায় শাউরপ্না—"নঙনা খিরগা ফংগনি হায়নৈনে মীনা।"

অতুবু মাদি শাউবগী মতৌ উদে। হান্নগুম নোক্তুনা হায় "নঙবু মীনা হায়বা লোইনা হেক্তা থাজবরা? মীনা য়েংখোম মঙ্গীদি হূরানগে হায়তুনা হূরানবা নত্তে হায়রবস্থ থাজগদ্রা? অতুগা ঙাইখো, নঙবু মঙ্গীনা সখী পাম্মী হায়দনা মীনা হায়রবস্থ থাজগদ্রা?"

"চরো, শক্‌-চাখিদ্রে।"

ফাক্ ফাক্ নোকলকই—চহী কয়াগী মমাঙদা নোংমা নোকখিবা মীনোক্তা। সখীনা হায়রকই "ফরে'তুদি ঐ চৎলে। হায়বা হৌনৈ হায়বগী হায়বনি য়াদ্রগা তোকউ।"

শাউরপ খোঙথাঙ কন্না কোম্থোং পাংলকই।

"ঙায়খো সখী" তুংদগী মানা অমুক কৌরকই। হন্না য়েংখিবদা অমুক মাগী মিৎয়েংদো। মসিনা মহেল্লে সখীনা হৈনদবা হায় "করিগীনো অতুম হায়না য়েংলিবা ঐনা নঙোন্দা কৈদৌজরল্লে?"

"ঙায়খো হল্লকখো মরম তাকশিগে।" করিদগীনো খঙদে সখীশু হনজিন্নুনা লেপদৈ মাম্না মনাত্তা।

"সখী মনিঙলোমদা অমুক্তা চঙলুখিসি।"

"করিগী মনিঙলোমদদি ?"

"কিন্নু, ঐ নঙবু কৈস্নু তৌরোই, ঐবু কয়ামুক ফত্তবা মীনোনে ? নঙোন্দা কৈদৌখ্রগে ঐবো ? য়েঙোই সখী মীগী মপোৎ ওইরবস্নু নঙবুদি শোকনিঙদে।"

খন্নবা নঙদনা সখীনা মনিঙলোমদা মাগী মতুং ইন্দুনা চঙখি। মাঙ থাহ্নুনা চৎলি মাগী শোঙলবা হিঙ্গোল লমহাংদা। মহৌশানা লল্লাই ওইবনা হিঙ্গোলস্নু চাউনা চাউনা খোপনৈ। মাঙদা চন্দ্র ইকু অমা অনি পৈরম্মী। অমদা চঙশিন্দুনা মাগী অকনবা পাম্বোমনা শৎ, শৎ চিংথৈ।

সখীনা হংলকই "করিগীনো চন্দ্র নৈপাক্তা চিংথরিবো তামঙ্গী ?"

খুমলক্তে—লেপতনা চন্দ্র চিংথৈ। সখীনা খঙহৌদনা লাউরকই "হৈমা সনাবি—ই—ই, নঙদি অসিদা লৈরবোইরে...... "

অঙকপনি, চন্দ্র ইকু মহুংদা ফজনা শাবা শগোলশঙ মহুংদা সনাবিদো উরুরে।

অঙৌবা মশাদা পকলিবা চন্দ্র মকুম অহু কনথোকলগা শগোল চিংহ্নুনা শুমাঙলোমদা থোকখরে। সখীস্নু মতুং ইন্দুনা থোরকই। শুমাঙ য়োন্নবা তুংদা সখীদা থৌরী অহু শিন্নে। শিন্নবা মতমদা মাগী মখুৎ অনিনা মিৎকুপতং পায়খি—মহু সখীস্নু খঙই—অহুবু খঙশিন্নদে।

নোক্তুনা হায়রকই "সে পুখ্রো সে নঙগী শগোল। অহুগা সখী, লৌগে হায়দনা লৌব নস্তে অহুমদি থাজৌ। মীবু ইতিক খঙহনগে তৌবনি।"

মসিগী পাউথুম করি হায়না পীগনি, করি হায়না হুঙাইবা ফোঙদোক্কনি ঙহাক চমন্নখি। মখা তারমদনা অহুম শগোল চিংহ্নুনা থোরকলে অহুবু খুদক্তা করি খনবদগীনো তন্না শগোল চিংহ্নুনা হল্লক-

লগা ফিহুংদগী করিনো অমা পুখোক্তুনা পীরগা হায়—"সে তামজী।"

করিনো খঙদনা মাস্থ লৌই লুপা ২০০৲ না শাবা নোট চবুল অমা। মমায় ঙাঙখি। হায়রকই "সখী পৈশারা?"

রাঙাঙ তাবদা, শকফম উবদা সখীনা মিপাইদবা ঙমখিদে···করিনো ঐনা তৌরুরিবসিবু লাল্লবরা?···মানা পৈশা পীয়ু হায়বদাইনে।

মানা হায়রকই "তারিবরা সখী! মীগী মপোৎ শোকপা য়াদে ঐস্থ খঙই অহুবু মীগী মপোৎ লৌই করিগীনো হংলক্কহু ঐ খুমলোই। য়াম্না খঙনিঙবরাও? খঙনিঙলগা হায়বিগে—হুঙাইহুনা হুরাল্লিবা। রাংলি হৌজিকস্থ রাংলি। মখোয়না হুবদি য়ারগা······এঃ, য়াম্না ইনাক খুল্লবোইদা নুপীসে। নঙগী পৈশা অসি কৈদৌনৌ হায়রিবনো ঐবু? পৈশা অসিদি অস্থম— হায়— না শীজিন্নবিগে খঙলবরা?" অসি হায়রগা নোটশিংদো মচেৎ মচেৎ শেগায়রগা সখীগী মমায়দা তিংখত্তুনা থাজিনলকই অহুগা অমুক হায়রকই শাউনা "চৎখ্রো চৎলো······ মরল লৈবা শারদনা, ইস, শগোলগী মমলস্থ পীরবা শারি······।"

সখী হন্না কাউবা য়েংলমদনা শগোল পুরগা মখোয়গী কোম্মোং য়ৌত্রি কাউবা কন্না চেল্লকই। কোম্মোং য়ৌবদা কয়া কুইনা চঙখি খঙখিদে। ওহাক হুংশাশোর হোন্দুনা পোথাই। মমায়গী চৈনা-খোল হৌজিক্তা কাউরকই, মথুৎনা মাহুনা য়েংই অহুবু থোইনা শাউরুদে। অহুগা খঙহৌদনা হেক উরকই—হৌজিকস্থ অহকৃপা থম্মোয় অনিগা লোয়ননা খোংনাং পান্বীদো তুমিন্না লেপলি। অহকৃপা ময়েক্তো য়াম্না পাকলে— অহুবু নহালরাইদি ময়েক কয়া লাদবনি।

হেক লাকপা মুমিং অহুমক্তদা ঐবু হন্দুনা চৎখ্রসিরা খল্লি মানা। ইমাইপেম্মা করি লোনচৎ কাবুনো—মফম মরাঙ সুপখঙ হেক খঙদে। মরম অমতনা মরম ওইহুনা লাকপনি, পাইরক্লি খল্লকপা রাখল অমত্তনা হুমহুনা পুরকপনি অহুবু হাকথেংনরকলবা মতমদা নিঙহন্নবা পোকলকই।

লোইনা লৈ, হেন্দোক্লা লৈ অহুবু মাগী অমত্তা নত্তে তঙ তাফম খঙদে।

মসিগী রা অসি ইচে চাউবীয়াইমনা হাম্না তাকপীদবা করিগীনো রারৌই মবুক্তা। হোয়, মাগীহুবুদি অপাম থৌগল কৌই হায়কো লেক্তুনা চাহুনা লৈবা নত্তে, ঙহাক কোইবোইনা চৎপতনি। মহুহুম তৌজরমদবু নিঙমলক্তে অমুকস্থ। ইচে চাউবীয়াইমানদি হায়খি "নপুক্তা লেপুসে ইবেম্মা। কোম্লুং হায়বসিদি হৈনগ্রগা পঙমুঙ মুঙায়বনি। হৈত্রগনা নপুমস্থ খিৎপা মীরাস্থ তাবা……।"

খঙদে করি থোকলগবা!

## লমন্দগী লাইমন

মমিঙনা ঙাম্বিতোন। অহুবু কোম্লুং য়োরকপা মুম্বিংতগী মমিঙ অহু মাঙখরে। মচা ইবুংঙো অতোম্বগী য়োকচবিনী হায়দনা মনা-মপীতোন, অহুদগী মপীতোন হায়না কৌনখি।

ঙাম্বিতোনগী মহুত্তা মপীতোন। মতোমতা তাবদা শৌবিং শৌবিং লাউই। নোকস্থ নোকনিঙই। করিনো মখোয়সুরায়সিবু শাদোনা মীদবু মপী হায়রিসিবু। ইচে চাউবীয়াইমনা মপুক ফাহুনা হায় "খাঙবতা কল্লু অতো। নিংথৌমচাগী য়োকচবী হায়বসিদি ফিরাংজি ফিজা ফমগদবনি, নমাঙদা শেনজেং চাইশেন খিনগদবনি—অহুবু মীনা পাক্ পাক্ ফংবগ্গা!"

অহৃনিনে মানা পামলিবস্নু। নোংমদি লৈকায় হয়াওরকনি হায়বা। অহৃদনিনে ফিরাংজি ফিদা ফমহৃনা মানা লেম্নগদৌরিবা। মতম অহৃদা মা কমদোগে য়েংশি হায়বা। কৈদৌনেগে মানা মনা অথুনবা অমা লৌহৃনা মীনা তাঙাংকা থরা কৌবিরগা। মাবু কনানা খঙবিদৌরিবনো।

লমন খুমনিঙবগী মীনোক নোকলকই ঙাম্বিনা। মম্বিৎতা উরকই লাই হরাউবা মুমিৎকি কুমৈদো।

অহৃবু লৈরমলিবা ময়ামদো ইচে চাউবীয়াইমাগুম্বী ঙাক্তদি নত্তেদো। মানা খ্বায়দগী হৈনদবনা—সনামপীয়াইমা, মচাইবেম্মা য়াইমগী য়োকচবীদো। ঙকচাউ থেকপী ওইনা তৌরদনা।

নোংমা ঙাম্বিনা হংলুই, "ইচে লেংয়ান হায়বু করিনো? ঐদি মফম মরাঙ শুপখঙ হেক খঙদে নখোয় অসুরায়গী লোনচৎসে।"

নিঙথিনা তাকপীরকদরা হায়রগা শেং শেং লাউনহৃম খুমলকই, "হো ইবেম্মা, কোনুং থনগে হায়রবদি থৌগল্লোন ব্যবহার থরা তমশিল্লগা লাকপা য়াত্রা? নমায় থরা নাল্লগা হেক্তা চন্ননি খনবরা?"

ইস নানা হায়খ্রেদা!

ঙাম্বিসু থা থা নত্তে। হাইফেৎ, মুংথোইনবা জাৎনি। অতৈ পান্থে থিরকই। সনামপীয়াইমনদি লাকচহনবা চুমদে। তা শামু চপ্রাসীদা তাপ নপাশিল্লি। মানা তাকপী— লেংয়াননা খুদৈ, খোঙনেৎনা খোঙুপ, ফনেক হায়বা য়াদে খ্বাংজেৎ হায়গদবনি অসিনচিংবা...... । ঙাম্বিনা থল্লি— তস, মঙোম্দা হংদ্রেগা শিত্রা।

থরা হৈনরকলে। থল্লি নোংমা ফমুঙদা হিপ্না হিপ্না— মাবু তাররিত্রা? হয়েংদি য়ুমদা চৎলুখিগে। ইনম্মতোনবু কোয়বা শাহৃনা চৎহল্লুগে, অহৃগা পাউ তমহল্লুগে। তাদি তারমলনিদা, ঐগী ইরা ইপাউদি য়াম্না তাজনিঙবনি।

ঙাম্বিতোম্না য়াম্না কম্না শিঙলিবা য়েকনবা অসি মাগী মপুরোইবা পঞ্চায়গী দোলাইপাবা তোলহনবুনি। মমা মপানা মুহোংবনা

শীথনি। ভাম্বিখোয় ইমুঙদো হায়ফেং লিংনা পাল্লি—মপোৎ মচৈ হাইফেং কজনা উনবনি। মানা দোলাইপাবা ওইবগী প্রানামী কাউবা মপানা পীখিবনি। হৌজিকপুদি মরাইবকননি হায়রেদনা। "হায়জশনু ইচাসিদি পাউথংনবা হৌনদে। মী মচা অত্তুগা মান্নৈ হায়বরা।" মপানা থেমজিনখি।

মচা মরী পোকপা ফাউবা পানরম্বনী। কদায়দগী সনা রাশি য়াউদবি অসি থেংনরুবদগী থোকখ্রিবা থবকনি। চহী মরী পুরা গুরে হন্না য়েংনদবা। সনা অসিনা ঙমলিবসু মচা নাবা ফাউরা লাকহন্দবা ঙম্মিহৈ। মতুবুদি ফরে মীনা খঙবিপোৎ নত্তে লৈমপোক-পম মাগুপতা মচানা থৌরাণী শাবা ফাউবা থোরকহন্ত্রিবত্নি। লৈতবা নতেকো মণিপুরগী লাইরাসে ইবেম্মখোই নোংমা মনম্মতোননা হায়খি।

ঙাম্বিনা খল্লি—হেরা হেরা, মা' অমুক্তুংদদি খঙলক্কনিদনা। কোহুংদত্নম হুঙায়রেমখৈ লৈথোকখ্রগে খনখি। তৌববুদি মানা হুঙায়তত্না ইচেচাউবীয়াইমদা রারী তৌরুবদগী বুদ্ধি অসি মানা ভাকপীরকপনি, অত্নদগী লাকপনিসে। অমুকসু খল্লুরগা কপনিঙই ঐবু মীগী মচেং চাত্না মীনায় হায়বত্ন্ ওইরেদকো। অত্নবু অমুক্তুংদি খঙহন্দবা য়াদে-লমন শিঙনিঙই ঙাম্বিনা। লাই হরাউবা কয়া রাংলি মখুৎ থেক্তুনা থা মশিঙ পায়।

মচা মরীদো মনম্মদা শিন্নরমলগা লাকপনি। হৌজিক্তি ফিরাংজি অঙাংবগী শেনগাও অমদা শেন জোম জোম হাপত্না সনা কৈথেল কায়—পৈশা মঙা তরা পীথোকলগা হুপী অমবু পোৎ কোকথোং অমা পুহন্দুনা মত্নুং ইলহল্লী। লোয়রং হিজময়েক ইশু ভাবা অমা শেংলি, হজাম মপালগী মোইরাংফি চম্বা অমা ইল্লি। মকোক হাইফেং খুম্মি সনথোং হেক লাম্থোকপদা কোকতগী ইমফি নানথখি। মনাম্মপী লাকলে হায়দনা ময়াম্না ভরাম তরাম কৌশিল্লি, কোহুংগী য়া হংই। পোৎফম অমঙদা নিঙথি হুডায় লেপীপোৎ মত্তে সনা নপীজোল

চংনা চংনা খুম্মি "কনানা খঙবনোদা মপু কোল্লুপকি য়াবু…হা ইবেম্মা নঙগী থরাক অসিবু মঙাহ্নদা কয়া হায়রিবা ? মশাদি নাদেকো।" পোং ভীকলে সনা মপীনা। ফিরাংজী শেনগাও ঝন ঝন খিঙই। নাপদগী তথেলে নাচোম অহু ভায়োম্বীগী লুকমায়দা পোপ হেক তাই। নোক্তুনা হায় "নাচোমসে নঙ চিনজহৌরো ইবেম্মা। গোবিন্দগী নির্মলনি। অঁা হুহোন মেয়ানা সনা মপী চিনগেরা হায়দনা পীরম্বনি ঙসাই কৈথেল খোয়কপদা।" পীথোকলম্মী নাচোমহু মৌ নহা ভায়োম্বীহ্নদা। ভক্তিগা লোয়ননা খুনজিনজে। মচা নাহৌবহু নিঙশিঙলকই—খল্লি গোবিন্দগী কৃপা লাকদৌরমালে।

অহুবু অম্লুক চাউবা সনা কৈথেল থুংনা কোইববু নোংমতা দোলাই পাবা থেংনদে। সনাবুদি উনবু উন্ননিঙদেদা "লাইমা ফজদেদকো মাগী শমজী থোংফমদো।" ফাক ফাক নোক্তুনা ইচে চাউবীয়াইমদা য়ারী শাথি নোংমস্লু।

চহি কয়া লানখরে, সনা মপীয়াইমনা হেনজিনবা য়াবা মপীতোন নত্তে হৌজিক্তি চুমশো ফাউবা মানা পায়। থৌগল মচাশিংনা চাক চারিঙৈদা ভারৌ খুবাম অমা লৌহ্ননা হাপ্পী, হায়—"মনাইনি হায়দনা চাদবা য়াপোং নত্তেদা চাও চাও ইতৈমনা পীগনি। মপুগী মরলবু কনানা চাদনা লোইগনি। মুংঙাইগে হায়দনা মপু খম্বনি নত্রনে তোলপিশক ?"

মসিনী মপীতোন' নোকপনে খেবনে, মশকনে মতোনে। পুলৈ কুচুনি। মী ফুলৈনৈ, ময়াম্না হায়নৈ, তোরিমথৈ ইপকতা পকচৈ সনা মপীতোনসে। মপীয়াইমনদি য়ানিঙদে। "পক্চৈ পক্চৈ ইবুঙোখোয় মপুনবু চাম্লবদি অফবতা শরুক ওইরিদনা।" মচূক পৈথোক্তুনা হায়রকই অহুগা মাগী অকায়বা খুনিঙহ্নদা হম্বহ্নুনা য়েংই।

হংনিং হংনিংদনা নোংমা হংলকই, "সনা মপীতোন নঙগী খুনিঙ-জিলাকসে করি ময়াম্না শেম্মী ?"

"তৈনিঙলগা তৈয়ু ইচে—আ কাংখদা লৈবনি।" ময়ালগী রা অহু তাশিন্নদে।

নোংমসু কনানো অমনা হংই, "সনামপী নঙগী উরিরোম মচুসিবু করি হাপতনা শঙই—মীগা সুকমান হেক মানদেদা।"

"কনান খঙবনো ইন্দোন, ময়ামা শঙনরিবহ্নমঙায়। থোইনা করিবু হাপলুগবনো— য়েঙ্নহে ইন্দোন, শংগায়শংবা লোয়শঙগী তাইবুংঙো রামসিংনসু নোংমা হংইনে। মসিগী নুপা অসে ঐদি হৈনখিদরে ইখি হেক খিগৎলদনা। সনা পুকৈদগী ঐনা লুকথোং লোবা চৎপা খুদিঙগী মানা রা অমতং ঙাঙলক্তনা তোকপা লৈতে। নহালনা তোতিদা ইরুজহনা লৈরম্মী অহুগা ঈশিঙ তপ তানা চাইশিনলক-ইনেসে ঐঙোন্দা ঐনা থীরেমখৈ পায়থেকপীরমলবনি। মসিবু মতু-মচাকা লৈত্রা শক চাখিদ্রেদকো...... .. ।"

মনম্মতোন লাকপদা নোংমা হায়রৈ—"ঙাম্বি নঙবু ইরাক লাক-খিদ্রে। নচাশিংসে হুংশিন্নবরা। নঙ রা অমা তাদ্রিবরা? নথোন্ন দোলাই পাবা অহুবু য়ামা কন্না নাই হায়নৈনে।"

ঙাম্বিনা মসিগী পাউথুম পীরমদনা 'খুদোং অমুক্তা কৎশিনলুখিগে' হায়রমলগা চঙখি। ফনা কুইনা থোরক্তে। হল্লকলগা "নোংমা অনাবা হংবা চৎপা হায়বহুনি—সে ইনম্মা য়ুবীসিমতা পায়খো অঙাংশিং চানবা।"

ঙসি মপীতোন অনাবা হংবা চৎকদৌরি। ঙরাং মবেম্মদা হংগৎলি— কার অমত্তা পীনবীয়ু অহুগা ভ্রাইভরদি ননাই গুলামচাৎ অপাবী থৌহনবীয়ু। সনা মপীতোন অনাবা হংবা চৎকদৌরি। দোলাই পাবগী অনাবা হংবনি। হিগোক ফনেক অমা কৌতক শেৎলি। লৈঙাঙ হাইফেৎকী শুকরথান ফিত্নপ। লিকলু পরেং ইঙাঙ ঙাঙনা শি। নাপদা লৈ চিন্দে—নাইনদগী ফাগৎপা ঋিঙুরনা নিক নিক লাউরি। মংগ্রামচুগী রেশম শেঙ্গাও অহু মবেম্মা তাহন্দনা ইবেম্মা অপাম্বী নহাদগী রায়বনি। মবেম্মগা মনাও ইবেম্মা অপাম্বী

নহাগসে চিন্দদি ফজনৈ হায়ববু মহুংদদি কয়া হুঙায়নদে। অহুবু ঙাম্বিদি লোন্না লোন্না থরা থরা মচঙই। নোং ফাদোকন্সু হুংথিল গ্রেম শানবস্থু ময়াওরুই। তৌববৃদি পাউ লৌথোক্কে হায়দনা মাবু লুনা তৌবনি। মপীতোম্দগী পাউ লৌথোকপা! মানহুম লৌথোরকই, পোৎ-চৈ রায়দনা শেৎতোকপী।

সনামপীতোন অনাবা হংবা চৎলি। ষ্টুডিবেকার অমুবা অহু মথা পাংনা সুম থৌথৈ। গুলামজাৎ অপাবীনা থৌই. ওইদা ঙাম্বিনা ঙাল্লি। গুলামজাৎ অপাবী ড্রাইভরমক ওইরবস্থু ময়ামগা মানদে, মচু তাই। মশা পাতক তৌরহুনা ফনহুম ফজে। লমশাঙ অদো সনামপীতনা রা ঙাঙবনি। ড্রাইভরদি করিগুম্বদা হোয় ইতৈমা, করিগুম্বদা নোক্তা মনোকই।

কোম্থোং য়ৌরে।

সনামপীনা থেক্ থেক্ ময়োম অমা পায়হুনা চঙখি। সনা হায়বহু ওইরমালে মৌ অমা থোরক্তুনা 'ঐখোয় ইচেনিনে চঙলকউ চঙলকউ।" তরাম তরাম কৌশিল্লি। হাইফেৎ য়েংলকই সনা-মপীগী মৈতৈকুম ফনেক্তা। সনামপীস্থু উই অহুবু উশিন্নদে। ইমুঙ চংলমদায়দা ফনেক অমুক হন্না শেৎলগা হায় "মাইবম লৈকায়গী ফনেকসে ফিসা চঙমন্দনা শেৎপা রাখ্রে·········মাইপাক্সী ঙমদে তাদনা লাকপনিনে সনা-কোম্থুংগী থবক অসিদা ঙহাক্তা চৎথোরকপা ঙমদে। চুমশোনগা ঐনা পায়দো করম্বা মতমদা কৌনরকপা খঙপোৎ নত্তে··· ইমাইপেম্মা য়াম্না শোকলমলেদা মাইপাক্সীদে। ঙশাইনা ডাক্তার পুখো মতাকপীনে। ইহে ইবুংঙো ড্রাইভর অসি মপালদা লৈহৌ-রমালেনে······হো ইবুঙো চঙলকউ মন্থুঙদা।"

"কনা কনা লাকমিন্নে?" শোম্থাংননা হংলকই ফমাঙদা হিপলিবা অনাবহুনা।

"হেরা ঐখোয় ইবুংঙো গুলামজাৎ অপাবীতনিদা। লাও লাও চঙলকউ ইবুংঙো। হজোইহু। ইতৈমগা হেক্তা ফমশি লাও।

অহুদি নোংমা অমমুক ঙা চাক পুহুনা লাকপা হ'য়রহুনি। মফম অমা চৎলুদোবা রাংলি।"

ঙহাক্তুং নোংথাংগুম তথক হল্লমলগা থোকখি। অনাবনা তিঙক তিঙক য়েংহুনা লৈহৌই। কার থৌখিবা মখোলদো অসুম লাপথোকখ্রে।

মসিগী মখাগী রারীদি কয়া লিফম থঙদে। থরা চনৈনৈ। থা অহুম মরিগী তুংদা নোংমা ইবেম্মশিং কোল্লুপতা রা রা লাউনরকই। অহিঙ অথেংবনি। খুদক্তা সম্রি চেনশিন্নে। ইমাইপেম্মা ইবেম্মা অপাম্বীনহাগী য়েনখ'দগী মশক থঙদবা মুপা অমা থোরকই হায়। করিনো হংবদা খুমদে, ফুরগা হংবদদি করিনো অমা খুম্মি হায়। অহুবু হায়দোকনখিদ্রে মুমিৎ নিনি চাক পীজদনা সনথোঙদা থম্মী মুপাদো। হংনবদা মমিঙনা—তোলহন দোলাইপাবা।

"হন্দকমরক অসে সনামপীতোনগা খুরা মাইবা অশৈবগা য়াম্না চিকথনৈকো।" সনামপী য়াইমনা অফং অফং ফাহুনা রারী শায়। নোংমদি তানজা য়েংহুনা মাইবা অশৈবনা সনাচরন্দা হংগৎপা তাখি— "ননাই সনামপীতোনগী অনাবা অসিবু কয়া মথোঙ চারোই-দৌরিমালে। মাইবীহুম চঙগদ্দবা মতা মাল্লি। ময়ুমদা নোংমা নিনি লৈহন্দুনা য়ৈশিন্নবা তৌহল্লুবনহুম ফগদরা ঐজ্রা?"

"ফৈ কৈদৌগে। ইনাও অপাম্বীনহানা লায়েংনবা শেন হল্লি হায়বদাইনে।" তাকপীরকই সনায়াথং।

মতুংগী মুমিত্তগী সনামপীতোন অমুক কোম্নুংদা উখিদরে। চাননা মাইবী চঙথ্রবরা থঙদে।

সনামপীয়াইমনা ইশিশিনা নোকহৌই।

---

চহী তারানিথোয়গী সাইন্স-গী পুন্সি, চহী নীপালনা তম্বদা, চহী মরীনা থবক্তা—লেবোলেটারি, ইথার, ডেটোল, থাঙ কাত্তিগী মখোল, অরঙ অরঙবা মৈঙাল। মরক অসিদা করি মতৌনো? কদায় মসিদি চিঙহী মনমনিনে—লৈশাবীগী শমলাংদা চুরবা খোংজাইনাপী, হৈজাংমপাল শংব্রেমনাগী মনম হাইফেৎ। লাইমা পকচদেদা মরকসিদা।

ডাক্তার সুরেশ্বর চহী কুনতরেৎ শুরবা পাথংনি। বিজ্ঞানগী লানফমদা অচুম অরাল থিরিবা মহাক্কী মচীন তুমখৎলকপা পুন্সিদা কদোমদগী চিঙহী মনমগী নেশানো? অহুবু বসন্তদা শাৎপা নবাব মপানগী মনমদা লাইরা অমদি লৈ মহুগী চপ চাবা ইঙ্গিত ডাক্তারনা খঙগে হোৎনরুবা শংদ্রি অহুবু ঙসিগী মনমসিবু করিনো, কনানো অমনা হংলকপগুম তৌই।

---

## চিঙহী মনম

---

ডাক্তারনা অয়াম্বা মতমদা হোসপিটালদগী থবক হেক লোইরগা লোইরে হায়দনা ময়ুমদা চেল্লক্তে। ঙহাক ডাক্তারশিংগা নর্সশিংগা য়ারী শাহুনা লৈথোকই। নোংফাদোকসু সিনেমা য়েংলগা ময়ুমদা থেঙনা হল্লকই। ঙন্না হজিনবা হুমিৎতুদি মনাও পিশকশিং লরুহুনা মমাগী য়েক্লাং শেম্বা য়াউহুনা নোক খেহুনা ইলাঙ লাঙনা লৈবা মাগী মহৌশানি। ডাক্তার সুরেশ্বর সাইন্স-গী মী ওইরবসু চিঙলেম্বা পাথঙ নত্তে অহুবু অশিৎ অরানথাগী মতমদা তেরাপাইবী মফোল অমতং ইলং লংনা অতিয়াদা পাইবা উরগা ঙহাক্তুসু মহু ফাগে তানরুদে।

ঙসিদি হোসপিটালদগী মতম চানা হল্লকই অতুবু মহোশাগুম অঙাংশিং লল্লরমদনা মাগী কামচাদা চঙখি। ফমুংদা ভুমিন্না চুরূপ অমা চল্লগা ফমতুনা লৈ। মমানা চঙলক্তুনা হায় "ইবুংঙো নফি হোংদোকলো অমুক্তং ইরুজবনা ফরোয়ত্রা?" খুমলক্তে। মমাসু মখা তারমদনা থোকখি। কুইনা তিন্নরতুনা মচাগী সাইন্স-গী পুন্সি মাসু হৈনরে। কয়া কুইনা অতুম্না ফমুংদা ফমখিবা খঙদে। থম্মোয়-মুংগী নোংলৈ মুংশিংতি ইংথখরে—করিনো ইহাঙ হাঙবা, করিনো ইচোক চোকথবা মতাঙনি। মমিত্তা উরকই ঙসাইগী থোদোক্তো, পিকলবা কা, হিদাক্কী অয়াকপা মনম! Post Mortem গীদমক অঙকপা ফিজেৎ শেৎপা এসিষ্টেট অনিতুনা মঙোন্দা য়েংখি, মায়থোঙদা করিগুম্বা অমত্তা ফোঙদোক্তে অতুবু মীৎয়েং অতুদি তোঙাল্লী। মহো শাগা মানদে। ডাক্তার সুরেশ্বরগী লাইবক থীবনি, চহী কুনতরেৎতা ঙায়রিবা পাখংগী পুন্সিদা মসিগী শিন্থা অসি পীবিবা য়াম্না চুমদবনি। অতুবু নোংমতা সুঙায়তবা উত্তুনা রারী শাদে, মীনা "ফরবা রার্ড অমা পুরেদা" হায়দনা ফাগী তৌতুনা লঙনরবসু খুম্মি— "Duty is duty whether you like it or not".

অহানবা ওইনা পুন্সিদা ঙসিদি খনলকই—কনানা হায়রিবা তাইবংমী ফজে। মসিদি করিমতা ফজদে, তাইবংমীবু লেন্দুনা য়েংবদি করিমতা ফজদে। করিদি খেন্নে অঙাংশিংনা শান্নপোৎ শিদোক্তুনা শানবগা? করিবু খেন্নবগে ড্রাইভর অমনা মাগী ইঞ্জিন শিদোক্তুনা অশোয়বা মফম য়েংবগা? অতুদগী মথঙ করি?—আইনশঙ, জজগী অচিকপা মায়থোঙদগী অরেপ্পা রায়, উকিলগী অশা অশাবা রাহৈগী মরৈ, শাক্ষিগী উপু, জবান হায়দোক হায়জিন, অচুম অরালগী লমজেন অতুগা মীনম্বা!

মুংশা কুইনা হোল্লকই ডাক্তার সুরেশ্বরদো অতুগা মতোমত্তা খঙই মখোলতুদা মাগী Bachelor গী পীকলবা কাগী ফকলাংদা পোমশাৎ-নবা গোলাপ অমতং য়েকপা—কেলেণ্ডার অমা থেংলি। অতুভনি

থেৎলিবা অতৈ করিসু ককলাঙবু লৈতেংদে। কেলেঙারদা মুম্না য়েংই। পোমশাৎনবা গোলাপতা লিকলা মরিক অমতং তনিক তনিকলি, কুরাক অমতং তোংগে লাকনরি। মমানা চঙলক্না হায়রকই—"চাক লোইরে চাররো।"

"চাররোয়।"

মখা ভাদনা অহুম থোকপ্রে। মখা তানা তকনরদে। করিনো রা খরদি হঙনিঙলমমালে অহুবু হ:দি হংলমদে, মচাসু করিনো রা খরা তমনিঙলমমালে অহুসু তমদনা তোকহোরে। খঙনিঙবগা তমনিঙবনা কা অহু থলম্মি অহুবু তুমিন তুমিন লৈনৈ। হায়দোক্ত্বা য়য়ামগী মনিলনা ওমচাকনখি।

অহুবু চিঙহী মনমদো! মখুৎ অহু ফনা শেংনা হামহুনসু কোকলরোইদবোই নিঙই। মনম অদো ether, detol না হাৎপা ওম্মোইদৌবোই নিঙই। মহৌশাদি Post Mortom হুমিৎ অসিদি মখুৎনা চাক চাদে, কাটা চামচনা চাবনি। মখুৎ অনিহু থাঙৎতুনা য়েংই ডাক্তার সুরেশ্বরনা অহুগা খল্লি—পুল্লি চুপ্পা মনম অসি ঐগী ইখুত্তগী কোক্ত্রবদি মুঙাইগনিদকো!

ঙসাই থবক হৌরমদাইদা কা হেক চঙলকপদা করিনো মনম অমা নমলকই। অহানবদি ভাব তারুদে কোনথঙদা খঙলকই —মনম অহু মুংশিবা মনমনি। মসিদি মানা মহৌশা হৈনবা মনম অহু নত্তে। কোইয়েং য়েংই কদোমদগী মনমনো? লৈশাবী অহুনা টেবল মথক্তা হিপ্পা হিপ্পা নোকফেৎ তৌরকপগুম তৌই। মথোক কারকপগী মীনোক্নি। হায়বগুম তৌই "তাব্রিবরা, ঐগী ইশমদগীনিদা। Ether মনম নম্মহুনা নাতোনহু মনম অতৈ খঙদ্রবরা? পায়য়ু অমুক্তা পায়য়ু ঐগী শমসে, থাঙতুনা নম্মু ঐগী শমদগী মনমনি, য়াম্না হৈনব্রবরা?" মতম অহুদা মহাক করি খনখি খনদে, অশিমতংদি নিঙশিঙই মাগী শাংলবা শম অদো থাঙৎতুনা

অমুক্তং নমহৌই। Assistant অনিছুনা মচু উবদা নোকলিগঞ্জা, করি খল্লিদগে খঙদে।

খঙহৌদনা হিপ্পা হিপ্পা পি মরিক অনি শিম্থখি। পাখংগী সাইন্স-গী পুন্সিদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক—মোনদা মায় উপশিন্দুনা কপলকই অহুগা থম্মোয়না হায়—নঙগী চিঙহী মনম হাইফেং অহুগী-দমক ঐগী লৈজবা পুম্বা শিন্নথোকপা হমগনি। কনানো নঙবু হুংশিবী? নঙবু ঐনা করিগী থেংনদে পুন্সিদা। করিগী মিছুন য়াউরি-ভৈদা ঐগী ইনাক্তা লাক্তে। নঙবু নোংমতা নকোক চিকখিদরা, নোংমতসু নঙগী নখুৎ মচা অহুদা য়েত্তুমনা ফাউবা থিন্দবরা? করিগী লাক্তে নোংমতসু অউটদোর-গী থোংনাও মপাদা, ঐনা ফজনা বেন্দেজ তৌবিরমগনি। মতম খরদি হেন্না চঙলম্বা য়াই। নঙনা নাশিন্নছুনা উঃ হায়না লাউবদো ঐগী পুন্সিগী অহোবা ওইরমগনি। অউটদোরগী থোঙনাওনা ফ্রেম চনবা নঙগী মায়থোংদো ঐনা পুন্সি চুপ্পা লাংলমগনি ………চুৎ কদাই কদাইদগী চোইদ্রং পাদ্রংনো। ডাক্তরনা অস্থম খনব হৌনদে ডিউটি ইজ ডিউটি। থোঙনাওরোমদা য়েংথোকলকই মশিঙ লাকঙমদ্রবা থরানমিচাক্কী মরক্তা সেটিলাইট জেমিনি ফাইফনা অরাং পাংনা পাইরি, পুং কয়ামরুম লৈরবদি Atlantic Ocean দা তারগনি। মমুংদা য়াউরিবা Cooper অমসুং Conrad পু ওকপা তোর্ব্বানদো মীনা ফিঙৌ ফোরমগনি। ফুক হৌগৎতুনা ডাক্তরনা Table Lamp থাঙ্গৎলগা খবরদা য়েংই Gemini v না লৈমায়দা য়ৌগদবা চপচাবা মতম। ঘড়িদা অমুক্তং য়েংলমলগা সুরেশ্বরনা ফমুংদা হিপলগা মমিং উইশিনখি তুমগে লাক্কে। তুম্বগুমসু তৌই।

কনানো অমনা ঙসাই করিনো অমা হায়খি—করিনো অমা তমখি? কনানো? করিগীনো? মানা নোকলকই। তমু তমুবী মায়থোঙদো চিনবান মনাক্তা শমক্র অমসু থুংই। শমক্র অহুনা ইহান হান্না মায়থোঙদা উৎলকই, ঙসাইদি উবু উদে। ডাক্তরনা হায় —"কুম্মু চৌকিহুদা করি ওইনা ঙমদবনো?" নোকফেং তৌহুনা

মাগী ইন্নফিনা চিম্বান খুমখি। ডাক্তরনা শাওনিঙই, খল্লি ইহে শমক্র অসি খুমখ্রেদো হায়, "করি পামই করেম্নব্রবসু করিনো হায়য়ুদনা ?"

"রারী তাগেরা" খুমলকই লৈশাবীতুনা।

"কনাগী ?"

"ঐগী—ঐগী চিঙহী মনমগী রারী।"

"কনানো নঙবু তাক্তদি তাকউদনা।"

"হাযমা, খঙত্রা ঐবু। ঙসাই অতুক মুন্না ঐগী হকচাং কায়াংকী মকম খুদিংমক কাক্তুনা য়েংবদায়নে, অতু ফাউবা খঙত্রা ঐবো, ঐনা করি লাল্লহুনা অতুক মুন্না য়েংলফাউবা ঐবু খঙদে, হায়বসিবো ঙক্লেদকো নঙসে। য়েংউ খঙত্রা য়েংউ।"

ডাক্তরনা খুম্মি—"খঙদে অওইবা ঐ নঙবু খঙদে। ঙসাইগীতুদি য়েংবনি, থিবদি ফংখিদে, কদাইদা লৈ ? অতুমদি উহৌদ্রে ঐনা তম্বদা য়াউবক্তে, ঐনা Thesis ইনবা থিবদা মতুম দ থেংনদে। হায়য়ু, মতু কদায়দা লৈ, কদায়দা থম্মীবা ঐনা য়েংবদদি উদেনা মশক করম ভৌই ?"

থিক থিক নোক্লকই লৈশাবীতুনা। অচিকপা কা ঈথক হৌখি চিঙহী মনম্না থনখি। ডাক্তরনা শাউনা হায় "করিনো নোক্লিসিবো মরম লৈতনা ?"

"মরম লৈতনা নোকপা অসি কনানা নোকই নঙ খঙদরা ? নঙবু নোংমতা মরম লৈতনা নোক্তবরা ? নঙনা ডাক্তর তম্বদা নোকপগী পাড়া য়োরক্তবরা ? মীংনা উদবা নোকপগী মরম থেংনদবরা ?"

ডাক্তরনা খুম্মী—"ভাওশিন্নতুসে, লৈশাবীনা নমিঙ করি কৌই অতুহুম হায়য়ু ?'

নোক্তুনা হায়রকই "ঐগী ইমিঙদি চিঙুহী মনম, নঙনা ঙসাই খিবা ফংদবদো।"

ডাক্তরনা থরায় শোক্লা হায়—"করিগী নঙনা ঐবু ইকায়বা পীক্রি ?

কন্নিনী মাঙনী হকচাং কায়াৎপু কাক্তুনা ঐবু ঊরাইহল্লি? নঙনা ঐবু থজিক্তা কাওবা মুংশিদবসি কন্নিনো?”

লৈশাবিহুনা হায়রকই—“ভু য়েংউ লীলা হোদোরে। মাঙদা কঁমহৌ মুন্না উজহোরোই।”

ডাক্তরনা ড্রেস্ সারকলদা কমহুনা য়েংই, উরকই পীকলবা কা মচা অমা নংথরকপগী খুদম। লৈশাবী অমা মাগী শাংলবা মশম থাদোক্তুনা নুঙগী মুর্তিগুম কমলি। মনাক্তা লৈমায়থক্তা মুপী অমা মমায় থুমজিন্দুনা কপই মমা ওইরমাল্লে। নাকন্দা থাবা কমুং মচা অমদা অঙাং অনীমু হিপতুনা লৈ। লময়ায়দা য়াম্না শাউনা হৌজং হন্দা চৎলিবা পাথংহুনা হায়—“হায়য়ু কনাদা পীরুবনো হায়য়ু, চানবা মকনু চি লাউনা ওক্তদরা থনবদা কনাদনো নঙনা তাইথোকলুব্রিবহুবো পুথোকউ নচা মুপীহু সোরোক্তা ভিক্ষা নিবা পুথোকউ। ঐরা দাই লৈত্তে নথোয়বু থাকপা। কনাদনো নঙনা পীরুরিবো? ইমা নঙ অসি মাঙ তারুবগী মশকনি।”

লৈশাবিহুনা শাউনা হায়রকই—“মহুদি হায়মু তাচৌ ইমাদা অহুম হায়না হায়মু। ইরাইনা চরা হেনজনি নঙবু থাকপীয়ু হায়বরা? ইরাইনা শিজনি।”

“করে শিজরো নমা নচা অঙাং চরা হেলহনবদি য়ারোই!”

মমানা মায়থুম হাংদোকলকই। মায়হিংনা কুপলবা থজাই পিনা পুমচোৎ চোৎলি—ভপা হায়রকই—“অহুম্না চাক তাংগনি হায়বদি কনানা থঙগনি ইবুংঙো। লুপা ১৫০৲ পীরবদি নচনবু এলাহো ঙমহনগে হায়নে।”

“অহুগী কৎলুরবা? কনানো ওজাহুবু?”

“ইমা মশক খঙদে ইমানা ল্যাঙ্গুবসি নঙদি লুপানি নঙনা থোকপা ত্তৌ।”

মমানা শাউনা হায়রকই—“অহুবু কনানো হায়বা মীদো

[illegible]নাহেন্না ?" মমানা হায়রকই—"ইমা, মমক [illegible] [illegible]
মায়বগুম তৌই, লোইনা মথুং [illegible]কই।"

"শিরোহ্নদি।" খোঙ্খাং য়ৈরকই শিরো, শিরো······ডাঃ থাঙব ঙমদহ্না নাকোং মেনশিনলি······থিক থিক নোকলকই। ডাক্তরনা শাউনিঙই মতাং চাদনা নোকপা করিগীনো? হায়রকই—"মথাদি অসিনা লোইরবরা? অতৈ করি লৈরী?"

মানা খুমলকই—"মথাদি নঙস্থু খঙবদাইনে। নঙ ঙসাই ঐগী চাকথাও ফাকঙনা য়েংদরা? নোঙ্খিংত্রাও করি য়াউরগী? ঐদি নঙবু কুরা ইক্রায়গে। মহুমদি লোৎনিঙবনি। মী থ্রঙহল্লোই খনবনি অহুবু য়াখিদ্রে ডাক্তর।"

ডাক্তরনা খুম্মী—অহুগা চিঙহী লুবদি কাউদবা? ঐগী ইনাক্তা লাকপা য়াত্রা ঐবু অতোপ্পরনে। চিঙহী মনম ওইনা লাকপদি করিগীনো?"

লৈশাবীহ্না খুমলকই "হস। চিঙহী মনমহ্নদি ঐগী পুক্সি মনমনি নঙ মহু খঙত্রা? নঙবু অম্নুক পঙবা অসি করিগীনো?"

ডাক্তর কপলম্মী। মঙ লৈবাকীরা মীরৈবাকক্কীরা খঙদে শমথহ্না ঙহাক কপ্পী করিগীনো কনাগীনোস্থু মকম খঙদে। চোঁইরোলগুম শোল্লকই—অহুদি করিগীদমক 'চিঙহী মনম'। নঙবু লাকপা য়াত্রা। ঐবু অতোপ্পরনে।

---



· লোইরবা।